# ꯆꯣꯏꯖꯥꯏꯅꯕ ꯋꯥꯔꯦꯡ

# চোইজাইনবা ৱারেং

*নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ*

সুনন্দা পব্লিকেসন্স
উবিপোক, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

**Choijainaba Wareng** a collection of essays on literature, culture etc in Manipuri by N Kunjamohan Singh, Sunanda Publications, Imphal

অহানবা ফোঙবা : ২০১৩


*ফংফম* : মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ
পাউনা বাজাব, ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

*মমল* : মখুম অথাবা - লুপা : ১৭০/-
মখুম অপাবা - লুপা : ১৪০/-

---

**নম্ফম** : সি. ডি. বাইট কম্প্যুটবস, য়াইস্কুল পুলিস লেন, ইম্ফাল।

লৈবাক খুম্নোইবু
অমম্বদগী অঙানবদা
লমজিংবিরম্বশিং
মখোয় অদুগী
মফমদা

*অইবসিগী হৌজিক হৌজিক ফংলিবা লাইবিক খবা -*

১ ইলিশা অমগী মহাও (ৱাবীমচা)

২ বসন্ত মমৈগী কোকিল (ৱাবীমচা)

৩ ঐনা কেনগে কেনবা নত্তে (ৱাবীমচা)

৪ সোভিয়েৎকী লৈবাক্তা (লমকোয়ৱাবী)

৫ নীংশিংলি হৌখ্রবা মতমদো (ইশাগী পুন্সি ৱাবী)

৬ শবৎ-সন্ধ্যা (নোভেল মচা)

৭ চীংলোন কযা লান্না (ইশাগী পুন্সি ৱাবী)

# ৱাহৌদোক

লাইবিক অসিদা যাওবিবা ৱাবেংশিং অসি মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল, প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিয়েসন, ইম্ফাল, মণিপুর ইউনিভার্সিটি, ইম্ফাল, জননেতা হিজম ইরাবত মেমোরিয়েল চেরিটি ট্রস্ট, ইম্ফাল-নচিংবা সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগা মরী লৈনবা লূপ কযানা শীনবা সেমিনার অমদি সিম্পোসিয়ম কযাদা লাম্থোকখিবা চে-না অযাম্বনি। মতাং মতাংদা মথৌ তাবকপগী মতুং ইন্না ইম্ফাল অমদি মপান্দা ফোঙবা সাহিত্য, ম্বথোঙ, ইচেম্মা, মেখলী অসিনচিংবা চেফোঙশিংদা অমসুং মেঘালয, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী নীংশিং চেফোঙদা ফোঙখিবা খবসু যাওবি।

ৱাবেংশিং অসি চোইজাইননা তাদুনা লৈবরদি চহী খরা মতুংদা চিকমাঙনখিবগী অকিবা লৈ। ৱাবেং কযা'মা অসুম্না মাঙখিবা যাওখিদবা নত্তে। অদুনা লম্মাংনদ্রিবা খবসি খোমজিল্লগা লংলা অমত্তদা লেংশিন্দুনা মমিৎ-মমায পাঙহল্লম্বা হাযবসি অইবা অমা ওইনা হেম্ফদবা থৌদাংনি হাযনা লৌজে। হোয, লংলা অমদা লেংশিল্লমদাইদা খজিক-খরাক নাম্থোক-নানশিন, শেমদোক-শেমজিন তৌখিদববুদি নত্তে, অদুবু মশাগী হান্নগী শক্তম অদুদি কবিগুম্বদা কাযহনবদি তৌখিদে।

লাচল্লিবা ৱাবেংশিং অসি তোঙান-তোঙানবা হীরম কযাদা মতম মতমগী মথৌ তাবকপা মদুগী মতুং ইন্না ইখিবনি। হীরমশিং অসিদা ঐনা থিজিন-হূমজিনবদা খঙজবকপা অমদি থেংনজবকপা খরা অদুতনি মযাম মমাঙদা পুথোকচবিবসি। মসিদা ঐনা যাম্না অখঙ-অহৈ শাবগী ৱা যাওদে। পনবা যাবা অমনা, রবীন্দ্রনাথকা মরী লৈনবা ৱাবেং অসিমদি মণিপুরীদতা নত্তনা বাংলা অমদি ইংরাজিদা মণিপুরগী ৱাংমদা কলকাতা, আগরতলা অমদি শিলচরগী চেফোঙ কযাদা ফোঙখ্রে রবীন্দ্রনাথকী চহী ১৫০ শুবা মপোক কুমওন থৌরমগা মরী লৈননা। ৱাবেংশিং অসিনা কনাগুম্বা খবদা কান্নবা পীবা ঙল্লগদি হোৎনজবা মহৈ যাল্লে খঞ্জগনি।

নবেম্বর, ২০১৩

*নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ*

*যাওবিবা ৱাবেংশিং -*

# ডাক্তর কমলগী মিৎযেংদা মণিপুরী খুন্নাই

## (১)

ডাক্তর কমলনা মহাক্কী নোভেল 'মাধবী' গী ৱাহৈদোক্তা যাম্না নুংঙাইতনা অসুম্না পল্লি - "নাটক, কাব্য, পত্রিকা অসিনচিংবা মখল মখলগী লাইবিক্না ৱাই চাইববা মতম অসিদা মৈতৈ লৈবাক্তা মৈতৈলোনগী লাইবিক পাননবা ফংদবা অসি যাম্না অৱাৎপা অমনি। মৈতৈমচাশিংগী পূক্লিংদা হৌজিক ফাওবা লাইবিক লেংবগী 'নেশা' পোক্লি . ।" মসিগী চহী খবা মমাঙদা ইবাবতনা লোইশিন খোমজিন্দুনা ফোঙবা সাহিত্য চেফোঙ 'মৈতৈ চনু' গী অহানবা মশীংমক্তদা ইমা মৈতৈচনুবু কমলনা হবাও-তুজুংবগা লোযননা তবাম-তবাম্না ওকচখি অমদি লৈবাকমচাশিংবু কৌজখি - "যেন্দাই থন্না লৈহাপ্তুনা, কৎলুসি ইমাগী খুযাদা।"

অদুবু মতম অদুগী মৈতৈ খুন্নাইনা চাওখৎপগী ৱাখল ইতৌ তৌনদনা নীংঙাইদনা লৈথোকপা মতৌদো উবদা, থোইদোক্লা মমাবোল অমদি মফুকপকী সাহিত্য থৌগলগী ৱাখল ইপোক পোক্লদবা উবদা মঙোন্দা যাম্না পেঞ্জদবা, খোযবাং খোযশাউনবা অমা পোকখি। থম্মোয়নুংদা ফাওবকপা পলেম থৌগলগী ঈখৌবাংবা অদুগা লোযননা মঙদ্রং অমদা হিংলিবা মৈতৈ খুন্নাইবু মমিৎ-মমায শিংহন্নবা হাযখি -

"মাতৃমন্দিবগী লৈনম নুংশিবা
তপ্না লিবি শিৎপা নুংশিৎনা
হুমখিসনু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা
তেকখৎসনু শিকম নাকুন্বা মৈতৈ।" (মৈতৈ চনু)

অশৈবনা মৈতৈবু শিকম নাকুন্বা হাযনা যাক্লবা ৱাহৈ-খোনফম্না যৈবকপসিদা কনমখ্রেদা হাযনা কনা কনাগুম্বদা নুংঙাইতবা ফাওনবম্বসু যাই। মশক নাইববা নৈন-মীওই অমদি মচীন থোক্লকখি - "কবম্বা মওংদা মতাং কদাযৱাইদা

মৈতৈনা শিকম নাকম্মিবনো ভাব অমা তাবা ঙমদে।" (এলাংবম দীনমণি)। মসি অশৈবনা পেন্দবা ফোঙদোকপদা "অতিশয়োক্তি" - হায়বদি হেঞ্জিন্না হাযজিনবা মাল্লি হাযনা নৈন-মীওই অসিনা মখা তাবি। হোয়, লাইনীংবা অমগা লাইনীংবা অমগা ৱাখল্লোন মান্নদবসু য়াওদবা নত্তে। অদুবু অমুক্তং মুন্না খম্বিবগদি অশৈবনা মৈতৈবু কবিগীদমক্তা শিকম নাকম্বা হাযবিবনো হায়বদু খঙবদা লুনা থোক্লোই। মতম অদুগী মৈতৈবু মহাক্না নুংশিদদুনা থীনা হাযবা নত্তে, নুংশিমনখ্রদুনা চৈবনি।

মতাং অদু কুনশুবা চহীচানা খোঙচৎ হৌবকপগী অদুৱাইনি। মলেছ্গী মখুত্তা মণিপুবনা শাথীনা মাযথীখিবদো পংকুই কুইদ্রি, মাযথীবগী চৈনাখোল কোক্ত্রি। মৈতৈনা নিংথৌ ওইনা পাল্লবসু লৈবাক ঙাক্লোনগী চুপ্লিদি ইংবেজগী মখুত্তনি। নিংথৌনা পাযবিবা হাযববু লাইনীংলম্বী অমদি লৈবাক খুন্নাইগী চৎনবোলগী চুপ্লিনি। চুপ্লি অসি থোইনা অচুম-অবান অফ-ফত্তগী ৱাখল তৌদনা মনীং তৌনা মনীংদি তমদ্রবা নিংথৌনা শীজিন্নে। নোংচুপলোমগী লাইবিক-লাইশুগী কোবৌ-মঙালনা ভাবতকী পাক্লবা তম্পাক্কী শকক অযাম্বা যাকাযহনখ্রবসু চীংলোন মাপন লান্দুনা পোইবৈ লমদম অসিদা মঙাল অদু যৌবকপা ঙমদ্রি, মশেক-মঙাল খজিক খবাক্তি ফাওবকপগুমদি তৌবে। শম্না হাযববদা, লাইবিক-লাইশু থোইনা তম্নদ্রি, তম্নীংবগী ৱাখল নৎত্রগা তক্ষনগে হাযবগী ৱাখল মৈতৈ খুন্নাইদা পোক্লদ্রি। বাংলা অমদি ইংবাজিনা লাইবিক তম্ফমশঙগী লোন ওইবি। অবিবা মৈতৈ সাহিত্য লামায় থূপচিনখ্রে, অনৌবনা লামায হাংদোক্ত্রি।

ফৃকপ অমা ওইনা হিংবদা ৱাহম্বোক থোক্তনা হিংবা খুৎহিং অসিবুনি, শম্না হায়ববদা, ডাক্তব কমলনা শিকম নাকম্না উববসি। অইবসিনা মহাক্কী নোভেল 'মাধবী' গী অহানবা 'পন্দুপ' মক্তদা মহাক্কী মতমদুগী খুন্নাইদা ওইবিবা ফিভমগী শক্তম মচেৎ অমা উৎলি। য়াচংবা মতমদা ঙাইহাক্তং লাইবিক পাজবিবা বাজকুমাব বীবেন্দ্র সিংহবু লাইবিক তমদবা হবাওকুম্মৈগী ঈবাংদা তাউদুনা লৈবিবা মমান্নবশিংনা বাকণী খুকুম্মুসি হায়না হৌবৈ। মমান্নবশিং অদুনা মমাঙদা ফাক্তোক্লিবা লাইবিক অদু য়েংলগা লাই অমত্তা য়েক্তে হায়দুনা থাপ্না হুন্দোকই। বীবেন্না পবীক্ষা লৈ হায়দুনা মখোয়দগী নাম্বোক্লবা হোৎনবকপদা মমান্নবশিংদুনা হায় - নঙদি নুমিৎ চূপ্পা 'পবখা' তৌগনিতা হায়দুনা লৈ, তাইবংপানবগী হবাও কুম্মৈ ইউ-উদনা লৈবাংগুম্বা নপুঙ্গি অদু অবেম্বদা লৈমন চনখ্রনি। অদুদগী মাগী নোটবুকতা পেন্সিলনা খোবী-খোবাং খোৎচিল্লি, লাইবিক মমৈ-মকোক ওন্ননা ফাক্লগা শেবান-তুবান পাবা হৌবকই। মখোয়দগী নাম্বোকপা য়াননবা বীবেন্না 'হোয় চৎকে' হায়বগা ইমুংদা চাক চাকুবগে হায়জিল্লগা চঙলকপদা

মখোয়সু হিদাক ঙাম্বক অমা থকখিনি হায়না ইন্নবকই। অদুবু ফুঙ্গা মনাক্তা অহন খবা ফমদুনা লৈবা উবদা তৃমিন তৃমিন্না হন্নখি। কৈ কিদুনা চেল্লগা বীবেন শওম ওক্লবে। অহনশিং অদুনা হিদাকফু প্রোক প্রোক চিংলগা মহাকপু লাইবিক লাউনা পাউ হায়বকই। পাম্বে লেত্রবা বীবেন্না ইংবাজি লাউনা পাবকই। মানা পাবদু তাবগা অহন অমনা হাযবকই - লোন্দি ফনা মফবে হাযববু থবক্তি ইফং ফংদে, কান্নবোই লাইবিক তম্বা তোক্লো, থবক শিংনবনি।

মসিনি মতম অদুগী মৈতৈ খুঙ্গংগী পুন্সি মবেলগী শক্তম মচেৎ অমা। হবাও-কুম্মে অমদি ব্রাবেম ঙাঙনবদা মতম মাঙহনবা, লাইবিক তম্বগী ব্রাখল লৈনদবা, লাইবিক তম্বা অঙাং অমনী য়াওবকপদুবু থৌগৎপিবগী মহুত্তা অযেৎপা পীবা নৎত্রগা নীংহন্নবা তৌবা, ইংবাজি খবা পাবা হৈবগা লাইবিক হৈববোই খনবা, চহী অনী'হুমতং লাইবিক তম্লগা থবক হেক্তা ফংগদবোই খনবা, লাইবিক তম্ববু থবক শিংনবনি, পুন্সি লৈমন চন্নবনি খনবা - অদুগুম্বনি মতাংদু মৈতৈ খুন্নাইগী। তৌবগীদি মসি মণিপুবতগী ব্রা নত্তে, মালেমগী মফম খুদিংদা তাবিবা মৈতৈ খুন্নাইগী ব্রানি। মহাক্কী থৌমু-নাউমু ইবাবতকুম্না কমলসু মিংয়েং পাক-শন্না যেংই, মালেমগী তোঙান তোঙানবা মফম খুদিংদা তাবিবা মৈতৈশিংবুসু পলেম অমত্তগী মচানি, মখোযগী অব্রা-নুংঙাইসু লংলা অমত্তনা পুল্লিবনি হাযবসি অশৈবদা মযেক শেংনা ফাওই। অদুনা মৈতৈ খুন্নাই যাকাযহনবা তাববদি লৈবাক খুদিংদা লৈবিবা মৈতৈ পুন্নমক্কী ওইবা অপূনবা যাকাযবোল শক্কদবনি হাযবসি অশৈবগী থাজবনি, অদুনা হায -

"অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
অচৌবসু অপিকপসু
নীংনসি মৈতৈ চনুগী মচানি।" (মৈতৈ চনু)

অশৈবনা মণিপুবী খুন্নাইবু থম্মোয শেংনা নুংশিজৈ, মতম পুম্বদা কাউবা ঙমদে - চন্দ্রনদী, নম্বুলগী তোর্বান্দা লৈবা তাঞ্জাদবু ওইববসু, লাপ্লবা ব্রহ্মপুত্রগী তোর্বান্দা লৈবা মতাংদা ওইববসু। অথাপ্পা সমুদ্র মপান্দগী লাক্কুনা তামিল অমদি তেলেগুনা ভাবত সাহিত্য লৈকোন্নুংদা শাংলবা উবদা, অব্রাংবা উনগী মপৈ লান্দুনা নেপালী ফাওবনা শাংলববদা মৈতৈ সাহিত্যনা যেন্নীং হুন্দবা উবদা অশৈবনা তেংথাদবা ঙমদে। ময়ামগা মীমান্নদবা উবগা থম্মোয় কায, শাউনীংই, মিংলুদগী পিবাং শিম্ভুখিবা খঙহৌদে; লৈবাকমচা 'মাতৃসেবকশিংবু' থম্মোয় শোকপা খোঞ্জেলগা লোয়ননা কৌই -

"লৈগী চাব থিকসি
থাকসি মন্দিবগী অকোয়বদা
মখোঙ ঈংহনসি মিংকী পি ঈফুংনা।" (মৈতৈ চনু)

(২)

ডাক্তব কমলবু মক্ত ওইনা বোমান্টিক অশৈবা ওইনা লৌনৈ। থোইনা লানবদি নত্তে। মহাক্কী শৈবেং, নোভেল, ব্রাবীমচা, দ্রামা লোইনা নহা ওইবিঙৈদা ইখিবা ঙাক্তনি। নহা ওইবিঙৈ পুন্সিগী হৌনশা ব্রাখলগী মঙলান্দা তাউজবা, শাবী-শানৌগী অপাম-নুংশিদা ঙাওজবা, ঈংলবা মহৌশা লাইবেন্থীগী তম্পাক্তা শান্নজবা, ব্রাখল-তাইবংগী শাখপকা লোযননা মালংগী ইপোমদা পাইমিন্নজবা - মযাম অসিনা মহাক্কী সাহিত্যবু থোৎহল্লি, নৌহল্লি, মেঙহল্লি, পূক্লিং হূহল্লি। মতাং অদু মণিপুবী সাহিত্যগীদি অয়ুক্লি। মীওইবগী পুন্সিদা নহা ওইবিঙৈ মতাং অসি বোমান্টিক ওইবগুম সাহিত্যগীসু অযুক অসি বোমান্টিক ওইগল্লি। মণিপুবী সাহিত্যগীসু মদুমক ওইখি। চাউবা, অঙাংহল, দবেন্দ্রজিৎ, নবদ্বীপচন্দ্র - লোইনমক বোমান্টিক মালেমগী অশৈবনি। কমলসু বোমান্টিক অশৈবনি, অদুবু মহাক্তি মদুগা লোযননা ফিদমগী ব্রাখল্লোন চেনবা মোবেলিস্টনি, অশেংবু পুন্সিবু উবা বিযেলিস্টিসুনি। অদুনা কমলগী সাহিত্যদি ঈচেল অহুম অসিনা পূল্লবা 'ত্রিবেণী সঙ্গমনি', ঈচেল অহুমগী ঈতিনফম্লি।

মবম অদুনা মহাক্কী নোভেল 'মাধবী' গী ব্রাবী-মপূং কাঞ্চী লৈকোল অমদি হৈবোকচীংগী লমদমদা থেক্ল-খোযনা চেনবা নম্বুল তুবেলগুম উবীবৈ-বীবেনগী নুংশি-নুংওন্না ওইজববসু অইবনা ব্রাংনা ফিদম ওইনা থাঙ্গৎলিবদি 'স্বার্থত্যাগ' অমদি 'বিশ্বপ্রেমগী' (তাইবং পূম্ববু নুংশিবা) ফিবালনি। মবমদি, ফিদমগী ব্রাখল্লোন চেনবা কমলনা মৈতৈ খুন্নাইদা অব্রাৎপা অমা যাম্না নুংঙাইতনা উই। মহাক্না হায - "মৈতৈমচাগী মবাইবক থীবা মবম্না স্বার্থত্যাগকী খূদম উৎখিবা মী খবা তাঙই। স্বার্থত্যাগকী ব্রাংলবা অমসুং মনা পূংলবা শিদাহিদাক পান্বী অদু মশক যেংগে হাযববদি মণিপুবগী অব্রাংবা চীং কাখৎতুনা তুবেল অচৌবা চেনবা, পাক্লবা লৈতেম মান্নবা ভাবতকী লমদম অতৈদা যেংথবা তাবে।" হোয, মৈতৈগী লমদমদা মশাগী ওইজবা থাদোকপা মী ইপোকমক পোকখিদবদি নত্তে, তাঙলবসু তাঙনা কবি কবিগুম্বা মতমদা পোকখি। অইবসু হায়বিবসি যাই, অদুবু হায - "মৈতৈগী লমদমদা কবিগুম্বা অচৌবা পান্বী হৌবক্লবসু মদু চীংবু নমহত্তুনা হেন্না ব্রাংবা ঙমদে অমসুং ভাবতকী লৈতেম মান্নবা লমদমগী মথক্তা শিংলিবা সমুদ্রদগী হৌবকপা অঙ্গংবা নুংশিৎ অদু মৈতৈ লমদমদা য়ৌবা ঙমদে।" অদুনা অইবনা শাগৎলি ব্রাখল তাইবংগী, মমোম 'মাধবী' গী শক্লোন, লৌহল্লি মশাগী ওইজবা থাদোকপা শক্তম, থাদোকহল্লি মযূম, খঙদনা থাজবা 'অন্ধবিশ্বাস' কী কুযোম্না য়োন্নবা মখুঙ্গং মবৈকাই, কাবাম-মিহৌ তাথী-যেংথীনবনা থল্লবা খুন্নাই, লেলহল্লি মপুন্সি হৈবোকচীংগী অশোঙবা নাবক্তা, শুক্লবা লোক্লুংদা। ব্রাংলবা ফিদম অমগী শক্তম লৌহন্দুনা অইবনা মাধবীবু হাযহল্লি -

"তাইবংপানবদা মী ওইনা পোক্লগা পূক থন্না চাদুনা, ফজবা ফিবোল শেত্তুনা থৱায হিংবদি কবিসু কান্নদে, মীগী উপকাব তৌবা ঙম্লবদি অথোইবনি।" অদুনা খঙদনা থাজবগী কুয়োম্না যোমদুনা লৈববা অমম্বা মৈতৈ খুন্নাইদা খঙদনা থাজবীগী মবক্তা পোক্লবী পাঙ্গল শোম্লবী মাধবীনা মশাগী ওইজবা থাদোকপগী মশেক-মঙাল খজিক্তং ওইববসু উৎপা ঙম্লনবা পাঙ্গল পীনবিয়ু হাযনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজে। হৈবোকচীংগী লোক্লুংদা লম্বোইবীগী মশক লৌদুনা লংফৈ চৎপা মীশিংগী খুদোং থীবা কযাদা মাধবীনা মতেং পাংবা উবদা অইবনা ঙমখৈ নাইদনা পেঞ্জে, খঙহৌদনা কমলগী খোর্জে মচীন্দগী থোবকথি - "ধন্যনি মাধবী নঙগী থৌবাং। থম্বাল চামনিপালগী মতৌগুম্না থোৎলবা নঙগী থম্মোয মনুংদা বজ্রগী মতৌগুম কল্লবা পূকচেল লোৎলিবোই।"

ফিদমগী ৱাখল্লোন চেনবা কমলনা উবীবৈ মমাবুসু 'পুন্য চেল্লবী সতীগী' ফিদম ওইনা উৎলি। ঙমখৈ লৈতনা অৱাবদা তাববসু মপূবোইবা অমুক হল্লকখিগনি খন্দুনা অৱাবা পূম্নমক নক্কৎতুনা পাল্লকখিবী থম্বালনি। চিন্তা দেবীনা মপূবোইবা লৈত্রিঙৈদা, হিদিঙ্গা লল্লোনবনা ফাখিদুনসু, কবিগুম্বা মওং অমদা হিংবা ঙমখিবা, সাবিত্রীনা শিববা মপূবোইববু কোন্দুনা থমখিবা - ৱাবীশিংদু অইবনা নৌহৌননা লৈবাক খুন্নাইদা নীংশিংহল্লি। সতীগী ফিদমবু ৱাংনা থাঙ্গৎতুনা লৈবাক খুন্নাইদা যেংঙু হাযনা তাক্লি - "কূ অদুগী মথক্তা সতীগী পুন্য চেল্লবা হকচাং অদু থাঙ্গৎলক্লে। .. চিতাদগী থোবকপা মৈখুনা চুমদ্রিং চুম্না স্বর্গদা কাখৎলক্লি।" মপূবোইবা নীংবী হাযবসিদি যাইফবীগী মশক্লি, তাইবং মপোক অসিদা অৱা-অনা কযা নংলবসু শিবগদি লাইবৈবাক্কী থোঙ লাওনা ফাক্তোক্তুনা লৈ মাগীদমক্তদি- হাযবা পাউজেল অসি অইবনা কাউদনবা খুন্নাইনা পীবি।

লনথুমগী মিহৌবদা কাবাম চাউবা, শক্কী শুক্কৎযাইদা অফ-ফৃত্তা কাউবা মীওইবনি। মৈতৈ খুন্নাইসু শাজৎ অসিগী ৱাংমদা লৈবা নত্তে। হাযনবিবনি শেন্না তৌদবা ঙম্বা কবি লৈবগে? অদুবু অইবনা লৈবাক-খুন্নাইসিদা উৎলি - লনথুম অমদি শক হাযবসি অবেম্বনি, কান্নদবনি - মসিনা খুন্নাইদা নুংঙাই-যাইফবগী মহুত্তা অৱাবা খুদোংথীবা পুবকই। উবীবৈ মপানা লংফৈ চত্তুনা শেন তাল্লুবগা হল্লকপদা মচানুপীগী খোঙ্গুল লীবা ফংখিদে, মাগী নুপীনা অওৎ-অনৈ কযা থাঙদুনা অবোইবা মিৎকূপ ঙাইদুনা লৈবম্বা থেংনখি - মদু উবদা তাইবংপান অসিদা মাগী অপাম্বা অমত্তা লৈখিদে। মপূবোইবা নীংবী তালোইগী পোৎলোইফম মনাক্তা পুখ্রি মনাক্তা ফমদুনা মানা তাঞ্জবকপা শেন অদু পুখ্রি মনুংদা শ্বাই চাইথথ্রগা হাযবকখি - "শেন নঙগীদমক্তনি ঐনা অসুক নংথ্রিবা'

নঙবু তানবা চৎপদা মীবৈবাক্তা লৈক্কবনি, ইতু কায়নবনি, ইচা খাইনবনি, নঙবু থমদুনা অবেম্বনি। শক হায়বসিসু অবেম্বনি। শক্কীদমক উবীবৈনা মথৱায় মাঙখিবনি।"

(৩)

অদুবু রোমান্টিক অমদি মোরেলিষ্ট অইবনা মতম পুম্বদা ৱাখল-তাইবংগী শাখপকা লোয়ননা অৱাংবা অতিযাদা তাউদুনা অমদি ফিদমগী ফিবাল ৱাংনা পাইদুনা লৈবা ঙমখিদে। কৃমথবকখি পুক্সিগী তশেং-তশেংবা লৈমাযথক্তা, লৈবাক খুন্নাইবু নকশিন্না যেংলকখি - উবকখি 'অন্ধবিশ্বাসকী কুযোম্না যোম্লবা কুটিল ওইববা সমাজ', মপূকচেল শেংদবা অচৌ-মচা লাইব-ইনাকখুনবা খাযবা খুন্নাই, লাইনীংলম্বী অমদি চৎনবীগী মিংদা অশেং-অমাং খাযবা খুন্নাই, অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবা খুন্নাই,মতু শোনবশিংগী মীচং লৈজদবা খুন্নাই, অইবনা লৈবাক-খুন্নাইবু নকশিন্না মনুং যৌনা খঙনবা হোৎনবকই। লৈবাক খুন্নাইগী অশোনবা অমদি অশোযবা উবগা, অচুম-অবান খনবগী ৱাখল লৈবক্তবা উবগা, নাতৈ চাদবা অমদি মীনুংশি খঙদবা শাজৎ উবগা থম্মোয কায, তৃমিন্না লৈবা ঙম্লক্তে, খোঞ্জেল কন্না লাউবকই, লালহৌমক নত্রবসু লালহৌগী শক্তম লৌবকই।

'মাধবী' নোভেলদা ইনাকখুনবা ভুবন মপানা মচাগীদমক উবীবৈবু পীযু হায। লৌগে হাযবা য়াবক্তবদা ভুবন মপা-মচানা মৈ হৌনা শাউই, ইনাকখুনবগী নাপন অমদি মীনুংশি খঙদবা শক্তমদো ফৃদোবকই - পীযু হাযবদা য়াদ্রবসু নমদুনা লৌনবা নত্ত-নত্তবা পান্বে কয়া শীজিন্নদুনা ওৎপি-নৈবী, যুম মৈ থায, লংফৈদা শেনথুম তানবা চৎখিবা উবীবৈ মপাবু মী নেক্তুনা লোইশিনখিনবা থৌবাং তৌই, মপা লৈতবা তাঞ্জাদা উবীবৈবু অহিঙদা নমদুনা ফাদুনা পুখিনবা থবক চথে, উবীবৈ মমানা ফমুংদা তাদুনা লৈবা মতমদা কনামতবু শেন্ননবা চঙহন্দে, ঈশিং মবীক অমা ফাওবা পীথকপিনবা মনাক্তা লৈহন্দে। অদুবু মখোযগী অওৎ-অনৈ অসিগী মাযোক্তা লৈবাক-খুন্নাইগী কনামতনা চোংথোবকপা ঙমদে, কনামতনা থৌনা ফবা ঙমদে। লিন্না চিকপগীদি হিদাক লৈ, ফত্তবা মীনা চিকপগীদি হিদাক লৈতে। উবীবৈ অমদি মমা-মপাগী অৱাবা উবগা ভুবন মপা-মচানা খাক্লা খাক্লা নোকই। অসিনি খুন্নাইগী তৌবা ঙম্বা ইনাকখুনবশিংনা তৌনীংবতা তৌবদা কনামতনা কবিমত্তা হাযবা ঙমদবা।

ভুবন মপা-মচাগী মাযোক্তা কনামতনা কবিমতা তৌবা নৎত্রগা হাযবা ঙমদবদু উবগা অইবগী থম্মোয় কায, হায় - "কাঞ্চীবাসী! ওম্বোক্লা তোনখ্রেদা! ভুবন মপাবু ওম্বোক্লা কিথ্রবোই! কাঞ্চীবাসী নখোয়তসু নত্তে; সংসাবগী মী

পূম্নমক অসুম তৌনা ইনাকখুনবগী মীচং ঙাক্তনি। লাইববগী কনা লৈ?” খুন্নাইগী অসিগুম্বা ইনাকখুনবনা লাইবববু ওৎপ-নৈবসি উবদা অইবা ওইনা কমল খাঙবা ঙম্নক্তে, অসিগুম্বা অওৎ-অনৈগী মায়োক্তা লালহৌগুম চোংথোবকই। লৈবাক-খুন্নাইগী মীযাম্না কবিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদ্রসু অইবনা উবীবে মপা মতোমতনা মীনুংশি খঙদবা ভুবন মপাবু লমন খুমহল্লি। মচানুপীবু লম্মাংনহনখিবা, মতৃবু হাযনীংঙাই লৈতনা অৱাবা পীদুনা লাক্লখিবা, লংফৈদা মাবু মোংফমদা খ্বাং ফাওবা ফুমজিল্লগা হাৎনবা লাক্লখিবা, মবাল লৈজদ্রবী মপূবোইবা নীংবীগী মফমদা মবাল লঙজবগীদমক ভুবন মপাবু থাঙশাংনা থম্মোয়দা থূম্না থিঞ্জিনদুনা মথব্রায লৌহনখি। তৌবা ঙম্বা ইনাককৈবাক খুনবশিংগী মথক্তা মসি চাউববা শীংনবা অমনি। লৈবাক-খুন্নাইদা কমলগী অকনবা পাউজেলনি - অসিগুম্বা মীওৎ-মীনৈ অসি কবিগীদমক্তা খাঙদুনা লৈবিবনো, কবিগীদমক্তা যেংদুনা লৈবিবনো? মসি লোইশিনবগী পাঙ্গল নখোযদা যাওদববা? যাওবি। কবিগী শীজিন্নদ্রিবনো?

তৌবগীদি খুন্নাইদা লৈবিবা ইনাকখুনবা খুদিংমক ফত্তবা মীহিংচা ঙাক্তা নত্তে হাযবসিসু কমলনা উই। কবিবাজ বাজেনগুম্বা ইনাক খুনবা, মীগী অৱা-অনাদা মতেং পাংবা মীসু লৈতবদি নত্তে। অদুবু মখোযদসু কল্লক-মিহৌবদি অদুম যাওই - লাইবিক-লাইশু হৈবা অম-নী চোংথোবকপদা মচা-মশূ থাজনবা কোযতান তান্নে, লুহোংবদা চাউনা অউনপোৎ পৈদুনা উৎনীংই। কমলনা মসিবুসু কবেম্নবগী মিৎযেংদা য়েংই।

(৪)

কমলনা পামজবা খুন্নাইদি মীগা মীগা খেন্নবা লৈতবা, মীবু মী ওইনা লৌবা, থোং মান্নবা খুন্নাই অমনি - নিংথৌ প্রজা চাকনিবা ইনাকখুনবা অমত্তা খেন্নবা লৈতবা, চাদ-থক্তবগী অবাম-খৌবাং লৈতবা, কল্লক-য়েংথিবা লৈতবা, অশেংবা অমাংবা চপ মাননবা অদুগুম্বা খুন্নাই অমনি। মসিবু সোসিযেললিজম, হাযবদি মান্নবা খুন্নাইগী ৱাখল্লোনগী খোম্বাংনি হাযবদা থোইনা লাল্লোই। খোম্বাং অসিমক কমলগী শৈবেং ‘চিববিদায’ দা মযেক শেংনা তাবা ফংই।

লাইনীংলম্বী অমদি চৎনবীগী মিংদা ফৃকপ অচৌ-মচা খাযবা, অশেং-অমাং নাইবা, লৌন-লৈনবা য়াদে হাযদুনা খুন্নাইদগী ঈম্থোকতুনা থম্বা - অসিগুম্বা মৈতৈ খুন্নাইবু কমলনা থম্মোয শোক্লা ৱাবৌই, হায-

“মীওইবগী মপোক অসিদদি
পোকহৈদে অতোনবা জাৎতি

সমাজদগী তাম্থোবক্কনি
হাযদুনা অতোনবা জাৎনি।" (চিববিদায)

অশৈবা মশামকসু লৈবাক-খুন্নাইনা যাদবা নুপী লৌকৎবগীদমক ঈথ্থোক্লুনা থম্বীখি, চৈথেং ফংখি। অদুনা থম্মোয শোক্লা ব্রাবৌবতা নত্তনা খোযবাং-খোযশাউনবকখি, ওমচাক্লদুনা লৈবা ব্রামৈ মৈ হৌদুনা চাকখৎলকখি, থৌনা ফনা লৈবাক-খুন্নাইবু খঙজসনু হাযবগী মতাগুম চৈবা হৌবকখি-

"কুটিল ওইববা সমাজদো
লৈখা তাবনি উবীগুম্না
পূকচেল চাউববা জাতিদো
চাওখৎপনি উপালগুম্না।" (চিববিদায)

নিংথৌ অমদি ব্রহ্মসভানা মৈতৈ খুন্নাইগী চৎনবীগী চুপ্লি পাযবিবা মতাংনি। অদুগুম্বা কল্লবা শাফৃগী মাযোক্তা মসি কযাতা কনখ্রবা খোল্লাউনো, কযাতা উশিংখিদ্রবা শীংনবা পাউজেলনো!

লৌন-লৈনবা যাদবগী অকনবা অথিংবা অমদি চৈবাক লৈবিবসি তশেংবদি লৈবাক-খুন্নাইনা শেম্বনি। মসিনা মবম ওইদুনা শাবী-শানৌ কযাগী থম্মোয কযা কাযহল্লিবা, পুক্সি কযা কেমহল্লিবা - অদুনা মসিগী চাউববা পাপতি লৈবাক খুন্নাইগীনি। মমিৎ তাঙলবা খুন্নাইনা খঙগদবদি, অপনব-অথিংবা পূম্নমকসে মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না হোংলক্কদবা ঙাক্তনি। ব্রাহ্মণগা ক্ষেত্রিগা লৌন-লৈনবা যাদবগী ব্রাফম পুখৎলক্লুনা কমলনা মহাক্কী ড্রামা 'দেবযানী' দা উৎলি, হায

"যেংঙুনে লৈবাক-খুন্নাই নখোযনা তৌবিবসে!"

খুন্নাইগী চৎনবী 'ধর্ম পবম্পবা' ঙাক্লবা লৈবিবা নিংথৌ যযাতি মশামক্তা দশা অসি থোক্লববদা যযাতি খনফম থোকখিদে। দেবযানীনা ব্রাহ্মণ চনুনি, অদুগা যযাতিনা ক্ষেত্রিনি। মতাং অসিদা দেবযানীনা থৌনা ফনা হাযখি - "শাস্ত্রগী ব্রাসিদি কান্নদে, লৌনবা যাব-যাদবা হাযবসিদি সমাজনা শেম্বনি, সমাজগী বীতি-বিৱাজ হাযবসি তত্তনা হোংলিবনি - মাংই-শেংই, লৌনবা যাই-যাদে হাযবিবা তুবেলগী ঈচেল অসি মতমগী নোংলৈ অমা শিংলকপদা মবাইনা হোংজখিগনি।" অইবনা হাযনীংলিবদু দেবযানীবু হাযহল্লি। ড্রামা অসিদদি খুন্নাইগী মথক্তা কন্না চৈ থাখ্রে কমলনা। অচুম্বদা থাবা চৈনি। মতম অদুগী লৈবাক-খুন্নাইনা শাউনববসু হৌজিক্তি অহোংবা নাইবগী লাইফাও অদু অচুম্বা ওইববে। ক্ষেত্রিনা ব্রাহ্মণ লৌবদা, শাগৈ-জাত, অচৌ-মচা লৌনবা-লৈনবদা কনাসু কবি থোইদোকপা হাযনদ্রে।

কমলনা যাম্না শাউবিবদি ব্রাহ্মণশিংবুনি। 'দেবযানী' ড্রামাদা মসিগী মৈবী „কন্না ফৃদোবকই। ড্রামাগী শক্তমশিংদা মাগী অশাউবদো ফোঙদোকহল্লি হায়হল্লি - "নিগনবা বামন, মকোক ফম্বা বামন, অহাওবা চাবা বামন। লূখাক চাবা শূদ্র, কোল ফেঙবা শূদ্র। বামন্না ক্ষেত্রি নিঙোল লৌবদি হেক মযাহনবা অদুগা মচাবুনা মমাগী মখুৎ হেক মচাহন্দবা। বামন্না মাংহনগে হেক মাংহল্লি, শেংহনগে হেক শেংহল্লি। সমাজগী চৎনবী তুবেলগী ঈচেল অসি মখোযনা থৈদোক্কে হাযববদি ইবাই-লাযনা থৈদোকই। চৎনবী অযাম্বা মখোযগী খুদোং চানবা শেম্বনি,মখোয খবতগী স্বার্থ ঙাক্লবা মতম মতমগী ওইনা সমাজনা শেম্বনি।" শুক্রগুরুকমক্লা যযাতিদা মচানুপী থাজবিবা অসিনদি ক্ষেত্রিনা বামন লৌবা যাদে হাযবসি যূম্ফম যাওদবা ৱানি হাযবদো ফোঙদোকচবনি। অদুনা অইবনা দেবযানীবু হাযহল্লি - "কনানা ব্রাহ্মণ কনানা শূদ্র। অমগা অমগা কবিসু খেন্নবমদ্রে, পূম্নমক চপ মান্নবন্নে। ঈশ্বরগী মচা ঙাক্তনি,মাগী মফমদা অচৌবা মচা খাযদে। ব্রাহ্মণনি হাযদুনা শিদবা যাব্রা, ক্ষেত্রিনি হাযদুনা হনুদবা যাব্রা?" অইবনা মতাং অসিদা খুন্নাইবু শাবাক ফাক্তোকপগা লোযননা তাইবং-মীওইবগী অৱাংবা ফিদম অদু ৱাংনা থাঙ্গৎলকই।

(৫)

কমলনা মতম অদুগী নুংঙাইতবা ৱাফম অমদসু মমায় ওনশিল্লকখি। মতম অদুগী চৎনবীদা অহন-লমনশিংনা হাযন-শীংনবগা মচা-মশূগী লুহোং-খোঙদোংবা পাঙথোক্লবসিনা ফজবীনি, লেম্নবীনি। লৌগদৌবিবা নুপা লৈগদৌবিবা নুপী -মখোযগী ৱা থোইনা তাদে। মমা-মপাশিংনা নাপনগা লোযননা হায - ঐনা পোকপা ইচাবু ঐনা হাযবা ইন্দ্রবদি ঐনা পোকপগী অবেম্বনিদনা। ৱাফম অসি কমলনা মহাক্কী ৱাবীমচা 'ব্রজেন্দ্রগী লুহোংব' দা লৈবাক-খুন্নাইগী অরুবা ৱাফম অমা ওইনা পুখৎলকই - অবিবা ঈচেলগা অনৌবা ঈচেলগা থেঙ্গাইনবগী। নৌনা লাইবিক-লাইশু হৈবক্লিবা ব্রজেন্দ্রগুম্বশিংনা খল্লি - লুহোংবা হাযবসি অবাযবা থবক নত্তে, পুন্সিগী অৱা-নুংঙাই পূম্নমক্কী শরুক যামিন্নগদৌবিবা অদুগুম্বী নুপীমচা অদুগী মশক অমুক্তা উদনা,মবমচৎ খঙদনা কবম্না লুহোংফাল ফমগদৌবিবনো? অসিগুম্বা অবি-অনৌ থেঙ্গাইনবগী ৱাফম অসি "মাধবী"দা অকনবা পলেপফম খঙদবা ৱাফম অমা ওইনা পুখৎলক্রবসু কাঙদি কাঙথোক্লম্মী। ইনাকখুনবা বাজেন কবিবাজগী মচানুপী অনী লৈবদু অহন্না বীবেনদা অতোম্বীনা ধীবেনদা থাজে। অহল মশেন হেক্তা ৱা লোইথোক্রে। লৌগদৌবিবা অমসুং লৈগদৌবিবা মখোয অদুগী মৱা-

মপাউ তাখিদে, লমচৎ কবম হায়না তৌবা, পূকচেল কবম তৌবা, কবি কবি মগুণ চেনবা - কবিমতা খণ্ডনখিদে। অহন-লমন মশেন যানবগা লোইবে, লৌন-লৈনগদৌবিবা মখোযগী ৱা তাবগী মথৌ তাদে হাযবা অহন-লমনগী ৱাখল অদুগী মাযোক্তা য়ানীংদবা হাইফেৎ ফোঙদোক্লবসু অইবনা কন্না লেপ্লদি ঙমখিদে। লাইবিক-লাইশু নীংথিনা হৈববা বীবেন অমসুং ধীবেনবু তৃমিন্না অদুম যাহনখি। ব্রজেন্দ্রসু যাম্না কন্না যানীংদবসে ফোঙদোকপা ঙমখিদে, মতোমতা তৌফম খণ্ডনা ওমচাক্রদুনা লৈখি। কাইনথংদা অইবনা নমদুনা লোইশিনখি - "ইপা-ইমানা যাবা নুপীসু নঙনি, লাইনা তন্বা নুপীসু নঙনি, ইপূক্লিংনা পামজবা নুপীসু নঙনি।" অবিবগা অনৌবগা শন্দাইনহনখি, অবিবগী মফমদা অনৌবনা কোক নোনখি। মসিমক্তি লৈবাক-খুন্নাইগী অবিবা ৱাখল অমদি নাতৈ চাদবা চৎনবীগী মাযোক্তা লালহৌগুম খোর্জে পাযখিবা কমলগী মিৎযেংগা খবা চান্নফাত্তে। মশামক অবি-অনৌ থেঙ্গাইনবগী অকনবা চৈফূ ফংখিবা কমলনি, অনৌবা মতমগী অনৌবা ৱাখলগী মঙাল ফংববা অদুগুম্বা অইবা অমদা মাসি ঙক্লা থোকই।

মাগী খুন্নাইবু যাম্না নুংশিনা তৌজবা কবি কমলনি। অদুননি লৈবাক-খুন্নাইগী অফ-ফত্ত দোষ-গুণ পূম্নমক যেংজবগা অমসুং উৎচবগা কবিগুম্বা মতাংদনা পেন্না নোকচবিবা, কবিগুম্বা মতাংদনা থীনা চৈবিবা অদুগা কবিগুম্বা মতাংদনা মপূক্লিং নুংশিনা পিবাং শিন্থবিবা। খুন্নাইবু নুংশিজবা মহাক্না খুন্নাইবু কবেম্নবা অমদি চৈবগী হক মহাক্কী লৈ হাযনা খঞ্জে। অদুবু অতোপ্পা খুন্নাইনা অতোপ্পা কাঙলুপনা মণিপুরী খুন্নাইবু কবেম্নবা অমদি উশিত্তবা মতমদদি মহাক খাঙবা ঙমদে। অতোপ্পা কাঙলুপকী মীনা মৈতৈবু 'পাহাড়ী পাহাড়ী' (চীংমী) হাযনা কবেম-কথাইৰনবদা মঙোন্দা তাশোন ওইনা থোক্লখি, হাযখি- 'মেনশিল্লগে নাকোংসি লৈখোমনা, তৃশিল্লগে মিৎসি যেত্তুমনা।" (মৈতৈকোকিল)

মৈতৈগী ফজখ্রবা সাহিত্য, চৎনবোল অমসুং নাৎ অসি মপান্দা ফজনা উৎপা ঙমদবদগীনি মীতোপ্পা মৈতৈবু হন্থনা যেংলিবসি হাযনা অশৈবনা খল্লি। অদুনা মগুণ লৈবা কনাগুম্বা সাহিত্য থৌগল্লোই অমা চোংথোবক্লবদি মৈতৈগী লৈকোন অসি মহৌশানা ফজবগী মথক্তা অমুক হেন্না ফজগনি, অশৈবনা হায-

"মৈতৈগী লৈকোলসে অসুক ফজববা,
তাববদি কোকিলগী খোঞ্জেলতগা,
নিংথিজগবনো কয়াগী মতীক!
ইমিত্তা উবখিদ্রা দৃশ্যদু অমুক।" (মৈতৈ কোকিল)

চীংদা শাৎপী ইঙেল্লেগী পাংখক ওইখিবা, নহা ওইনা কেনখিবা অশেবা মহাক্না যাম্না ঈখৌবাংবা অমগা লোযননা উজনীংখিবা শক্তম অদুমক্তি উবা ফংজখিদে। অদুমকপু মহাক্না যাম্না নীংজবা আশা অমগা লোযননা হাযজবম্বা -

"মৈতৈগী তম্পাক্তা হৌবা লৈবাং,
থাকুসনু সমুদ্র ব্রাংমদা
শাৎলুসনু ভাবতকী বিশ্ববিদ্যালযদা"। (মৈতৈচনু)

হাযবসিমদি ঙসি নীংবা থুংলে হাযবা যাবে। ভাবতকী 'বিশ্ববিদ্যালয' কযাদা, সাহিত্য, চৎনবোল অমদি নাৎকী লৈকোন কযাদা মৈতৈ লৈবাংনা লৈকা ফন্না শাৎলে - মৈতৈ লৈবাংগী লৈনম মালংবা মানা পুদুনা সমুদ্র ঈব্রাং লান্না যৌহনখ্রে।

*মতেং লৌজখিবা খবা :*

১) ডা এলাংবম দীনমণি সিংহ ডা কমল, পুন্সি অমসুং সাহিত্য

২। ডা কমলগী উপন্যাস অমসুং ব্রাবীমচা ডা নহাকপম অরুনা দেবী (ডা কমলগী চামশুবা মপোক কুমওনগী সেমিনাবদা পাথোকখিবা চে)

৩। Di Kamal Singh and His Works L Damodar Singh (Article in the Souvenir Comemorating Dr Kamal Centenary Celebrations)

*[মণিপুবী সাহিত্য পবিষদকী ১৯৯৯ দা ফম্বা চহীগী মীফমদা লাম্হোকখিবা সেমিনাব-চে]*

# হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা বাংলা সহিত্যগী ঈৱায়-ইনিল

মীওবগী শাংলবা হৌখ্রবা ৱাবী অসিদা যূমলোন্নবদগীনি খঙদে তোৎন-তিন্নকুবদগীনি খঙদে কাঙলুপ কযাগী ঈ তিনশিন্নখ্রে,ৱাখল-লৌশিং কযা লৌথোক-লৌশিন তৌনখ্রে, চাকচা-যুথক কযা শক্লোন হোংখ্রে, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ প্রমাণ-পান্থে চীম্থাং-ৱাবী কযা অমগা অমগা লেঙ্গোন্নখ্রে, অনৌবা ঈচেলগা অবিবা ঈচেলগা ঈতিন্নদুনা অমত্তা ওইবা কযা যাওখ্রে। মসিনি চাওখৎপা, চৎনলোনচৎ অমদি নাৎকী খোঙচৎ। খোঙচৎ অসি যাওলগীনি। যাওল অসি পাম্লবসু পামদ্রবসু থিংবদি ওইথোকখিদে, হৌজিকসু ওইথোক্তে। হৌজিক্কী মতমদনা যাওলগী খোঙজেল অসি হেন্নদুম যাঙলি।

লৈবাক-খুন্নাই পূম্নমক্কী হৌখ্র-ৱাবীদা খঙনবু ওইববসু খঙদনসু ওইববসু মসি থোকখি অমসুং থোক্লি। চীংশাং কযানা মবোল মবোল কোযশিন্দুনা লৈবা লমদম ওইবগসু নোংপোক হাবম অমদি নোংচুপ হাবমগী হৱা-নুংশিৎ পোইবৈ লমদম অসিদসু যৌবকখি। অনকপদা লৈবা নোংপোক হাবমগী লৈবাকশিং অমদি নোংচুপ হাবমগী লৈবাকশিংগা লৈবাক অসিগা যাম্না নক্লবা মবী লৈনবকখি, লৈনদবা যাখিদে। অদুনা লৈবাকশিং অসিগী লোনচৎ-শাজৎ, ফিজেৎ-চাকচা, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, ৱাহৈ-ৱাতা, ৱাখল-ফিদম, যূম্বান-কৈবান, থবক-থৌবম অসিনচিংবা হীবম কযাগী মমি নৎত্রগা ঈৱাই-ইনিন লৈবাক অসিদা তাখি। লৈবাক অসিগী হৱা-নুংশিৎ যূমলোন্নবা লৈবাকশিংদা তাখিদবসু নত্তে।

মযায চনবা যুগ অদুৱাইদগীদি নোংপোক হাবমগী লৈবাকশিং, মব্দ ওইনা অৱা লৈবাক্কা লৈনবকপা মবী অদুদি থোইনা অফবা ওইবকখিদে, মতম অযাম্বদা হুইযেন-লাম্থেংনবগী মওংদা লৈবকখি। অমবোমদা, নোংচুপ হাবমদা লৈবা মযাং লৈবাক্কা লৈনবকপা মবী অদুদি অযাম্বা মতমদা মব্দপ-মপাং ওইমিন্নবগী মওংদা লৈবকখি। মযাং লৈবাক হাযবগা মতম অমদা

কাছাড়খক্তা (হৌজিক্কী ববাক তম্পাক) ওইনা খঙনবম্মী, মতুংদা সুবমা তম্পাক অসি ওইনা খঙনবকখি। হায়বিবা মযাং লৈবাক অসিগা মণিপুবগা লল্লোন-ইতিক্কী মবী লৈনবতা নত্তনা মবম অমদগী নৎত্রগা অমদগী মণিপুবী মচাশিং ময়াং লৈবাক্তা খুন্দা-লৈতাখি অমদি লৈঙাক্লোনগী থৌদোক-ব্রাথোক কযানা মবী অসি কনশিনহল্লকখি। নিংথৌ মচা-মশূ কযা, মখোযগা লোযনবা অঙম-অথৌশিং অমদি মখোযগী তুংইনবা মীচম প্রজা কযাসু লাঞ্জেনবদনি খঙদে, অতোপ্পা হীবম অমননি খঙদে মতম খবদংগী শাইদাংবতা নত্তনা চান্ননা খুন্দা লৈতাদুনা লৈবকখি। হৌজিক্কী বাংলাদেশকী কোনুং ঢাকা ফাওবা মৈতৈশিংনা খুন্দা-লৈতাদুনা লৈখিবগী ব্রাবী মযাম্না খঙনবি। হৌজিক হৌজিকসু ঢাকাগী মযোলমক্তদা 'তেজগাঁও মণিপুবী পাড়া' হাযবা মফম অদুনা, হৌজিক হৌজিক মণিপুবীগী যূম অমত্তা লৈত্রবসু, মতম অদুগী নুংশিববা ব্রাবী কযা নীংশিংহন্দুনা লৈবি। মফম অসিগী মিবপুবদা চহী কুমজা কযাদগী লৈবক্লিবা মণিপুবী হাইস্কুলনা হৌজিকসু মণিপুবীশিংবু নুংশিনা নীংশিংলি।

নোংচুপ হাবম অসোমদগীনি হিন্দু লাইনীং লম্বী, চৎনলোনচৎ মণিপুবদা চঙলকখিবা, অদুগা মসিগা শাগোন্নবা লোন, সাহিত্য, অমদি নাৎ বঙ্গোপসাগব (বে ওফ বেঙ্গোল) দগী নোংলৈ-নুংশিৎনা চীংলোন মাপন লান্না হুন্নক্তুনা মণিপুব যৌবকখি। কনানসু থিংবা ঙমখিদে। হিন্দু লাইনীংগা লোযননা, মব্দ ওইনা, গৌড়িয বৈষ্ণব লাইনীং লম্বীগা লোযননা যৌবকখি সংস্কৃত অমদি বাংলা লোন অমসুং লোন অনীসিগী সাহিত্য। অদুবু যাম্না কন্না হাইজিল্লকখিবদি বাংলা লোন অমসুং সাহিত্যনি। অদুনা মণিপুবী সাহিত্যগী মযায চনবা তাংককতা ঐখোযনা থেংনৈ বাংলা লোন্দা ইবা বামাযণ অমদি মহাভাবতনা মণিপুবীদা শাযোল্লকপা - শৈবেংদা ইবা ফাওখ্রবা ব্রাবী লাইবিক অনীসিগী মপূংমক চপচানা নৎত্রবসু বামাযণগী কাণ্ড খবা, মহাভাবতকী পর্ব খবা। ব্রাবীগী পবীং খবা নীংখা তম্না লীবতা নত্তনা ব্রাহে-ব্রাতা লৈশি-লৈথোনবদা বাংলা-সংস্কৃত ব্রাহৈ কযা মবাঙ কাযনা শীজিন্নবা মতাং অসিদগী হৌবকখি। মদুতা নত্তনা বাংলা-সংস্কৃত-মণিপুবী পূনশিল্লগা ব্রাহে-নাচোম কযা লোনগী লৈতেং ওইনা চঙশিল্লকখি। খূদম - চীংঙু বিধি নোংদম্বা, প্রসঙ্গ ব্রাবী নুংঙাইবা, চিন্তা লাইজ ঈথৌলাং অসিনচিংবা।

### হৌজিক্কী মণিপুবী সাহিত্যনা খোঙচৎ হৌবকপা:

হৌজিক্কী মণিপুবী সাহিত্যনা খোঙচৎ হৌবকখিবসি ইংবেজশিংনা লৈবাক অসি খূদুম চল্লবা মতুংদনি। মণিপুবদা নোংচুপলোমগী মহৈ-তম্বিবগী পথাপ শন্দোকপা হৌবকপগী মতাংদা বাংলানা ভর্নাকুলব লোন ওইবা তাখি। মদুগী

মব্দ ওইবা মবমদি মতম অদুদা স্কুলদা তম্মনবা টেক্সটবুক ওইবা যাবা লাইবিক মৈতৈবোলদা লৈবমদবা অদুনি। মসিগী মতাংদা বেঙ্গোল সবকাব অমদি আসাম সবকাবনা তম্মনবা লাইবিকখক্তা নত্তনা শেলগী তেংবাংসু পীবকখি। [E W Dun, *Gazetteer of Manipur]* । শ্রীহট্ট (সিলেট) জিলানা আসামদা চল্লিঙৈগী ৱানি।

মযাম্না খঙনবিবদুনি, মণিপুবদা থিযেটব শান্নবা হৌখিবসি বাংলা লোন্দনি - বাংলা 'নাটক' নি। বাংলা নাটক্কী ৱাঙাঙ-শাঙাঙ অদুনা থিযেটবদা কৃন্নিবা মীওইশিং অদুতা নত্তনা কুম্মৈ যেংলিবশিংদসু অকনবা ঈৱায-ইনিল পীখি। অদুনা চহী খবা লৈবগা 'পাগলিনী' অমদি 'পার্থ পবাজয' মৈতৈবোলদা হন্দোক্লুনা শান্নবদা বাংলা ড্রামাগী স্টাইলদা ঙাঙব-শকপদো ফজবীনি হাযনা লৌনখি। মণিপুবী থিযেটবদা বাংলা নাটক্কী ঈৱায-ইনিন যাম্না কনখি হাযবসিমদি মযাম্না খঙনবা ৱানি, মথং মথং বাংলা নাটক কযা হন্দোক্লুনা শান্নখিবদুনা মদুগী প্রমাণনি।

মতম অদুগী লাইবিক-লাইশু খবা খবা হৈববা মীওইশিংনা বাংলা ৱাহৈ থেংলে-থেংলদুনা ঙাঙবসি লেমজবী ওইনা লৌনবম্মী, ৱা ঙাঙবদা বাংলা ৱাহৈ অম-নী যান্দ্রবদি লাইবিক হৈবা মাল্লমদে। মণিপুবগী মতম অদুগী স্কুল অমদি সবকাবগী লোযশঙশিংদা থবক তৌননবা কৌথোবকখিবা কাছাড-সিলেটলোমদগী বাংলানা লাইবিক-লাইশু তম্লকপা অমদি বাঙ্গালী মবক্তা লৈবকপা মৈতৈমচাশিং অদুগী মতৌ তম্বদগীসু মসি খবা হেন্না পাম্নবকখিবা ওইবম্বসু যাই। ঈবাৎ-থৌনিদা, লুকলেন কৎপদা ঈশিংবু অমাংবদৌনা 'জল' না ঈম্থোবকখি। ৱা ঙাঙবদা বাংলা ৱাহৈ যানবসি কযামুক পাম্নবকখিগে হাযবদা, মদুগী খৃদম অমা অশৈবা খ্বাইবাকপম চাউবনা ফাগি ওইনা মহাক্কী ৱাবেং অমদা পল্লি - 'আপনানা যাইসি হাযবা স্থানদা হেক্তা যাইসি।' মসি হায হাযদুনা মতমদুগী চংনবীবু কবেম্নবদি নত্তে। কবেম্নফমসু থোক্তে। ফজবা অমদি চংনবী হাযবসিদি মতম মতমদুগী ৱাখল-মিংযেংদা যাম্না লৈখ্রে।

কুনশুবা চহীচা হৌবকপগী অদুৱাইদা মণিপুবী লোন্না স্কুলগী থাক্তা লাইবিক তম্বগী ৱাখল অসি মীওই খবদা কন্না ফাওবকখি। পান্দম অদো থবক্তা ওম্থোকপা ঙম্মনবা অহানবদা বাংলা লোনগী তম্মনবা লাইবিক কযা মণিপুবীদা হন্দোকপা হৌবকখি। ঈশ্ববচন্দ্র বিদ্যাসাগবগী 'বোধোদয' (লৌশিং তাকপা হাযনা হন্দোকখিবা) মতাং অসিদা পনবা যাই। বাংলাগী তম্মনবা লাইবিক অতৈসু মথং মথং হন্দোক্লকখি - নীতিসুধা (পাওমেন), নব নীতিসুধা (অনৌবা পাওমেন) অসিনচিংবা। হান্না, মণিপুবী লোন্না লাইবিক তম্লগা কবিসু কান্নবোই,

মণিপুৰীদা সাহিত্য শেমগৎপা যাবোই হায়না হায়বন্বা কাওবু অমা লৈবন্বদো ৱাখল তাবকপগুম তৌবকখি। মণিপুৰী লোন অমদি সাহিত্যগী মতাংদা ৱাখল-ঈচেল অনী লোঙনা চেল্লন্বদো পূনশিল্লকখি। মৈতৈবোল চাওখৎনবগী থবক-থৌবমদা মতেং পাংখিবশিং অদুগী মফমদা তৌবীমল খঙবা উৎপা ওইনা খ্বাইবাকপম চাউবনা মহাক্কী 'মীতৈ সাহিত্যগী মবমদা খবা' হায়বা ৱাবেং অদুদা অসুম্না পল্লি - 'মসিগী মবমদা ঐখোয়না - বেভাবেণ্ড পেটিগ্রু সাহেব, জোনস্টোন স্কুলগী হেডমাস্টব মিস্টব উইন্স, স্কুল অসিমক্কী ওজা ৺বামসুন্দব বায়গী মমিং পনবা চুমই হায়না খল্লি। পেটিগ্রু সাহেবকী মীতৈবোল নুংশিবা, মহাক্না লেংবা ব্যাকবণ, অনুবাদ-লাইবিক্কী থবক্তা তেংবাংবা, ইংলিশ-মণিপুৰী ডিক্সনাবীগী ৱা অযাম্বনা তাবম্বা যাই, মিস্টব উইন্সকী মণিপুৰী পাউবৌ, ইংলিশ-মণিপুৰী ডিক্সনাবী অমসুং মৈতৈলোন পাম্বা অমসুং মীতৈলোন চাওখৎনবগী থবক্তা তেংবাংবা ঐখোয় অযাম্বনা উহৌবে, তাহৌবে। ৺বামসুন্দব বায়গী পাবা নুংঙাইবা, ধাবাপাতনচিংবা মীতৈলোনগী লাইবিক অযাম্বা পাহৌবম্বসু যাই। গ্রন্থকাব ইশামকসু মহাক্কী থৌইনশিন নৎত্রগা মোইথেমদা হায়গে হায়ববসু অহানবদা ফববসু ফৎত্রবসু ইবদা অপাম্বা পোকখি। মখোয়গী লাইবিকশিংদু মীতৈ সাহিত্যদা থোইনা শীংথানবা যাবমক নৎত্রবসু মখোয়গী থম্মোয় অদুবু থাগৎত্রবদি ঐখোয় তৌবিমল খঙদবা তাবনি।'

অসুম হায়না বাংলাগী ঈৱায-ইনিলদা শাগৎলকখিবা অনৌবা মণিপুৰী সাহিত্যগী তুংদা লাকপা খোঙচৎতা ঈৱায-ইনিল অসি কন্দায় ফাওবা লৈখিবগে হায়বদো মশক নাইবা অশৈবা অমদি অইবা খবা লৌখৎলগা নৈনদুনা যেংবা যাই।

**খ্বাইবাকপম চাউবা:**

বামসুন্দব বায়না পূক্লিং থৌগৎপিবদগী ইবদা অপাম্বা পোকখিবা খ্বাইবাকপম চাউবদা বাংলা-সংস্কৃত অমদি ইংবাজী সাহিত্যগী মমি ফজনা তাই। অদুবু মঙোন্দা যাম্না কন্না মমি তাখিবদি বাংলা সাহিত্যনি, বাংলাগী অইবশিংনি। অইবা মশামক্না মহাক্কী ৱাবেংগী লাইবিক 'ফিদম' গী (১৯২৫) ৱাহৌদোক্তা অসুম্না হায় - 'লোনগী মবমদা মবাইনা চঙজবকপা সংস্কৃত বাংলা খবদি খঙনববা মীতৈলোননি হায়না খঞ্জদুনা থাদোক্লবা তৌজদ্রে। লাইবিক অসি লেংবদা বঙ্গদেশকী মমিং চৎলবা কবি ৺কালীপ্রসন্ন ঘোষকী প্রভাতচিন্তা, নিশীথচিন্তা, নিভৃতচিন্তা, ৺বামেন্দ্রসুন্দব ত্রিবেদীগী প্রকৃতি, কর্ম্মকথা, জিজ্ঞাসা, বঙ্কিমবাবুগী বিজ্ঞান বহস্য, লোকাচাব, শ্রীযুক্ত ববীন্দ্রনাথ বাবুগী স্বদেশ, টেনিশন, মেকলেগী ইংলেণ্ডগী ইতিহাসনচিংবগী ৱাখল অযাম্বা পূজবি ।' ফিদমগী মতুংদা

ফোঙলকপা ৱাবেংগী লাইৱক 'ৱাখল' (১৯২৭) অমসুং 'ৱাখলগী ঈচেল' (১৯৩০) অনীসিদসু অইবনা মথক্তা পল্লিবা অসুম হায়না পল্লি। অদুবু ইংলিশ কবি অমদি অইবশিংগী ৱাদি পনখিদ্রে। মসিনা তাকপদি বাংলা লোনগী কবি অশৈবা অমদি অইবশিংনা মঙোন্দা হেন্না ঈৱায-ইনিল পীখি হায়বসিনি। অদুনা ঐখোযনা উই, মথক্তা পনখ্রিবা বাংলা 'প্রবন্ধকাবশিংগী' ৱাবেংশিংদা চেল্লিবা ৱাখল-ঈচেল চাউবনা মশাগী হৈনজবী মওংদা নৌহৌননা অমুক ইথোকই, কবি কবিগুম্বদনা হন্দোকপগী মওংদা। মতাং অসিদা পনবা যাবা অমনা, চাউবগী মব্দ ওইবা পান্দমদি অমবোমদা সাহিত্য শেমগৎপনি, অদুগা অমবোমদনা স্কুলগী তম্নবা লাইবিক্কী অৱাৎপা মেনখৎপনি - শম্না হাযববদা, কাংসু যেংবনি হৈবাসু যোনবনি। অদুননি হৌজিক্তি থোইনা নীংশিংনদ্রবা অদুবু মতম অমদা ৱাবেংবা অমা ওইনা বাংলা সাহিত্যদা থোইদোক্লা মমিং চৎলম্বা, স্কুলগী তম্নবা লাইবিক্তা তোযনা যাওবম্বা কালীপ্রসন্ন ঘোষকী ৱাবেং কযাদা চাউবনা থোইদোক্লা খোযদাকবিবা। চাউবগী 'ৱখলগী ঈচেল'দা যাওবিবা 'কবি অমদি ঈশ্বব ভক্তি' হাযবা ৱাবেং অসি কালীপ্রসন্ন ঘোষকী 'প্রভাতচিন্তা' দা যাওবিবা 'নীবব কবি' অমদি 'ঈশ্ববে ভক্তি' হাযবা ৱাবেং অনীসিদগী লৌথোকপনি। চুম্নগী মনুংদা চেল্লিবা ৱাখলগী পবীং অমদি খুৎফোঙদোক মান্নবতা নত্তনা কবি কবিগুম্বা মতাংদা হন্দোকপগী মওংসু মাল্লকই। খুদম ওইনা 'কবি'গী অবোইবা পবেং খবা লৌখৎলগা যেংবা যাই-

'মখোযগী মফমদদি ধৰ্ম্ম হাযবসি অৱাবা লাইনীং নৎত্রে। মখোযগী পূকচেল অদু ওলাংথাগী লৈবাংগুম থোৎলি, সোবাবেনগী বজ্রদগী হেন্না কল্লি। মখোযগী আশানা বসন্তগী দূতকী মশক ওইববা কোকিলগী মতৌগুম্না তাইবংমীগী থম্মোয ঈংনবগী মশক্লি। ভক্তিনা অসিগুম্বা কবিগী থম্মোযগী লৈকোন্দা কুম্বী-কালেন নাইদনা শাৎলবা লৈবাংনি, মখোযগী খূযাগী উফুল তাবতনা পৃথিবী অসি মীওইবনা লৈবা যাবিবনি, নৎত্রবদি মশাগী ওইজবতা থিবগী মৈবী মবক অসিদা কনানা হিংদুনা পানবা ঙমগবা, মখোযনা শীজিন্নখিবা মবম্না মীওইবগী লোন্না অৱা-নুংঙাইবা মতম পূম্নমক্তা মীওইবগী থম্মোযবু পূকমেন পাউমেন্নবা ঙল্লিবনি ।'

মতেক খবা অসি কালীপ্রসন্নগীদা অসুম হাযনা লৈ-

-'তাঁহাদিগেব আকাঙ্খা স্বভাবতঃই জগতেব সুখ-প্রবর্ত্তিনী জগতেব হিত-সাধিনী, তাঁহাদিগেব আশা বসন্ত সমাগমেব প্রিযসংবাদ-দাযিনী কোকিলেব ন্যায পীযূযবর্ষিনী। ধৰ্ম্ম তাঁহাদিগেব কাছে কঠোব ব্রত নতে। ধর্ম ও জীবন, সুখ ও সাধনা এই সমস্তই তাঁহাদিগেব কাছে এক এবং অভিন্ন পদাৰ্থ। সমীবণ তাঁহাদিগেব স্বৰ্গোপম পবিত্র স্পর্শে শীতল ও সুবভি হয় বলিযাই আমবা বাঁচিযা

আছি, নচেৎ এই স্বার্থ চিন্তাময সংসাব-মরুতে সকলেই প্রাণে মবিতাম। পৃথিবী তাঁহাদিগেব পদবেণু প্রাপ্ত হইযাছে বলিযাই মনুষ্যেব নিবাসযোগ্য হইযাছে, নচেৎ ইহা নিবস-নিবাস হইতেও ভযঙ্কব বেশ ধাবণ কবিত। তাঁহাবা ব্যবহাব কবিযাছেন বলিযাই, মনুষ্যেব ভাষা অদ্যাপি শোক-দুঃখেব নিদাকণ পবীক্ষাসমযে মনুষ্যেব দগ্ধহৃদযকে শীতল কবিতেছে, নৈবাশ্যে আশ্বাস দিতেছে ।' (প্রভাত-চিন্তা, নীবব কবি লামায ৯-১০)

অসুম্না চাউবগী ব্রাবেং কযা কালীপ্রসন্নগী ব্রাবেং কযাগী ব্রাখল-পবীং লৌবতা নত্তনা প্রমাণ-পান্থে ফাওবা লৌবা যাওই - শম্না হাযববদা চপচানা হন্দোকপমক নৎত্রবসু ব্রাখল-পবীংগী শাযোন্নি হাযবা যাই। চাউবগী ফিদমদা যাওবিবা 'নৈবাক্বী কহী' হাযবা ব্রাবেং অসি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী 'দেশীয বাজ্য'গী ছাচাদা ইবনি। ফিদম অসিমক্তদা যাওবিবা 'প্রলয' হাযবা ব্রাবেং অসিসু বামেন্দ্রসুন্দব ত্রিবেদীগী মমিং চপ মান্নবা প্রবন্ধ অমগী শমজিল্লগা ইবনি। শম্না হাযববদা, চাউবনা বাংলাদগী ব্রাবেংশিং অসি লৌথোকপা মতমদা কবিগুম্বদা শমজিল্লি, কবিগুম্বদনা খবা শেমদোকই, অদুগা কবিগুম্বদা মণিপুবীদনা চাশিন্নবা যাননবা মওংদা হাপতোক-হাপচিন তৌই নৎত্রগা লমদম অসিগী ফিজোল শেৎচিনবি।

চাউবগী নোভেল 'লবঙ্গলতা' দসু বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যাযগী মমি তাবা উই। বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস 'দুর্গেশনন্দিনী' হিস্টোবিকেল নোভেলনি, লবঙ্গলতা-সু হিস্টোবিকেল নোভেলনি। হৌখ্র ব্রাবীদা যূম্ফম ওইবনি হাযবগীদমক *লবঙ্গলতা* দা *দুর্গেশনন্দিনী* গী মমি তাই হাযবা নত্তে। নোভেল অনীসিগী থৌদোক-ব্রাথোক্বী মফম খেন্নে - অমনা মণিপুবদনি অদুগা অমনা বঙ্গদেশতনি। অদুবু *লবঙ্গলতা* দা ব্রাবীগী প্লোট শাগৎপগী মওং, বোমান্টিক এটমোসফেযাব শাগৎপগী মতৌ, মহৌশাগী ফজবা শক্তম যেকপগী খূৎযেক - অসিনচিংবা *দুর্গেশনন্দিনী* দা ঐখোযনা উবিবা অদুগা মতাং মতাংদা মান্নবা কযা যাওই। *দুর্গেশনন্দিনী* গী হেক হৌবদা ঐখোযনা উই - কালেনথাগী মাকমৈদা নোংমা নুমিদাংব্রাইবম নুমিৎনা যাচংলমদাই মতমদা মশক-মতৌ চঙখোল্লবা পাখং অমা যাঙ্গোই খুরুপ কন্না থৌদুনা মন্দাবণগী লশ্বীদা চৎপা। কনানো পাখং অসি অইবনা তাকথোক্তে। *লবঙ্গলতা দসু হেক অহৌবমক্তদা* 'বসন্তগী সন্ধ্যা-যাচংলকপা মতমদা ইম্ফাল তুবেলগী তোর্বান্দা মশকমতৌ ফজববা পাখং অমা শগোল খুরুপ কন্না থৌদুনা চৎপা' উই। পাখং অনীমক্বী মপৃক্লিং যাম্না লাঙতক্লে। উৎলিবা মওং-মতৌ অনীমকসি চপ মান্নবদৌনা তৌই। লবঙ্গলতাগী অইবসু পাখং অসি কনানো হাযদোক্তে, হাযদোক্তনা থমই, অপাবদা ওনশিন্দুনা হংই - শগোল তোংবা পাখং অদু কনানো?

চাউবগী শৈবেং কয়াদসু বাংলা অশৈবা কয়াগী মমি তাবা উবা ফংই। কৃত্তিবাসী বামায়ণগী মতেক অমা 'শক্তিশেলনা পান্দুনা লক্ষ্মণ তুববদা শ্রীবামনা তেংথাবা' অমদি কাশীবাম দাসকী মহাভাবতকী মতেক অমা 'একলব্য' . . অসিনচিংবা শৈবেং মতেক মতেক হন্দোকপদা নত্তনা মমিং লৈববা কবি হেমচন্দ্র বন্দ্যোপাধ্যায়নচিংবদগী হৌনা মশক মমিং থোইনা খঙনদবা অশৈবা কয়াগী শৈবেং কযাসু চাউবনা হন্দোক্লম্মী। তৌবগীদি হন্দোক্লম্লিবা শৈবেং অযাম্বদি স্কুলগী তম্নবা লাইবিক্তা হাপ্পনবনি। মহাক্কী *কান্নবা ব্রা* গী ব্রাহৌদোক্তা অশৈবা মশামক্লা অসুম্না হায - "*ভবতনা ময়াম্বা নীংবা* অদুগা *হজবত মহম্মদ* হাঙ্গবা ব্রাবেং অনী অসিদি শ্রীপ্রাণকুমাব গুহগী লাইবিক অমদগী লৌখত্তুনা ভাবার্থ অনুবাদ তৌবনি অমসুং মৈতৈমচাগী মতীক চানবা ওম্লোক্তুনা শেম্বনি।" থোইনা মমিং-মথা খঙনদবা অশৈবা অমগী শৈবেং - 'এ ভব, ভুবন মাঝে যখন যেদিকে চাই/তোমাব করুণাবাশি কেবলই দেখি পাই' হাযবসি চাউবনা অসুম্না হন্দোকই - 'তেংবানবসিদা যেংখি যেংখিবদা/ইবুঙোগী থৌজাল্তা উবি,' (ঈশ্বব)। অতোপ্পা শৈবেং অমা 'মীগী কান্নবা তৌবা' হাযবসিসু মমিং থোইনা খঙনদবা কবি অমগী 'পবোপপকাব' হাযবা শৈবেংগী অনুবাদনি। অশৈবনদি অনীমকসি অনুবাদনি হাযনা পল্লমদে। অকোনবগী শৈবেং অসিগী অহৌবা পবেং অসুম্না লৈ - 'নদী কভু পান নাহি কবে নিজ জল ', চাউবনা অসুম্না হন্দোকই - 'থক্তে তুবেলনা মশাগী ঈশিং/কোকহল্লি মীগী খৌবাংবা .'

গৌডিয বৈষ্ণবধর্মদা চেৎনা থাজজবা চাউবদা মালেম ফাওববা অশৈবা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী শৈবেংনা শুহ্মৎযাই ওইনা থোল্লুবদা ঙক্লীংঙাই ওইদে। অদুনা *গীতাঞ্জলি* অমদি *নৈবেদ্য* গী নুংশিববা খোঞ্জেল অদু চাউবগী শৈবেংদসু থোল্লকখি - 'খোংদ্রে ইমা ঐগী বীণাসে/ঐগী অচম্বা খূৎখৎসিদদি ' অমদি 'চৎকদবা চৎখিসনু, নঙদা লৈবিযু নাক্তা/চেল্লাগী নুংশিবা কোলোথ লেপখ্রনি যাচংবদা...' অসিনচিংবা।

সংস্কৃত ব্রাহে শীজিন্নবগী ব্রাফম চাউবা মশামক্লা হাযবম্বা মথক্তা পনজখ্রে। অদুবু তশেংবদি, মৈতৈবোলদা চঙলকখিবা সংস্কৃত ব্রাহে অযাম্বদি বাংলাগী ফিজোল শেংলগা চঙলকখিবনি। চাউবগী ব্রাবেং-শৈবেং কযাদা অসিগুম্বা ব্রাহেশিংসে মবাঙ কাযনা থেংনৈ - জীবন-লীলা, আকাশ-পাতাল, ভাষাচর্চা, ভাবপ্রবণ অসিনচিংবা।

**হব্রাইবম নবদ্বীপচন্দ্র:**

বৈষ্ণব ধর্মনা মণিপুবী খুন্নাইদা চং যৌনা শুহ্মৎযাই ওইবিঙৈ মতাং অদুদা অশৈবা অমদি অইবশিংদা মসিগী ঈব্রায-ইনিল কন্না তাখিবা হাযবসি মশানা

তাবনি। মপানগী ঈৱায-ইনিন থোইনা তাখিদে হায়না লৌনবিবা অশৈবা হিজম অঙাংহল ফাওবনা খম্ববু শ্রীশ্রী খম্বা মহাপ্রভু হায়না নোঙ্খুকপা উৎলিবদুনি। *খম্বা-থোইবী শৈবেং* দা চাওববা শৈবেং-ৱাবী অসিগী থৌদোক-ৱাথোক থোকখিবা মতম অদুগী চৎনবোল অদোমদা ৱাখল থোইনা তৌকদনা চন্দোন থিনবা, বৃন্দাদেবী খুকম্বনচিংবা যাওবিবদুনি। অদুনা বৈষ্ণব ধর্মগী ৱাখল্লোনদা লূপচবা নবদ্বীচন্দ্রগুম্বা অশৈবদদি বৈষ্ণব পদাবলী অমদি মহাক্কী মতমগী অথোইবা অশৈবা ৱবীন্দ্রনাথকী নোঙ্খুক্লা চাঙবগী 'ভক্তি-প্রেম' গী শৈবেংশিংনা লাযনা শুক্সৎপা ঙমখি। অদুনা নবদ্বীপচন্দ্রগী শৈবেংদা থোক্লকখি তাইবং শেম্বা মাগী মফমদা ঈখৌবাংবা সুব - 'তাকপিবি নহাক্লা খূদম্না উত্তুনা', 'নহাকপু থিবদা হৌখবে পুন্সি' - অসিনচিংবদা। মসিনা ওইবম্বা তাই নবদ্বীপচন্দ্রনা গীতাঞ্জলি হন্দোকপগী মাযকৈদা চঙশিনবা হৌকবিবা - 'ঐহাক্কী ইকোকসে নোলহনবিযুকো/নহাক্কী চবণধূলি মখাদা/লূপহল্লো ঐহাক্কী নাপলগী মপৈ/ ইমিৎকী তবং লাইজদা।' অদুবু *গীতাঞ্জলি* শৈওনবদি মথা তানা তৌবমদ্রে। মণিপুৰী শৈওন-সাহিত্যদা নবদ্বীপচন্দ্রগী থোইদোকপা খূদোল মাইকেল মধুসদন দত্তগী *মেঘনাদ বধ কাব্য* নি। মসিবু মহাক্লা মেঘনাদ তুবা কাব্য হাযনা হন্দোক্লম্মী। মমিং চৎলবা ফজখ্রবা শৈবেং-ৱাবী অসিগী *'সর্গ'* মাপনগী মনুংদা মঙা ফাওবা মহাক্লা হন্দোক্লম্মী। চহী কযামুক মতুংদা অশৈবা অশাংবম মীনকেতন্না অৱাৎপা তাংককশিংদো মণিপুৰীদা শাযোনখি। মাইকেলগী *মেঘনাদবধ কাব্য* না মৈতৈ অশৈবশিংদা কযামুক শুক্সৎখিবগে হাযবদা মীনকেতন্না অৱাৎপা তাংককশিং হন্দোক্লবা মতুং চহী কযামুক লৈবগা নিঙোম্বম ইবোবীনা মশানা পামজবা মওংদা মসিবু অমুক মপূং ফানা হন্দোকখি।

**অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎ:**

বাংলা সাহিত্যদা মতম অমা যাম্না অকনবা ঈহৌ অমা লৈবম্মী শৈবেং-ৱাবী (কাব্য) লেংবগী। ঈহৌ অসিদা শীংথানীংঙাই ঈনোৎ হাপখিবা অশৈবশিংগী মনুংদা মাইকেল মধুসূদন দত্ত অমনি, মতম অদুগী খ্বাইদগী মশক নাইবা অশৈবনি হাযবা যাই মহাক অসি। *মেধনাদবধ কাব্য* গীদমক মহাক্কী মমিং থোইদোক-*হেন্দোক্লা* চৎলবসু মহাক্কী *তিলোত্তমা সম্ভব কাব্য, বীবাঙ্গনা কাব্য, ব্রজাঙ্গনা কাব্য* অসিনচিংবশিং, শৈবেং-ৱাবীগী ফজববা গুণ চেনবা খূদোল ঙাক্তনি। বাংলা সাহিত্যগী ঈহৌ অসিগী ঈবাওখোল থেঙলবসু থেঙনা মণিপুব যৌবকখি। মসিনা অবাম্বম দবেন্দ্রজিৎপু শৈবেং-ৱাবী লেংবগী ঈথিল পীখি, লেংখি *মেঘনাদবধ কাব্য* গী মওংদা *কংসবধ কাব্য*। *মেঘনাদবধ কাব্য*গী

মওংদা *কংসবধ কাব্য* দা তাংককপু *'সর্গ'* হায়না থোল্লি, খণ্ড নৎত্রগা পর্ব হায়না থোন্দে। মেঘনাদবধ কাব্য না সর্গ মাপন্নি, *কংসবধকাব্য* গীনা সর্গ তবেৎনি। কংসবধ কাব্যগী সর্গ অমমম্ লোইশিল্লকপদা দবেন্দ্রজিৎনা 'ইতি শ্রীকংসবধ কাব্যে.. ' হায়না *মেঘনাদবধ কাব্য* গী সর্গ লোইশিল্লকপা খূদিংদা হায়বগুম্না পল্লি। খবগা অমুক মনুং হুন্না যেংলগদি শৈবেং-ৱাবী অনীসিগী মান্নবা কযা অমসুং থেংনৈ। মাইকেলনা *মেঘনাদবধ* লেংবসি 'অমিত্রাক্ষর' ছন্দদনি, মসি বাংলা সাহিত্যদা ইনৌ নৌবা মওং অমা ওইনা থোকখি। মসিগীদমক্তা মহাকপু অতিযা খেংনা থাগৎনবা কাওবু য়াওখি, অদুগা লৈখা-তানা থাদবা কাওবুসু যাওখি। অমিত্রাক্ষর ছন্দতা নত্তনা মাইকেলনা শৈবেং-ৱাবী অসিদা অনৌবা পোৎশক অমগসু চাংযেংই - 'নামধাতু' শীজিন্নবগী, হায়বদি নাউননা ভর্ব ওইনা শীজিন্নবগী। মাইকেলগী মতৌ তমদুনা দবেন্দ্রজিৎসু অমিত্রাক্ষর ছন্দনা মহাক্কী কংসবধ কাব্য লেংবতা নত্তনা নাউন্না ভর্ব ওইনা শীজিন্নবসু হৌদোকখি। 'সনাসঙ্গাই মাঙ্গোন্দা সভা *বিদাযবমদুনা*', '*জবাঞ্জবে* ইন্দ্রানী', 'অসুপ চাউনা নিংথিনা *সাজ-সাজোন্নদুনা*', 'যাত্রা পূংফম ক্ষেনফল্লে', 'থেক্না ঙংনা চৎপগুম যৌদেম *শব্দাযনবন্মী*' - অসিনচিংবা মশীং নাইদনা নাউননা ভর্ব ওইনা শীজিন্নবা শৈবেং-ৱাবী অসিদা থেংনৈ। মাইকেলনা সংস্কৃত ৱাহৈ ফজ-ফজববা থিদুনা, কবিগুম্বা মতাংদনা ডিক্সনাবী ফাওবা ফাক্কুনা শৈবেং-ৱাবীদা ৱাহৈ-লৈচন চানা হাপ্পবা হোৎনখি। অদুতসু নত্তনা ৱাহৈ অনীহুম পূনশিল্লগা ফজববা ৱাহৈ-নাচোম শেমদুনা শব্দগী ঝঙ্কার হাপ্পবা হোৎনখি। দবেন্দ্রজিৎসু সংস্কৃত-বাংলা-মণিপুবী পূনশিল্লগা ফজববা ৱাহৈ-নাচোম কযা হাপ্পুনা কাব্যগী মগুণ হাপকৎখি।, কবিগুম্বা মতাংদনা অবিবা ৱাহৈ কযাসু লৈচন চানা হাপচিনখি। খূদম ওইনা - 'পাপগী শম্না অমনা/ইনমসিদা তাবদি সৃষ্টি খোঙফম শোযদুনা/প্রলয ঈচাও ঈযাযদা যুক্কী কোঙ্গোয় লূপ্পগুম/পৃথ্বী ঐনা ৱাখবে।' অমগমুক - 'দিনগী চক্র খোঙলৈসু সন্ধ্যা পূংযান তমদুনা/নোংচুপ'তিযা ফিমাইদা লৈঙাং মচু চাইবগা/অস্ত-চিঙ্গোল্লোক্কুংদা কোবৌ পোথা ৱাঈবক্রে।' তৌবগীদি অসুম হাযনা সংস্কৃত-বাংলা-মণিপুবী পূনশিল্লগা ৱাহৈ-নাচোম শেমদুনা লৈশি-লৈথোনগী ফজবী ওইনা শীজিন্নবকপসি হিন্দু ধর্মনা চঙলকপদগী হৌখ্রে হাযবা মথক্তা পঞ্জখ্রে। অদুবু দবেন্দ্রজিৎনা হেঞ্জিল্লকখিবনা আববী-ফার্সি ৱাহৈ পুশিল্লক্কুনা শীজিন্নবসিনি। জবান, ফৌজ, সর্দাব, কিল্লা অসিনচিংবা ৱাবীগী থৌদোক-মতমগা চূনদবা ৱাহৈশিংসি কাব্য অসিদা শীজিন্নবা থেংনবদা ঐখোযদা 'কবিনো' হাযবমা ফাওই। ৱাহৈশিংসে মুস্লিমশিংনা লৈবাক অসিদা লাক্লবা মতুংদা লাকখিবনি। অদুনা পৌবাণিক ৱাবীদা অসিগুম্বা ৱাহৈশিং শীজিন্নবসি নাতৈ চাদবতা নত্তনা লৈশি-লৈথোনবোমদগী যেংলগদি শৈবেং-ৱাবীদা অশোযবা মখল অমনি।

*মেঘনাদবধ কাব্য* দা সবস্বতী য়াকাইবোল শক্তুনা হৌবগুম *কংসবধ কাব্য* দসু অসুম হাযনা হৌই। *মেঘনাদবধ কাব্য* গী অহৌবা পবেং খবা নবদ্বীপচন্দ্রনা *হন্দোকপদগী লৌখৎচবি*-

"মায়োক্লবা লানফমদা, অকনবগী লুচিংবা,
শিবা মতম চাদনা, বীববাহু তুখ্রগা,
হাযযু ইমা ভাবতি, ব্রাঙাং-*খোইহী* তৈববী
হিংচা-শাগৈ যাইওইবা, বাঘব-তাখি-অথোইবা,
সেনাপতি হাপতুনা, লান্দা কনা থাখিবা?"

মসিগা *কংসবধ কাব্য* গী তরুকশুবা *পবেংদগী* হৌবগা মতেক খবা চাংদম্ন দুনা যেংসি -

"মধুপুবগী মবুঙো, কংস কৌবা নিংথৌবেন
নিংথৌশিংগী মকোক্কী লুহুপ মণি-মঙাল্ল
চবণ-লৈতেং ওইখিব, প্রলয-ঈচাউ-ঈথিন্ন
যৈথেক থিঙ্গাই ঙমদব, স্নজিং ফৈবেংন তাবগুম
পাঙ্গল চাউব মহাক্কী পুন্সি মৈবা অদুবু
কবম হাযন মুৎখিব - হাযযু ইমা ভাবতি!
ব্রাহৈ-লৈহি পিনবি!"

বীববাহুগী মতীক-মগুণ থাবদা মাইকেলনা শীজিন্নবিবা লৈশি-লৈথোনগা হাইফেৎ মান্নবা লৈশি-লৈথোন দবেন্দ্রজিৎনা কংসগী মতীক-মগুণ থাবদা শীজিন্নবি। মাইকেলগীদা বীবচূডামণি হাযনা লৈশি-লৈথোল্লিবসি 'অকনশিংগী কোক্কী যাই' হাযনা ইবোবীনা হন্দোকই, দবেন্দ্রজিৎনা 'নিংথৌশিংগী কোক্কী লুহুপ মণি-মঙাল' হাযনা শীজিন্নবি। মহৈগী লাইবেন্বী সবস্বতীবু শৈথাবদা *মেঘনাদবধ কাব্য* দা অসুন্না শৈথাই, 'হাযযু ইমা ভাবতি, ব্রাঙাং খোইহী তৈববী।' অদুগা *কংসবধ কাব্য* দনা অসুন্না শৈথাবি, 'হাযযু ইমা ভাবতি! ব্রাহৈ-লৈহি পিনবি!'

অমুকসু কাব্য অনীমকসিগী অনীশুবা লামাযদা যেংসি। *মেঘনাদবধ কাব্য* গী পবেং খবা-

"নঙগী বব ফংদুনা হুবাল্লস্বা বত্নাকব,
কবি কাব্য বত্নাকব! নঙনা হেক্তা শোকপদা,
চন্দন-পান্বী ফজবা, হূগী উনা ওইবনি।
তোল্লি, ইমা, ননাইদা পুণ্য অসি লৈববা?

অদুম অদুম ওইনমক মচাশিংগী মবক্তা
পণ্ডবা মচা অদুবু'মানা হেন্না চানবদাই?
লেঙবিবকউ অদুনা, বিশ্ববমে, থৌজানবী
শক্কে, ঈশৈ অথোইবা বীববসতা তাউদুনা,
ইমা, লেঙবিবকউকো, নখোঙ মকম থুপচগে।
দেবি, নঙসু লাকপিযু, নিংথিহনবী কল্পনা,
কবি-পূক্রিং লৈকোনগী খোইহী লৌ' না শাবিযু
নিংথিজবা খোইবাবু ”

*কংসবধ কাব্য* দনা অসুম্না হাযবি -

"নঙগী থৌজান ঈবান নর্ম্মদাগী তোর্ব্বান্দ
কালিদাস কবিন অদুগৈদ শকখিব
ঈশৈ-বীণা তোবৈদো হৌজিক ফাওব চেল্লিদো
মাইকৈ তবা অসিদ সমদ্রু ঈরাং লান্ন
মাগী মিংলেন শোন্নব ইমা নঙগী থৌজান্নি।
'দুম্ব থৌজান লাইজগী লিক্লা'মত্তং নিজবা
নপাবি লাইবক চাউববু' তোল্ল-'তাংনি খন্দুন
লৈযেংসিদা ফম্বিযু ঈবাচ্চগে ইমাবু -
কবি মণ্ডলান বেদীদ।"

শৈবেং-শৈহৌখিবা অশৈবা অথোইবা বাল্মিকীবু মহাকাব্য বামাযণ লেংবদা থৌজাল মিংযেং তাবিখিবা অদুম হাযনা থৌজালবিযু হাযনা মাইকেলনা মহৈ লাইবেম্বীগী মফমদা খুকমজবি, লোযননা ব্রাখল তাইবংগী লাইবেম্বীবুসু মতেং পাংহনবিযু হাযনা নোল্লুকচবি। দবেন্দ্রজিৎসু লাইবেম্বী ভাবতীগী মফমদগী থৌজাল-লাইজ নিজবি-অদুগৈ অশৈবা অথোইবা কালিদাসপু শৈবেং-ব্রাবী কযা লেংবদা চানবিখিবা অদুম হাযনা চানবিযু অমদি ব্রাখল-তাইবংগী মবেম্মবুসু মতেং পাংহনবিযু হাযনা নোল্লুক্লা হাযজবি। অনীসিগী খুমান্নসি অসুম্না মযেক শেংনা চোংথোক্লি।

**ডাক্তব কমল:**

মণিপুবগী লমযানবা অশৈবা অমদি অইবশিং লোইনা বাংলা লোন্দা লাইবিক তমখিবা ঙাক্তনি। মতাং অদো বাংলা লোন হাযবসি ফজবতা নত্তনা ফিদম্লীংঙাই লোন অমনি হাযনা লৌনবা মতমনি। অদুনা মখোয়দা বাংলা লোন

অমদি সাহিত্যগী ঈৱায-ইনিল কন্না তাবদা থোইনা ঙক্লীংঙাই ওইদে, কবিগুম্না ঈৱায-ইনিলসি তাবমদ্রগদি মদুনা হেন্না ঙক্লীংঙাই ওইনা থোক্কনি। বাংলা সাহিত্য পাকবগা মদুদা থেংনবকপা ফজবা মতাং, পূক্লিংদা পানখিবা থৌদোক-ৱাথোক, কাউঙমদ্রবা মহৌশাগী ফজবা শক্তম কযা খঙনবু ওইববসু খঙদনবু ওইবসু মণিপুৰী অশৈবা অমদি অইবশিংগী খুৎইদা মতাং অমদা নৎত্রগা অমদা যাওখিবা হাযবসি মহৌশানি। মতম অসিগী শক্লাইবা অশৈবা-নোভেলিস্ট ডাক্তব কমলবু কনা কনাগুম্বনা হিজম অঙাংহলগী হেক ঙমথংদা মপানগী ঈৱায-ইনিল থোইনা তাখিদবা অমদি হাযনৈ। অদুবু খবা মনুং যৌনা যেংলুবগদি কমলদা কদায ফাওবা বাংলা সাহিত্যগী ঈৱায-ইনিল তাবগে হাযবদো উগনি। মহাক্কী *লৈপবেং* বাংলা অমদি মণিপুৰী ৱাহৈ কযানা লৈচন ওইদুনা লেংবা পবেংনি। অশৈবনা তাখি - 'মাতৃমন্দিবদা অনুতাপকী প্রতিধ্বনি', অদুনা স্বদেশভক্ত অমা ওইনা কৎনীংখি 'মাতৃ-তর্পন মৃত্যুমুক্তিগী স্মৃতি-সঙ্গমদা'। মহাক্না শীজিন্নবম্বা ৱাহৈশিংসে অসুম্না লেংশিনবা যাই। শৈবেংদা বাংলা ৱাহৈ যাম্না পামজনা থেৎপদগী হেন্দোক্কুনা শৈবেংগী মমিং ফাওবা বাংলাদা থোনবা যাওবি - খূদম ওইনা, 'নীবব বজনী', 'নির্জ্জনতা', 'চিব-বিদায' অদুগা বাংলাগী ৱাতপ ফাওবা যাওনা 'অতিতেব স্মৃতি'। হৌজিক্কী মীবোলশিংদদি মসি অবিং-অবাং ওইনা থোকপা যাই। অদুবু মতমগী শাফু অমদি মতম মতমগী অপাম-পামদগী চৎনবী হাযবসে কন্দবদি নত্তে। অঙকপা ফংনা কল্লি হায়বা তাই। মতম অমদা ইংলিশ অশৈবশিংনা মখোযগী শৈবেং কযাদা ফ্রেঞ্চ, লাতিন্নচিংবা ৱাহৈনা মমিং থোনবা থেংনখিবদুনি।

ডাক্তব কমলগী *মাধবী* দা ফজবিবসি মসিগী শৈবেংদৌনা তৌবা থোৎ-মেঙলবা লোন অমদি লৈশি-লৈথোন অমদি প্রমাণ-পাম্বৈগী ফজববা ৱাহৈ-ৱাতা শীজিন্নবা অসিনি হাযনবি। অদুবু মসি যৌনবা হোৎনবদা অইবা অসিনা বাংলাগী থোৎ-মেঙলবা ৱাহৈ-ৱাতা কযা মণিপুৰী লোনগা চূনগদবা যেংদুনা পুশিল্লকখি। নোভেল অসিদা বাংলাগী মমি তাই-তাদে হাযবা মতাং অমসু লৈখি। অদুবু মসিমদি থোইনা যেৎননীংঙাই ওইদে হাযনা খল্লি, নোভেল অসি হৌজিক ফাওবদি খ্বাইদগী মশক নাইবা নোভেল অমা ওইনা লৈবি। অদুমকপু কমলদা বঙ্কিমচন্দ্রগী ঈৱায-ইনিন তাখিদে হাযবসিদি লুনা থোক্কনি।

বঙ্কিমচন্দ্রগী নোভেল *কৃষ্ণকান্তেব উইল* দা কোকিল খোংবগী নুংশিববা মতাং অমা য়াওবি। নুমিদাংৱাইবমনি, বোহিনী মতোমদা পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা লাকই। বসন্তগী কোকিলনা হৈনৌ-বোকুল মশাবক্তগী খোংলকই, থম্মোয়-মৈচাক খাঙবদা য়াববী নহা ওইনা লূখ্রা ওইববী বোহিনীদা কোকিল খোঞ্জেলদুনা

মৈচাক হাপ্পগুম থোকখি। পুখ্রিগী মবোল মথং মথং নাইবা খুদাদা ফল্লিবী বোহিনীগী মিংলুদগী শীঙ্খবকপা লাইজ-পিবাং খান্বা ঙমখিদে, পুখ্রিগী লাইজদা সনাবুল তাউথোকখিবা খঙহৌদে, মমশিল্লক্লে হাযবা ফাওবা নীংশিংখিদে। বোহিনী পুখ্রিগী লাইজদা মতোমতা চোংথদুনা শিজনবা হোৎনখি। গোবিন্দলালনা থেংনদুনা মহাকপু লৌখৎপিখি।

কমলগী *মাধবী* দসু কোকিল খোংবগী মতাং অমা যাওই। অহীং নোংযাযদনি, পুখ্রি মপালগী লৈহাউ মশাদা কোকিল অমা খোংলকই। উবিবৈনা খল্লকই, বীবেনগী থব্রাযনা কোকিল ওন্দুনা পাইবক্লগা খোংলবিবনি - নীংশিংলকই মহাক্লা চৎলমদাইদা হায়বন্বদো। লৈহাউ মশাদা তোংলিবা কোকিল অদু ফাগে তৌই, ফাগে লাম্বদা উবিবৈ পুখ্রিদা ওন্থখি। হূবানবা খৃৎপু অমনা মাবু থেংনদুনা লৌখৎপিখি।

মহৌশাগী শক্তম অমদি থৌদোক অনীসি কযাদা মান্নখ্রবা' মণিপুবদা কোকিল লৈতে, কোকিল পাইবক্তে, কোকিল খোংদে। অদুবু ডাক্তব কমলনা কদায়দগীনো খোংহল্লিবা কোকিলসে? তশেংবা কোকিলবুদি নত্তে, ব্রাখলনা শাবা কোকিলনি। অদুবু ব্রাখলনা শাবা কোকিল অসিগীসু হৌবকফম অমদি লৈফম থোকই। কৃষ্ণকান্তেব *উইলদা* বোহিনীগী থম্মোয প্রোক প্রোক চাকহনখিবা কোকিল অদুনা কাঞ্চি-কোকিল ওইবখিবনি হাযবদা থোইনা লানগনি খন্দে।

**অশাংবম মীনকেতন:**

অশাংবম মীনকেতনদা ববীন্দ্রনাথকী ঈব্রাই-ইনিল কযা ফজনা তাখিবগে হাযবদু অশৈবা মশামক্লা ফোংনা পল্লম্মী। অশৈবা মশামক্কী ব্রাহৈদা ঐগী অহানবা সাহিত্যগী পোথোক 'বসন্ত শৈবেং' অসি ববীন্দ্রনাথকী মশেক-মঙালনা মিতমখিবনি অমদি মমিৎ-মমায পাঙখিবনি। অসিমসু মখা তাবম্মী, মণিপুবী সাহিত্যগী অনৌবা মতমদা শৈশকখিবা অযাম্বদা ববীন্দ্রনাথকী ঈব্রায-ইনিল তাখি। (সাহিত্য. মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ ১৯৭৬)

**এলাংবম নীলকান্ত:**

সিলেটতা ইন্টবমিডিযেট তমখিবা এলাংবম নীলকান্ত হাযবিবা লমদম অদুগী খুদোং চাবা লৌদুনা বাংলা হৈনবা কন্না লাক্লখি। ববীন্দ্রনাথ অমদি মতম অদুগী বাংলা অশৈবশিংগা শকখঙনবা হৌখি। সিলেট অসিমক্তদা পোকপা মতম অদুগী মচীন তুমখৎলকখিবা অশৈবা অশোক বিজয় বাহাগা নকশিন্নবা হোৎনখি। অদুনা মযাম অসিগী মমি নীলকান্তদা তাখি। প্রেমেন্দ্র মিত্রগী 'ঐদি

কবিনি য়োংশূবশিংগী উশূবশিংগী. ' হাযবসিগী সুবদা নীলকান্তনা হাযখি - 'ওইজগে ঐদি কবি তোল্ল-তাববশিংগী ।' ববীন্দ্রনাথকী ব্রাখল-ঈচেলসু মঙোন্দা কন্না থেংলখি। মতাং অমদা জীবনানন্দ দাশকী শাফ্‌সু মঙোন্দা কন্না তাখি। মহাক্কী 'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' দদি মসি মযেক শেংনা চোংথোবকখি। শৈবেং অসিগী অহৌবা পবেং খবা লৌখৎচবি -

হে পৃথিবী! চহী যুগ কযা চৎলক্লি ইতিহাসকী লামাযদা
লাম্থোক্লুই আটলান্তিক মহাসাগব
পোত্থাকই ট্রোই লমদমগী হেলেনগা লোযননা,
কৌব্রু চীংগী চীংদোন্দা লেপ্তুনা যেংলুই হৌখ্রবা ইতিহাস মণিপুবগী
কোযমিন্নকই পাখংবগা গুকগী ফাংখোঙ,
ফল্লুই কিযাম্বা নিংথৌগী সভাদা মাঙমিন্নকই সন্ধ্যাদা লাঙ্গোল লুখোইগা
চোকথববা হকচাংনি মল্লবা থম্মোযনি মিৎফম্না মঙাল যাওদ্রবা
অদুবু, খঙহৌদনা নোংলৈ-নুংশিৎকুম্না
বাকণী চীংমাযদা অহিঙগী থাউমৈ পবেংগী মিৎফমগা লোযননা
তাজমহলগী কুচু মাল্লবা শকফম্না
থামন্নবা কৌব্রুগী অমম্বা মচুগী চোইজাইনববা শন্নাংনা
চীংখৈ লাইবেম্বীগী মীনোক্তা
ইনাক্তা চঙলদুনা ফমথবৈ নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা
হংলকই -ঐবু খঙলিববা?

শৈবেং অসিদা থৌখ্র-ব্রাবী অমদি থাজ-ব্রাবী কযাগী থৌদোক-ব্রাথোক লম্মিৎ-তুমিৎ অমদি ব্রাবী কযানা শাগৎলকখিবা শক্তম, ইমেজবি, শীজিন্নবিবা ব্রাহৈ-ব্রাতা লৈশি-লৈথোনশিং অসিগা জীবনানন্দগী 'বনলতা সেন' দা ঐখোযনা থেংনবিবা অসিগা চাংদম্নদুনা যেংবা য়াই। 'বনলতা সেন' গী অহৌবা পবেং খবা লৌখৎচবি-

চহী লিশিং কযা চৎলক্লি ঐহাক পৃথিবীগী লম্বীদা
সিংহল সমুদ্রদগী অহিঙগী অমম্বদা মালয সাগবদা
কোযকবে কযা ঐহাক, বিম্বিসাব অশোক্কী ব্রাউথাংনববা জগৎতা
মফমদুদসু লৈবম্মী ঐহাক, মাইকৈ মবিদা পুন্সি-ঈপাক্তা কোঙ্গোন,
মিৎকূপ অমত্তংদি পূক্লিং লৈতাহল্লম্মী মানা - নাটোবগী বনলতা সেন।
শন্নাং মাগী অদুঙৈগী মন্নগা বিদিশাগী অহিঙ,
মাযথোঙনা মাগী শ্রাবস্তীগী হকখোৎপা, লাপ্পবা সমুদ্র ঈপাক্তা

নৌবেন তেকখ্রবা হিবোইনা লম্মুক্রববা মতমদা
অশংবা শজীক্কী লৈবাক উবগুম উশিংশা ঈথৎকী লৈমাযদা
উখি মাবু ঐনা অমম্বদুদা, হায়বকখি মানা, 'কদায়দা লৈবিকবগে অসুক কুইবা?
চেক্লাচাগী মহুমগুম য়েংখৎলকখি মিৎস্নানা - নাটোবগী বনলতা সেন।
(বাংলাদগী অনুবাদ ঃ এন কুঞ্জমোহন)

শৈবেং অনীসিগী খুৎমান্না অসি যাম্না শন্দোক্লা হায়দ্রবসু য়াবে। নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীদা অশৈবনা হায- চৎলক্লি যুগ কয়া ইতিহাসকী লামায়দা,কোযকুই ট্রোইগী লমদমদা, কৌব্রুগী চীংন্দোন্দা,ফম্লুই কিয়াম্বগী বাজসভাদা। বনলতা সেনগী অশৈবনা হায়- চহী লিশিং কযা চৎলক্লি ঐহাক পৃথিবীগী লম্বীদা, কোযকুই মালয সাগবদা, যৌকুই বিম্বিসাব অশোক্কী বাজসভাদা, বিদর্ভ নগবদসু। অশৈবা অনীমক চোকথবে হায়। অদুবু অমুকসু হায, মিৎকৃপ অমত্তংদি পৃক্লিং তেকখৎহল্লম্মী অমদনা তাজমহলগী কুচু মাল্লবা, চোইজাইনববা শন্নাংনা কৌব্রুগী অমম্মা মাল্লবা চন্দ্রসখীনা, অদুগা অমদনা মাযথোঙনা শ্রাবস্তীগী হক-খোৎপা মাল্লবা, শন্নাংনা অদুঙৈগী বিদিশাগী অহিঙ মাল্লবা বনলতা সেন্না। চীংখৈগী লাইবেম্বীগী মীনোক্তা হংলকখি চন্দ্রসখীনা-ঐবু খঙলিব্রা? অদুগা চেক্লাচাগী মহুমগুম যেংখৎলক্কুনা হংলকখি বনলতা সেন্না-কদাদা লৈবিকবগে অসুক কুইবা? মসিতা নত্তনা শৈবেং অনীসিগী লোইশিল্লকপা পবেংশিংদা মান্নবসু উই।

'নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী' অসি 'বনলতা সেন'গী মতৌ তম্বনি-নত্তে হাযদুনা মতম অমা কন্না যেৎনবা য়াওখি। মসিগী মতাংদা কবি নীলকান্ত মশামক্লা অসুম্না ফোঙদোক্লম্মী- 'I have reason to be personally grateful to him His poem entitled 'Banalata Sen' struck a deep chord within me and I had recreated it in one of my poems entitled 'Ningthoukhonggi Chandrasakhi' [E Nilakanta Singh Manipur Dances]

জীবনানন্দগী মমি তাবা কবি অতৈসু লৈতবা নত্তে। ববাক তম্পাক্কী অশৈবী সনামচাগী পবেং খবসি যেংসি-

নিংশাসোব থবেৎ থবেৎনা হোৎনকুই অতৈসু,
তাবকখি বত্তিগী তেংথাখোল-
উৎ ওল্লবা কামদেব-
নুংশিবগী সভাদা বেহুলাগী পিবোইনবা জগোই।

পবেং খবসিগা জীবনানন্দগী পবেং খবগা কদায় ফাওবা মান্নবগে হাযবদু উবা ফংগনি। জীবনানন্দগীদনা অসুম্না হায়-

........ বেহূলাসু নোংমা

গাঙুড়গী ঈচেলদা পোঙথক্তা তাউদুনা তবানিথোইনি কোনবা

নিন্দুংগী থা-মঙালনা মাঙখ্রবা শেক্তাইদা-সনাফৌ মনাক্তা

উখি মশীং লাকঙমদ্রবা সনাখোংনাং, তাখি নোংইনগী নুংশিববা ঈশৈ-

নোংমা অমবাপুদা ইন্দ্রগী সভাদা খন্নাংচাগুম মানা জগোই শাবদা।

বাংলাদেশকী অশৈবা খোইবোম কামিনীকুমাবদি মহাক্কী খূৎইদা বাংলা সাহিত্যগী শাফৃ কযাম্না তাবগে হাযবদো শেংনা হায-

ঐগী চেতনাগী সমক্রদা

ববীন্দ্রনাথ, নজৰুল, জীবনানন্দ, দ্বিজেন্দ্রলাল, অতুল প্রসাদ

মতম পূম্বদা ঈচেল ওইনা চেল্লি।

**অতৈ অশৈবা অমদি খবা:**

ঐখোযনা যাম্না নক্না যূম্লোন্ননা লৈমিন্নবা চাওখৎলবা বাংলা সাহিত্যনি। মবম অদুনা সাহিত্য অসিগী শাফৃ মণিপুবী অইবা খবদতা নত্তে তাবিবা। ব্রাবেং অসিদা নৈনজবিবা অশৈবা অমদি অইবশিং অসিতা নত্তনা বাংলাগী ইবায-ইনিন তাবা কবি অমদি অইবশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা পনবা অমনা বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎনি। ববীন্দ্রনাথতা নোল্লুকচবগা লোযননা ঙাওজবা অশৈবা অসিগী শৈবেং কযাদা মদুগী মমি মযেক শেংনা তাবা থেংনৈ।

হিজম গুনোগী নোভেল টিকেন্দজিৎ বোডতা কনা কনাগুম্বনা শঙ্কবগী চৌবঙ্গীগী মমি তাবা উই। কলকাতা শহবগী মযোলনি চৌবঙ্গী। মফম অসিদা লৈবা চউববা 'হোটেল শাহজাহান' দা থবক তৌবা মীওইশিং অমদি মফম অসিদা থুংলবিবা মীওই কযাগী লমচৎ-শাজৎ, অব্রা-নুংঙাই, অপাম-নুংশি, লৌনম-নমথাক – মযাম অসিনা শাগৎপা নোভেলনি শঙ্কবগী। হিজম গুনোগী নোভেল অসিসু ইম্ফাল শহবগী মযোলদা লৈবা 'হোনিডিউ হোটেল'দা হোটেল অসিগী মপূ, মসিদা থবক তৌবিবশিং অমদি মসিদা থুংলবিবা মীওইশিংগী অবোন-অথুপ ব্রাবীনা নোভেল অসিগী মপূং ওইবকখি। নোভেল অনীসি যাম্না কন্না মান্নৈ হাযবা অদুমক্তি নত্তে।

দ্রামাগী মতাংদদি বাংলা নাটক্না শৈহৌ ওইখিবা মণিপুবী নাটকতা বাংলাগী শাফৃ ফনা ফজনা তাখি হাযবসি অহৌবা মতাংদা পঞ্জখ্রে। বাংলাদগী হন্দোকপা নত্তনা মণিপুবীগী অহানবা ইবা দ্রাবা লাইবেমযুম ইবুংঙোহলগী নবসিংহদা কবম তৌবিবগে যেংবা যাই। লাইবিক অসি হেক হাংদোকপগা থেংনগনি বাংলাদা 'প্রস্তাবনা', অদুদগী 'প্রথম অঙ্ক, প্রথম দৃশ্য' অসিনচিংবা। অদুদগী

মবক মবক্তা 'স্বগত' (মতোমতা শোনবা), 'প্রকাশ্যে' (ফোংনা) 'প্রস্থান' (চৎখিবা).... অসিনচিংবা। মাইবম বামচবণগী দ্রামা কয়া বাংলাদগী লৌথোকপা য়াওই। মহাক্কী 'লাইবক চাউবী' মসিগী খূদম অমনি।

মথক্তা নৈনজবিবা অসিদগী কনাগুম্বনা মণিপুবী সাহিত্যগী পোথোকশিং অসি মগুণ ব্বাৎপা ওইনা খল্লগদি মদু লানগনি। লোন, সাহিত্য, চৎনলোনচৎ, অমদি নাৎকী লমদমদা অমনা অমগী মতৌ তম্বা অমদি লৌথোক-লৌশিন তৌনবা হাযবসি মহৌশানি। মসিদা কবিসু অকাযবা লৈতে। হৌজিক্কী ভাবতগী সাহিত্য দা নোংচুপলোমগী ঈব্বায-ইনিন কন্না তাখি হাযবসি খঙনবা ব্বানি। বঙ্কিমচন্দ্রদা ইংলিশ নোভেলিষ্ট ব্বালটাব স্কোটকী ঈব্বায়-ইনিন কন্না তাখি হাযবা অইবা মশামক্র া য়াজখি। মসি হায় হাযদুনা বঙ্কিমচন্দ্রবু বাংলাগী অথোইবা নোভেলিষ্ট অমনি হাযবদা যাদবা কনাসু যাওদে। অহৌইনদুম মহাকপু 'সাহিত্য-সম্রাট' (সাহিত্যগী নিংথৌবেল) হাযনা ইকায়খুম্নবা উৎলি।

শ্রীবীবেনগী অবোইবা পুন্সি মতাংদা ববীন্দ্রনাথ অমদি জীবনান্দগী ইব্বায-ইনিন কন্না তাখি। মক্ন ওইনা শ্রীবীবেনগী অবোইবা শৈবেং 'চৎলোইকো ঐ কদাযদসু' হাযবসিদা মসি মযেক লানা উবা ফংই।

# রবীন্দ্রনাথকী মশেক-মঙালদা মণিপুরী জগোয় অমসুং সাহিত্য

(১)

থাগী চেফোঙ 'সাধনা'গী বঙ্গাব্দ ১২৯৮গী অগ্রহায়ণ (১৮৯১) মশীংদা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা ব্লবেং মচা অমা ইখি, ব্লাবেংদুগী মমিংনা 'মণিপুবেব বর্ণনা', – 'নীংথিজবী মণিপুব'। ব্লাবেংদু অসুম হাযনা হৌই, 'স্যাব জেমস জোনস্টোন্না জুন থাগী নাইনটিস্থ সেঞ্চুবি চেফোঙদা মণিপুবগী মবমদা ইবকপদো পাকবদা থম্মোযদা নুংঙাইতবা ব্লাখল অমা খংফাও ফাওবকখি।' (ব্লাবেং অদুগী মণিপুবী শাযোন ব্লাবেং অসি লোইবকপদা হাপচবি।) [ চেহাপ-১]

কবিগীদমক্তা থম্মোযদা নুংঙাইতবা ব্লাখল অমা খংফাও ফাওবকখিবনো হাযবদুগী মবম মহাক্লা পল্লমদে। অদুমকপু চহীদুগী হৌবকপা অদুব্লাইদা কোনুংগী নিংথৌমচাশিংগী মবক্তা খংনচৈনবগী খুদোংচাবালৌদুনা ইংবেজশিংনা লান তাশিন্দুনা মণিপুব লৌশিনখিবা অমসুং শাশিন্নবা ব্লাযেল অমা তৌবগা মবৈবাক নীংবা অথৌবশিংবু ফাঁসি শগাইদা মপুসি খমহনখিবা অসিনচিংবা থৌদোক ব্লাথোকশিং নীংশিংলুবদা নুঙাইতবা ব্লাখলদো পোক্লম্বা যাই।

পনবা য়াবদি, লাপখ্রবা পিকখ্রবা লৈবাক মণিপুবদা থোকখিবা থৌদোক-ব্লাথোকশিংদুগী পাউ তাবদা মতম অদুগী বাংলা লৈবাক্কী মশক নাইববা মীওই কয়াগী পূক্লিং-ব্লাখলদা কল্লবা ঈথক-ইপোম হৌহনখি। থোইদোক্লা ফাওববা ব্যাবিস্টাব মনমোহন ঘোষনা মণিপুবী মাযকৈদা লেপতুনা অব্লাংবা ব্লাযেলশঙদা অচুম্বা ব্লায়েল ফংনবা থেংনখি। থৌদোক অসিনা মীনুংশিগী থম্মোয় চেনবা অইবা শবৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যাযগী থোৎলবা থম্মোয়দা কদায ফাওবা চৈথেং ফাওহনখিবগে হাযবদুগী খূদম মহাক্কী উপন্যাস শ্রীকান্তদা উবা ফংই। শ্রীকান্তনা

মহক্কী নহা ওইরিবিঙৈগী মরুপ গহ্বরগী মরমদা ইবি, — 'গহ্বর কবিনি। মণিপুরগী লান, টিকেন্দ্রজিৎকী থৌনা ফবগী ব্রাবী ছন্দ নাইনা মহাক্কা থীবা তাবগা ঐখোয় মতম অদুদা হন্না হন্না ঈ শাগৎলকখি।' (শ্রীকান্ত ৪র্থবা পর্ব, ২শুবা অধ্যায়)

রবীন্দ্রনাথ কৈদৌনুংদা মণিপুরদা লাকখিদে, লাকপগী খুদোং চাবা ফংখিদে। অদুবু ঈশৈ-নোংমাই হবাও-কুম্মৈনা চহী চুপ্পা ঈথক ইপোম হৌদুনা লৈবা পিকখ্রবা লমদম অসিবু মথম্মোয়নুংদা নুংশিজখি। অদুনা ব্রাখলগী ফিজংদা যেকখি লমদম অসিগী ফজববা তগৎ-তগৎ তেকপা শক্তম, ইখি- পূক্লিং হূনীংঙাইনি লমদম অদু। মায়কৈ মবিদা চীংমান, ময়ায়দা তম্পাক অমা, মপানগী তাইবংগা থোইদোকপা মবী লৈনদে। লৈবাক লৈহাও যাম্না চেল্লি, মীশিং যাম্না চমই অমসুং মথৌ কল্লি . । প্রজাশিংগী ব্রাখলদা মখোযগী মনিংথৌগীদমক চাউথোকচবা মতম পূম্নমক্তা লৈজে। মতম কুইনদগী হৌনা মখোযনা মখোযগী মনিংথৌ অমদি কোনুংগা মবী লৈনবা থবক-থৌরম, মখোয়গী সনাকৈথেল, হিযাং তান্নবা, হবাও-কুম্মৈ ময়ামগা লোযননা চীংলৈবাক অসিদা নুংঙাইনা লৈবল্লি।

পনবা যাবা অমনা, মতাং অসিরাইদা থোকখিবা থৌদোক অমনা জোড়াসাঁকোগী ঠাকুর ইমুংগা মণিপুরীগা মবী শম্নহনবগুম থোকখি। ১৮৯৩দা থোকখিবনি থৌদোক অদু, বালাধন থৌদোক হায়না লৈবাক শীন্না ফাওখি। কাছাড় জিলাগী নোংপোক ঙমখৈদা লৈবা, চা-বাগান অমনি বালাধন। চিক্লবা অহিঙ অমদা শকখঙদবা কননাবু ওইরিবগদবা বাগান অসিগী সাহেব ম্যানেজার, মাগা লৈমিন্নবা নুপী অমদি চৌকিদারগা লোযননা হাৎলগা শেনথুম পূম্নমক লুট তৌদুনা পুখি। মৈতৈশিংনা মশীং নম্না তাবা মায়কৈনি, অদুনা থৌদোক অসি মৈতৈশিংনা তৌবা ওইগনি হায়না পুলিশনা চিংনখি। অদুদগী মখোযগী হৌনবী চিংনবা মীওই কয়া ফাদুনা পুন্দুনা পুলিশ লোকাপতা নমশিন্দুনা ওৎ-নৈদুনা মচীন হংখি। অদুবু মখোযদগী লংলা-লংজিন অমত্তা ফংদ্রবদা সবকাবনা মায়কৈ অদোমদা লৈবা জয়পুর-কামরাঙ্গদগী হৌদুনা পালাবরোন্দ-বাঁশকান্দি ফাওবা মৈতৈ খুন তবামবিগী যূমথোঙ খুদিংদা চযোলগী ওইনা মতম অদুগী আনা অম-মম মতম কক্তনা পাক্তক্লনা জরিমানা (পিউনিটিভ টেক্স) পীনবা যাথং লাউথোকখি। মৈতৈশিংদি অয়াম্বনা লায়রবনি, অদুনা চযোল অমদা আনা অমা পীবা হায়বসি ঙমদবা কয়া য়াওবকখি। অদুগুম্বা ইমুংদনা পুলিশনা ক্রুক চঙদুনা অফং-অফংবা পোৎ-চৈ মুন্দুনা পুখি। অসুম হায়না মৈতৈশিংবু ওৎ-নৈবিঙৈ মবক অসিদা পুলিশনা চিংনদুনা ফাদুনা পুখিবা মীওই তরেৎ-নিপান অদু সেসন্স কোর্টকী ব্রায়েলদা মীওই মবিগী ফাঁসিগী হুকুম লাউথোকবকখি, অতৈ অদুগীনা সমুদ্র ঈরাংদা আন্দামানদা পুন্সি চুপ্পগী কালাপনি।

মৈতৈশিংগী লুববা তাংফম অসিদা শিলচবগী মচীন তুমখৎলক্লিবা উকিল কামিনীকুমাব চন্দনা মৈতৈশিংগী মনুংদা লাইবিকসু খবা হৈবা মৱাসু চৎপা বাঁশকান্দিগী থোকচোম তাম্রধ্বজ সিংহবু কৌদুনা ৱা তান্নখি। মৈতৈগী কেস অসি মহাক্না শেন অমত্তা লৌদনা মতেঙ পাংগে হায়দুনা কলিকাতা হাইকোর্টতা আপিল তৌখি। মহাক মশানা শেন লৌদ্রবসু শেনদি অদুম চঙলম্মী-- কলকাতা চৎথোক-চৎশিনগী, লৈফম-চাফমগী। অদুগী মথক্তা মতম অদুদা ভাবতমচা উকিল অমত্তা মযাদা ফনা মৈ হৌববসু হাইকোর্টতা লেপ্পা যাবমদে। অদুনা সাহেব ব্যাবিস্টাববু লেপহনবা তাখি। মখোয নেকপদা শেন যাম্না চঙলম্মী, শেন য়াম্না লৌবম্মী। পুন্নমক অসিগী শেনফম অসি পুবা ঙম্নবা কামিনী কুমাবনা মাগী মৰূপ-মপাং কয়াদগী মতেঙ নীখি। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী মপাইবুঙো মহর্ষি দেবেন্দ্রনাথ ঠাকুবগা কামিনীকুমাবগা হান্নদগী খঙনৈ, অদুনা মঙোন্দা হাযকবা মতমদা মহাক্না চাউববা শেনফম অমা মতেঙ ওইনা পীবকখি। অসুম্না মতাং অদুদগী হৌনা ঠাকুব ইমুংগা মণিপুবীশিংগা মবী অমা লৈনবা হৌবকখি।

ইশৈ-নোংমাই, হবাও-কুম্মৈ পামজবা ববীন্দ্রনাথ মণিপুব চৎতুনা মফম অদুগী জগোয-ঈশৈ যেংনীংখি হাযবসি মশানা তাবনি। অদুবু মণিপুবদা চৎপগী খুদোং চাবদি ফংখিদে, মণিপুবদা চঙহনখিদে। মবমদি থোইদোক হেন্দোক্না মমিং লৈববা মীশকশিং মতম অদুদা মণিপুবদা চঙহল্লমদে। মখোয লাক্লগা মণিপুবী প্রজাশিং মিৎকপ থোকহল্লবদি লৈবাক ঙাক্লোনদা অকাযবা থোক্কদ্রা হাযনা সাহেবশিং অমদি মখোযগী মখাদা লৈবা নিংথৌনা চিংনবম্মী।

অদুমকপু মণিপুবী জগোয-ঈশৈনচিংবা মণিপুবদা উদ্রবসু মণিপুবগী ৱাংমদা মণিপুবী মযাম লৈবা মফমদা উবগী খুদোংচাবা ফংখি। ববীন্দ্রনাথনা মণিপুবী জগোয বাস ইহান হান্না উখিবসি ত্রিপুবা কোনুং আগবতলাদনি।

ঠাকুব ইমুংগা ত্রিপুবা কোনুংগা মবী লৈনবকপসি ফনা কুইনদগীনি। জমিদাবীগী থবক্তা মতাং অমদা ববীন্দ্রনাথনা নোংপোক বাংলাগী শিলাইদহদা লাকপা মতাংদা ত্রিপুবা নিংথৌ বাধকিশোব মাণিক্যনা মহাকপু আগবতলাদা লেংঙক্লবা বার্তোন তৌখি। কবিনা বার্তোন অদু ঙাকখি, মসিনা ত্রিপুবাদা মহাক্না লাকপা অহানবনি (১৮৯৯)। অসিগী মতুংদা মহাক্না তকক্লক ত্রিপুবাদা লাকখি, হাযবদি আগবতলাদা মহাক্না লাকপসি পূন্না তবেৎলকনি।

কবিনা অহানবা লেংঙকপা অদুদা মহাকপু ওকপা ওইনা কুঞ্জবনগী হাইফেৎ ৱাংবা চীংদুম মথক্তা  ফম্বাক হাদুনা কবিবু ওকখি। মতম অদু য়াওশঙ মতম্নি। মৰূ ওইনা মৈতৈশিংনা কবিদা হোলিগী জগোই-ঈশৈ উৎখি। লৈঙাং মচুগী ফৈজোম, লৈঙাং মচুগী লেংযান, লৈঙাং মচুগী কোকয়েৎ য়েৎপা ধোল ধুলোক্না

লোয়ননা চোং-ফন্দুনা উৎখিবা হোলি অদুনা কবিবু পুংশুম শুক্ষৎখি। যাওশঙগী কুম্মে থৌবম অদুনা কবিদা মণিপুবী জগোয়গী মশেক-মঙাল অমদি উৎপা ঙমখি।

মসিগী চহী কুনলোম মতুংদা ১৯১৯ দা কবি শিলোংদা মতম খবা লৈবম্লগা গৌহাটিদা নোংম-নীনি লৈখি। মতাং অসিব্বাইদদি সিলেটতা লাকপিনবা হায়দুনা মফমদুগী মশক নাইবা মীওই কযানা বার্তোন তৌবকখিবদো। মণিপুবদা চৎপগী ব্বাসু মতাং অসিদা খন্নখি। অদুবু মণিপুব চঙবগী অযাবা ফংদবদগী কবি সিলেটতা অদুম চৎপা তাথি। কবিনা সিলেটতা লৈবিঙৈগী থৌবম-পবেংদা মণিপুবী জগোয যেংবগী থৌবম যাওবমদে। অদুবু তাঞ্জা চাকুবদগী হাযগদ্রা কবিনা মতম খবগী ওইনা লৈবা খৃস্টান মিশনাবী মতৈ-মনাওগী বাংলো অদুগী মাঙ্গোন্দা মণিপুবীনা শাবা ফজখ্রবা ইন্নফি অমা যান্দুনা লৈবদো কবিগী মিৎযেংদা তাখি। জগোযতা নত্তনা ফিশা-লোনশা হৈবদো উবদা কবিনা মণিপুবী খুন অমদা চত্তুনা য়েংনীংখি। অনকপদা লৈবা মাছিমপুব খুঙ্গংদা কবিবু পুদুনা চৎখি। মণিপুবীশিংগী লূ-নানবা পামজবা, খুৎশাগী থবক্তা হৈথোই-শিংথোইবা অমদি ফিশা-লোনশাদা নুপীশিংনা মখূৎ নানবদো উবদা কবি ঙকখি। কবিবু ওকপা ওইনা খুঙ্গং অসিদা অঙাংশিংনা বৌখাল জগোয উৎখি। নুমিদাংদা নুপীমচাশিংনা অমুক লাক্তুনা জগোয খবসু উৎলকখি। জগোযশিং অদু উবদা মপৃক্লিং শুক্ষৎলবা কবিনা খনখি নৌনা লিংখৎপা মহাক্কী শান্তিনিকেতনদা জগোয তম্বিবা হৌদোক্লগনি,মদুসু অতৈ নত্তে মণিপুবী জগোয়। জগোয তম্বীনবা মণিপুবী জগোয ওজা অমতং শন্তিনিকেতনদা চৎসি হাযজখি। অদুবু ওজামতনা মযূম থাদোক্তুনা মীবৈবাক্তা চৎসি হাযবা যাখিদে। (গুরুদেব ববীন্দ্রনাথ ও ভাবতীয নৃত্যঃ শান্তিদেব ঘোষ)

সিলেটতগী হনখিবদা লম্বীদা ত্রিপুবা নিংথৌ বীবেন্দ্রকিশোব মাণিক্যনা বার্তোন তৌবকপদগী কবি আগবতলাদা চৎখি। হিযাঙ্গৈগী পূর্ণিমাগা মতাং চানকদুনা কবিবু ওকপা ওইনা কোনুংগী নুপীমচাশিংনা শান্নবা মহাবাস উৎখি। কবিনা মণিপুবী জগোয বাস উবসি মসিনা অহানবনি। জগোয বাস উবদা শুক্ষৎলবা কবিনা চপ যুংনা লেপখি থীন্দনা শান্তি-নিকেতন্দা মণিপুবী জগোয তম্বিবা হৌবগে। মহাবাজদা জগোযগী ওজা অমতং থুনা থাবিবকউ হাযজখি। থীনবা তৌদনা মহাবাজনা কোনুংগী জগোয ওজা বাজকুমাব বুদ্ধিমন্ত সিংহবু মহাক্কী তেংবাং অমগা লোযননা শান্তিনিকেতনদা থাখি। বুদ্ধিমন্তনা শান্তিনিকেতনদা মণিপুবী জগোযগী ইহান-হানবা ওজা হাযবদো ওইখি। ববীন্দ্রনাথনা যাম্না চান্না তৌজখিবা ঈশৈ-জগোযদা তুংদা মমিং চৎখিবা শান্তিদেব ঘোষ বুদ্ধিমন্তগী অহানবা ছাত্রশিংগী মনুংদা অমা ওইখি।

বুদ্ধিমন্তনা থব্বায য়াওনা জগোয তম্বিবদো উবদা কবিনা পেল্লদুনা ১৩২৮ বাংলাগী মাঘ ১৯দা মহাবাজদা চিঠি ইখি— 'জগোয়গী ওজা অমা থাবিবক্তুন

য়াম্না নুংঙাইজবে। অঙাংশিং থবায় য়াওনা জগোয় তম্লি। নুপীমচাশিংসু জগোয় তম্লীংলি, অদুগী মথক্তা ফিশা-লোনশাসু তম্বীংলি। ফিশা-লোনশা তম্বিনবা আসামদগী ওজা নুপী অমদি পুবকখি। অদুবু মহাক্না শাবা ফি অদুদগীদি সিলেটতা উবকপা মণিপুরীশিংনা শাবা ফিদুনা ফজবা য়াম্না হেল্লি। অদুনা মহাবাজনা চানবিদুনা বুদ্ধিমন্তগী নুপী অদু মফম অসিদা থাবিবক্লবদি ঐখোয়না নীংজবিবসি থুংবা ঙমগনি।'

অদুবু বুদ্ধিমন্তদি শান্তিনিকেতনদা থা খবদগী হেন্না লৈবমদ্রে, কালেনগী ছুটি চৎখিবদগী ইমুং মনুংগী খুদোংচাদবা খবা লৈবনা মবম ওইদুনা অদুম হল্লকখিদ্রে।

বুদ্ধিমন্তনা চৎখ্রবা মতুংদা শান্তিনিকেতনদা জগোয় তম্বিবা মতম খবগী ওইনা লেপখি। চহী খবা মতুংদা কবিনা আগবতলা অমুক হন্না চৎপা মতমদা জগোয বাস অমুক্কসু য়েংখি। হন্দকমুকসু মহাবাজদা ওজা অমত্তং থাবিবক্লবা কন্না হায়জখি। মহাবাজনা কোনুংগী ওজা ঠাকুব নবকুমাব সিংহবু শান্তিনিকেতনদা থাবকখি। নবকুমাবনা থবায় য়াওনা হোৎনবদগী শান্তিনিকেতনদা মণিপুবী জগোযগী লেঙদ্রবা মশক নাইবা যুম্ফম অমা থোনবা ঙমখি। কবিগী নৃত্য-নাট্য 'নটীব পূজা' মহাক্না মণিপুবী জগোযগী শাথেক-খুথেক্কা লোযননা পুথোক্কুনা উৎপদা ভাবোক পূম্নমক শুন্দাৎখি। মসিদগী মহাক্কী মমিং পাকশন্না শন্দোকখি অমসুং কবিগী অচাননা মীশক অমসু ওইখি।

কবিগুরুনা শিলোংদা লৈবা মতাং অমদা আহমেদাবাদকী ইনাকখুনবা লল্লোন-ইতিক তৌবা অম্বালাল সাবাভাইসু মফম অদুদা কোযবা লাকপগী তাঞ্জা অমা থোকখি। কবিগা অম্বালালগা অঙাংশিংগী লাইবিক-লাইশু তম্বগী মতাংদা ৱাবী শান্নবদা ঈশৈ-জগোযনচিংবা কলাবিদ্যাসু য়াওহনবা চুমই, অদুনা শান্তিনিকেতনদা লাইবিক-লাইশু তম্বিবতা নত্তনা জগোয-ঈশৈ তম্বিবসু মব্দ ওইবা হীবম অমনি হায়না কবিনা ৱাবী তৌখি। মণিপুবী জগোযগী ৱাবী তৌবদা অম্বালালনা মহাকসু জগোয অসিগী মবমদা খঙনীংলকখি। মহাক্না হাযজবদগী কবিনা নবকুমাববু শিলোংদা কৌবকখি। শিলোংদা লাকপগা অম্বালালনা মতম মাঙহন্দনা নবকুমাববু মচানুপীশিংদা জগোয় তম্বিবা হৌহনখি। মদুদা পেল্লদুনা অম্বালালনা কবিদা হাযজদুনা নবকুমাববু আহমেদাবাদতা পুখি, মহাক্না লিংখৎপা স্কুলশিংদা মণিপুবী জগোয তম্বিবা হৌহনখি।

চহী খবা অসুম হায়না আহমেদাবাদতা লৈবল্লবা মতুংদা নবকুমাব মুম্বাইদা চৎখি, কে এম মুন্সিনা মহাক্কী ভাবতীয কলাভবনদা জগোযগী ওজা ওইবিনবা হাযবকপদগী। অসুম হায়না ববীন্দ্রনাথগী মপান্দগী মণিপুবী জগোয়

শান্তিনিকেতনদতা নত্তনা ভাবতকী মফম কয়াদা মব্দ ওইনা আহমেদাবাদ অমদি মুম্বাইদা মবা-তানা শন্দোকখি।

আহমেদাবাদ অমদি মুম্বাইদা লৈখ্রগসু পাঙম্বম নবকুমাব শান্তিনিকেতনগা মবী খক থদংনখিদে। ছুটি ফংবা খুদিংগী শান্তিনিকেতনদা লাক্কুনা জগোয় তম্বিবখি। ১৯৩৪দা ববীন্দ্রনাথনা মাগী কাঙবুগা লোয়ননা সিংহল (শ্রীলংকা) চংপা মতমদা নবকুমাববু মুম্বাইদগী কৌবকখি অমসুং 'নটীবপূজা' অমদি 'শাপমোচন' উৎপদা শব্দক য়াবনবা হায়বকখি। হায়বিবা নৃত্য-নাট্য অনীমক মণিপুবী জগোয়গী খুথেক-শাথেক্তা উৎপনি। অসুম হায়না মণিপুবী জগোযনা ইহান হানবা ওইনা ভাবতকী ব্রাংমদা শাংকাযবা হৌখি। ববীন্দ্রনাথ নংলমদ্রবদি মণিপুবী জগোয ঙসি মালেম শীনথুংনা ঙাল্লিবসি মতম খবা তপথবম্বা যাই নত্রগা অতোপ্পা মওং অমদা চত্থবম্বসু য়াই। মসিগীদমক মণিপুবীশিংনা কবিগুরুবু কাউফম থোক্তে, তৌবিমল খঙবগা লোয়ননা শ্রদ্ধাঞ্জলি কৎফম থোকই।

পনবা য়াবদি, নবকুমাবগী মতুংদা কবিগুরুনা থৃপত্রিঙৈ ফাওবদা মশক নাইবা মীওই কয়া অমসু মণিপুবী জগোয়গী ওজা ওইখি। মখোযগী মনুংদা পনবা য়াবদি—ত্রিপুবাদগী বসন্তসিংহ অমদি চন্দ্রজিৎ সিংহ, শিলচবদগী সনাবিক বাজকুমাব, ভানুগাছতগী নীলেশ্বব মুখার্জি (কোন্না ত্রিপুবাদা লৈখিবা) অমসুং ইম্ফালদগী হাওবম অতোম্বা সিংহনি। ওজা অয়াম্বদি ত্রিপুবাদগীনি। ত্রিপুবানা মসিগীদমক চাউথোকফম থোকই।

(২)

মথক্তা পঞ্জম্রে, কবিগুরুবু মণিপুবদা মতম অদুগী লৈঙাকপশিংন চঙহনখিদে। অদুবু মহাক্কী সাহিত্যগী মশেক-মঙালদি মখোযনা থিংবা ঙমখিদে. চীংলোন মাপন লান্না সনা-লৈবাক অসিদা য়ৌবকখি।

মতম অদু হৌজিক্কী মণিপুবী সাহিত্যনা য়াকাইরকপা মতম্নি। যাকাইবোল শকপা মতাং অদুগী শক্লাইববা অশৈবা খুদিংমক বাংলা লোনদা লাইবিক-লাইশ তম্লকপা ঙাক্তনি। অদুনা বাংলা লোন অমদি সাহিত্যগী ঈব্রায়-ইনিন মখোয়দ ফজনা তাখি। অদুগীসু মথক্তা গৌড়িয় বৈষ্ণব ধর্ম অমদি বৈষ্ণব সাহিত্যগী ভক্তি প্রেম-বসকী ঈচেলনা চহীচা কয়া লমদম অসিগী ব্রাখল-ফিদমদা লৈহাং চেলহল্লকখিবা অদুনা মবম ওইদুনা ববীন্দ্রনাথগী শৈবেংশিং, মব্দ ওইন গীতাঞ্জলি অমদি নৈবদ্যগী শৈবেংশিংনা মখোয়বু শুব্দংখি। মতম অসিগী লময়ানবা কবি অশাংবম মীনকেতন সিংহনা শেংনা হায়—ঐগী 'বসন্ত শৈবেং (১৯২৫) গীতাঞ্জলিগী মঙালদা পোকখিবনি। অদুতা নত্তা হৌজিক্কী মণিপুবী

সাহিত্যনা লৈশাৎ তমখিবসিসু ববীন্দ্র-সাহিত্যগী মশেক-মণ্ডালদনি, হায়না মহাক্লা পল্লি। মীনকেতন্না হেঞ্জিন্না হায়বা নত্তে হায়বদুগী খূদম বসন্ত শৈবেংদগী পবেং খবদং পীজবি—

পীননি কৈদৌঙে
কল্লবা ঙক্লা লূকচবদো
ফংজনি কৈদৌঙে
উফুন্দি থক্তা ওঞ্জবদো।

পবেং খবসিদা গীতাঞ্জলিগী সুব ফজনা অদুম তাবা ফংলে। হায়বিবা মতাং অসিগী চহীদা খবা হেন্না অহন ওইববা কবি খ্বাইবকপম চাউবা অমদি হৱাইবম নবদ্বীপ চন্দ্রগী শৈবেং কয়াদসু গীতাঞ্জলিগী ভক্তি-প্রেম-ঈখৌবাংবা অমদি কখোকপগী সুব মযেক শেংনা তাবা ফংই—

ননাইদা পীনবে মক্তবা থৌজাল
চানবিহৈবা পীনহৈবা ইবুঙো
নহাক্লা পীনবা অথোইবা শিক্ষা
ফংলবোই ফংলবোই অতৈ অমদা।

অতোপ্পা শৈবেং অমদসু

নহাকপু থিবদা হৌখ্রে পুন্সি
ফংদবে নহাকপু মফম কৈদসু ।

নবদ্বীপচন্দ্রগী থৌমু-নাউমু খ্বাইবাকপম চাউবদসু ববীন্দ্রনাথকী ঈৱাচ-ইনিল ফজনা তাখি। খূদম—

চৎকদবা চৎখিসনু, নঙদা লৈবিযু নাক্তা
চেক্লাগী নুংশিবা কোলোয লেপখ্রনি যাচংবদা
লেপকদবা লেপখিসনু, নঙদা লৈবিযু নাক্তা ..।

অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদা থোইদোক্লা শীংথানীংঙাই ওইনা ফাওগৎলকখিবা কবিশিংগী মনুংদা ববীন্দ্রনাথকী ঈৱায-ইনিন তাখিবা কবিদি বাজকুমাব সুবেন্দ্রজিৎনি। অঙাং ওইবিথৈদগী ববীন্দ্রভক্ত ওইনা হৌবকখিবতা নত্তনা শান্তিনিকেতনদা মতম খবা লাইবিক-লাইশু তমখিবদুনসু মঙোন্দা কবিগুরুগী ব্রাখল-মিৎযেং ফজনা মমি তাখি। মহাক্তা নত্তনা এলাংবম নীলকান্ত অমদি নীলবীব শাস্ত্রীগী শৈবেং কযাদসু ববীন্দ্রনাথকী প্রভাব ফজনা তাখি।

থোইদোক্লা নীংশিংনীংঙাই ওইবদি, ১৯৬১দা কবিগী চহী চামশুবগী মপোক কুমওনগী থৌবম মণিপুব সবকাবগী থৌশিল মখাদা পাক্লা শন্না

পাওথোকখিবদুনি। থৌবম অদুদা ববীন্দ্রনাথকী দ্রামা, নৃত্য-নাট্য, ঈশৈনচিংবা নুমিৎ কয়ানি পাওথোকখিবতা নত্তনা সেমিনাবসু পাওথোকখি। সেমিনাব অদুদা মণিপুবগী শক্লাইববা পণ্ডিত অমদি অইবশিংনা কবিগী মবমদা চে কয়া পাথোকখি। পাথোকখিবা চেশিং অদু খোমজিল্লগা মথং চহীদা নীংশিং চেফোঙ ওইনা ফোঙখি। সাহিত্য অকাদেমিনসু কবিগী ঈশৈ, শৈবেং, ৱাবীমচা, উপন্যাস, ৱাবেং, দ্রামানচিংবা মণিপুবীদা হন্দোক্লবা থৌবাং তৌখি অমসুং চহী খবা মতুংদা 'ববীন্দ্র নাচোম' মিংথোন্দুনা শৰূক অনীথোক্লা ফোঙখি। অহানবা শৰূক্তা শৈবেং ৫১, ঈশৈ ৪৮ অমসুং নাটক ৩ যাওবি। শাযোনবশিংগী মনুংদা য়াওবি অশাংবম মীনকেতন, সুবেন্দ্রজিৎ, ব্রজবিহাবী শর্মা, এলাংবম নীলকান্ত, মাইবম হবিচবণ--অসিনচিংবা মশক নাইবা মীওইশিং। অনীশুবদা শৰূক্তনা য়াওবি—জীবন পবিচয়, ৱাবেং ৯, ৱাবীমচা ১০ অমদি উপন্যাস 'চতুবঙ্গ'। শায়োনবশিংগী মনুংদা যাওবিবনা চীংঙাখম পিশক, নূতনচন্দ্র শর্মা, সুবচান্দ শর্মা, শীতলজিৎ সিংহ অমসুং বাজকুমাব স্নাহলনি। সাহিত্যগী তাইবংদা মখোয় লোইনমক মশক নাইববা মিং ঙাক্তনি। নাটক্কী শৰূক্তনা 'ঙাকখব' অমদি 'বিসর্জন' অনীসি ধনচন্দ্রনা হন্দোকখি। শায়োনবশিংসি অনীশুবা লাঞ্জাও মমাঙ অমদি মতুংদা চহী কয়া মণিপুব থিয়েটবনা য়াকাইবকপা মতাংদা গিবিশচন্দ্র ঘোষ অমদি ডি এল বায় নচিংবশিং হন্দোক্তুনা মমিং চৎখি। শ্যামসুন্দবনা ববীন্দ্রনাথকী চিংত্রাঙ্গদা হন্দোকখি। মহাকসু বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস কযা হন্দোক্তুনা শকখঙনবা শাযোনবা অমনি।

কবিগী চামশুবা মপোক কুমওন মতুংদসু মহাক্কী লাইবিক কযা হন্দোকপগী থৌবমদি অদুম চখবকখি। সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা মবক মবক্তা ৱাবী অমদি শৈবেং কয়া হন্দোক্তুনা ফোঙখিবশিংদু পন্দ্রবসু লাইবিক ওইনা ফোঙখিবশিংগী মনুংদা পনবা য়াবদি—১৯৬৪দা গীতাঞ্জলিগী শায়োন অনী ফোঙখিবদুনি। অমনা সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহনা বাংলাদগী হন্দোকপনি। অদুগা অনীশুবদুনা অশাংবম মীনকেতন সিংনা ইংবেজীদগী হন্দোকপনি। ময়াম্নসু খঙনবিবদুনি বাংলা গীতাঞ্জলিগা ইংবাজি গীতাঞ্জলিগা খেন্নবা খবা লৈ—অনীসিদা শৈবেংগী মশীং মান্নদবতা নত্তনা অমদা য়াওবা শৈবেং কয়া অমদুদা য়াওদবসু য়াওই। মসিগী চহী অমা মতুংদা থোইবী দেবী অমসুং আই আব বাবুনা কবিগী ৱাবীমচা ৯ হন্দোক্তুনা লাইবিক ওইনা ফোঙখি। ১৯৬৮দা লৌবেন্নম ইবোয়াইমা সিংহনা ফোঙখি মালিগী অনুবাদ।

মসিগী চহী খবা মতুংদা ববীন্দ্র সাহিত্যগী অনুবাদ অসি লেপ্পগুম তৌকবে। অদুবু ১৯৮৭দা কবিগী চহী ১২৫ শুবা মপোক কুমওনগা মবী লৈননা মণিপুবী

সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফালনা 'হৌজিক ঐখোয়দা ববীন্দ্রনাথ' হায়বা সেমিনাব অমা পাঙথোকখি। সেমিনাবগী চেশিংদু খোমজিন্দুনা মথং চহীদা পবিষদনা লাইবিক ওইনা ফোঙখি।

চহী খবা মতুংদা গীতাঞ্জলি অমুক মথি ফোঙলকপদৌনা তৌখি। ১৯৯৮দা কোম্ব্রৌজম তোম্বীনা ইংবাজি গীতাঞ্জলিগী শায়োন নৌনা অমুক পুথোবকখি। কবিগুরুদা থোইদোক্লা লূপচববা শায়োনবসিনা শায়োন খবগা অমুক মখা চখবকখি। ২০০২দা 'মালি' (গার্ডেনাব), ২০০৩দা 'হৈ খুনবা' (ফ্রুট গেদাবিং) অমসুং ২০১০দা হিবানবা (ক্রোশিং) মথং মথং ফোঙদোবকখি। তৌবগীদি লোইনমক ইংবাজিদগী হন্দোকপনি।

মবক অসিদা ২০০১দা কবিগী খ্বাইদগী চাউবা অমদি খ্বাইদগী মমিং চৎপা নোভেল গোবাসু সাহিত্য অকাদেমিনা ফোঙখি। মসিগী শাযোনবনা নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহনি। শায়োনগী মখা অসুম চখবকপা ওইনা কবিগী নোভেল 'হিবাক্লবা' (নৌকাডুবি) সু ইবোতোম্বী মঙাংনা হিন্দীদগী হন্দোক্লুনা ২০১০দা ফোঙখ্রে।

কুমশি কবিগী চহী ১৫০ শুবা মপোক কুমওনগা মবী লৈননা মহাক্কী সাহিত্য-খুদোল কয়া মণিপুবীদা হন্দোক্লুনা ফোঙনবা লূপ কযানা হোৎনবি। পনবা য়াবদি, হন্দক্তা (২০১১) ত্রিপুবা সবকাবনসু কবিগী ব্রাবেং-শৈবেং-ব্রাবীমচা-নৃত্যনাট্য কয়া খঙ্গৎতুনা মণিপুবীদা হন্দোক্লুনা 'ববীন্দ্র লৈচন' মিংথোনবা লাইবিক অমা ফোঙখ্রে। মযাম পূম্নমক অসি কবিগী মফমদা থম্মোয় শেংনা কৎপা শ্রদ্ধাঞ্জলিনি।

**মতেঙ লৌজখিবা লাইবিক অমদি চেফোঙশিং:**

১) ববীন্দ্রনাথ ও ত্রিপুবা ঃ ববীন্দ্র জন্মশতবার্ষিকীদা ত্রিপুবা সবকাবনা ফোঙবা
২) গুরুদেব ববীন্দ্রনাথ ও আধুনিক ভাবতীয নৃত্য ঃ শান্তিদেব ঘোষ
৩) ববীন্দ্রগী চহী ১০০শুবা নীংশিং চোফোঙ ঃ মণিপুব সবকাব
৪) ঐখোযদা হৌজিক ববীন্দ্রনাথ ঃ মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল
৫) মেখলিঃ বিশেষ ববীন্দ্র সংখ্যা, আগবতলা
৬) ববীন্দ্র নাচোম ঃ সাহিত্য অকাদেমি, নিউ দিল্লী
৭) সাহিত্য (১৯৮৮) ঃ মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ইম্ফাল
৮) উত্তব পূর্ব ভাবত ও ববীন্দ্রনাথ ঃ বিকচ চৌধুবী

## নীংথিজবী মণিপুর
## [ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা মণিপুরবু লৈশি-লৈথোন্দুনা ইখিবা ৱারেং]

সাব জেম্‌স জোনস্টোন্না নাইনটিন্থ সেঞ্চুবি চেফোঙদা ফোঙলকপা মণিপুববু লৈশি-লৈথোনদুনা ইবা ৱাবেংদু পাকবদা পূক্লিংদা ইখঙ-খঙহৌদনা নুংঙাইতবা ৱাখল অমা ফাওবকই।

লমদম অদু পূক্লিং হূনীংঙাইনি। মায়কৈ মবিদা চীং-মান, মযাযদা তম্পাক অমা; মপানগী মালেমগা কবিগুম্বা মবী লৈনদে। লৈবাক লৈহাও যাম্না চেল্লি, মীশিং য়াম্না চমই অমদি শূব-নোম্বা কল্লি। নিংথৌগী খাজনা লৈতে হাযবা যাই, নিংথৌগীদমক অকক্লবা থবক্তি শূবা তাই। থোক্লিবা ফৌ-চেঙ খবদুনা চহী চূপ্পা কোন্নে, খবা ফাওবা লেম্মি, মপান্দা থাদোক্তে, মপান্দগীসু পুশিল্লক্তে। পোইনু ৱাকচিং থাদদি লমদম অসিগী মহৌশাগী শক্তম পূক্লিং শুক্নাৎনীংঙাইনি। কোবৌ-মঙালনা পূমঙান ঙাল্লি, অতিযা পূমশেং শেংই, অইংবা নুংশিৎ শিৎলি, মুল্লবা ফৌনা লৌবুক সনামচু শঙই। চনুবাশিং ফজ-ফজববা মফি মবোল শেত্তুনা সঙ্গু সঙ্গু নাইনা ফৌ খাওবি, মশা মউ ফবা নুপাশিংনা ফৌ মপুন মপুন মযূম মযূমদা পুখৎলি। মনাক্তা শনশিংনা তপ্পা তপ্পা কোযলৈ লৈদুনা ফৌ মাবা থাবি, ফৌ যৈখ্রবা চহ্নশিং নাকন অমদা পৈবি, যূমদা ফৌ কাবক্লবা মতমদা চহ্নশিং অসিনা হবাও-নুংঙাইগী মৈঙাল চুখৎকদৌবিবনি।

কোনুংলোমদা নুমিদাংৱাইবম কৈথেল তিল্লি, মসিনা নোংমগী মহ্ন ওইবা থৌদোক্নি। নুমিৎনা তাশিল্লকপগা লোয়ননা কৈথেলদা মী তিনবা হেঙ্গৎলকই, নুপাশিংগী লূববা মফি-মবোল, নুপীশিংগীনা মচু-মচুগী ফজববা ফিজেৎ-চাকশেৎ। নুপী ঙাক্তনি পোৎচৈ য়োল্লিবদো। লম্বী-লমখাংদা উগনি মকোক্তা পোৎচৈ অমদি মথাদা নৎত্রগা মনঙ্গলদা পিক্লিবা অঙাং পোদুনা 'সনাকৈথেল' পাংলি, লম্বী পূমঙান ঙাম্থোবকই।

কৈথেল মনাক্তা শাগোল-কাঙজৈ শান্নফম লম্পাক। শহবগী হৈব-হৈববা শান্নবোইশিং অমদি নিংথৌমচা মশূ ফাওবা যাওনা নুমিৎ খুদিংগী শান্নবৈ; মফম অসিদা মুক্লাসু শান্নে, নিংথৌগী খোঙমী-লাম্মীশিংগী মুক্লাসু।

সনাকোনুংগী মায়কৈ মবিদা থাঙ্গপাৎ লৈ, মফম অসিদা মেবা থাদা হিয়াং তানৈ। কুম্মৈ অদুদা মী অঙকপা ফংনা তিল্লি। নিংথৌ, মাগী শাগে-নাতে অমদি লৈমশিজশিং মাগী মাগী অখন্নবা ফম্ফমলাংদা লেঙশিন্দুনা হিয়াংকুম্মৈদো মিৎযেং তাই, নুপীশিংগী কবিগুম্বা য়ুখল লৈতে, মায়খুম লৈতে।

অসিতা নত্তনা কৃষ্ণজন্ম, দেৱালি, য়াউশঙ, কাং অসিনচিংবা হবাওকুম্মৈ, মযাম অমসু লৈবি। ইঙেন থাদা হকচাং শাজেলগী কুম্মৈসু লৈ। মতমদুদা মায়কৈ মবিদা লৈবা চীংমীশিংগা তম্পাক্কী মৈতৈশিংগা মুক্লা অমদি শবিৎ-শাবা হৈবা তানৈ।

চেকমোক লাউদনা লৈবা চীংলৈবাক অসিদা লনথুম পৈশিনবগী, অকে-অমৌদা তাউবগী কবিগুম্বা খৃদম উদে, ইচম চম্না নুংঙাইবা অমদি অৱাৎ-অপাগী মমি অমত্তা তাদে। মতম কযাদগী হৌনা মখোযগী মনিংথৌ অমদি মনিংথৌনা শীনবা থৌবমশিং মখোয়গী সনাকৈথেল, হিযাং তান্নবা, হবাওকুম্মৈশিং অসিগা লোয়ননা চীংলৈবাক অসিদা নুংঙাইনা লৈবি। মালেমসিগী নাইতোম তানা লৈবিবা অপেনবগী খোযথুম্নবা খোঞ্জেলনা নিল্লবা ঈংন-তপ্পা পাল্লিবা লমদম অসিদা সভ্যতাগী মীনুংশি খঙদবা খুৎনা থিংজিল্লকপা উবদা নীংশিংলকই, শেমগৎ-শাগৎলবা কয়া ফুগাইনবা তমথীববা খুৎতি, ইতা, কযানিদো লৈবিবা, থুগাইবগা শেমগৎপিনবা খুৎতি তাঙখ্রে ওম্বোক্লা।

*ফংজখিবা* অমিত্রসূদন ভট্টাচার্য

*বাংলাদগী* . নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন সিংহ

# ভারতকী সাহিত্যদা চাওখৎ-ঈহৌগী খুৎই

কুনশুবা চহীচাগী কুনথ্রাগী তাংকক হৌবকপগী অদুব্রাইদা ইউবোপকী লৈবাকশিংদা, মব্দ ওইনা শেঞ্জাও পায়বা ক্যাপিটেলিস্ট লৈবাকশিংদা, শাথীববা শেনথুমগী শোকথববা ফিভম অমা থেংনখি, মসিবু গ্রেট ডিপ্রেসন ওফ থার্টিজ হায়না খঙনৈ। মসিনা মবম ওইদুনা লৈবাক মনুংগীতা নত্তনা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগগী মবক্তা লল্লোন-ইতিক তৌনবগী চাং হন্থবকখি, শিনশঙ কযা শিথবকখি, কোল-কাবখানাগী পোখোক শাথীনা ব্রাৎলকখি অমসুং থবক ফংনদবগী মৈশা লাংবা হেঙ্গৎলকখি। তংদাফম খঙদবা চবাং-মবাংনবা ফিভম অসিগী খুদোংচাবা লৌদুনা ইউবোপকী লৈবাক কযাদা, মব্দ ওইনা ইতালি, জর্মানি অমদি স্পেনদা ফ্যাসিজম্না কন্না মবায হাইগৎলকখি, লৈবাক খবদসু মসি শন্দোবকপগী অকিবা লৈবকখি। মতৌ অসি উবদা মীওইবগী ব্রাখল চেনবা, মীওইবগী মমল খঙবা, মীওইবা পূম্নমকপু মান্নবা মিৎযেংদা যেংবা, ব্রাখল-মিৎযেং শানবা কাঙবুশিং মিপাইবা পোক্লবকখি। মবমদি, ফ্যাসিজমগী অশেংবা শক্লোনদা মখোযনা উবকখি— লৈবাক ঙাক্লোনদা নমফু-হাফু শীজিন্নবা, নীংখা তম্না ব্রাখল খনবগী অমদি ফোঙদোকপগী অধিকাব মৎপা, মশা মশাতগী ওইবা অখূবা মিৎযেংগা লোযননা ন্যাসনোলিজম শাগৎপা, জাতি অমগা জাতি অমগা নুংশিনদনবা হূ শন্দোকপা, মশীং যাম্বা কাঙলূপনা মশীং যামদবা কাঙলূপ্পু তাথী-তাওইনা তৌবিবা অমসুং মখোযগী খোঙপাক মখাদা মখোয়বু নমথদুনা থম্বগী থৌশিল। ফ্যাসিজমগী তমথীববা শক্লোন অসি উবদা লৈবাক কযাগী ব্রাখল চাউবা, মীওইবা পূম্নমকপু নুংশিবা, কোক লৈবা মীওইশিংনা মসিবু থিংননবা এন্টি-ফ্যাসিস্ট ফ্রন্ট-কযা শেমগৎলকখি।

মতাং অসিব্রাইমক্তদনি চহী খবগী মমাঙদা সোভিয়েত লৈবাক্তা পাঙথোকখিবা ওক্তোবব সোসিযেলিস্ট বিভোলিউসনগী ঈব্রায়-ইনিন অকনবা

ঈথক-ইপোমগা লোযননা লৈবাক কযাদা যৌবকখিবা, ইংলেণ্ডদসু ঈব্রায-ইনিন অসি থীন্দনা যৌবকখি। মতম অসিব্রাইদা নহা ওইবিবা ভাবতমচা কযা লাইবিক-লাইশু তমদুনা অমসুং থবক অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা লণ্ডনদা লৈবম্মী। ইংলেণ্ডদা কন্না শিংলকখিবা মান্নবা খুন্নাইগী ব্রাখল্লোন, হাযবদি সোসিযেলিজমগী নুংশিৎ মখোযদসু কন্না লৈবকখি। ইউবোপকী লৈবাক কযাদা ফ্যাসিজম্না মবায হাইগৎলকপা উবদা মখোযসু তৃমিন্না লৈবা যাবকখিদে। মীবেবাক্তা কুইনা লৈবকপগী হৌনশা, লমদম লাপ্পা লৈহৌববা মবৈবাকপু নুংশিবা হেঙ্গৎলকখি। মীখা পোল্লিবা মবৈবাক্কী অব্রা-অনাগী শক্তম মখোযগী মমাঙদা মযেক লানা চোংথোবকপগুম তৌবকখি। মখোযগী মফমদা লোইলম শন্দোকপগী ব্রাখল্লোন, হাযবদি ইম্পেবিযেলিজমগা ফ্যাসিজমগা থোইনা খেন্নবা লৈতনা চোংথোবকখি। নম্ফু-হাফু অমদি মীওৎ-মীনৈগী মতাংদদি অনীসে অমনা অমদগী হেন্দে। অদুনা মখোয এন্টি-ইম্পেবিযেলিস্ট ওইবতা নত্তনা এন্টি-ফ্যাসিস্টসু ওইবকখি। মখোযনা এন্টি-ফ্যাসিস্ট ওইবকপসিদা ইংলেণ্ডগী ব্রাখল-মিৎযেং পাক-চাউবশিং, হাযবদি লিবাবেল আউটলুক লৈবা মীওইশিং যাম্না নুংঙাইজখি, লোযননা মখোযনা ভাবত মচাশিংদা হান্না যেংলম্বা মিৎযেং মতাং অসিদগী হোংলকখি। অসুক কুইবসি ক্যামব্রিজ ইউনিযনদা ভাবতমচাশিং যাওহল্লমদবনি. হন্দক্কী মতাং অসিদগীদি ভাবতমচাশিংবু লৃপ অসিগী মেম্বব ওইবতা নত্তনা প্রেসিডেন্ট ওইবা ফাওবা যাহল্লে। মোহন কুমাবমঙ্গলম্না ভাবতমচাশিংগী মনুংদা লৃপ অসিগী প্রেসিডেন্ট ইহান-হান্না ওইখি।

অদুবু চুম্না ব্রাখল খনবতনদি অমদি তৌবিদনা হাযদুনা লৈথোকপদুনদি ভাবতমচাশিংগী থম্মোযনুংদা ওমচাক্লনা চাক্লিবা মৈচাক অদুদি মুৎপা যাখিদে। লোই চল্লবিবা বৃটিশনা ভাবতমচাশিংগী অধিকাব মৎলিবদো নোংম-নোংমগী অসুম অসুম হেন্না মখোযগী মমাঙদা ফনফন্ চোংথোবকখি—সী কাস্টম্স্ এক্ট পাশ তৌদুনা বৃটিশনা ভাবতমচাশিংবু মপান লৈবাক্কী ঈপাউ ফংদনবা অনৌবা ব্রাখল্লোন চেনবা লাইবিক-লাইশু অমদি চেফোঙ চঙহন্দনা থম্লকখিবদো মখোযদা কন্না ফাওবকখি। মযাম্না যাম্না কন্না আশা তৌনবম্বা মহাত্মা গান্ধীগী মতেঙপীদবা আন্দোলন (Non-cooperation Movement) মহৈ যানখিদ্রে। ফিভম অসিদা মপান্দা লৈবিবা মখোযনা কবি তৌবা যাই হাযবদো হন্না হন্না উন্নদুনা খন্নবা হৌবকখি। নোংমৈ পাযদুনা লাম্লেংনবসু যাবা নত্তে, মশীং যামখিদ্রবা মখোযনা অদোমদা কবম হাযনা চঙশিল্লুগনি। অদুবু সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী লমদমদা মখোযনা খবা ফাওবদি তৌবা যাইদনা, সাহিত্য অমদি সংস্কৃতিগী পান্নৈনা মীযাম্বু যাকাইহনবা যাইনা, অচুম্বা লম্বীদা অনৌবা যাওন

অমগী পাউজেল পীবা যাইনা। চহী অনীহুন্নোম ১৯৩২দগী ১৯৩৫ ফাওবনি মখোযনা খন্ন-নৈনবকখিবদো। হাযবিবা নহাবোলশিং অদুগী মনুংদা পনবা য়াবা খবদি— মুল্কবাজ আনন্দ, হীবেন্দ্রনাথ মুখার্জি, সজ্জাদ জাহিব, ভবানী ভট্টাচার্য, ইকবাল সিং, জৈনল আবেদিন, আশ্রব আলি, বাজা বাও অসিনচিংবনি। মখোয লোইনমক অইববুদি নত্তে। হৌখ্রবাবী, শেনথুমলোন অমদি হীবম কযাগী মহেবোই কযাসু যাওবি। মখোযনা নৈনবসিগী মহে ওইনা ১৯৩৫দা প্রোগ্রেসিভ বাইটর্স এসোসিযেসন অমা পোক্লবগী মেনিফেষ্টো অমা পুথোবকখি। মসিনা চাওখৎপাম্বা অইবশিংগী ঈহৌগী মবু হূনখিবনি হাযবা যাই। মেনিফেস্টো অসি মুল্কবাজ আনন্দ অমদি ইউনিভার্সিটিদা বাংলা তম্বিবা ওজা ভাক্তব ঘোষ কৌবা অমনা ড্রাফ্ট তৌখি।

চাওখৎপাম্বা খুৎইগী ঈহৌ হৌবকপগী মতাংদা মুল্কবাজ আনন্দনা ইণ্ডিযান প্রোগ্রেসিভ বাইটর্স এসোসিযেসনগী চেফোঙ নিউ ইণ্ডিযান লিটবেচবদা অসুম্না হায—

It is almost uncanny to look back upon those dark foggy November days of the year 1935 in London when after the disillutionment of disintegration of years of suffering in India and conscious of the destruction of most of our values through the capitalist crisis of 1931, a few of us emerged from the slough of despond of cafe's of Bloomsbury and formed the nucleus of the Indian Progressive writer's Association

মুল্কবাজ আনন্দগা সজ্জাদ জাহিবগা চহী অসিমক্তদা প্যাবিসতা ফমখিবা ৱার্ল্ড-কনফাবেন্স ওফ ইন্টেলেকচুয়েলস্‌কী মীফম যাওবা চৎলুই। মমিং লৈবব অইবা আন্দ্রে জিদ (Andre Gide) অমদি আন্দ্রে মার্লো (Andre Malraux) অনীনা মাযপুননা শীনখিবা মালেমগী মশক নাইববা অইবা অমদি মাযচৌ কয তিনখিবা কনফাবেন্স অদুদা সোভিযেৎ ইউনিয়নগী থোইদোক্লা মশক নাইববা অইবা ম্যাক্সিম গোর্কিনা মীফম মপূ ওইনা লৈতেংখি। নহা ওইবিবা ভাবতমচা অনীদো অনৌবা ঈচং-থৌনাগী ঈনোৎকা লোযননা হল্লকখি।

পংথীন থীম্বা তৌদনা সজ্জাদ জাহীব ভাবত্তা হনখি, ভাবত পূম্বগী ওইব প্রোগ্রেসিভ বাইটর্স কনফাবেন্স অমা পাঙথোক্লবা অমসুং মদুগী অশীন-অবাংগী থবক তৌকনবা।

১৯৩৬ তা লখনৌদা, ইণ্ডিয়ান ন্যাসনেল কংগ্রেসকী মীফম ফমই। জৱাহবলাল নেহবুনা কংগ্রেসকী সভাপতিনি। মীফম মপূগী ফম্ফমলাংদগী মহাক্লা

ঐতিহাসিক ওইহৌববা ভাষণ অদো পীবদা মহাক্না হাযখি,— ইউবোপকী লৈবাকশিংদা শান্তি পান্না, চাওখৎপা অমদি সমাজবাদ পান্না খুৎপুশিং পুনশিন্দুনা ফ্যাসিজম থেংননবা অকনবা পাঙ্গল শাগৎলি, ঐখোয়সু ঐখোযগী লৈবাক্তা ফ্যাসিজমগী শাগে ওইবা লোইলম পান্নশিং থেংননবা প্রোগ্রেসিভ খুৎপু পুম্নমক অমত্তা ওইবা তাবনি, পুনশিনবা তাবনি। মসি বাজনীতি তৌবশিংতগী থৌদাং নত্তে, সাহিত্য-সংস্কৃতি অমদি অতৈ অতৈ লম কয়াদা থবক তৌবিবা মীপুম খুদিংমক্কীনি।

লখনৌনা কংগ্রেসকী মীফম ফম্লিবা প্যাণ্ডেল অদুমক্কী হোল অমদা ভাবত পুম্নগী প্রোগ্রেসিভ বাইটর্স এসোসিযেসনগী অহানবা মীফম ফমখি। থৌবম মপূনা উর্দু অমদি হিন্দী সাহিত্যগী অতিযাদা মশক নাইনা ঙাল্লিবা থৱানমিচাক মুন্সি প্রেমচন্দনা ওইখি। থৌবম মপূগী ৱাবোলদা মহাক্না হাযখি— সমাজদা লৈবিবা মীওৎ-মীনৈ, অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবা, নৈত-লাইব, তোল্ল-তাববশিংগী অৱা-তেংথানঃ নিল্লবা পুন্সি মবেন-মযাম অসি অইবশিংনা নাথৈদুনা থম্বা চুমদে. সমাজগী অশেংবা শক্তম অইবশিংনা হেন্না চঙশিন্দুনা খঙবা তাবনি অমদি মীওৎ-মীনৈ মযাম অসিদগী নান্থোক্রবা লম্বী থিবা তাবনি, লম্বীদো মযামদা খঙহনবা তাবনি। সী কাস্টম্স্ এক্টনা মপান্দগী প্রেগ্রেসিভ লিটবেচব ভাবত্তা পুশিল্লকপা থিংলবসু পান্বৈ অমা নৎত্রগা অমা তৌদুনা পুশিল্লকখিবা তোলস্তোয, গোগোল, গোর্কিনচিংবা কযাগী মশক নাইবা সাহিত্যগী পোখোক কযা প্রেমচন্দনা হান্নদগী খঙবদৌনা মহাক্কী ৱাবোলদা পল্লকখি।

মীফম অসিদা ৱা ঙাঙখিবশিংগী মনুংদা থোইদোক্লা মশক নাইনা যাওখিবশিংদি— ভাবতকী নাইটিংগল হাযনা খঙনবা সবোজনী নাইডু, উর্দুগী অথোইবা কবি মৌলানা হসবৎ মোহানী অসিনচিংবনি। মশক নাইনা খন্ন-নৈনবদা শবৃক যাখিবশিংগী মনুংদা পনবা যাবা খবদি—অৱাং ভাবতকী যশপাল, সুমিত্রা নন্দন পন্থ, বসিদা জহান, ফৈজ আহম্মদ ফৈজ, সজ্জাদ জাহীব অসিনচিংবনি। অকোনবগী মীশক অনীসিদি লৈবাক অনীথোক্লা কাযবদগী পাকিস্তানদা লৈখি অমসুং লৈবাক অদুগী জেলদসু ফনা কুইনা লেনখি। সজ্জাদ জাহীবদি পাকিস্তান কমিউনিষ্ট পার্টিগী সেক্রেটাবিসু ওইখি। খা-ভাবত্তগীসু শক্লাইববা কবি অমদি অইবা কযা মীফম অদুদা যাওবখি, মখোযগী মনুংদা থোইদোক্লা পনবা যাবদি তেলুগু কবি আব্বুবি বামকৃষ্ণ বাওনি। অসুম্না বেঙ্গোলদগীসু মমিং লৈববা কবি অইবা কযা যাওবকখি। অহন ওইববা কবি ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা যাইফ-পাউজেল থাবকখি।

মতম খবগী মতুংদা প্রেগ্রেসিভ বাইটর্স এসোসিযেসনগা বোমাঁ বোলাঁ (Romain Rolland) অমদি মশক নাইবা শান্তি পান্না মীশক কযানা শেম্না ৱাল্ড কংগ্রেস ফোব ডিফেন্স ওফ পিসকা (World Conference for Defence of

Peace) মবী থম্লবকখি। সংস্থান অসিগী মীফম প্যাবিস, ব্রুসেলস অমদি মাদ্রিদদা মথং মথং ফমখি। মীফম অদুদা ভাবতকী মীহুৎ ওইনা মুল্কবাজ আনন্দ যাওখি।

মুল্কবাজ আনন্দগা ডাক্তব অটলগদি স্পেনদা ফ্যাসিস্টশিংগা থেংনবা লান্দসু যাওবা চৎখি। ১৯৩৬ কী সেপ্টেম্বব থাদা ফমখিবা ব্রুসেলস্কী মীফমদা ভাবতকী শক্লাইববা মীশক কযানা সহি তৌবা যাইফ-পাউজেল থাখি। সহি তৌখিবশিংগী মকোকমক্তদা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুব যাওখি, অতৈ যাওখিবশিংনা শবৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যায, মুন্সি প্রেমচন্দ, প্রফুল্ল বায, জবাহবলাল নেহৰু, প্রমথ চৌধুবী, নন্দলাল বসু, বামানন্দ চট্টোপাধায, নবেশচন্দ্র সেনগুপ্ত অসিনচিংবনি। পাউজেল অদুদা পনখি—

" অঙাও-অফৈগী পাংখক ওইববা বিযেক্সনবি খুৎপু অমদি মিলিটাবিজমা ঙসি সভ্যতাগী লাইবক্কা শান্নবি, মীওইবগী সংস্কৃতিবু মাঙহন-তাকহনগদগ' ' শং তৌবি। মবম অদুনা ভাবতকী অইবশিং অমদি কলাকাবশিংনা সভ্যতা অমদি সংস্কৃতি নুংশিজবা মযামগী মহুৎ শিন্দুনা থৌবাং অসিবু কন্না যানীংদবা ফোঙদোক্লি। মতাং আসিদা ঐখোযনা তৃমিন্না নৈথোকপা হাযবসে অবানবা ওইগনি। ফিভম অসিদা নৈবাক খুন্নাইগী মফমদা ঐখোযগী তৌফম থোকপা থৌদাং অদো ঐখোয থক নাথৈদুনা থল্লোঠ।"

পাউজেলদুদা হাযখি—ভাবতমচাশিংগী নাগবিক অধিকাব কযা বৃটিশ লোইলম-মপূনা মৎপিদুনা থম্লিবা অমদি মালেমদা হৌবক্লিবা অনৌবা যাওল-ঈহৌগী ঈ-পাউ অমসুং লাইবিক কযা সী কাস্টমস্ এক্ট চলাইদুনা ভাবত্তা পুশিল্লকপা যাদনা থিংদুনা থম্লিবা অসি ভাবতপু মালেমগী অনৌবা জ্ঞান-লৌশিংগী মঙাল ফংহন্দনা অমম্বদা নম্ফু-হাফুদা নমশিন্দুনা থম্বগী থৌশিলনি। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী বাশিযাগী চিঠি'গী ইংবাজি শাযোন ফোঙবা থিংলিবসিনি, সিদনী অমদি বিযাত্রিস্ ৱেবক্কী ফাওববা লাইবিক Soviet Communism– A New Civilization ভাবত্তা পুশিলহনদ্রিবসিনি, ডোভিড লো-গী Russian Sketch Book ফাওবা থিংলিবসিনি। গোর্কিগী নোভেল ইমাসু (Mother) অদু মঙাই।

পাউজেলদুদা অসিমসু পনখি--ঐখোয লান পামদে, ঐখোয লানবু তুকচৈ, লান্না মীওইবা খুন্নাইগী কবিগুম্বা যাইফ-নুংঙাই পুবক্কদবা নত্তে।

মতাং অসিদা পনবা যাবা অমনা মুল্কবাজ আনন্দনা ভাবত্তা লাকপদা বালজাক্কী নোভেল অমা য়াওবকখি, মদু কাস্টমস্কী কাঙবুনা পুশিলহনখিদে। মবমদি বালজাক কমিউনিস্টনি। মুল্কবাজ আনন্দ মশামক্কী উপন্যাস অনী 'কুলী' অমসুং 'নৈনা অনী নৈপোম অমা' (Two Leaves and Bud) ভাবত্তা ফোঙবা যাহনখিদে, ইংলেণ্ডদা ফোঙহল্লবসু ভাবত্তা পুশিনবদি যাহনখিদে।

লখনৌ মীফমগী মতুংদা ভাবতকী তোঙান তোঙানবা মফম কযাদা, মবূ ওইনা বেঙ্গোলদা প্রেগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিযেসনগী মশা কযা লিংখৎখি অমসুং অসিদা মশক নাইবা মীওই কযা য়াওশিল্লক্তুনা অকনবা ঈহৌ অমগী শক্তম লৌবকখি।

এসোসিযেসন অসিগী অনীশুবা মীফম কলকাতাদা ১৯৩৮ দা ফমখি। মীফম অসিদা, ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবনা মীফম মপূ ওইবগী ব্রানি, অদুবু অহন ওইববা কবি মশা কন্না ঙল্লক্তবদগী লেংঙকপা ঙমখিদে। হন্দকসু কবিনা যাইফ-পাউজেল থাবকখি অমসুং চাওখৎ ঈহৌ অসিদা মহাকসু যাওবি হাযবদূ ফোঙদোবকখি। মীফমগী থৌবম মপূশিংগী পবেংদা যাওখিবশিংদি—মুল্কবাজ আনন্দ, শৈলজানন্দ মুখোপাধ্যায, সুধীন্দ্রনাথ দত্ত, বুদ্ধদেব বসু অমসুং পণ্ডিত সুদর্শননি। চহী লোইবমদাইদা কলকাতাগী আশুতোয মেমোবিয়েল হোলদা তিনখিবা মীথিৎ অদু উবদা মুল্কবাজ আনন্দনা হাযখি—মালেমগী মফম কযাদা সাহিত্যগী মীফম কযা যাওজক্রবে, অদুবু কলকাতাদা তিল্লিবা মীথিৎ অসুম হাযনা তিনবা উজখিদ্রি। বাংগালীশিংনা সাহিত্য পামজবসে কযামুক পামজবগে অমদি পৃথিবীগী ওইনিবা বাযমদা কযামুক যৌনা খনবগে হাযবদুগী মসিনা মযেক লাববা থূদম্মি। অসিগী মথক্তা সাহিত্যদা অনৌবা যাওল অমা পুবক্লবা বেঙ্গোলদদি মতম খবগী মমাঙদগী হৌনা অইবা খবনা হৌখ্রবনি। মতাং অসিদা 'কল্লোল' (ঈথক-ঈবাওখোল) কৌবা চেফোঙ অমনা পুবকখিবা ঈহৌ অদু শীংথানীংঙাইনি।

অদুবু অঙকপনি হাযগদ্রা, ঈহৌ অসিবু ববীন্দ্রনাথ, প্রেমচন্দ, ইকবাল, শবৎচন্দ্র, নেহরু, ভল্লাথোলনচিংবা মীথোই-মীহেন কযানা আশীর্বাদকা লোযননা শৌগৎলবসু বিযেক্সনবিশিংনদি মওং-মওংগী নত্ত-নত্তবা ব্রাফম কযা শন্দোক্তুনা মসিবু মেৎখাযনবা হোৎবকখি। হিন্দীগী অইবা খবনা চত্থবক্লিবা ঈহৌ অসিবু ভাবতকী চহী লিশিং কযাদগী চেন্থবক্লিবা লোনচৎকী ঈচেলদগী মীওই খুজোক খবনা লাপথোক্লবা তৌবা থৌশিন্নি হাযখি । ঈহৌ অসিনা হোৎনবিবসি যুগ কযাদগী সাহিত্যগী যূম্ফম ওইনা লৈবক্লবা বেদ-বেদান্ত-উপনিষদ পুবানশিংসে ফুক্তুৎতুনা লংথোকখিনবা তৌবনি। মুস্লিম লিগনসু ঈহৌ অসিবু যাম্না খানা যেংলকখি, ফৎখিদ্রবা লাযনা-লাইচৎ ওইনা উবকখি। মুস্লিম খুন্নাইদা মুল্লাশিংনা অবানবা পাউতাক কযা পীশিন্দুনা ফণ্ডামেন্টালিজম শাগৎলিবদো সজ্জাদ জাহীবগী উপন্যাস 'অঙ্গাবে'দা শাবাক ফাক্তোবকপদা মুস্লিম লিগ অমদি ধর্মদা কা হেঞ্জিনবা কাঙবুশিং থাঙবা যাবকখিদে। হিন্দু মহাসভা অমদি বাইট-উইং মেদিযাশিংসু তূমিন্না লৈবা য়াবকখিদে। কলকাতাদা ফোঙবা পাউজেলচে, 'স্টেটস্‌ম্যান' না ঈহৌ অসিবু কমিউনিস্টশিংগী শক্লোন অমনি অমদি লাল্লোং অমনি হাযবগা লোযননা অকনবা ব্রাহে-ব্রাতা শীজিন্নদুনা ইবা

হৌবকখি। মুষ্কবাজ আনন্দবুনা কমিউনিস্টশিংগী পাউখোল্লোইনি হায়না কবেম-কথাইনবকখি।

হোয়, থাঙ্গৈশেংবমকসু কমিউনিস্ট পার্টিনা ঈহৌ অসিবু কন্না শৌগৎখি, শৌগৎফম থোকই হায়নসু লৌনখি। মদুগী মবম লৈখিদবদি নত্তে। কমিউনিস্টশিংদি মতম পূম্নমক্তা লোইলম শন্দোকপা খুৎপুশিংগী মাযোক্তা লৈবকখি, অদুনা মসিগা খেন্নবা লৈতবা ফ্যাসিজমগী মায়োক্তা মখোয়না লৈবা হাযবসি মশানা তাবনি। অদুনা নৌনা মবায হাইগৎলক্লিবা ফ্যাসিজমগী মাযোক্তা লৈবা শক্তি খঙদে ঈহৌ খঙদে মখোয় অদুগা খুৎশন্ননা চৎমিন্নবা তাবনি। মসিমসু তশেংবনি, কমিউনিস্টশিংনা হোৎনবিবসি তোল্ল-তাববা, লাযব-অনং অমদি মখল মথাগী মীওৎ-মীনৈ পূম্নমক্কা থেংনদুনা মান্নবা খুন্নাইগীদমক য়াওল পুবক্কনি। মীওইবগী অব্রা-অনা খঙবা অমদি মীওইবগী মমলবু মুন্না মশক খঙবগা লোযননা কাঙলুপ অমগা কাঙলুপ অমাগা তাথী-তাওইনদবা যাইফ-নুংঙাইবা খুন্নাই অমা শেম্বগী পান্দমগা লোযননা সাহিত্যগী ঈহৌ শাগৎপদা মদুবু মখোযগী পান্দমগা মান্নবা ঈহৌ ওইনা কমিউনিস্টশিংনা শৌগৎপা হাযবসে মশানা তাবনি। সাহিত্যগী চাউববা থৌদাং অসি পামজবা অইবশিংনা মসিদনি কমিউনিস্ট ওইবা ওইদবা ঈহৌ অসিদা যাওশিল্লকখিবা, ঈহৌ অসিবু শৌগৎলকখিবা, পান্দম মান্নরুবনা মবম ওইদুনা মতাং অসিরাইদা লিংখৎখিবা ইণ্ডিযান পিপলস্ থিযেটব এসোসিযেসনগা (আই পি টি এ ) খুৎশম্নদুনা যাম্না নক্ননা চৎমিন্নবকখি। সাহিত্য অমদি সংস্কৃতি ঈচেল অনীনা নকশিন্নবদগীদি ঈহৌ অসিদা মশক নাইববা সংস্কৃতিগী মীওই কযা - বলবাজ সাহনী, খাজা আহম্মদ অব্বাস, বিমল বায, উৎপল দত্ত, হেমাঙ্গ বিশ্বাস, সলিল চৌধুবীনচিংবা ফম্বাক অমত্তদা পূল্লখি।

অসুম্না পূক্লিং-ৱাখল চাউবা অমদি তোল্ল-তাববা লাইব-অনংশিংগী ৱাখল খনবা অইবা কযানা কনাগুম্বা অমত্তনা থৌওইনা হাযকবা তৌদনা প্রোগ্রেসিভ বাইটিংগী ঈহৌদা যাওশিল্লক্কুনা চৎমিন্নবকখি। বেঙ্গোলদা বিষ্ণু দে, হীবেন্দ্রনাথ মুখার্জি, তাবাশঙ্কব বন্দ্যোপাধ্যায, শৈলজানন্দ মুখোপাধ্যায অসিনচিংবা শক্লাইববা অইবা কযানা সাহিত্যগী ঈহৌ অসিদা কন্না যাওশিল্লকখি। তাবাশঙ্কব বন্দ্যোপাধ্যাযনা মনুং হূঞ্জিন্না লৈবা চাওখৎপগী মঙাল ফংদ্রিবা মীওইশিংগী পুন্সি মবেন যেক্লকখি, বিভুতিভূষণ বন্দ্যোপাধ্যাযনা প্রকৃতিগী তম্পাক্তা অঙকপা থৌদোক মচা মচানা থল্লবা খুঙ্গংগী পুন্সি মবেলগী তপ্পা তপ্পা তুবেলগী ঈচেলগী খোম্থাংদৌনা লীবা হৌবকখি, মানিক বন্দ্যোপাধ্যায়না পদ্মা তুবেলদা ঙা ফাদুনা পুন্সি লেল্লিবা লাইববশিংবু সাহিত্যদা পুশিল্লকখি। বন্দ্যোপাধ্যায অহুম্না বাংলা সাহিত্যদা অনৌবা ঈনোৎ হাপ্লক্কুনা অচৌবা ঈচেল অমা পুবকখি। অমবোমদমুক শৈলজানন্দনা খ্রংখ্রং লাউববা কোয়না খোনিদা থবক শূবিবা শিন্মীশিংবু সাহিত্যদা

পূশিল্লকখি। কেবালাদা পোট্রক্কব অমদি শিবশঙ্কব পিল্লাই চোংথোবক্কুনা মালযালম সাহিত্যদা সমুদ্রগী অনৌবা ঈবাওখোল তাহল্লকখি। উর্দুদা নহা ওইরিবা অইবা কয়ানা মচীন থৌববা খোর্জে পায়দুনা চোংথোবকখি। মখোযগী মনুংদা পনবা য়াবদি—ইস্‌মৎ চুগতাই, আহম্মদ আলি, কিষন চন্দব, আলি সর্দাব জাফ্রি, বাজেন্দ্র সিং বেদী, ফৈজ আহম্মদ ফৈজ, কৈফি আজমী, মজৰু সুলতানপুৰী, সাহিব লুধিয়ানভি অসিনচিংবা।

যেৎলোম চৎপা বিয়েক্কনাবি খুৎপুনা ফন্না যাম্না ওইদবা ৱাফম কয়া শন্দোক্কুনসু চাওখৎপা পাম্বা, মাঙলোমদা চঙশিনবগী ৱাখল্লোন চেনবা অইবশিংবু চম্মন্ন বা পোকহনবা ঙমখিদে। কনামতনা থৌওইনা হাযকবা নৎত্রগা হৌৰুব তৌদনা মখোযনা মশা মশানা পামজদুনা ঈহৌ অসিদা চঙল্লিক্কবা যাওবর্কখি। ইসমৎ চুগতাইদা কনাগগুম্বনা ঈনশিল্লুবা তৌদনা মুস্লিম খুন্নাইগী বুবখা অর্মদি পর্দা নমখাযদুনা তোল্ল-তাববা শোথববা নুপীশিংগী ৱাবী কযা সাহিত্যগী লামাযদা মযেক লানা যেক্লকখি। মজাজনা উর্দু শৈবেংদা অনৌবা মচু-মমেন, লৈশক-লৈচু অমদি মযায হাপ্পকখি, অনৌবা সিম্বোল অনৌবা প্রমান-পান্থে কযা শীজিন্নবর্কখি। মহাক্কী শৈবেং ‘অৱাব’ না নেহকবু কযামুক শুক্মৎখিবগে হাযবদা নেহকনা মহাকপু থৌওইনা মহাক্কী এলাহাবাদকী শঙ্গাইদা ‘মুশাইবা’ গীদমক বার্তোন তৌবকখি। অসুম্না মুসাইবা কযা দিল্লী, লখনৌ, লাহোবনচিংবদা পাঙথোকখি।

অদুদগী অনীশুবা লাঞ্জাও লাকখ্রে। চহী খবা মতুংদা লান-লোইখ্রে, ভাবতকী নীংতম্বসু যৌবকখ্রে। প্রেগ্রেসিভ বাইটিংগী মুভমেন্ট কবিগুম্বদা শোন্থবকপগুম তৌখি, কবিগুম্বদনা কনখৎখি। অদুবু খুৎই অসিগী পাকথোক-চাউথোকপদি লেপখিদে, নোংমা-নোংমগী হেঙ্গৎলকখি। পনবা যাবা অমনা, মণিপুৰী সাহিত্যদা খুৎই অসি হিজম ইবাবতকী খুৎইদা যৌবর্কখি। অদুবু খুৎই অসিগী মপূং ওইবিবা সিলেট জেলদা ইখিবা ইমাগী পূজান চহী কুমজা কযা কোবৌ মঙাল ফংবা ঙমখিদবনা মসিগী শক্তম মতম অদুদা কনানসু উখিদে, মসিগী ঈৱায-ইনিন মতম অদুদা লৈখিদে। তৌবগীদি সিলেট জেলদগী থোবল্লগা ইবাবতনা হেমাঙ্গ বিশ্বাসকা লোয়ননা সুবমা তম্পাক্তা আই পি.টি এ গী ঈহৌ শাগৎখি।

মতাং অসিদা ভাবতনা নীংখা তম্লবা মতুংগী ঐতিহাসিক ওইবা থৌদোক অমগী ৱা পনবা চুমত্রা খঙে। বান্দুংদা নোন-এলাইন মুভমেন্ট যাওবা চৎপদা নেহকনা এসিযাগী লৈবাকশিংগী মনুংদা কলচাবেল এক্সচেঞ্জগী ৱাফম হৌদোকখি। ৱাফম অদুগা মবী লৈননা মহাক্কা ভাবত্তা হল্লকপগা মুল্কবাজ আনন্দনা এসিযাগী লৈবাকশিংগী ওইবা অইবশিংগী মীফম অমা শীনসি হাযনা মঙোন্দা হৌদোকখি প্রেগ্রেসিভ ৱাখল চেনবা নেহকনা ৱাফম অদু হবাও-

হৱাওনা যাখি। এসিয়াগী লৈবাক কয়াদগী অইবা ১২০ লোম মীফম অসি যাওবা লাকখি। অদুবু লাইবক থীবা অমদি ইকায়নীংঙাই ওইবদি, হোম মিনিস্ট্রিনা মসিবু কম্যিউনিস্টশিংগী মেলানি হায়দুনা করেম্মখি, মুল্করাজ আনন্দবুনা কম্যিউনিস্টশিংগী খোঙলোইনি হায়না নোক্লরিখি। ফিভম অদু কন্ননবা মুল্করাজ আনন্দনা টেলিগ্রাম তৌদুনা নেহরুবু আমেরিকাদগী কৌখি। নেহরুনা লাকপগা মীফমদুদা ভাঙলখি। ডাক্তর সর্বপল্লি রাধাকৃষ্ণন অমদি চক্রবর্তী রাজাগোপাল আচারীসু যাওরখি। রাষ্ট্রপতি রাজেন্দ্র প্রসাদনা ময়াম্বু চা থক্লরবা রার্তোন তৌরকখি। তৌরগীদি হায়রিবা রাষ্ট্রপতি অসিমক্তা হিন্দুস্থান টাইমস্‌তা ফোঙখিবা ৱাবোল অমদা কনফারেন্স অসি কম্যিউনিস্টশিংগী কুশ্মেনি হায়খিবনি।

দিল্লীদা পাঙথোকখিবা মীফম অদুনা ফজনা মায় পাকপদো উবদা মথংগী চহীদা সোভিয়েৎ ইউনিয়নগী তাসকেন্ততা এফো-এসিয়ান লৈবাকশিংগী অইবশিংগী হেন্না চাউবা মীফম অমমুক পাঙথোকখি। অসুম হায়না প্রোগ্রেসিভ রাইটিংগী ঈহৌ অসি আন্তর্জাতিক্কী ওইবা ঈহৌ ওইরকখি।

চৈরক অসিদা গঙ্গা-ভোলগা-নাইল তুরেলশিংগী ঈচেলদা লাইজ কয়া চেন্থরে, ফ্যাসিজমগী মপাঙ্গলসু হনথরে, লৈবাক কয়া নীংখা তমখ্রে। অদুবু মীওইবগী সমস্যাদি লোইবা নাইদ্রি। হৌজিকসু মীওইবনা মীওইববু ওৎপি-নৈরিবি, তোল্ল-তাররা লাইব-অনংগী তেংথাখোল লেপত্রি, কাঙলুপ অমগা কাঙলুপ অমগা তাথী-যেংথীনবি, থাইনদগী চৎনবকপা অরিবা ফত্তবা চৎনবী কয়া থাদোকপা ঙম্মদ্রি, খঙদনা থাজনবী মরূ ফুক্তৎপা ঙমদ্রি। অদুনা ফিভম অসিদা অইবশিংগী থৌদাং হেন্না হেন্না মথৌ তারক্লি, প্রোগ্রেসিভ রাইটিংগী মুভমেন্টকী মপাঙ্গল হেন্না হেন্না কনখৎহনবগী মথৌ তারি।

*মতেং লৌজখিবশিং:*


| | | |
|---|---|---|
| ১। | Mulk Raj Anand | Mulk Raj Anand Remembers, Indian Literature No 154, Sahitya Akademi New Delhi |
| ২। | হীরেন্দ্রনাথ মুখোপাধ্যায় | প্রগতি লেখক আন্দোলনের প্রারম্ভ, পরিচয় সুবর্ণ জয়ন্তী সংকলন, ১৯৮১, কলকাতা |
| ৩। | চিন্মোহন সেহানবিশ | প্রগতি লেখক আন্দোলনের পৃষ্টপট, শারদীয় পরিচয় ১৯৮২, কলকাতা |
| ৪। | হিমাঙ্গ বিশ্বাস | উজান গাঙ বাইয়া, অনুষ্টুপ ১৯৯০, কলকাতা |


[চহী খরগী মমাঙদা ইম্ফালদা পাঙথোকখিবা প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিয়েসনগী মীফমদা লাম্থোকখিবা চে]

# জননেতা ইরাবত অমসুং য়াওল-ঈহৌগী ঈশৈ খরা

জননেতা ইবাবতকী চামশুবা কুমওন পালন পাক-শন্না তৌনখি, লোযননা মফম কয়াদা মহাক্কী মবমদা খঙনবমদবা ৱাফম কয়া ফোঙদোক্রবকখি, মহাকপু মপূং ফানা খঙননবা থিজিন-হুমজিন্দুনা নৈনবকখি। মসি মীয়ামগী লুচিংবা অমগী মফমদা তৌফম থোকপা থৌদাংনি, উৎফম থোকপা ইকাযখুম্নবনি। অদুবু নুঙাইখিদবদি, মহাক্কী মবমদা, খঙনা নৎত্রগা খঙদনা, কবি কবিগুম্বা মতাংদা লান্না নৎত্রগা হেন্না হাযজিনবা কযা থেংনবা অদুনি। অসিগুম্বসি তৌদনবা খবা চেকশিনবদি চুমই। অসিগুম্বা অসিনা মীয়ামগী লুচিংবা অসিবু ইকাযখুম্নবা উৎপগী মহুৎতা ইকায়বা পীবা ওইনা থোক্কনি। কনাগুম্বনা ৱাংনা থাঙ্গৎলবসু নৎত্রগা থাদববসু ইবাবতকী অশেংবা শক্তম অদুদি য়াম্না হেঙ্গৎপা নৎত্রগা হম্বা তৌবোই, যাওল-ঈহৌগী অথোইবা লুচিংবা অমা ওইনা জননেতা ওইনা অদুম লৈগনি। অদুনা মীযামগী লুচিংবা অসিগী মফমদা থম্মোয শেংনা ইকাযখুম্নবা উৎচবগা লোযননা মহাক্কা মবী লৈনবা ৱাফম খবা লান্না নৎত্রগা খবা তৈননা থেংনবিবশিং অদু শেংদোকপা চুমব্রা খঞ্জদুনা ৱাবেং অসি থমজবনি।

মণিপুব সবকাবগী আর্ট এন্দ কলচব ডিপার্টমেন্টনা জননেতাগী ১০০ শুবা মপোক কুমওনগী নীংশিং চেফোঙ অমা ফোঙখি। য়াম্না ফজবা চেফোঙ অমনি হায়বা যাই। মসিদা জয়ন্তকুমাব শর্ম্মানা ইবা "ইবাবতকী লৈবাক নিংবা ঈশৈ" হাযবা ৱাবেং অমা যাওবি। মসি হান্নসু "ঈচেল" কৌবা চেফোঙ অমদা ফোঙথ্রে হাযনা পল্লি। হাযবিবা ৱাবেং অসিদা - 'হৌবো, অৱাবা অহিংগী অমম্বা কোক্কুনা...', 'থাঙ্গোল অদু মযা থাংউ থৌনা.. ', 'চেকশিল্লু হায চেকশিল্লু হায, চেকশিল্লু হায় ফৌদো.. ' অসিনচিংবা ঈশৈশিং অসি ইবাবতনা লেংবা ওইনা উৎলি। অদুবু তশেংবদি, ঈশৈশিং অসি মহাক্না লেংবা নত্তে, বাংলাদগী মহাক্না হন্দোকপনি। হন্দোকপসি ফজমনখ্রদুনা মহাক্না লেংবা

ওইববোইহ লৌনখিবা ওইবন্নসু য়াই। তৌবগীদি ইবাবতনা ঈশৈশিংসি ফজনা হন্দোকপতা নত্তনা মতাং মতাংদা মণিপুবগী ফিভমগা চাননা খবা খবা শেমদোক-শেমজিনসু তৌবা য়াওই। মসিনসু ঈশৈশিং অসিগী মতাংদা হেন্না চমন্নবা পোকহনখিবা ওইবন্নসু য়াই।

অদুবু চমন্নবসিনা মবম ওইদুনা অবানবা কয়া অসুম অসুম অচুম্বা ওইনা লৌনবক্কে। ১৯৯৬ কী ইম্ফাল লাইবিক মেলাদা ছাত্রশিংগী ক্যুইজ কম্পিটিসন অমা পাঙথোকখি। মদুদা 'হৌবো অব্বাবা অহিংগী অমম্বা কোক্তুনা...' হায়বা ঈশৈ অসি বেকোর্ডতগী তাহল্লগা হংখি, - 'মসি কনানা লেংবনো?'' অঙাংশিংনা খুন্না ঙমদবদগী ক্যুইজ মাস্টব ওইবিবা মীশক অদুনা হায়খি, ইবাবতনা লেংবনি। খঙজদবা অঙাংশিংদু ক্যুইজ মাস্টবনা হায়ববনিনা অবানবদো অদুম অচুম্বা ওইবমাল্লে খন্দুনা চৎখি।

মসিগী মতুং পংকুই কুইদনা ইন্দিয়ান পিপলস থিয়েটব এসোসিয়েসনগী মণিপুব ব্রাঞ্চনা ভাবত কম্যুনিস্ট পার্টিগী জেনবেল সেক্রেটবী এ বি বর্ধনবু ওকপগী থৌবম অমা পাঙথোকখি। মদুদা হাইগৎসি ব্রাংনা ফিবালসি ঙাঙলবা লাইববশিংগী ঈনা .' হায়বা ঈশৈ অসি শৈহৌ ওইনা শকখি। মদু লোইবগা কম্যুনিস্ট লুচিংবা অমনা লাউথোকখি, ঈশৈ অসি ইবাবতনা লেংলম্বনি। অখঙবশিংনা ঙকচানখি। মবমদি ঈশৈ অসি হিন্দিদগী হন্দোকপনি। হিন্দিগী অহৌবা পবেং খবা অদুদি - 'ঝণ্ডা উঁচা লাল বহেগা মজদুবোঁকা ইযে নিশান . ' হাযবসিনি।

অদুনা চমন্নবশিং অসি কোক্লবা মথক্কী ঈশৈ খবা অসিগী হৌবকফম লোলদা লৈজবা ময়েক অমদি ইবাবতকী মণিপুবী শাযোন মখাদা পীজবি। অহানবদা 'হৌবো' গী বাংলা ময়েক-

*জাগো,*
*দু:খেব বাতেব ঘোব তমসা ভেদি*
*স্বাধীনতা দিবস এলো যে ফিবে।*
*শহীদেব মৃত প্রাণ শোন কবে আহ্বান*
*কবাঘাত হানে তব দ্বাবে।*
*জাগো, জাগো, জাগো, পুববাসী*
*শৃঙ্খলিত ভাবতমাতা কাঁদে মুক্তিপিয়াসী*
*রুদ্ধ দুযাবে স্বপন শিয়বে এখনো কি ববে ঘুমঘোবে।*
*ভাবত-জাতিব যত স্বপ্ন-কামনা*

*অর্ধ-শতকেব মুক্তি সাধনা*

*শ্মশান চিতায হয যে বিলীন ক্ষুদিতেব ক্রন্দন হাহাকাবে।*

*মুমূর্ষু বাংলাব এ দু:খ তাপ*

*হত দেশপ্রেমে কবে অভিশাপ*

*ঘুচাও এ লজ্জা ঘুচাও এ পাপ জাগ্রত একতাব হাতিযাবে।*

ঈশৈ অসি হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা লেংবনি। ১৯৪৩ দা কলকতাদা এন্টি-ফেসিস্ট কনফবেন্স যাওবা চৎপদা, জনুৱাবি ২৬ নীংতম-নুমিৎ পালন উপলক্ষদা শক্লনবা লেংখিবনি হাযনা মহাক্না মহাক্কী লাইবিক "উজান গাঙ বাইযা" হাযবা অদুদা পল্লি। নীংশিংবা যাবদি, ১৯৪৭ মমাঙদদি নীংতম নুমিৎ পালন অসি জনুৱাবি ২৬তা তৌনবম্মী। কলকতাদা ঈশৈ অসি য়াম্না থাগৎনখি, মসি শক্লুনা প্রভাত-ফেবি চৎখি। ঈশৈ অসি ইবাবতনা অসুম্না হন্দোকই-

হৌবো,
অৱাবা অহিঙগী অমম্বা কোকতুনা
স্বাধীনতা নুমিৎ থোবক্লে হন্না।
শহীদশিংগী থৱাযনা তাওনে কৌবক্লে
যাকাইববে নহাক্কী থোঙজিনদা।
হৌবো, হৌবো, হৌবো, লৈবাকপৃম্বা
থোঙ লোম্দুনা মঙ তমদুনা তূমখিদবা তূমখুন হন্না।
ভাবত জাতিগী অচেৎপা ৱাশক
চহী য়াংখৈগী মুক্তি লাইনীং
পোৎলোই-মৈদা মাঙখিদৌবে চাদবগী হাহাকাব তেংথাদা।
শিদৌববা মণিপুবগী অৱাবা মৈচাক
শিববা দেশপ্রেমদা তৌবে অভিশাপ
কোকহল্লু চোপ্পা কোকহল্লু পাপ চাওখৎলবা একতাগী খুৎলাইনা।

ইবাবতনা হন্দোকপা অসিদা 'শঙ্খলিত ভাবতমাতা কাঁদে মুক্তি-পিয়াসী' হায়বা পবেংসি য়াওদে। অদুবু শৈওন অসি ওম্বোক্লা ফজনা তৌখ্রে, বাংলাদগী চঙলকপা ৱাহৈ-ৱাতা কযা য়াওবগসু মণিপুবী লোলগী ফজববা ৱাহৈ-ৱাতাগা

অমতা ওইশিন্নখিদুনা হন্দোকপনি হায়বা খণ্ডহন্দে। য়েংশিনবা য়াবা অমনা, ‘মুমূর্ষু বাংলাব’ হায়বসিদা ইবাবতনা ‘শিদৌববা মণিপুবগী’ হায়বসিনি। ঈশৈ অসি লেংবা মতম অসি বাংলা লৈবাক্তা শাথীববা চাক-তাণ্ডবা থোক্লুনা হাহাকাব লাউনবা মতাংনি, অদুগা মণিপুবদনা লাঞ্জাওগী চৈথেংদা শিব-চণ্ডবা খণ্ডনখিদবা মতাংনি। চন্দ্রকলা দেবীগী গ্রামফোন ডিস্ক বেকোর্ডনা অমুক্তা হেন্না শন্দোকখিবা অমসুং পান্নহনখিবা ঈশৈ অমনা ‘থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা...’ হায়বা ঈশৈ অসিনি। ঈশৈ অসিসু হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা লেংবনি, বাংলাগী ময়েক অদুদি -

*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান, কিষাণ ভাইবে*
*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান।।*
*ফসল কাটাব সময এলে কাটবে সোনাব ধান*
*দস্যু যদি লুটতে আসে কাটবে তাহাব জান বে।*
*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান ।।*
*শান দিও জোবসে দিও, দিও বাবে বাব*
*হুঁশিযাব ভাই কভু যেন যায না তাহাব ধাব বে।*
*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান।।*
*ও কিষান তোব ঘবে আগুন বাইবে তুফান*
*বিদেশী সবকাব ঘবে, দুয়াবে জাপান বে।*
*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান ।।*
*একতায ভাই চীনেব মানুষ হইল বলীযান*
*ছযটি বছব জাপানীবে কবল সে হযবান বে।*
*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান।।*
*এক হযে আজ দাঁড়াও দেখি হিন্দু মুসলমান*
*এক নিমেষে আস্‌বে স্ববাজ পালাবে জাপান বে।*
*কাস্তেটাবে দিও জোবে শান।।*

ঈশৈ অসিগী মতাংদা হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা মহাক্কী মথক্তা পনখিবা পুস্তি বাবী ওইনা তৌবা লাইবিক অসিদা য়াম্না নুংশিনা ইবি - “১৯৪২ গী থৌদোকনি। য়ূমদগী তাম্বোক্লবা মতুংদা পঞ্চখণ্ডদা ইন্দোমচাগীদা ঐ লৈবি। মফম অদুদা নোংমা লুলা তুবেলদা মাঝিগী খোঞ্জেলদা সাবিগানগী ঈশৈ পবেং অমা তায় . সাবধানে গুকজীব নাম লাইও বে সাধু ভাই। সুব অদুদা পান্দুনা ঐনা ইখি : কাস্তেটাবে দিও জোবে শান কিষান ভাইবে।

বেহেলী 'কৃষক সম্মেলনদা' ঈশৈ অসি পুদুনা চৎখি সুবথ পালচৌধুবীনা, শকপদি নির্মলেন্দু চৌধুবীনা শকখি, হৃকচাং ঙমদদুনা ঐদি চৎপা ঙমখিদে। মীফম অদুদা ময়াম্মু ঈশৈ অদুনা অঙকপা ফংনা মবাং হৌহনখি। লৌমীশিংগী খোঞ্জেলদা খুঙ্গং অমদগী খুঙ্গং অমদা নুংশিৎকুম্না শন্দোকখি.....

বাংলাগী মপান্দা তোঙান-তোঙানবা লোন কয়ামকমদা ঈশৈ অসি হন্দোকখি, য়াম্না পাম্ননা শক্লখি। মণিপুবী লোন্দসু চন্দ্রকলা দেবীনা গ্রামফোন বেকোর্ডতা শকখি, 'থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা, হে লৌউবা . , মীয়াম্না য়াম্না পাম্নখি। ঈশৈ অসি ইবাবত সিংহ মশামক্লা হন্দোকপনি।" ইবাবতনা হন্দোকপা মৈতৈবোলগী ময়েক অদু অয়াম্বনা খঙনববসু নৈনবদা নুংঙাইননবা মখাদা পীজবি -

থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা, হে লৌউবা
থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা॥
লৌখাও মতম ওইবগা খাওনি সনা ফৌ
মীনাই য়োৎহ্লিং কোক্কনি সনা লৈবাক ইমাগী।
থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা॥
ময়া থাংউ থৌনা থাংউ, থাংউ তোয়না তোয়না
যেংউ ভাই যতন তৌ ময়া তাখিনি।
থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা॥
হে লৌউবা, নঙগী ইমুংদা মৈ, মপান্দা নুংশিৎ
বিদেশী সবকাবনা যুমদা, থোঙজিন্দা জাপান লৈ।
থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা ॥
একতানা চীনগী মীনা পাঙ্গল কনখবে
চহী নিপান জাপানবু মকোক-মমৈ খঙহন্দে।
থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা॥
ওইসি ঙসি অমত্তা হিন্দু মুসলমান
মিংকুপতা স্ববাজ ফংগনি চেনখ্রনি জাপানদো।
থাঙ্গোল অদু ময়া থাংউ থৌনা॥

য়াওল-ঈহৌগী ঈশৈশিং অসি গন-সঙ্গীতসু হায়নৈ। মীয়ামগী ঈশৈনি, মীয়াম্না খুৎলোয়বা সুবদা মীয়াম্না ইবাই-লাইনা খঙবা ঙম্বা খুঙ্গংগী বাহৈ বাতাদা লেংবনি অমদি শকপনি। ইবাবতকী শৈওনগী বাহৈ-বাতাসু অদুনি। য়েংশিন্নীংঙাই

ওইবা অমনা, মবিশুবা পবেং অসি বাংলাদা লৈবিবসিগা হন্দোক্লিবা অসিগা ৱাহন্থোক খেন্নে। বাংলাদা লৈবিবা অসিগী চপ-চাবী অর্থ হন্দোকপা তাববদি অসুম্না ওইবা য়াই - 'লুট তৌবশিং লাক্লবদি লৌসি মথরায়দো'। ইবাবতনা হন্দোক্লিবনা, শেমদোক্লিবা হায়বসু য়াই, 'মীনাই য়োংথ্লিং কোক্কনি সনা লৈবাক ইমাগী' হায়বসিনা অমবোমদা য়েংলবদি নীংতম-লানগী ঈহৌদা শাফূ হেন্না কল্লি। মতম অদুগী ফিভমদি, ইমুংদা হাযবদি লৈবাক মনুংদা বিদেশী বৃটিশ সবকাবনা পাল্লি, অদুগা থোঙজিন্দনা হায়বদি লৈবাক্কী নোংপোক ঙমখৈদনা জাপান্না য়ৌশিল্লক্লবা অদুগুম্বা মতাংনি। অনী অসি অমনা মৈনি, অমনা নোংলৈ-নুংশিংনি। অদুগা 'ছয়টি বছব জাপানীবে' হাযবসি ইবাবতনা 'চহী নিপান জাপানবু' হায়না হন্দোক্লি। চহী তরুক হায়গদবদা চহি নিপান হাযবিবসিগী মবম লৈবমগনি। ওইবা যাবা অমনা, ঈশৈ অসি বাঙলাদা লেংবগী চহী অনীগী মতুংদা মণিপুবীদা হন্দোকপা, হাযবদি চীন-জাপান লানগী চহী নিপান শুবকপা মতমদা। মতাং অসিদা পনবা যাবদি, নৈনবিবা ঈশৈশিং অসি জন-সঙ্গীত হায়বদি মীযামগী ঈশৈ ওইবনা মতাং মতাংদা মফম অমসুং মতমগী মতুং ইন্না খবা খবা শেমদোক-শেমজিন তৌবা যাওই, চীঙ্খাং অমদগী চীঙ্খাং অমদা চৎপদা ৱাহৈ-ৱাতা হোংদোক-হোংজিন তৌখিবসু য়াওই।

হেমাঙ্গ বিশ্বাসকীতা নত্তনা ইবাবতনা বাংলাগী অশৈবা অতৈগী ঈশৈ কযাসু হন্দোক্লম্মী। মদুগী মনুংদা, তুংদা ফিল্ম-জগৎতা ফাওখিবা সলিল চৌধুবীগী য়াম্না তোয়না শক্লখিবা ঈশৈ অমসু যাওবি। ঈশৈ অদুদি -

*হেই সামালো ! হেই সামালো !*
*হেই সামালো ধান হো,*
*কাস্তে দে তুই শান হো*
*জান কবুল আব মান কবুল হৈ*
*আব দেবো না, আব দেবোনা*
*বক্তে বোনা ধান মোদেব প্রাণ হো ॥*
*চিনি তোমায চিনি গো*
*জানি তোমায জানি গো*
*সাদা হাতীব কালা মাহুৎ তুমিই না?*
*পঞ্চাশে লাখ প্রাণ দিছি*
*মা-বোনেদেব মান দিছি*
*কালো বাজাব আলো কবো তুমিই না ?*

*ঈশৈ অসি বাংলা লৈবাক অমদি সুবমা ভেলিদা তৌখিবা* 'তে-ভাগা আন্দোলন' গা মবী লৈননা লেংখিবনি। মণিপুবী লোনদা হন্দোকপা মতমদা মসিমদি যাম্না শেমদোক শেমজিন তৌখ্রে। ইবাবতনা হন্দোক্লম্বদু 'বিপ্লবিক য়াকাইবোল ঈশৈ' কৌবা লাইবিক অদুদগী লৌখৎচবি -

চেকশিল্লু হায় ! চেকশিল্লু হায় !
চেকশিল্লু হায ফৌদো
থাঙ্গোলদু ময়া থাংউ
লৌমীগী থৱায় লৌমীগী মায়
অমুক য়োল্লবোই, অমুক যোল্লবোই
ঈনা শুংবা ফৌসে ঐখোয়গী থৱায়নি।।
হাপ্লবোই ফৌ কনাগী কোত্তা
শিববোই অমুক শিববোই
চাদবনা শিববোই।।
খঙলে নশক খঙলেদো উবে নতৌ উবেদো
খুগ্রাং তোংবনা নোম্লগা
খোঙউপ তোংবনা চাবনি।
লৌমীগী থৱায লৌমীগী মায়
অমুক যোল্লবোই অমুক য়োল্লবোই
ঈনা শুংবা ফৌসে ঐখোযগী থৱায়নি।।

ইবাবতনা ঈশৈ অসি হন্দোকপদা বাংলাগী অবোইবা পবেং অহুম 'পঞ্চাশে লাখ প্রাণ... কবো তুমিই না?' হাযবসি যাওবা উদে। অদুবু মণিপুবীদা হন্দোকপসিদা থোইদোক্লা পনবা যাবদি, 'খুগ্রাং তোংবনা নোম্লগা খোঙউপ তোংবনা চাবনি' হাযবসিনি, যাম্না ৱাহম্বোক লৈবা ৱাফম অমবু ইবাই-লাইনা ফোঙদোকপা, মীয়াম্নসু হেক্তা খঙবা ঙম্বা অসিনি । মসি 'সাদা হাতীব কালা মাহুৎ তুমিই না? হাযবসিগী শৈওন নত্তে, মহুৎনি। পবেং অসি ৱাহৈগী ওইনা হন্দোকপা তাববদি অসুম্না ওইবা য়াই, 'শামু অঙৌবগী মাহুৎ অমুবা নঙনিনে।'

তেভাগা আন্দোলনগী মতমদা গণনাট্য সংঘনা শকপা ঈশৈ অমসু মীয়াম্না পাম্নবা শক্লখি - মৈতৈবোন্দা অসুম্না হৌই - 'তাব্রা ইবেম্মা ব্বা পাম্বীদা টেক্সো লৌখৎলে'। ঈশৈ অসি সিলেটকী অবদুল গফফব কৌবা অমনা লেংবনি, আসাম সবকাবনা ব্বা পাম্বী ফাওবদা টেক্স লৌখৎলক্লবদা সিলেটী বাংলাদা

পবেং অদু অসুম্না লৈ - ও এগো সজনী, গুব্রাগাছে টেক্সা লাগলনি। মৈতৈবোলদা হন্দোকপসি ইবাবতনা ওইবিগদ্রা হায়বদদি চপচানা হায়বা ঙমদে।

পনবা য়াবদি, চন্দ্রকলা দেবীনা গ্রামোফোন বেকোর্ডদা শকখিবা য়াওল ঈহৌগী ঈশৈ অনীদো কনানা লেংবনো হায়বসে মতম ফনা কুইনা চমম্নদুনা লৈবকখি। কমিউনিস্ট লুচিংবা সোয়াম ছত্রধাবীদা ঐনা নোংমা হংবদা হায়বকখি - মসি ইবাবতনা লেংলগা হেমাঙ্গ বিশ্বাসনা বাংলাদা হন্দোকপা ওইবম্বা য়াই। ঐসু মতমদুদা চপ চাবী খঙদ্রি। অসিগুম্বা চমম্নবা ব্রাফম কয়া মহাক্কী 'মণিপুব ইতিহাস্তা ইবাবত' কৌবা লাইবিক্তা (১৯৯৬) থেংনক্বদা নুংঙাইতবা পোকই। মসিনা ইবাবতপু চমম্নহল্লি, ইতিতহাসকী মযেক হাজিলহল্লি। খুদম অমত্তং পঞ্জগে। লাইবিক অসিগী লামায় ৩৪ শুবদা অসুম্না ইবি, 'অসিদসু নত্তনা মণিপুব অমসুং মপান লৈবাকশিংদা মণিপুবী ইমালোন্না লাইবিক তম্বা হৌদোক্লল্লিবসিসু ইবাবতনি'। ব্রাফম অসি ইতিহাসকদি খবা তৈনবে। মণিপুবদা মণিপুবী লোন্না লাইবিক তম্বা হৌদোক্লম্বসি কনাননো হায়বা ব্রাফম অসি অখণ্ড-অহৈশিংদা নৈনবিনবা থমজবক্লগা মপান লমদমদা কমদৌখিবগে হায়বদু নৈনজগে। মণিপুবগী মপান্দা মণিপুবী লোন্না ইহান-হান্না লাইবিক তম্বা হৌখিবসি খৃ. ১৯৫৬ তগীনি, কাছাড়গী লব্রাব প্রাইমাবী স্কুল খবদা। মসিগীদমক মতম অদুদা নৌনা লিংখৎপা লক্ষীপুবগী নহা মব্দপনা অকনবা থৌদাং লৌদুনা হোৎনখি। মসিগী মমাঙদা মণিপুবগী ব্রাংমদা মণিপুবী লোন্না কবিগুম্বা স্কুলদা লাইবিক তম্বা লৈখিদে। তৌবগীদি মসিগী মমাঙদা নিখিল মণিপুবী হিন্দু মহাসভাগী শিলচব মীফমদা (১৯৩৬) মণিপুবী লোন তম্নবা মণিপুবী খুঙ্গং খুদিংদা লব্রাব প্রাইমাবী স্কুল লিংখৎকদবনি হাযবা ব্রাবেপ অমা পাশ তৌখি। মহাসভা অসিগী জেনবেল সেক্রেটবি ওইনা ইবাবতনা ব্রাফম অসি হৌদোকখিবনি। অদুবু মদুগী মতুং তাবা থবক্তি মতম কুইনা পায়খৎপা ঙমখিদে। ইবাবতনা লৈখিদবা মতুং চহী মঙা লৈবগা মণিপুবগী মপান্দা মণিপুবী লোন্না লাইবিক তম্বগী মঙলান অসি মঙফাওনখি।

***মতেঙ লৌখিবশিং:***


| | | |
|---|---|---|
| ১। | হেমাঙ্গ বিশ্বাস | উজান গাঙ বাইয়া, অনুষ্টুপ, কলকাতা-৯ |
| ২। | অনুবাধা বায় · | চল্লিশ দশকেব বাংলায় গণসংগীত আন্দোলন, প্যাপিবাস, কলকাতা-৪ |
| ৩। | অনুব্দপা বিশ্বাস : | (ক) ববাক উপত্যকায় নাবীজাগবণ<br>(খ) গর্জনশীল চল্লিশ |

# ইরাবত : খুন্নাই শেংদোকপদগীনা লৌমীগী ঈহৌ

তবামাপলশুবা চহীচানা লোইশিল্লকপা অমদি কুনশুবা চহীচানা হৌবকপা মতা" অসি মণিপুবগী ইতিহাসতা থোইদোক্না মরু ওইবা তাংকক অমনি। মতম কুইনা মপানগী নুংশিৎ-নুংশা চঙদনা তূমখুন তান্দুনা লৈবম্বা চীংলোন মাপন্না ইকোয কোযশিন্না পনশাবা লমদম অসি নোংচুপলোমগী মশেক-মঙালনা তপ্না-তপ্না যৈবকপগা লোযননা অনৌবা যাওল অমগী যাকাইবোল শক্কদগী থৌবাংলকপা মতম্নি।

মতাং অসিদনি হিজম ইবাবতনা পোকখিবা অমদি চাউবকখিবসে। মহাক্কী পুন্সি শেমগৎপদা মতম অদুগী লৈবাক-খুন্নাইগী ফিভম্না অকনবা শাফু পীখিবা হাযবসি মহৌশানি। অদুনা মহাক্কী পুন্সি নৈনবদা মতম অদুগী খুন্নাইগী ফিভম খঙবা মথৌ তাই।

লোই চল্লবিবা বৃটিশকী থৌশিলনা নিংথৌফম লৌথোকপা তৌদনা অনৌবা লৈঙাক্লোনগী মওং অমা পুবক্লবা হোৎনবদা মণিপুব প্রজাশিং নূং অনীগী মবক্তা হা ওইখি। নাকন অমদা নিংথৌ, নাকন অমদনা লোই চল্লবিবা ইংবেজ। অদুমকপু ইংবেজশিংনা লমদম অসিদা হান্নদগী চৎনবকপদা ফত্তবা চৎনবী অমদি পথাপ কযা মুখৎতুনা অনৌবা খবা হৌদোক্লবদি তৌখি। মসিগী মনুংদা পনবা যাবদি - *লালুপ কাবা* অমদি *অবৈবা মীনাই থম্বগী চৎনবী* অসিনি। মেজব মেক্সুযেলনা ১৮৯১ দা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইবগা চৎনবী অনীসে মুখৎনবা তৌখি অমসুং থীম্বুবা তৌদনা মুখৎখি।

সাহেবশিংনা অফবা থবক পাযখৎখিবা খবগী মনুংদা মহৈ-মশিং শন্দোক্লবা তৌখিবদু পনবা যাই। চন্দ্রকীর্তি মহাবাজনা পাল্লিঙৈদগী হৌনা সাহেবশিংনা হীবম অসোমদা থবক পাযখৎনবা কন্না হোৎনখি অদুবু নিংথৌসু প্রজাসু লাইবিক-লাইশু তম্বগী মাইকৈ অসোমদা পূক্লিং চঙলমদে, কবিমতা

থৌশাবমদে। ফিভম অসিদনি ই ডব্লিউ ডুন্না হায়বম্বদো - "The Manipuri prefers remaining ignorant So illiterate are they, that some of the highest officials can neither read nor write, and are not a whit ashamed for their want of knowledge " - E W Dun Gazetteer of Manipur মহাক্না হাযবিবসে মৈতৈবোলদা শম্নপ্না হন্দোকপদা অসুম্না ওইবা য়াই - মণিপুরীশিংসে পঙদুনা অদুম লৈবনা হেন্না পামই। মখোয়সে লাইবিক কয়াম্না হৈতবগে হাযবদা খাইদগী অৱাঙবা ফমজাউ পায়বিবা ফাওবা পাবসু হৈতে ইবসু হৈতে, অদুগা মখোয়দা লৌশিং-জ্ঞান যাওদ্রিবা অদুগীদমক খৃজিন মমায় অমা ফাওবা ইকাযবা খঙদে।

মদু হায হাযদুনসু সাহেবশিংগী হোৎনবদি তোকখিদে নৎত্রগা হনবা লৈখিদে। বেঙ্গল সবকাব অমদি আসাম সবকাব অনীনা তম্নবা লাইবিকশিং অমদি শেনগী তেঙবাং পীবক্তুনা স্কুল খবা খবা লিংবা হৌগৎখি। অৱাবদি মতমদুদা মৈতৈবোলদা তম্নবা লাইবিক লৈতবা মবম্না বাংলালোন্দা তম্বা তাখি। ওজা ওইবিনবসু লৈতদুনা কাছাড অমদি সিলেটতগী লাইবিক খবা খবা হৈবশিং শামুযাইশা থাদোক্তুনা থিবগুম্না থিবগা পুবকখি। হাযবিবা ওঝাশিং অদু বাংলাদা তম্নকপনিনা মখোযনা তম্বিবদা বাংলাগী উচ্চাবণদা কো খো গো হায়না তম্বিবকখি। খোঙ্থোক অদু তুংদসু হোংদনা অদুম চৎনবকখি। মযেক্কী মতাংদসু অদুমঙাই। মৈতৈবোলগী মশাগী অবিবা মযেক লৈজববসু মতমদুদা ছাপা নম্নবা মযেক মব্দ লৈতবনিনা মৈতৈমযেক্তা লাইবিক নম্বা ওইথোকখিদে। অদুনা ফিভমদুদা য়াদদুনা বাংলা মযেক শীজিন্নবা হৌখি। মতাং অসিদা কনা কনাগুম্বনা হাযবা যাওই - মতম অদুগী সবকাবনা বাংলালোন অমদি বাংলা মযেক লমদম অসিদা নমদুনা চৎনহনখি। মসি খঙদদুনা হাযবনি। তশেংবদি, মতমদুদা মণিপুবগী ফিভম্না য়াদদুনা বাংলালোন অমদি বাংলা মযেক শীজিন্নবা হৌখিবনি।

অসুম হাযনা হোৎনবদগী ইং ১৯০৩-০৪ গী অদুৱাইদা মণিপুবদা মিডল স্কুল অমা, অপাব প্রাইমাবি মঙা অমসুং পাঠশালা (লোৱাব প্রাইমাবি স্কুল) কুন্নিপাল লৈবে। অদুবু ছাত্রদি মশীং ইয়াম য়ান্নমদে। মবমদি অহন-লমনশিংদা মচামশূ লাইবিক-লাইশু তম্মান্নীংবগী ৱাখল লৈতে, লাইবিক-লাইশু হৈবগী কান্নবা খঙদে। লাইবিক-লাইশু তম্নবদি মলেছলোন শোয়দনা যাওবক্কনি, মলেছলোন তম্নবদি মাংগনি, ইপা-ইপূ নোবোক তাগনি, মসিনি খন্নবল্লিবা। নুপীমচাশিংগী মতাংদদি অমুক্কা হেন্না শাথীবম্মী। নুপীমচাশিং লাইবিক হৈহল্লগা বিলাত্তা পুখিগদৌবিবনি, বিলাত্তা সাহেবশিংদা থাজগদৌবিবনি, মবমদি লৈবাক অদুদা নুপী মশীং যাম্না ৱাংলি হায়না কিনবা অমসু য়াওবম্মী। তোকঙা শন্দোকপা হৈবা, তোকঙা থাজগনবা লমদম অসি মতম অদুদসু হীবম অসিদা চাং পংতা

তাবমদে। ময়াম অসিনা মবম ওইদুনা লাইবিক-লাইশু তম্বগী মতাংসি খূমাঙ চাওশিনবা ইঙম-ঙন্নমদে। অদুনা মাইনব পাশ তৌবা য়ামখিদ্রবা মহৈবোই খবদু লাইবিক মথা তমথফম লমদম অসিদা লৈতদুনা অৱাবা অমা ওইবম্মী, নুংঙাই যাইফম্বা ইমুংগী মচা ওইবগনা শিলচব, সিলেট, ঢাকানচিংবদা তম্বা থানবম্মী।

হিজম ইবাবতসু ইম্ফালগী জোনস্টোন মিদল স্কুলদা ক্লাস ফাইভ ফাওবা তম্লগা মপাবুংগা পোকমিন্নবা মনেগী মচা মবাই সৌগাইজম সমবেন্দ্রগা লোযননা ১৯১৩ দা ঢাকাদা লাইবিক তম্বা চৎখি। চহী অনীবোম লৈদুনা মফমসিদা ক্লাশ সেভেন ফাওবা তম্লম্লগা নোংমদি কনাদসু তাক্লম্বা তৌদনা ইবাবত মাঙখি, ঢাকা থাদোক্তুনা কদায়দনো চৎখি। ইবাবতনা ঢাকাদা লাইবিক তম্বগী মতাং অসি মতম ফনা কুইনা, অমনা অমা হায় অমনা অমা হায়, অশেংবদো খঙবা ঙম্লকখিদে। বাংলাদেশকী অইবা এ কে শেবাম অমদি মহাক্কী মৰূপ-মপাং খবনা কন্না থিজিনবদগী ২০০৮ দা অশেঙবদো খঙবা ঙমখি। ইবাবতনা ঢাকাদা লাইবিক তম্লুবসি ক্লাশ সিক্সতগী সেভেন ফাওবনি, মফম অদুগী প্রোগোজ স্কুলদনি। যাম্না লিববা স্কুল অসি এন পি প্রোগোজ কৌবা আর্মেনিযান অমনা লিংখৎলম্বনি। এ কে শেবামবু থাগৎচবগা লোয়ননা মবী লৈনবা স্কুল সার্টিফিকেট অনিগী ফোটো কোপি হাপচবি। [চেহাপ-২, ৩]

ইবাবতনা ঢাকা থাদোকখিবগী মসিগী মবম চপচানা ঙসিফাও খঙবা ঙমদ্রি। ইবাবতকী মতুং মতম কুইনা ইল্লম্বা লৈখিদ্রবা ক্ষেত্রি ইবোয়াইমনা ৱাবী তৌবম্বদদি অসুম্না হায়বম্মী - লাইবমচা পীতৎ-পাতৎপা ইবাবতনা ঢাকাদা লাইবিক তমদুনা লৈবিঙৈসিদা মবাই সমবেন্দ্রগী চাক-ঈশিং থোংই, কোল্লিকসু ফেঙই। মতম অদুদা অশেং-অমাং যাম্না কনবনিনা মৈতৈমচাশিং অতোপ্পা জাতকী ছাত্রশিংগা পূন্না চামিন-থকমিন্নবা মাংই হাযদুনা তৌবমদে। মখোয মবন্নাই থোংথাক্তুনা চাবম্মী নৎত্রগা অনীহুম পূন্না থোংথাক্তুনা চামিন-থকমিন্নবম্মী। ইবাবতনা মহৈবোই ওইনা মবাইগী নৎত্রগা মখোয খবা পূনশিল্লগা লৈবা মেসকী চাক-ঈশিং থোংলম্মী। পাখং ফাবকপা মতম্লিনা মেসকী নৎত্রগা মবাইগী চাক-ঈশিং থোং-থাকপদো মমান্নবশিংগী মমাঙদা ইকাইবা অমদি মপূক্লিংদা নুংশিবা পোক্লম্বা যাই নৎত্রগা কবিগুম্বা ৱাহৌ অমদগী মবাইগী মথক্তা ৱাবৌবম্বসু যাই। ঢাকাদগী চংলমদাইদা মবাইদা তাক্লমদবা অমসুং থা কয়া মতুংদা মণিপুবদা হল্লক্লগা সৌগাইজমদা চঙখিদ্রিবসি অদুগুম্বা মবম খবদি লৈবম্বা তাই।

অমবু ওইবসু অমবু ওইবসু ঢাকাদা চহী অনীবোম লৈবম্বসি ইবাবতকী পুন্সিদা যাম্না মৰূ ওইবা তাংকক অমা ওইখি। মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী ৱাখল-মিৎযেংদা মশেক মঙাল অমা পীবগুম থোকখি। মতম অদু বাংলা লৈবাক্তা *স্বদেশী আন্দোলনগী* মৈবী কন্না চাকপা মতাংনি।

ভাবতকী ভাইসবোয় লোর্ড কার্জন্না লৈঙাক-থৌবমগী খুদোং চানবনি হায়দুনা ১৯০৫ দা বঙ্গদেশপু অনীথোক্লা খায়দোকখি - নোংপোক-বঙ্গ অমদি নোংচুপ-বঙ্গ হায়না। থৌশিল অসি বাঙ্গালীশিংনা তবাই-তবাইনা লৌখিদে। বাঙ্গালী ফৃকপ্পু অনীথোক্লা খাযদোক্কুনা মপাঙ্গল শোম্বহন্নবা তৌবনি, মসিদি বাঙ্গালী জাতিগী যাঙলেন শক্ত থুদোকপনি হায়না লৌখি। থৌশিল অসিগী মায়োক্তা বাঙ্গালীশিংনা অকনবা ঈবাং-ঈহৌ শাগৎখি, মসিবু *বঙ্গভঙ্গ আন্দোলন* হায়না খঙনখি। মতাং অসি লোইলম শন্দোকপা খুৎপু ইংবেজগী মাযোক্তা লৈবাকশীনবা থুংনা নীংতম আন্দোলন কন্না শাগৎলকপা মতাং ওইবনা বঙ্গভঙ্গ আন্দোলন অসি *স্বদেশী আন্দোলন*গী শক্তম লৌবকখি। বিলাত্তা শাবা পোৎচৈ শীজিন্নবা তোক্কুনা ভাবত্তা শাবা পোৎচৈখক্তা শীজিন্নবা হৌবকখি, বিলাত্তা শাবা ফিবোল-পোৎচৈ লৌথোক্কুনা মৈ থাদোক্লবকখি। কবি অমদি শৈশকপশিংনা লৈবাকনীংবা শৈবেং কযা লেংদুনা, ঈশৈ কযা শক্কুনা লৈবাক মীযাম্বু যাকাইহনখি।

বাঙ্গালীশিংনা মখোয অমত্তা ওইনবা হোৎনবিবা, মখোযনা মখোযগী লোন, মখোয়গী সাহিত্য অমদি নাৎপু চাউথোকচবগা লোযননা নুংশিজবিবা, স্বদেশীগী ঈহৌদা বিলাৎতা শাবা ফিবোল-পোৎচৈ মযাম ইবায-লাযনা লংথোক্কুনা মৈ থাদোক্লিবা - ময়াম অসিনা ইবাবতকী থম্মোযদা অকনবা ঈথক-ইপোম হৌহনখি। শম্না হায়বদা ঢাকানা ইবাবততা 'স্বদেশী মন্ত্র' (মবৈবাক নুংশিবগী লাইবোন) তম্বিখি।

অদুনা ঢাকাদগী থোবক্লগা ইবাবত চুমদ্রিং মণিপুবদা লাকখিদে। ইতিহাসকী থৌদোক-ৱাথোক কযানা মবম ওইদুনা মণিপুবগী মপান্দা চোইজাইননা তাবিবা মৈতৈশিংনা কবম হায়না লৈবিবা, মখোযগী যুম্বান-কৈবান, মখোযগী ৱাখল-লিংজেন কবম হাযনা তৌবিবা হাযবনচিংবা যেংনীংবা খঙনীংবগা লোযননা ত্রিপুবা, সিলেট অমদি কাছাড়দা মৈতৈশিংনা তাবিবা মফমশিং কোযচৎ চত্তুনা য়েংখি। বাঙ্গালীশিংনা তৌবিবা অসুম হায়না মফম কযাদা চোইজাইননা তাবিবা মৈতৈশিং ৱাখল-লীচিং অমত্তনা পুলহন্নীংখি।

মণিপুবদা হল্লকপগা ইবাবতনা মহাক্কী পান্দমশিং ফংননবা কাযাৎ কযা যাৎপা হৌখি। নহাবোলশিংগী তূমদুনা লৈবিবা মথৌনা-মবীংজেল মহাক ফজনা খঙই, অসিগুম্বা মথৌনা-মবিংজেল অসি ফজনা শেমগৎপা ঙল্লগদি জাতিগী চাওখৎ-থৌবমদা চাউববা থৌদাং লৌহনবা য়াই। অদুনা অহানবমক্তদা হৌবক্লিবা নহাবোলশিংনা লাইবিক-লাইশু তম্বা ঙম্লনবা স্কুল লিংখৎনবা হোৎনখি অমসুং মশামক ওজা ওইবফাও ওইবা য়াওখি। মসিগা লোয়ননা অঙাংশিংনা মশা-মঙউ ফননবা, লমচৎ-শাজৎ ফননবা অমদি থকশি-খাশি ঙাক্লনবা শান্ন-খোৎনববোমদা

থৱায় য়াওনবা মখোয়বু থৌগৎখি। মণিপুরদা ইহান-হানবা ওইনা টাউন ক্লব লিংখৎতুনা মখল-মখাগী মশান্নদা নহাবোলশিং শেমগৎখি, মহাক মশামক মখোয়গী মবক্তা য়াওদুনা অফবা শান্নবোই কয়া পুথোক্লবা হোৎনখি। নোংচুপলোমগী মশান্না ফুটবোল, হোকি, টেনিশ, বেডমিন্টন্নচিংবা হৌদোকপগা লোয়ননা লমদম অসিদা হান্নদগী লৈবকপা মশান্না মুক্না, কাঙজৈ, কাংনচিংবসু য়োকখৎনবসু হোৎনখি। হৌজিক মণিপুরনা মালেমগী শান্নখোৎনবগী ফম্বাক চাউগোইনুংদা চাউববা মফম অমা কনবা ঙম্নিবসিগী য়ুম্ফম মতাং অদুদা থোনখিবনি হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই।

মতম অদু লোন অমদি সাহিত্যগী মবমদা য়াম্না কন্না যেৎনবা মতাংনি। কাঙবু অমনা হায়বম্মী - মণিপুরী লোন হায়বসিদি মীশিং খবতনা ঙাঙনবা লোন্নি, লোন অসিদা লাইবিক-লাইশু তমদুনা কবিমতা কান্নবোই, লোন অসিগী সাহিত্য লৈতে, সাহিত্যদি লায়বদুনা তম্নবা লাইবিক ফাওবা লৈতে, অদুনা লোন অসি চাওখৎপা যাবগী ফিভম লৈতে। কাঙবু অমনা অমুক ৱাখল অসি অবানবা ৱাখলনি হাযদুনা মসিগী মাযোক্তা হাযবম্মী - মৈতৈবোলদা তম্নবা লাইবিক লৈতে হাযবিবসি লৈহনবদা অৱাবা নত্তে, ইবগা লোইবে, ঐখোয়গী অবিবা সাহিত্য লৈজৈ, অদুনা অনৌবা মতমগী সাহিত্য শেমগৎপদা থোইনা ৱাগদবা নত্তে, লোন অসি ঙাঙনবা মীগী মশীং যামদে হাযবদুসু অবানবনি, মবমদি মণিপুরদা মৈতৈশিংতা নত্তনা লমদম অসিগী চীংগী লমদা লৈবিবশিংসু লোন অসি ঙাঙই, অসিতা নত্তনা মণিপুরগী মপান্দা মণিপুরী লোন লোনবা মৈতৈতা নত্তনা মৈতৈ-পাঙল অমদি অতৈ কাঙলুপ কযাসু লৈবি। অকোনবগী কাঙলূপ অসিদা ইবাবত যাওবম্মী। কাঙবু অসিনা লোন অমদি সাহিত্যগী অৱাৎপা কযা মেনখৎনবা হোৎনখি। তম্নবা লাইবিক লৈতবা অমদি অৱাৎপা মেখৎনবা বাংলাদগী তম্নবা হন্দোকপা য়াওনা অনৌবা তম্নবা লাইবিক কযা মথং-মথং ইনবা হৌবকখি। মতাং অসিদা ইবাবতনা মহাক্কী *শৈদম শৈরেং* পুথোবকখি। লাইবিক অসি অনৌবা সাহিত্য শেমগৎপগী যাকাযবোল শকপশিংগী মবক্তা অমা ওইবতা নত্তনা স্কুলগী খবা ৱাংবা থাক্তা তম্নবা লাইবিকসু ওইখি।

লোন অমদি সাহিত্য চাওখৎনবগী মাযকৈদা চেফোঙগী থৌদাং য়াম্না চাউনা লৈ হাযবদো ইবাবতনা ঢাকাদা লৈবিঙৈদা হকথেংননা খঙল্লকখি। অদুনা মণিপুরদা হল্লক্লগা মহাক্না বীব টিকেন্দ্রজিৎকী মচানুপা বীবচন্দ্রগা লোযননা মণিপুরদা মৈতৈবোলগী অহানবা চেফোঙ *মৈতৈচনু* ফোঙখি। মতম অদুদা মণিপুরদা লাইবিক নম্বগী খুদোংচাবসি লৈতবনা চেফোঙ অসি স্টেনশিল পেপবদা খুৎনা ইদুনা সাইক্লোস্টাইল তৌবগা ফোঙখি। চেফোঙ অসি ১৯২২ দা ফোঙখি,

অদুবু কনা কনাগুম্বনদি ১৯২৪ দনি হায়। ডাক্তর কমলগী হৌজিকফাও নৌদুনতা লৈবিবা শৈরেং *মৈতৈচনু* ১৯২৪ দা হায়বিবা চেফোংগ অসিদা ফোংখি হায়না অশৈবনা মহাক্কী লৈপরেংদা পল্লি। অদুনা চেফোংগ অসি ১৯২২ দগী ফোংবা হৌবগা ১৯২৪ ফাওবা চত্থবন্থসু ওইথন্বা য়াই। মতাং অসিরাইদা সিলেটতগী *জাগরণ* কৌবা মণিপুরীগী চেফোংগনি হায়বা অমসু ফোংলম্মী। চেফোংগ অসিদা বাংলা অমদি মণিপুরী লোন অনীমক্তা রারেং-শৈরেং য়াওরম্মী। চেফোংগ অসিদা ডাক্তর কমলগী শৈরেং অমসু ফোংখি। নুংঙাইবিবদি, বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী কাংবু অমনা চহী খবা মতুংদা ফোংলকপা *মণিপুরী* কৌবা চেফোংগ অমদা মীগী মরোন্দা চেফোংগী মমিং *জাগরণ* থোনবগীদমক ইকায়বনা মায়সি পুবা ঙমখিদে হায়না থরায় শোক্লা নুংঙাইতবা ফোংদোবকখি। অদুগা ডাক্তর লৈরেন্না মহাক্কী চেফোংগ *যাকাইরোল* ফোংলকপদদি ইমারোলদা মমিং থোনবা উবদা হায়বিবা বিষ্ণুপ্রিয়া কাংবু অসিনা হবাওবা ফোংদোবকপগা লোয়ননা তবাম্লা ওকপগী রারোল খংহল্লকখি।

লোন অমা হিংবা অমদি চাওখৎপা হায়বসি সাহিত্য চাওখৎপগা মবী যাম্না লৈনৈ, অদুতা নত্তনা লৈবাক-খুন্নাই অমগী যাওল পুবকপদা সাহিত্যগী চাউববা থৌদাং অমসু লৈ। অদুনা সাহিত্য শেমগৎনবা অমদি চাওখৎনবা ইবাবত অমদি মতম অদুগী লোন অমদি সাহিত্য নুংশিজবা কাংবুনা ১৯৩৫ দা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ লিংখৎখি। ভারতকী মনুংদা খ্বাইদগী লিববা সাহিত্যগী লূপলেন খবগী মনুংদা অমা ওইবিবা পরিষদ অসিনা মণিপুরী লোন, সাহিত্য অমদি নাৎকীদমক্তা লৌবকখিবা শীংথানীংঙাই ওইবা থৌদাং কয়া লৈবাক-মীযাম্না খংনবা রাফম্লি। লূপলেন অসি ঐখোয় লোইনমক্কী চাউথোকচনীংঙাইনি।

মতম অদুদা মৈতৈ খুন্নাইদা ফত্তবা চৎনবী কয়া লৈরম্মী। চৎনবীশিংদো খবমনা হান্নদগী লৈবকপনি অদুগা খবমনা নিংথৌগা লাইনীং লম্বীগী লুচিংবশিংগা মান্নবগা হৌদোবকপনি। হায়বিবা ফত্তবা চৎনবীশিংসি চৎহুন্নবা তৌবদা কবিগুম্বদা নিংথৌগী নম্ফুহাফু যাওখিদবা নত্তে। লাইনীং লম্বীগী লুচিংবশিংনা নিংথৌ হায়বসিদি লাইগী শাযোন্নি, পাখংবগী চারোন-শুরোন্নি হায়দুনা নিংথৌবু য়াম্না কিনা য়াম্না লুনা থন্নহনখি। লাইগী শায়োন লৌবিবা নিংথৌগী যাথংদি লৈখা তাহনফদে হায়না লৈবাক-প্রজাবু কন্না থাজহনখি, থাজবসি লৈবাক প্রজাগী লূ-তোংদা চঙদুনা অবিবা লায়নাদৌনা কুইনা লৈবকখি। লায়না অসি লায়েংবদা অবাযবা ওইখিদে। ইবাবতনা মদু খংখি। ময়ামগী ওইবা লূপ অমা লিংখৎতুনা লাযেংদ্রবদি খুন্নাইগী লাযনাশিংসে কোকপা ঙম্লোই খনখি। অদুনা লিংখৎখি নিখিল হিন্দু মণিপুরী মহাসভা।

মহাসভাগী মরু ওইবা পান্দমদি মালেমগী মফম কয়াদা চোইজাইননা তাবিবা মৈতৈ পূম্নমক শকখণ্ড-মায়খণ্ডনবগা লোয়ননা যাম্না নকশিন্নবা মবী থম্বা, জাতিগী লোন অমদি নাৎ মাঙদনবা অমদি চাওখৎনবা তৌবা অমসুং খুন্নাইগী ফত্তবা চৎনবী কয়া শেংদোক্নবা তৌবা অসিনি।

মহাসভাগী অহানবা মীফম ইম্ফালদা ১৯৩৪ দা ফমখি। মসিদা মণিপুবদগী নত্তনা মণিপুব ব্রাংমদগী মীহুৎ কয়া শরুক য়াবখি, লাপখ্রবা ঢাকা অমদি ব্রহ্মদেশতগী ফাওবা লাকখি। মীফম অসিদা চহী কযা মমাঙদা ইবাবতনা ঢাকাদা উবকখিবা স্বদেশী মেলাগী (ইবমদমগী মেলা) মওংদা *মণিপুব প্রদর্শনী* হায়বা মেলা অমসু পাঙথোকখি। মসিগী পান্দমদি মণিপুবগী ফিশা-লোনশা অমদি খুৎশা হৈবগী পোত্থোক কয়া উৎতুনা ইবৈবাক্কী পোত্থোক নুংশিনা তৌবগী অমদি চাওখৎনবগী তৌবনি। মসিদা শেনমিৎলোন অমদি লৈঙাক্লোনগী তুংকোইবা পান্দম যাওখি।

মীফম অদুদা খুন্নাই শেংদোকপগা হকথেংননা নৎত্রগা নাকোইননা মবী লৈনবা ব্রাবেপ কযা তাখি। মদুগী মনুংদা পনবা যাবা অনী যাওখি - অমনা মহৈ-মশিং তম্বগী মতাংদনি অদুগা অমনা মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিযা অনীগী ব্রাফমদনি। মহৈ-মশিং তম্বগী মতাংদা অসুম্না ব্রাবেপ তাখি - ‘মণিপুবী খুদিংনা তঙাইফদনা মাগী মাগী মচাশিংবু তঙাইফদবা থবক ওইনা প্রাথমিক শিক্ষা (প্রাইমাবী এডুকেশন) পীনবা, প্রাথমিক শিক্ষা ফাওবা নুপীমচাশিংনা নুপামচাগী স্কুলদা তম্বা যাবা, ব্রাহ্মণশিংনা (সংস্কৃতকী) আদ্য ফাওবা তমদবা যাদবা হায়না লেপ্লবে।’

হৌজিক ফাওবদা মণিপুবী খুন্নাইদা তিংখং ওইনা যূদুনা লৈবিবা মৈতৈ অমদি বিষ্ণুপ্রিযাগী ব্রাফম মীফম অদুদা খন্নখি অমদি অসুম্না ব্রাবেপ তাখি- ‘নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভানা সুর্মা ভেলিদা মৈতৈ অমদি বিষ্ণুপ্রিযা হাযনা অনী খাযদুনা যাম্না নুংঙাইনদ্রে হাযবা তাবদা যাম্না ব্রাবে, অসিগুম্বা ভাব অসি মণিপুবী পূম্নমক্কী হৌফম মণিপুবদদি লৈতে, মবম অদুনা সুর্মা ভেলিগী মণিপুবী পূম্নমকপু ভাব অসি লৈতনবা হায়বি অদুগা খুৎপু অনীমক্কী গভর্ণমেন্টতা পীনখিবা (চে-চাংদা) মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়া অনী খাযবগী ব্রা অমসুং অনী অসি নুংঙাইনদনবগী ভাব যাওবা শরুকমখৈ লৌথোকউ হায়না লেপ্লবে।’

পনবা যাবদি, মহাসভা অসিগী থবক পুননবা ব্রার্কিং কমিটি অমা মেম্বব ১৭ শাদুনা শেমখি-মদুদা মণিপুবদগী মীহুৎ ৬, ঢাকাদগী ১, ত্রিপুবাদগী ২, অসামদগী ২, ব্রহ্মাদগী ২ কাছাবদগী ৪ লৌবা হায়না লেপ্লখি। মসি পঞ্জবগী ব্রাদি, হায়বিবা মহাসভা অসি মালেমগী মফম খুদিংদা লৈবা মৈতৈশিংগী মীহুৎ যাওবা তশেংনা মণিপুবী মহাসভা হায়বদুমক ওইখি।

মহাসভাগী অনীশুবা মীফম শিলচবদা ১৯৩৬ তা ফমখি। মীফম অসিদসু মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়াগী ৱাফম অসি চোংথোবকখি। মহাসভাগী জেনবেল সেক্রেটবি ওইনা ইবাবতনা মহাক্কী চহীগী বিপোর্টতা অসুম হায়না পল্লি - '১৯৩৫ গী ১ লা ডিসেম্ববদা শিলচব গর্ভনমেন্ট হাইস্কুলদা সর্মা ভেলিগী মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়া তিনবা মিটিংগী বিজোলিউসনগী কোপি অমা শিলচবদগী এসিষ্টান্ট জেনেবেল সেক্রেটবিনা কার্যকাবি কমিটিগী এপ্রুভেলগীদমক থাবকই, তাং ৫।১২।৩৫ ইংদা হবাও-নুংঙাই উত্তুনা বিজোলিউসন অমা পাস তৌদুনা বিজোলিউসন অদু সুর্মাভেলিগী মৈতৈ অমসি বিষ্ণুপ্রিযাদা এসিষ্টান্ট জেনেবেল সেক্রেটাবিগী থ্রুদা কোপি থাখি, থুনা অমসুং থীন্দনা কাঙবু অনীমক্লা পাউ ফংলে অমসুং খঙলে হাযনা নীংই . সুর্মা ভেলিগী মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিয়া ইচিন-ইনাওনা চান্নবে হাযবা ৱাহৈ অসিমখৈ তাবদসু মণিপুবী জাতিগী মনুংদা অমত্তা ওইবগী নুংশিবগী থৌবীনা পুল্লক্লে হাযনা খনবদা নুংঙাইজে।'

অদুবু লাইবক থীবদি মতমদুদা পূল্লগদ্রা হাযনা খন্নবম্বা অদো মব্দ ওইনা মৈতৈনা মী খোনজিনবা হৈতবদগী ঙসি ফাওবা পূনবা যাদনা লৈবক্লি। ঙসিদি কাঙলুপ অনীসি পূনবদি লাযবদুনা থাঙ কন্না শংনবে, উন্নবা যাদ্রে থৌদোক ৱাথোক্তা বার্তন কক্লবে। মতম অমা লৈবম্মী বিষ্ণুপ্রিযাশিংনা যাম্না পামজবা মৈতৈগা ৱাবী শান্নবদা মৈতৈবোল ঙাঙবা, কবিগুম্বদা মখোয মশেল ঙাঙনবদা ফাওবদা মৈতৈবোলনা বিষ্ণুপ্রিযাগী মহুত্তা ঙাঙনবা। মৈতৈবোল ঙাঙনবা বিষ্ণুপ্রিযা খুন ফাওবা লৈবম্মী অদুবু ঙসিদি বিষ্ণুপ্রিযাশিং মৈতৈবোল ঙাঙখিদ্রে, নহাবোলদদি মৈতৈবোল ঙাঙবসি তুকচ্চবা অমা ওইনা থোক্লে।

পনবা য়াই, ইবাবতনা মহাসভাগী চহী কযা মতুং ফাওবদা কাঙলুপ অনীসি পূনশিন্নবা কন্না হোংনখি। সিলেট জেলদগী থোবকপগা ইবাবতনা মৈতৈদগী বিষ্ণুপ্রিযানা মশীং হেন্না তাবা পাথাবকান্দি মায়কৈদা থা খবা লেখি। মদুদা মহাক্লা মৈতৈ-বিষ্ণুপ্রিযা অনীসি তিন্নবা যানবা দুর্লভছড়াগী মাঙোপ অচৌবদা মাযকৈ অনীমক্কী কাঙবু তিনবা মীফম অমদা কন্না হোংনখি। মীফম অদুদা হবিগঞ্জ বিশগাঁওগী নবধ্বজ সিংহ চৌধুবীনা মীফম মপূ ওইখি।

মহাসভাগী অহুমশুবা মীফম, ১৯৩৬ দা মন্দলেদা ফন্নবা মতুংদা মবিশুবা মীফম্না ইম্ফালদা ১৯৩৮ দা ফমখি। অকোনবগী মীফম অসিদনি নিখিল হিন্দু মণিপুবী মহাসভাদগী 'হিন্দু' হাযবা ৱাহৈ অসি লৌথোক্লগা মহাসভানা লাইনীং লম্বীগী অখূবা মিংযেংদগী নম্থোবকখিবা লোয়ননা বাজনীতিবোমদা মমায ওনশিল্লকখিবা। মসিনা মবম ওইদুনা সবকাবগী থবক তৌবা মীওই অমত্তা মহাসভাদা য়ওবা য়াবোই হাযনা সবকাবনা অথিংবা থন্নকখি।

সবকাবগী ফম থাদোকপা ঙমদবশিংনা মহাসভা থাদোক্লুনা চংখি। ইবাবতকা এলাংবম তোম্পোক্কদি সবকাবগী থবকপুদি মহাসভানা হেল্লি খন্দুনা সবকাবগী থবক থাদোকখি। সদব পঞ্চয়েতকী মেম্বর হাযবসি হাইফেৎ চাউবিবা যন্নি, সেকেণ্ড ক্লাশ ম্যাজিস্ট্রেটনি, তোলোব লুপা ২৫ নি মতমদুদা অদুগা লোযননা লৌচা ওইনা ফংবা লৌ পবী ২০ নি। ইবাবতনা মসি পূন্নমকসি কবিমতা নীংহন্নদনা থাদোকখি। অদুতা নত্তনা চৈবাপ মমাঙদা সোবোক মপান্দা বিলাত্তা শাবা মফি-মবোল পূন্নমক মৈ থাদোকখি। নুমিৎ অদুদগী হৌনা ইবাবত অনাইবংগী ফিবোল শীজিন্নবা হৌখি, পুক্সিগী অবোইবা মিংকুপ ফাওবা অনাইবং থাদোকখিদে। ইবাবতকা লোযননা এলাংবম তোম্পোকসু লৌকংশঙগী কিবানী ওইবা তোকখি।

মতাং অসিন্নাইদা সবকাবনা নাতৈ চাদবা পাম্বৈ কযা শীজিন্নদুনা প্রজা মীযামবু ওৎনৈবা অমদি নিংথৌনা নত্তবা চৎন-পথাপ কযা শেমদুনা শেন খাযবগী থবক কন্না চত্থবকখি। হাযবিবা পাম্বৈশিং অমদি চৎন-পথাপশিং পনবা যাবা খবদি- পোত্থাং-বেগাব, পিওন-চাকথাক, যাইবেক-সন্ত্রী, চন্দোন-শেনখায, মাংব-শেংবা অসিনচিংবনি।

সবকাবগী অঙম-অথৌ অচৌবদগী পিকখ্রবা পিওন-চপ্প্রাসী ফাওবনা থবক্কীদমক চৎপদা সবকাবগী মীশক অদুগী মপোৎ-মচৈ পূন্নমক লেম্না হায়বদি শেন লৌদনা মফম অমদগী মফম অমদা থাংদোক-থাংজিন পুথোক পুশিন তৌবা তাই। মসিনি পোত্থাং বেগাব। পিওন-চাকথাক হাযবা নিযম অসিগী মতুং ইন্না সবকাবগী মীশক অমনা থুংলবদা মফম অদুগী খুঞ্জাশিংনা লেম্না পীজ-পীথক তৌগদবনি। অদুগা সবকাবী মীশক অদুনা অহিঙ লেকপা তাববদি খুঞ্জাশিং অদুনা যাইবেক্লুনা মীশক অদু শোযদ-ঙামদনবা সন্ত্রী ওইনা শঙবা তাই। মসিনি যাইবেক সন্ত্রী। অসিগুম্বা নতৈ চাদবা চৎন পথাপশিং অসি মুথৎনবা ইবাবত অমদি মহাসভাগী মীওইশিংনা কন্না থেংনবকখি।

গৌডিযা কনখ্রবা মণিপুবী হিন্দু কাঙলূপনি, চন্দোন থিনবা হাযবসি মখোযগীদি তৌদবা য়াদবা লাইনীং-লম্বীগী থাজবা অমনি। অদুবু চন্দোন থিনগে হাযদুনা কৈথেলদগী চন্দোন লৈকুবগা হেক্তা থিনবাযাবমদে। চন্দোন থিনবগীদমক শেনখায পীবা তাই, পীদ্রবদি চন্দোন থিনবা যাবোই- শেনখায যূমথোঙ খুদিংগী চহীদা পৈশা মঙা-মঙা। পনবা যাই, অসিগুম্বা শেনখায অসি কাছাডদসু চৎনবম্মী। মসি মফম খবদসু চৎনবম্বা যাই। কাছাডগী নোংপোক মায়কৈদা নুংফৌ লৈকাই কৌবা খুন অমা লৈ। মসিদা গোসাই অমা লৈবম্মী। হায়বিবা গোসাই অসিগী চান্ন-থক্লবা ওইবমাল্লে, অকোয়বদা লৈবা খুনশিংদগী গোসাইগী শেনখায় হায়না চহী খুদিংগী যূমথোঙ খুদিংদগী শেন খায়বম্মী।

প্রজাবু ওৎপগী, প্রজাদগী নম্ফুদা শেন খায়বগী নাতৈ চাদবা থৌওং ময়াম অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী শাথীবদি মাণ্ডব-শেংবা হায়বসিনি। মতাং অসিদদি নিংথৌগা লাইনীং লম্বীগী চূপ্লি পায়বিবা ব্রহ্মসভাগা খুৎশম্নদুনা প্রজাবু ওৎ নৈনবগী তমথীববা খুৎলাই অমা ওইখৎলকখি। কনাগুম্বা মীশক অমবু কবিসু নত্তবা মবম অমগীদমক মাংলে হায়না হেক্তা ইম্বোকপা য়াই, মহাক্তা নত্তনা মহাক্কী ইমুং পূম্নমক, কবিগুম্বদনা খুনদো পাক্তক্লনা ইম্বোকপা ফাওবা য়াই। খুন্নাইগী ইম্বোক্তুনা তোঙান্না লৈবা হায়বসি অৱাবা অমনি, পাপকী মশক্লি। অদুবু শেন তিংলগা শেংদোকপদি যাই, প্রায়শ্চিৎকী শেন লুপা মর্ফুগা সিকি অমগা পাই মাপন। মতমদুদা শেনফম অসি পুথোকপা অবায়বা থবক নত্তে। শেনফম অসি পুথোকপা ঙমদদুনা পুন্সিচূপ্পা মাংলে হায়দুনা ইম্বোক্তুনা লৈখিবা কযা যাওখি, মশা মতোমতা শিজবসু কোঙ্গাই অমনি। মাংলে হাযনা ইম্বোক্লবা ইমুংগী অশি-অনা থোক্লবদি কনামতা চঙদুনা পোৎলোইবা যাবোই, পোৎলোইবিনবা মী লৈতদুনা নুমিৎ নীনি-হুম্নি ফাওবা তাদুনা লৈবা কযানি য়াওখিবা। লুহোংবগী ঈশৈ শক্তুনা লৈ কোযবমদাইদা অমদি শ্রাদ্ধ-কর্মনচিংবদা ঈশৈ হৌবকপদা মাংই হাযবকপদগী পালা পূম্নমক লোইনা চেনখিদুনা ওম্বোক্লা অৱাবা ফিভমদা তাবা কয়াসু য়াওবকখি। অসিগুম্বা মতাংদা মহাসভাগী গৌবধর্মপ্রচাবিনী সভানা ইবাবতকী লুচিং মখাদা পূং যৈদুনা ঈশৈ শক্তুনা থবক থৌবমশিংদো লোইশিনবিখি। অদুবু ব্রহ্মসভাগী বতনশিংগা নিংথৌগসু হনাখিদে মখোয়গীদি নুংঙাইববা অচৌবা শেন্দাল লম্বী অমা ওইববনিনা মথোই কাখি। মহাসভাগী লুচিংবশিংসু হনখিদে, মাংলে হায়বিবা যূম-যূমশিংদা চঙদুনা পাক্তক-পাক্তক্লনা মাংমিন্নদুনা অনৌবা লাঞ্জং অমা ওইনা তৌখি।

অসুম্না লাঞ্জং অসিনা য়াম্না কনশিল্লকপা মতাংদা ইবাবত অমদি মহাসভাগী অতৈ মেম্বব খবগা লোয়ননা ব্রহ্মসভাগী বতন অতোম্বাপু শর্মা অমদি লাইময়ূম লৈবেঞ্জাওগী মথক্তা মাংব-শেংবগী মতাংদা দবখাস্ত অমা মণিপুব স্টেট দববাবগী প্রেসিডেন্টকী মফমদা থাজিনখি। দবখাস্ত অদুগী মতুং ইন্না যান্নদ্রিবা নাকন অনীমক কৌখত্তুনা ৱায়েল চখখি। দববাবগী প্রেসিডেন্টনা ব্রহ্মসভাগী বতন অতোম্বাপু শর্মাদা হংই - অমাংবা মী অমদগী প্রায়শ্চিৎ তৌবদা শেন কয়া লৌই? অতোম্বাপুনা খুমই - লুপা মর্ফুগা সিকি অমা পাই মাপন লৌই। ব্রহ্মাচাবীময়ূম বামনাবায়ণ শর্মাদা শেল তিংদ্রদি শেংদোকপা য়াদ্রা হংবদা, মহাক্রা য়াই হায়না খুম্লকখি। মখা তানা কবি কবি পোৎচং চঙবগে হংবদা তুলসী মঞ্জবী অহুমদং চঙলগা য়াই হায়না খুমখি। মবম চাদনা শেন লৌবগী প্রমান ফংলদুনা প্রেসিডেন্টনা কেস অসিগী বায় হায়দোক্লবা নুমিৎ অমা লাউথোকখি। অদুবু নুমিৎ অদো য়ৌদ্রিঙৈদা মহাবাজনা ফাইল অদো লৌখৎখিদুনা অমদি অতোম্বাপু

শর্মানা নবদ্বীপ চৎখিদুনা বায় অদো অদুম হায়দোকখিদ্রে। বায় অদো হাযদোকখিদ্রবসু মবাল লৈবশিংদো মথৌ হৌনখ্রে।

১৯৩৯ ফৌ-চেঙ তাণ্ডবনা মবম ওইদুনা নুপীলাল হৌবে। ডিসেম্বব ১২ দা সিফাইগী সঙ্গীন্না থিনবদা অমদি সিফাইগা ইন্ন-খোৎনবদা ইমা-ইবেন কযা অশোক-অপন নংলে। মতমদুদা মখোযবু মাযকৈ চুম্না লমজিংবিগনি খনবা ইবাবততি শিলচবদা লৈখি। শিলচবদা বাজনীতি লুচিংবশিংগী নীংতমলানগী ঈহৌ মণিপুবদা কবম্না শাগৎকদগে হায়বনচিংবা হীবমদা ব্রা তান্নবম্মী। মসিগী মতাংদা ইবাবতনা কাছাডদা ভোট লেপ্লা মতমদা কমিউনিস্ট পার্টিগী লিফলেট অমদা অসুম্না হায - (ইবাবত) 'মণিপুববেব স্বাধীনতা আদোলনকে কংগ্রেসেব সহিত যুক্ত কবিযা দেন। ১৯৩৮ সালে এই কাছাড়ে আসিয়া কংগ্রেসেব অতিথিরূপে পশ্চাদপদ মণিপুবী জাতিকে স্বাধীতাব আন্দোলনে টানিয়া আনেন।'[চেহাপ-৪] মৈতৈবোলদা শম্না হায়ববদা - ইবাবতনা মণিপুবগী স্বাধীনতা আন্দোলনবু কংগ্রেসকা মবী লৈনহনখি। ১৯৩৮ ইংদা কছাড়দা লাক্কুনা কংগ্রেসকী অতিথি ওইনা শোখবিবা মণিপুবী জাতিবু নীংতম আন্দোলনদা চিংশিলকখি।

অদুবু মণিপুবদগী ইমা-ইবেলশিংনা থাবকপা টেলিগ্রাফ ফংবদা থীম্বা তৌদনা ইবাবত ইম্ফালদা থুংলখি। থুংলবগা নুপীশিংনা হৌবিবা ঈহৌগা মবী লৈননা মীযাম তিনবা মিটিং অমদা ঈবাংদা মৈ য়াংশিনবা ব্রাঙাং ঙাঙলুবগীদমক মহাকপু সবকবনা ফাজিনখি।

বিচাবদা ইবাবতপু চহী অহুম ফাদোক পীখি। অদুবু সবকাবনা ইম্ফাল জেলদা মহাকপু কুইনা থম্বসি ফবোইদৌবি খল্লকখি। মবমদি মহাক্না জেলদা হেক চঙবগা ফাদোকশিংবু থল্লিবা মওং, মখোয়দা পীজবিবা চিঞ্জাক্কী মবমদা ব্রা ঙাঙবা হৌবকখি অমদি জেল মেনুযেলনচিংবসু শেমদোক্লবা হাযবা হৌবকখি, অদুগীসু মথক্তা নুপীলাল হৌবিবা নুপীশিংগা মবী থম্নদুনা লাল্লোং শীনবগী অকিবসু লৈবকখি। অদুনা সবকাবনা মহাকপু সিলেট জেলদা থাখি, লাপখ্রবা মবীমতা কনা লৈতবা মফম অদুদা ব্রানা লেল্লুনবা হায়দুনা।

অদুবু সিলেট জেলদা থাবসিদি ইবাবতকী মফমদা শাপ ওইবগী মহুত্তা বোব ওইনা থোকখ্রে। মতমদো সিলেট জেলদা আসামগী মশক নাইববা বাজনীতিগী লুচিংবশিং লৈবা মতাংনি। মখোয় অদুগী মনুংদা পনবা য়াবা খবদি কাছাড় জিলা কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট অকণকুমাব চন্দ, জিলা কংগ্রেস অসিমক্কী জেনবেল সেক্রেটাবি অচিন্ত্যকুমাব ভট্টাচার্য, ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্তগী মহেন্দ্রমোহন চৌধুবী (তুংদা চিফ মিনিস্টব ওইবকখিবা) অমদি হবেশ্বব গোস্বামী অসিনচিংবনি। অদুগা কমিউনিস্ট লুচিংবশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা খবনা জ্যোতির্ময় নন্দী,

চঞ্চল শর্মা, মৃনাল দাশগুপ্ত, তাবাপদ ভট্টাচার্য অমদি ভূপতি চক্রবর্তী অসিনচিংবনি। অচিন্ত্য ভট্টাচার্য অমদি বীবেশ মিশ্র মখোয় অনীমক তুংদা কমিউনিস্ট ওইবকখি।

অকুণ চন্দদি ইবাবতকা হান্নদগী শকখঙনবা মীশক্লি। ইবাবতনা শিলচবদা চৎপা খুদিংগী বাজনীতিগী ব্রাবী-ব্রাতাই য়াম্না কূপ্না ব্রাবী শান্নবসি মহাক্কনি। মখোয় অনী যাম্না নক্লকবগী মবম অমসু লৈ। চন্দ ইমুং অসি মতম কুইনা মৈতৈশিংগা যাম্না নুংশিননা লৈবকখি। অকুণ চন্দবু পোকপা কামিনীকুমাব চন্দ মহাক্কী মতমগী অদুগী অফাওবা উকিল অমনি। মহাক্না মৈতৈশিংগী চাউব-চাউববা কেস অনীদা মতেঙ চাউনা পাংখি। অমনা বালাধন চা-বাগানগী সাহেব-ম্যানেজাব হাৎপগী কেসনি। সবকাবনা মীহাৎ অসিদা মৈতৈশিংবু চিংনদুনা অকোযবদা লৈবা মৈতৈ খুন তবামবিদগী পিউনিটিভ টেক্স লৌখৎখি অমদি সেসন্স কোর্টকী বিচাবদা মৈতৈ মচা মবিবুনা ফাঁসি তৌবগী অদুগা অহুমবুনা পুন্সি চূপ্না সমুদ্র ঈযাযদা লৈবা আন্দামান ঈথৎতা কালাপানি থাবগী বায পীখি। কামিনী চন্দনা কলকাতা হাই কোর্টতা আপিল তৌদুনা মৈতৈমচাশিং অদুবু কনখি অমদি পিউনিটিভ টেক্স ওইনা খোমগৎখিবা শেনফমদো হন্দোকহনখি। অতোপ্পা কেস অমনা ভানুবিলগী (হৌজিক্কী বাংলাদেশতা) মৈতৈ লৌমীশিংনা জমিদাবগী মথক্তা হৌখিবা চহী কুনথ্রাবোমগী ঈহৌদনি। কেস অনীসি মতমদুদা ভাবত শিনবা থুংনা ফাওখিবতা নত্তনা বৃটিশ পার্লামেন্ট য়ৌনখিবা অদুগুম্বা থৌদোক্লি।

অদুগুম্বা কামিনী কুমাব চন্দগী মচানুপা অকুণ চন্দনি। মহাক মশামকসু লণ্ডনদগী ব্যাবিস্টাবনি, বেঙ্গুনদা মতম খবা ব্যাবিষ্টাবী তৌবম্লগা মযূমদা হল্লক্কুনা ভাবতকী নীংতমলান্দা কন্না য়াওবখিবা মীশক্লি। শিলচবগী গুরুচবণ কোলেজ লিংখৎপগী অহানবা চহী খবা তোলোব পৈশামতা লৌদনা প্রিন্সিপালসু ওইবম্মী। আসাম বিধানসভাদা মহাক ওপোজিসনগী ডেপুটি লিডব ওইবম্মী। ১৯৩৭ তা মহাক্না আসাম বিধান সভাগী মীখলদা মীবেপ ওইবা মতমদা তৌবিমল খঙবা মৈতৈশিংনা মঙোন্দা হপ্তুনা ভোট পীখি। কংগ্রেসতা য়াওজবগসু কমিউনিস্টশিংগা যাম্না নক্লনা চৎমিন্নবা লেফটিস্ট মাইণ্ডেড ওইবা মীশক্লি। লণ্ডনদা লাইবিক তন্নিঙৈদা লেবাব পার্টিগী ভোট খোম্বা য়াওখি। অদুনা ওইবা তাই শিলচবদা ইহান হানবা ওইনা ১৯৩৯ দা মে-নুমিৎ পালন তৌবদা জিলা কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট ওইনা ফিবাল চিংখৎপদা কবিমতা চিংনবা তৌদনা মহাক্না হায়খি - মালেমগী শিন্মী পূম্নমক ফিবাল অঙাংবা অসিগী মখাদনি পূন্দুনা মখোয়গী অধিকাবগীদমক লান্থেংনগদৌবিবসি।

অসিগুম্বা অকুণ চন্দগা ইবাবতকা ক্লাশ-ব্রান প্রিজনাব ওইনা সিলেট জেলগী 'সাহেব-কোঠাদা' পূন্না লৈমিন্নখি। জেল মনুংদা মখোয় অনী বেডমিন্টন

তোয়না শান্নমিন্নখি হায়। জেল মনুংদা অকণ চন্দনা প্রেসিডেন্ট ওইবা 'বসকলি' কৌবা লূপ অমা লৈবম্মী। চয়োল খুদিংগী অমুক-মুকখক লূপ অসি পূলম্মী, অদুগা মেম্বর খুদিংমক মানা মানা ঙম্বা শৈবেং থীবা, ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা, ফাগী-জুগাই তৌবা অসিনা তৌদবা য়াবমদে। হীবমশিং অসিদা ইবাবতকী কবিমতা ৱাত্তবনিনা মহাক্না ময়ামগী থম্মোয় লায়না চিংশিনবা ঙমখি। অদুনা মহাকপু কংগ্রেস অমদি কমিউনিস্ট কাঙবু অনীমক্না মাগী মাগী কাঙবুদা চিংশিন্নবা লাক্লখি। মখোয়গা বাজনীতিগী ৱাবী শান্নবদগী অমদি জেল মনুংদা লোন্না পুশিল্লকপা মার্ক্সিজমগী লাইবিক কয়া পাকবদগী ইবাবতকী পূক্নিং কমিউনিজমলোমদা চঙশিল্লকখি। জেল মনুংদা লৈবিঙৈদা লাইবিক কয়া পাবতা নত্তনা মহাক্না *ইমাগী পূজা* কৌবা শৈবেং লাইবিক অমসু ইখি। লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেংশিংসে মণিপুৰী সাহিত্যদা মোদর্নিজমগী লৈশাৎ তম্বা হৌবকপনি হায়না সাহিত্য নৈনবশিংনা মত পী।

ইবাবতনা সিলেট জেলদা লৈবিঙৈসিদনি জাপান্না অনীশুবা লাঞ্জাও মনুংদা বর্মা লৌশিল্লক্নুনা মণিপুরগী থোঙজিন যৌবকখিবা। ফিভম অদুদা ইবাবত মপূক্নিং লৈতানা লৈবা ঙমখিদে, পোক্লফম লমদম্মা খুদোং থীনিংঙাই ওইবক্লবদা মহাক খাঙবা ঙম্লকখিদে, লৈবাক মীযাম খোমদুনা লান্দাবক্লিবা ফেসিস্ট শক্তিগা মাযবোং যাদুনা মবৈবাক মবমদম্বু কন্নীংবগী ৱাখলনা তূম্ব-হিপ্ল-চাবা চঙখিদে, ইখি চিঠি মণিপুবগী মহাবাজদা - সিলেট জেলদগী তাং ৪/৫/৪২ ইংদা - 'And from the prision bars, I am feeling extremely perturbed by the daily news of the Japanese advance in Burma, which means that the freedom and integrity of the state of Manipur is immediately threatened with the invasion by the Japanese hordes, I, therefore, fervently urge your Highness to allow me the scope of mobilising people in support of this anti-fascist war against the Japanese agression, by setting me free' মৈতৈবোন্দা শম্না হাযববদা - নুমিৎ খুদিংগী জাপান্না বর্মাদা চঙশিল্লকপগী পাউ তাবদা কৈশুমশঙদা লৈবিবা ঐগী থম্মোয অসি যাম্না শাথীনা লৈতাদ্রে, মবমদি তমথীববা জাপান্না লান্দাবক্লিবা অসিনা মণিপুবগী নীংখা তম্বা অমদি একতাদা হৌজিক হৌজিকমক শীংনববে। . অদুনা ঐনা ইকাইখুম্নববা মহাবাজগী মফমদা থম্মোয শেংনা হাযজবদি, ফেসিস্টকী মায়োক্তা থেংনবিবা লান অসিদা লান্দাবক্লিবা জাপানগা লাম্থেংননবা ঐ লৈবাক মীয়াম্বু খোমজিন্দুনা পূনশিঞ্জগে, মদুগীদমক্তা ঐবু জেলদগী থাদোকপীদুনা ঐবু তাঞ্জা অমত্তং ফংহনবীয়ু হায়জবি।

১৯৪৩ গী মার্চ ২০দা ইবাবত সিলেট জেলদগী থাদোবকখি। অদুবু মণিপুব চঙবা য়াবোই হায়বা হুকুম অমা থোবক্তুনা মহাকপু ময়ূমদা হনবদি যাহনখিদ্রে। জেলদা লৈবিগৈদা মহাকপু কংগ্রেস অমদি কমিউনিস্ট মরুপ-মপাংশিংনা মাগী মাগী কাঙবুদা চিংশিন্নবা হোৎনখি। অদুবু জেল মনুংদা লোন্না পূনশিল্লগা মার্ক্সিজমগী মবমদা লাইবিক কয়া, চেফোঙ কয়া পাকবদগী মহাক্কী থম্মোযদা হান্নদগী খন্দুনা লাকখিবা লাইব-অনং তোল্ল-তাববশিংগী মায়কৈদা লেপ্পুনা লাইব-ইনাকখুনবা খেন্নদবা খুন্নাই অমা শেম্বগী ব্রাখল্লোন অদুগা মান্নরুদুনা ওইবিগদ্রা ইবাবত মার্ক্সিজমদা লাইমিং লৌদুনা জেলদগী থোবকপদা কমিউনিস্ট অমগী ব্রাখল্লোন চপ-চানা চেনবা মীশক অমা ওইনা থোবকখি। মহাক্লা থোবকপগা সিলেটকী কমিউনিস্ট পার্টি ওফিসতা মহাকপু মযাম্না তবাম্না ওকখি। মফম অসিদা মহাক্লা হেমাঙ্গ বিশ্বাসকা অহানবা উন্নখি। তুংদা মখোয অনী পূন্না সুর্মা ভেলিদা ইণ্ডিয়ান পিপল্‌স থিযেটব এসোসিযেসন (আই পি ট এ) গী ঈহৌ কন্না শাগৎমিন্নখি। হাযবিবা লূপ অসিনা বাজনীতিগী ঈহৌদা ঈশৈ জগোই অমদি নাৎকী ওইবা থৌবম কযাদা চাউববা থৌদাং লৌখি। ইবাবতনা হেমাঙ্গ বিশ্বাসকী য়াওল-ঈহৌগী ঈশৈ কয়া মৈতৈবোন্দা হন্দোক্তুনা শকহনখি। ঈশৈশিং অদুগী মনুংদা 'থাঙ্গোল অদু ময়া থাংঙু থৌনা' অমদি 'হৌবো অব্রাবা অহিঙগী অমম্বা কোক্তুনা' হাযবা ঈশৈ অনীসি চন্দ্রকলা দেবীবু শকহন্দুনা গ্রামোফোন বেকোর্ড লৌবগা পাকশন্না লৈবাক মীযাম্বু তাহনখি। ঈশৈসি মযাম্না য়াম্না পাম্নখি। মসিনা অতোপ্পা ব্রাবী অমনি।

জেলদগী থোবক্লগা ইবাবত নুমিৎ খবনি সিলেট কমিউনিস্ট পার্টিগী ওফিসতা লৈদুনা মফমদুগী লুচিংবশিংগা মহাক্কী থৌবমগী মতাংদা খন্নখি। খন্নবদুগী মতুং ইন্না লৌমীশিংগী মবক্তা থবক তৌরুনবা পাথাবকান্দি-বাতাবাড়ী মাযকৈবোমদা মহাক লাকখি। মায়কৈ অসোমদা মণিপুবী যাম্না লৈ, মৈতৈসু বিষ্ণুপ্রিয়াসু। মায়কৈ অসোমগী লমদমশিং অসি মতম অদুদা সিলেট জিলাগী মনুং চল্লম্মী। হিন্দুস্থান-পাকিস্তান খায়দোকপগী মতাংদা সিলেট জিলাগী শরুক অসি ভাবত্তা তিনখি অমসুং হৌজিক হৌজিক কবিমগঞ্জ জিলাগী শরুক অমা ওইবি। লমদমশিং অসি ভানুবিলগা নক্লবনিনা মতম অদুদা ভানুবিলগী মৈতৈ লৌমীশিংনা চহী কয়া তাংকক কয়া মতীক চাউববা জামিদাবগী মায়োক্তা লৌমীগী অধিকাব ফংননবা হৌখিবা ঈহৌগী অকনবা শহুম ফংলম্মী। জমিদাবগী মায়কৈদা তোংদুনা সবকাবনা শামু থাজিন্দুনা যূমকৈ থুদেক্তুনা অফা-অপুন কয়া তৌদুনসু লৌমীশিংদা ঈচং থৌনা হনবা লৈতনা তৌখিবা আন্দোলন অমদি মদুগী লুচিংবা বৈকুণ্ঠ শর্মা অমদি মচানুপী লীলাবতীগী ব্রাবীদা পাথাবকান্দি-বাতাবাড়ীগী

লৌমীশিংনা চাউথোকচবস্মী অমদি মসিনা মখোযদা অকনবা ইথিল পীবস্মী। ইবাবত লাকপদগী মখোয়দা অনৌবা ঈনোৎ অমা হাপ্লবগুম থোকখি।

ইবাবতনা য়ৌবকপগা থীনবা তৌদনা পাথাবকান্দি-বাতাবাড়ী মায়কৈগী খুন খুদিং চত্তুনা মিটিং তৌদুনা লৌমীশিংবু অমত্তা ওইনা পূল্লগা লৌমীগী ঈহৌ শাগৎনবা কন্না হোৎনখি। ইবাবত মশামক ঈশৈ-নোংমাই অমদি নাৎকী থবক থৌবম কয়াগা ঈবোইনদুনা লাকখিবনিনা খুনশিং অদুদা শীনখিবা মিটিংশিংদা ঈশৈ নোংমাইগী থৌবম য়াওহনবদুনা মী যাম্না যাম্না তিলহনবা ঙমখি। খুন খুন্না মিটিং তৌবদা নত্তনা লৌমীশিংগী দাবী কয়াগা লোয়ননা পোৎচৈ তাঙবগী, পোৎচৈ ফংদবগী মায়োক্তা লৌমী-শিল্পী লিশিং লিশিংগী খোঙচৎ কয়া লমজিংদুনা চৎখি। অসুম হায়না তৌবদগী মায়কৈ অসোমগী খুন খুদিংদা কৃষকসভা (লৌমী মরূপ) অমদি কমিউনিস্ট পার্টি শেমগৎলকখি। লৌফমদা লৌমীগী অধিকাব (জমিস্বত্ব) লৈগদবনি, জামিদাবনা লৌমীদগী মবম অমা হেক্তা পীশিন্দুনা লৌ শৎপা যাবোই, লৌশান হেন্না লৌবা যাবোই, লৌশান লৌবগী বসিদ পীগদবনি অসিনচিংবা দাবী কযাদা যূস্ফম ওইদুনা লৌমীগী ঈহৌ কন্না শাগৎলকখি। লৌমীশিংগী ঈহৌ অসি মৈতৈ অমসুং বিষ্ণুপ্রিয়াশিংগী মনুংদা কযামুক কনখিগে হাযবদা মতমদুদা মাযকৈ অদোমদা কমিউনিস্ট পার্টি হাযবগা 'মণিপুবী পার্টি' হাযনা খঙনবকখি।

পাথাবকান্দি-বাতাবাডী মায়কৈদা থা খবা লৈবল্লগা ইবাবত কাছাড়দা লাকখি। কাছাড জিলাদা চহী খবা মমাঙদগী কৃষকসভা লিংখৎলবসু যাম্না মপাঙ্গল ফববা অমদি পাকশল্লবা লূপ অমা ওইবা হাযবদুদি ওইদ্রি। পনবা য়াবদি, ওল ইণ্ডিযা কিষান সভা লিংখৎখিবসি ১৯৩৬ তনি। কাছাড়দা অসিগী মশা লিংখৎখিবনা ১৯৩৭ তনি, অদুগা মসিগী অহানবা অধিবেশন ফমখিবনা ১৯৪০ দনি। ইবাবত লাকপদগী তম্ফা খূদোপ যাইওইবনা শোকপগুম কৃষকসভা অনৌবা মযোন চোংকৎলকখি, তগৎ তগৎ তেকখৎলকখি। কাছাড়গী মরু ওইবা লমদমশিং শিলচব, বামনগব, লক্ষীপুব, বড়খোলা, সোনাইনচিংবদা মতম খবা খবা লৈদুনা অকোযবদা লৈবা খুনশিংদা কোয়চৎ চত্তুনা কৃষকসভাগী মশা কযা লিংখৎখি; মরু ওইনা বামনগব, বোৱালজুব, লক্ষীপুব, জয়পুব, কামবঙ্গা, বাঁশকান্দি, আঠাবোটিলা, সোনাই, চাতলা, উধাববন্দ, নবসিংপুব, কাবুগঞ্জ, বডজালেঙ্গা, বডখোলানচিংবা মায়কৈদা লৌমীগী ঈহৌ কনখৎলকখি। নুপাতা নত্তনা নুপী কয়াসু ঈহৌসিদা য়াওবা হৌবকখি।

১৯৪৫ দা ময়মনসিংহ জিলাগী নেত্রকোনাদা ভাবত পূম্বা লৌমীলুপকী ন্যাশনেল কনফবেন্স মুজাফ্‌ফব আহমদনা সভাপতি ওইদুনা ফমখি। মদুদা ইবাবতনা লুচিংদুনা কাছাড়গী লৌমী লুচিংবশিং - ভগীবথ সিংহ, বাসনা সিংহ,

গৌবহৃবি সিংহ, দ্বিজেন্দ্রলাল সেনগুপ্ত, সীতারাম বাবোইনচিংবা শকক য়াকই। লৌমীগী লুচিংবশিং অদুতা নত্তনা কলচবেল ক্রপ অমসু ইবাবতনা পুখি। ক্রপ অদুনা 'থাঙ্গোল অদু মযা থাংঙ্ণু থৌনা' হায়বা ঈশৈ-জগোই অমা উৎখি। ঈশৈ-জগোই অদু মযাম্না শুন্দ্ধংনা যেংখি। ভাবতকী নোংপোক চিদাইদা পিকথ্রবা, মীনা থোইনা শীংথাবিদবা লমদম অমদা অদুম হাযনা ঈশৈ-নোংমাই অমদি অতৈ সংস্কৃতি থৌবমগা লোযননা লৌমীগী ঈহৌ শাগৎলমগনি হাযবসি মখোয় থাজবমদে।

মতাং অসিদা পনবা যাবা অমনা অনীশুবা লাঞ্জাওগী শাথীববা লানবুং মণিপুবদা ওইবকখিবদুনি। পোক্লফম লমদমগী মীযাম্না মযূম-মকৈ থাদোক্তুনা লাঞ্জেন্নবা অমদি শূফম-চাফম খঙদদুনা হাযনীংঙাই লৈতনা প্রজা মীযাম্না ব্রাবিবদুগী ঈ-পাউ পূম্নমক ইবাবত তত্তনা লৌবম্মী। অদুগী মথক্তা বর্মাবোমদগী লাঞ্জেল্লকপা মী লিশিং লিশিং কযানা মণিপুব ফাওদুনা ব্রানা লাক্লগা কাছাড়দা থেংনখিবা অব্রা-অনাদো উবগা ইবাবতকী থম্মোয কাযখি। অদুনা মণিপুব যৌশিল্লক্তুনা লমদম অসিবু যোৎকদগী তৌবকখিবা ফেসিস্ট শক্তিগা থেংননবা গোবিলা লাম্মী ভলান্টিযাব ২০,০০০ (লিশিং কুন) শেমগৎচগে, মদুগীদমক মহাকপু মণিপুবদা চঙবা যাহনবিযু হাযনা সবকাবদা হাযজখি। মহাক্কী চেবোল অদো পাউজেল-চে অমদি বেডিওনচিংবা খুথাং কযাদা শন্দোক্তুনা লৈবাক মীযামদা তাহনখি। অদুবু অমবোমদা কাছাড়দা মহাক্লা লৌমীশিংগী ঈহৌ শাগৎতুনা জামিদাবশিংবু থক-থক নিকহল্লিবা অমসুং পোৎচৈ তাঙবগী অমদি পোৎচৈ ফংদবদগী আন্দোলন কযা সবকাবগী মাযোক্তা তৌদুনা সবকাববু তূম্বা-হিপ্প-চাবা খঙহন্দ্রিবা অদুগীদমক্তদি অকিবা অমা সবকাবনা পোকখি। অদুনা মহাকপু মণিপুবদা চঙহনবদি লাযবদুনা মহাকপু থাদোক্তুনা থম্বসি ফৎত্রে খন্দুনা ডিফেন্স ওফ ইণ্ডিযা এক্টকী মখাদা মহাকপু ফাননবা ব্রাবেন্ট ইসু তৌখি। মসিনা মবম ওইদুনা মহাক অগুবগ্রাউণ্ডদা চঙখি। থা অমবোম মতুঙদা ১৯৪৪ গী সেপ্টেম্ববদা মহাকপু বডখোলাগী কমিউনিস্ট কর্মী অমগী যূমদগী ফাখি অমসুং শিলচব জেলদা থমখি। মতাং অসিদনি শিলচব জেলদগী সিকিওবিটি প্রিজনাব ওইনা ডিসেম্বব ১২, ১৯৪৪ দা আসামগী চিফ সেক্রেটাবিদা ইখিবদো - I carried out the same policy in the Kishan Sabha of the Cachar Branch District Committee of which I had been elected the General Secretary earlier where I had been mobilising the Kishans around the slogan of Grow More Food for National Defence against the Jap gangmen মসিনা তাকপদি লৌমীশিংগী মবক্তা চিঞ্জাক হেন্না পুথোক্লবা মহাক্লা হোৎনখি হায়বসিনি। মসিনা মহাক্কী অনীবকশুবা জেলগী পুন্সিনি। থা

খবা লৈবগা ফেব্রুৱাবি থাদা মহাকপু জেলদগী থাদোবকখি। অদুবু 'নজববন্দী' ওইনা থা খবমুক থমখি, *শিলচবগী অকোযবদা মাইল মঙাদগী হেন্না চখোকপা* যাহনদনা, কবিগুস্বা চাখোকপা তাবগনা পুলিস সুপবিণ্টেণ্ডেন্টদা মাঙজৌননা খঙহনবা তাবা। জেলদা ফাজিন্দুনা থম্লবসু অমদি নজববন্দী ওইনা থম্লবসু মহাক্কী থবক্তি লেপখিদে। মতম খবদুগী মনুংদা কাছাডগী খুঙ্গং খুঙ্গংদা মৈতৈ, বিষ্ণুপ্রিযা, ডিমাসা (কাছাডী), হিন্দুস্থানি, বাংগাগী অসিনচিংবা খুঙ্গংশিংদা কৃষকসভাগী মশা পাকশন্না শন্দোক্তুনা মবা তাহনখি। অদুনা ১৯৪৫ গী লোকেল বোর্ডকী মীখলদা কৃষকসভানা মখোযগী মীহুৎ খবা মীবেপ ওইনা থাগৎখিবদা মখোয লোইনমক ভোৎ যাম্না ফংদুনা মায পাকখি। মখোয অদুদি - শিলচব মহকুমাদা প্রিযধ্বজ সিংহ, ধনেশ্বব সিংহ, নন্দকিশোব সিংহ (তুংদা কযাবক এম এল এ ওইখিবা), নিবাবণ লস্কব (তুঙদা কযাবক এম পি ওইখিবা), নিতাইচাঁদ পাটনী অমসুং হাইলাকান্দি মহকুমাদগী ভবত নমঃশূদ্রনি (তুঙদা এম এল এ ওইখিবা)।

মতাং অসিদা ১৯৪৬ কী হৌবকপা অদুৱাইদা কাটাখালগী পানিভবা খুঙ্গংদা কাছাড জিলা কৃষকসভাগী মীফম ফমখি। মীফম অদুদা চা-বাগানগী শিন্মী নুপা-নুপীশিংনা ঝুমুব জগোই শাখি। ইবাবতনা প্রেসিডেন্টকী ফম্ফমদগী হৌগৎলক্লগা ঝুমুব জগোইদুদা যাওবখি। মহাক্কী অদুম হাযনা ইচম-চম্বদো উবদা তিল্লিবা মীযাম্না ইবাবতপু মখোযমক্কী মীশক অমনি হাযনা লৌনখি।

১৯৪৬ কী অহানবা শকুক্তা আসাম বিধানসভাগী মীখলদা সুবমা ভেলিদগী মীবেপ মবি কমিউনিস্ট পার্টিনা থাগৎখি, মখোয অদুদি - (১) কাছাড জিলাগী শিলচব কেন্দ্রদগী ইবাবত সিংহ, (২) সিলেট জিলাগী নোংচুপ কবিমগঞ্জদগী বীবেশ মিশ্র, (৩) সুনামগঞ্জদগী করুণাসিন্ধু বায অমদি (৪) শ্রীমঙ্গলদগী শিব মহাতো। মসিগী মমাঙদা কমিউনিস্ট পার্টিগী মথক্তা অথিংবা লৈবনা কমিউনিস্টশিংসু কংগ্রেসকী মীবেপ ওইনা ভোটতা লেপ্লম্মী। অথিংবা লৌথোকখিবদগী কমিউনিস্টশিংনা মশাগী পার্টি মীবেপ ওইনা মীখলদা লেপ্লসি মসিনা অহানবনি। মসিনা নীংতম্বগী মাঙওইননা ভাবত অনীথোক্লা চিংখাযদ্রিঙৈদা তৌবা আসাম বিধানসভাগী অবোইবা মীখলনি। মীখলসিদা শিলচবদা মক্ক ওইনা থেংনখিবসি কাছাডদা মতম কুইনদগী লৈদুনা বাজনীতি তৌবক্লবা লনথুম্না স্নজিংদৌনা পৈদুনা লৈবা কংগ্রেসকী সতীন্দ্রমোহন দেবকা মযূম মকৈ ফাওবা লৈজদবা কাছাডদা লৈবা চহী অহুম ফাদ্রিবা ইবাবতকনি। অতৈদুদি অদুক লেপ্পা হাযবদুনি। ইবাবত মাযথীখি। অদুবু ভোট লাউথোক্লবা মতুংদা ইবাবতকী কাঙবুনা পুথোকখিবা মীযামগী খোঙচৎ অদু উবদা মযাম ঙক্লখি। মায পাক্লবা কংগ্রেসনা অদুক চাউবা খোঙচৎ পুথোকপা ঙমখিদে।

মীখল লোইবগী থা খবা মতুংদা ইবাবতকী মথক্তা থল্লম্বা মণিপুব চঙবা যাদবগী অথিংবদো লৌথোকখিবদগী ইবাবত মণিপুবদা হনখি।

ইবাবত মণিপুবদা হনখ্রে। অদুবু মহাক্না মতম খবদং কাছাডদা লৈদুনা শাগৎলম্বা লৌমীগী ঈহৌ অদুদি নোংম-নোংমগী পাক-শন্দোবকখি, নোংম-নোংমগী মপাঙ্গল হেঙ্গৎলকখি। ১৯৪৮ দা কংগ্রেস সবকাবনা কমিউনিস্ট পার্টি বে-আইনী ওইনা লাউথোক্লবা মতুংদা পার্টিগী খবা খবা চাউবা লুচিংবা পূম্নমক অণ্ডবগ্রাউণ্ডদা চঙখি, খবমনা ফাদুনা জেলদা থমখি। মসিনা লৌমী মৰূপকী ঈহৌ মপাঙ্গল শোল্লগনি হাযনা সবকাবনা খল্লুই। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা লৌমীশিংগী স্বত্ব ঙাক্লবা অমদি তেভাগাগী দাবীদা লৌমীশিংগী আন্দোলন লম্মৈ চাকপদৌনা মাযকৈ মাযকৈদা মৈবী কন্না চাকখৎলকখি। তেভাগা হাযবদি লৌবুক্কী পোথোক্কী শরুক অহুমগী অনী লৌমীগী ওইগদবনি, অমনা লৌ মপূগী। আঠাবোটিলাদা ঈহৌ অসিগী অকনবা মযোন ওইখৎলকখি। মফম অসিগী লৌযাম চাবা (জামিদাবমক্তি নত্তবা) মপাগী মাযোক্তা মচানুপা সীতাবাম বাবোইনা লৌমীশিংগী মাযকৈদা লেপ্পুনা লৌমীশিংদা ফৌথোক্কী শরুক অহুমগী অনী পীখিগদবনি হাযনা কন্না দাবি তৌখি। লৌমীশিংগী ঈহৌদা মসিনা অনৌবা ইতিহাসকী লামায অমা হাংদোকখি। লৌমীশিংগী অকনবা ঈহৌ অসি নমথনবা সবকাবনা পুলিশ অমদি মিলিটাবি থাজিন্দুনা লৌমীশিংবু ফূদুনা-থীন্দুনা হোৎনখি। লৌমী লুচিংবা মাধব নাথপু শিলচব জেলদা ঈ-ওবা ফাওবা থীনবগা কাওবগা সঙ্গীন্না থিনবগা তৌদুনা ওৎপা যাবমখৈ ওৎখি, খাঙবা ঙমদদুনা মহাক থৰায থাখি। মহাক্কী থম্মোয শোকপা মীশি অদুনা লৌমীশিংগী অচাকপা মৈদা ঘি হৈবগুম থোকখি। হেমাঙ্গ বিশ্বাসকী খোৰ্জেদগী থোবকখি -

কাউদ্রি নঙবু শহীদ, কাউবোই কৈদৌনুং

নথবাক্কী ঈখেংনা ঙাঙহল্লম্লে মল্লবা কৈশুমশঙ।

লুহোংবা কুইদ্রিবনি মাধব নাথ। লাইববা লৌমীগী অধিকাব ঙাক্লবা লান্দা কবিমতা নীংহনবা তৌদুনা থৰায কত্তুনা শহীদ ওইখি। মহাক্কী মতুংদা নুপাতা নত্তনা নুপী কযাসু চোংথোবকখি। খেত্রী গোৱালিনীনা মতম্বাক্কী পিক্লিবা অঙাং অদো অতোপ্পা মী অমদা শিন্নবম্লগা লান্দা মাঙজিন থাবকখি। মহাক্তা নত্তনা লৌমী নুপী কযাসু চোংথোবকখি - খেত্রী লালমণি, লতিকা চাউবী, চাউবী, ইবেচাউবীনচিংবা নুপী কযা।

নীংতম মমাঙ চহী কযাদগী কমিউনিস্ট পার্টিগী লমজিং মখাদা নোংলৈ-নুংশিৎতৌনা হৌবকখিবা ঈহৌ আসাম শীনবা থুংনা শন্দোবকখি। মসিনা মবম ওইদুনা কংগ্রেসকী লুচিং মখাদা শেমখিবা প্রোভিন্সিযেল গোর্ভমেন্টনা মতম

কুইনা লৌমীশিংনা তান্দুনা লাক্লবা প্রজাস্বত্ব আইন পাশ তৌদবা ঙমখিদে। ভাবতকী মনুংদা আসামনা ইহান হান্না লৌফমদা লৌমীগী অচেৎপা অধিকাব লৈগনি অমদি জামিদাব নৎত্রগা লৌবুনা লৌমীদগী লৌফম শৎনীংবা মতমদা হেক্তা শৎপা যাবোই হাযবা আইন অসি পাশ তৌখি। মসিনা লৌমীশিংদা আন্দোলন তৌবগী থাজবা হেঙ্গৎলকখি।

অমবোমদা চীনদা কমিউনিস্টশিংগী মায পাকপগী ৱাবীনা মতাং অদু চীংযা-তমযা লোইবী-লোযা পূংনিল নিল্লকখি। মসিনা লৌমীশিংগী ঈহৌদা অকনবা ঈনোৎ অমমুক হাপখৎলকখি। 'লাঙ্গোল পাযবনা লৌগী লৌপূনি' হাযবা খোল্লাওনা মাযকৈ পূম্নমক নিল্লকখি, লৌমীশিং অকি-অখং লৈতনা লাঞ্জংবগী শক্তম লৌবকখি। জামিদাব অমদি সবকাবগী পুলিশনা ঈহৌ অসি নমথনবা মীনুংশি যাওদবা থবক কযা পাযখৎলকখি - অফা-অপুন, বুটনা কাওবা-নেৎপা, সঙ্গীন্না থিনবা, নোংমৈ কাপ্পা তোযবকখি। অদুবু লৌমীশিং হনখিদে। লৌ শৎতোর্কাপিখ্রবা লৌমীশিংনা মখোযগী লৌ হঞ্জিন্নবা, লৌশান হেন্না পীদনবগী দাযিত্ব কৃষকসভাদা শীন্নখি।

১৯৪৯ গী লৌবোক পাম্থানি। কৃষকসভাগী লমজিং মখাদা লৌমীশিং জামিদাবনা লৌশিনখ্রবা লৌফমদা লৌ খাওবা চঙশিল্লি। জামিদাবনা পুলিশ কৌদুনা থেঙ্গাইনহল্লি। সেপ্টেম্বেব ২৩ পাথাবকান্দিগী লৌবুক্তা লৌমীশিংগা পুলিশকা অকনবা লাম্থেংনখি, মৈতৈ লৌমী চানবাবু সিংহ পুলিশকী নোংমৈ গুলিদা শহীদ ওইখি। সবকাবনা মফম অদুগী কমিউনিস্ট লুচিংবা শম্ভু সিংহবু হিংনা ফাবা নৎত্রগা শিনা ফংবা মীদা লুপা ৫,০০০/- (লুপা লিশিং মঙা) মনা পীগনি হাযনা লাউথোবকখি।

চহী অসিমক্কী ডিসেম্ববগী তাং ১ দা জালোন্তলাগী (বডখোলা পাঞ্জিখুন, ভিতব গঙ্গাপুবসু কৌই) লৌবুক্তা লৌমীশিং লৌ খাওবা চঙশিল্লি। জামিদাবনা সবকাবগী পুলিশ থাজিল্লকই। মাযকৈ অনী ফনা কুইনা মুক্রে। অদুদগী খঙহৌদনা পুলিশনা নোংমৈ মশীং লাকঙমদনা কাপশিল্লকখি। পুলিশকী নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা জালোন্তলাগী লৌবুক লৌমীশিংগী ঈখেংনা ঙংশং ঙাংনা ঈংগ্রি শিৎখি। খোইবোম গৌবহবি, যাইখোম ইমাচাউবী, উশম জযকুমাব, থোকচোম গৌবসিং অমদি সনাতোন বাউবী মফম অদুমক্তদা শহীদ ওইখি। গৌবহবি মমা-মপাগী অমত্তা যাওজবা মচানুপানি, লুহোংবসু কুইদ্রিবা।

অসুম্না ইবাবতনা চহী অহুম ফাবাত্তনা কাছাডদা লৈবম্লগা লৌমীশিংবু যাকাইহল্লমদুনা অকনবা নোংলৈ-নুংশিৎকুম ঈহৌ শাগৎতুনা লৌমীশিংগী অধিকাব ঙাক্লবা লাঞ্জংদা লমজিংবিবম্বগীদমক্কি তৌবিমল খঙবা ওইনা

লৌমীশিংনা মহাকপু 'জননেতা' (মীযামগী লুচিংবা হাযনা) মিংথোল পীদুনা ইকায খুম্নখিবা।

১৯৪৬ কী মার্চ থাদা ইবাবত মণিপুব চঙবা যাবদুনা ইম্ফালদা থুংলখি। থুংলবগা মহাক্না যাম্না থাজনা লোযনবকপা মব্দপ-মপাংশিংগা উনদুনা মহাক্না চহী তকক্লোম মপান্দা লৈবিঙৈদা শিথকববা লূপশিং হিংগৎহন্নবা তৌবকখি। লূপশিং অদুগী মনুংদা ১৯৩৫ নম্বোলদা ইবাবত মশামক্না সভাপতি ওইদুনা লিংখৎখিবা 'মণিপুব কৃষি সম্মেলনী' অসিসু অমনি। লূপ অসিনা মতমদুদা ৱাবেপ কযা লৌদুনা দাবী কযা তৌখি। দাবীশিং অদুগী মনুংদা খবদি - লৌমীদগী লৌ শৎপা যাবোই, উতোং হুস্ফুমবিনা শঙবাই শাগদবনি, পিওন চাকথাক মুখৎকদবনি, যাইবেক-সন্ত্রী মুখৎকদবনি, পোথাং-বেগাব তোক্কদবনি অসিনচিংবা।

১৯৪৬ কী মে থাদা নম্বোলদা কৃষি সম্মেলনীগী অনীশুবা মীফম ফমই। মীফম অদুদা হান্না মণিপুব কৃষি সম্মেলনী কৌবম্বদো মমিং ওন্থোক্লুনা 'মণিপুব কৃষক সভা' কৌবা হাযনা যানখি, অদুগা ইবাবতপু মসিগী প্রেসিডেণ্ট খনখি। মীফম অদুনা ৱাবেপ কযা লৌখি। মদুগী মনুংদা খবদি - ঈশিংখোং অনৌবা তৌদুনা লৌউ-শিংউবদা খুদোংচাবা ফংহনবা, লান মনুংদা লৌগী খাজনা লুপা ৩ দগী ১২ দা হেঙ্গৎখিবদো অমুক লুপা ৬ তা হন্থহনবা, লং ফিবোন কেবোসিন অমদি নোংমগী চঙদবা যাদবা পোৎলমশিং হোংনা ফংহনবা অসিনচিংবনি। ৱাবেপ তাবগা তূমিন্না ফমদুনা লৈথোকখিদে, ইবাবত মশানা কৃষক সভাগী মেম্ববশিংগা লোযননা খুঙ্গং খুঙ্গংদা চত্নুনা লৌমীগী ঈহৌ শাগৎখি।

কৃষকসভানা মতমদুদা লৌশানগী মতাংদা কবি তৌখিবগে হাযবদুগী খূদম অমতং ১ লা ডিসেম্বব ১৯৪৭ কী 'অনৌবা যুগ' কী পাউ অমদগী খঙবা ঙমগনি। পাউ অদো অসুম্ননি - 'সাং যুম্নাম খুনৌদা লৈবী পাঙম্বম পুর্নী দেবীনা সাং তথাদা লৈবা শ্রীপুখ্রম্বম লৈবেনজাও সিংহনা লৌ শঙম অমা শাল্লগা লৌশান পিদ্রে হাযনা দবখাস্থ অমা মণিপুব কৃষকসভা যুম্নাম খুনৌ ব্রাঞ্চ কমিটিদা থাই। পক্ষ অনিমক কৌদুনা বিচাব তৌবদা লৌশানগী প্রমান ওইদুনা পূর্ণী দেবীনা ফৌপোৎ অহুম ফংবনা চুমই হাযনা বায তাই। লৈবেঞ্জাওনা ফৌপোৎ অহুম পিদুনা বিচাব লোইখি। কৃষক সভাবু লৌমীশিং কযামুক যাবগে হাযবদুগী মসিনা লাববা খূদম অমনি।

১৯৪৮ দা অহানবা মণিপুব এসেমব্লিগী মীখল তৌখি। মদুদা কৃষক সভানা মীবেপ কযা থাগৎখি। কৃষক সভাগী মীবেপ তকক মায পাকখি। ইবাবতনা উৎলৌ কেন্দ্রদগী ভোট যাম্না ফংদুনা মায পাকখি। অদুবু এসেমব্লি কাদুনা মীফম যাওবদি ঙমখিদে।

চহী অসিমক্কী সেপ্টেম্বব ২১দা ইম্ফালগী এম ডি ইউগী হোলদা পূর্বাঞ্চল শেম্বগী মাযোক্তা মীযামগী মিটিং অমা তৌনবা থৌবাং তৌখি। মিটিং অদু যাওবা লাকখিবা লম্লাই মাযকৈগী কৃষক সভাগী মীযাম্বু পুলিশনা থিংনবা হোৎনবদা মীযামগা পুলিশকা কন্না ঈন্ন-খোৎনখি। মদুদা পুলিশনা কাপথোবকপা নোংমৈ গুলিনা পান্দুনা পুলিশ ওফিসাব অমা খুদক্তা শিখি। পাউ অদু তাবদা ইবাবতনা এম ডি ইউগী মিটিং অদো খুদক্তা যৈথোক্লকন্নগা মফম অদো থাদোক্লকন্নগা চৎখি। নুমিৎ অদুমক্তদা সবকাবনা ব্রাবেন্ট থোক্তুনা ইবাবতবু ফানবা হোৎনবা যাবা হোৎনখি। অদুবু মহাকপু থিবদি ফংখিদে। নুমিৎ অদুদগী ইবাবত অণ্ডবগ্রাউণ্ড চঙখি। অদুবু অণ্ডবগ্রাউণ্ডদা লৈনা লৈনা লৌমীশিংগী ঈহৌ শাগৎপদি লেপখিদে।

[জননেতা হিজম ইবাবত চেবিটেবল ট্রষ্টনা ইম্ফালদা আগষ্ট, ২০০৮ দা শীনবা ন্যাসনেল সেমিনাবদা লাম্থোকখিবা চে]


*মতেঙ লৌখিবশিং:*

1 E W Dun Gazetteer of Manipur

2 Sir Robert Reid History of the Frontier Areas Bordering on Assam

3 লোইতাম যাইমা সিংহ অমসুং বাজকুমাব মাইপাকস্না সিংহ নিখিল মণিপুবী মহাসভা

4 মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি, আসাম যেনীং, নবেম্বব ২০০৩

5 Irabot Centenary Celebration Committee Imphal Irabot s Movement in Cachar

6 অনুরূপা বিশ্বাস ববাক উপত্যকায নাবী জাগবণ

7 জননেতা ইবাবত সিংহ শতবার্ষিকী কমিটি, শিলচব স্মবনাঞ্জলি

8 হেমাঙ্গ বিশ্বাস উজান গাঙ বাইবা

9 অৰুণকুমাব চন্দ জন্মশতবার্ষিকী স্মবণিকা, শিলচব ১৯৯৯

10 অনৌবা যুগ, ডিসেম্বব ১, ১৯৪৭

11 এ কে শেবাম অতোপ্পা লৈবাং, সিলেট ২০১০

[চেহাপ-২]

LEAVING CERTIFICATE

JOHNSTONE SCHOOL

MANIPUR STATE

Certified that Hijam Irabot Sinha
Son of Hijam Ibungohal Sinha an inhabitant
of Moirangkhom Imphal was in the V Class of the Middle
School up to 17 6. 13 and left with a good
character All sums due by him have been paid He has
not passed the Examination for promotion to the
VI class His age on leaving is believed
to be 14 years and x months

Dated Imphal 18th June 1913

Head Master
Johnstone School

---

জোনস্টোন স্কুল, মণিপুর স্টেটনা ইবাবৎতা পীখিবা লাইবিক তল্লম্বগী সার্টিফিকেট

ফংজখিবা এ কে শেবাম
অতোপ্পা লৈবাং, সিলেট,
বাংলাদেশ



স্কুল, ঢাকা

ফোন : ৭১১১৯

স্থাপিত : ১৮৪৮ ইং

৬ নং চিত্তরঞ্জন এভিনিউ ঢাকা ১১০০

This is to certify that Hizam Irabot Singha S/o Hizam Ibungohal Sinha of Moirangkhom Imphal was a student of this school upto 1914. According to the record of the school he came in this institution with the certificate from Johnstone School, Monipur and was admitted in Class VI (Six) in this school in 1913 and he read upto Class VII (Seven) in 1914.

May he live long in our memory.

৭.৮.০৪

---

ঢাকাগী প্রোগোজ স্কুলদা ইবাবৎনা তন্নম্বগী সার্টিফিকেট

ফংজখিবা এ কে শেবাম
*অতোপ্পা লৈবাং*, সিলেট,
বাংলাদেশ

# জননেতা ইরাবতপু শেংফাওনা উবা

কুইদ্রি, চহী মবিবোম মমাঙগী ৱানি। নোংমা নুপামচা অমনা লাইবিক অমা যূমদা যোল্লে। অসুম হাযনা ওফিসতা খঙদে যূমদা খঙদে লাইবিক যোল্লবসি অযাম্বা মতমদা লৈনীংদ্রবসু লৈদবদি ঙমদে, থোইদোক্লা মকোই-মবাং চোম্বা মশম-মনা ইফা-ফাবা নহাশিং ওইববদি মাই হায়বা ঙমদে - কনানা খঙবা কবিবু কবি ওইবম্বা। য়েংবদা নুংঙাইতবা মখোয় অদুনা কবি কবিগুম্বদা নম্ফু-হাফু তৌববসু য়াওই। অদুবু মখোয়না হাববা লইবিকশিং অদুদি পাবদা কান্নদবা, পাবা য়াদবনা অযাম্বনি।

মথক্তা পল্লিবা নুপামচা অদুনা লাইবিক অদুবুদি পাবা য়াবা লাইবিক্লি। মমিং লৈববা জর্নালিস্ট ফাঞ্জৌবম তবাপোৎনা ইবনি। লাইবিক্কী মমিং অদুনা পূক্লিংদা থুক লাউবা অমা *পোকহল্লি - ব্লিডিং মণিপুব* - ঈখেং তাবিবা মণিপুব। দিল্লীদগী ফোঙবনি ২০০৪ দা। হেক য়েংবদা মপান্দা নম্বগী ফজবা মমি অদু উবা ফংই। মমল য়াল্লবসু য়াম্না লৈদবা ঙমখিদে।

লাইবিক অসিগী মবমদা ডাঃ এম প্রিয়ব্রতনা ইবা *পোক্লফমগী* জুলাই ৮, ২০০৪ দা ফোঙখিবা নৈন-ৱাবেং অমা চেবাং অমদা অমুক নমথোক্লগা চেহাপ ওইনা লাইবিক অসিদা য়াওবর্কই। প্রিয়ব্রতনা লাইবিক অসি য়াম্না ৱাংনা থাঙ্গৎলি। ঐসু থাগত্তবা ঙমদে। অদুবু মতাং খবদা অশোয়-অবান খবা থেংনকবদা নুংঙাইতবা ফাওদবসু নত্তে। প্রিয়ব্রতনদি অসিগুম্বা কবিমতা পল্লমদে। ঐদি থাগৎলবসু থাগৎনা অশোয়-অবান খবদো পুথোক্কুনা পন্দবা ঙমদ্রে। মবমদি ইংবাজিদা ইবনিনা লাইবিক অসি মালেমগী থাক্তা ওথোবিটি ওইনা লৌনবসু য়াওগদৌবিবনি। অদুনা লাইবিক অসিদা য়াওবিবা অবান-অহুই অদু অচুম্বনি হায়না লৌনখিবগী অকিবা অমদি লৈ।

অতৈমক নৎত্রবসু লাইবিক অসিদা পল্লিবা ৱাফম খবা, থোইদোক্লা জননেতা ইবাবতকী মতাংদা পল্লিবা খবসি খবা কুপ্না থিজিল্লগা অইবনা শেংদোকফম থোকপ্রা খল্লি, শেংদোকপসু চুমই। লাইবিক অসিগী লামায় ১৬২ দা অসুম্না পল্লি - Both Maharaja and Irabot strongly opposed the merger but they were not allies on the issue Irabot also strongly opposed and turned down Sardar Patel's proposal for *Purbanchal* to be formed by Manipur Cachar, Lushai Pahar (part of present Mizoram) and Tripura ইংবাজিদা ইবিবসি মৈতৈবোলদা চাউবাক্লা অসুম হায়না হন্দোকপা য়াই - মহাবাজ অমদি ইবাবত অনীমক্লা (মণিপুবনা) ভাবত্তা তিনবা হায়বসি কন্না যাখিদে, অদুবু মখোয় অনী ৱাফম অসিদা খুৎশম্নবদি তৌখিদে। অদুগা সর্দাব পটেলনা প্রস্তাব তৌবকপা মণিপুব, কাছাড, লুসাই পাহাড (হৌজিক্কী মিজোবামগী শকক) অমসুং ত্রিপুবা পূনশিল্লগা পূর্বাঞ্চল শেম্বগী ৱাফম অদুবুসু ইবাবতনা কন্না য়াখিদে অমদি মদুগী মাযোক্তা লৈখি।

তবাপোৎনা ইবিবা ৱাবোল অসিগী সোর্স ওইনা লাইবিক অনীগী মমিং পল্লি - বীতিচন্দ্রগী *মীযামগী লুচিংবা ইবাবত* অমদি ছত্রধাবীগী *মণিপুবগী ইতিহাসতা ইবাবত*। বীতিচন্দ্রগী লাইবিক অসি ইখুত্তা লৈতবনা মসিদা কবি হায়বিবা হায়বদুদি খঙজদ্রে। অদুবু সোয়াম ছত্রধাবীগী লাইবিক অসিগী মতাংদদি মসিমতং হায়জনীংই - লাইবিক অসিবু ওথোবিটি ওইনা তবাপোৎনা লৌবিবসি খবা কুপ্না খম্ববম্লবদি ফগদবনি, মবমদি হায়বিবা লাইবিক অসি অশোয়-অবান চযেৎ-চমম্নবা অমদি পংহায় হাযজিনবা কয়া য়াওবা লাইবিক্লি। তশেংনা থোকখিবা থৌদোক অমদি বেকোর্ডকী ৱা থোইনা খল্লুবা তৌদনা অইবনা মোনবুদ্ধি (ৱাখলনা শাবা) পুবানগুম ইবা লাইবিক অমনি। মসিগী খূদম খবা পীজবি -

(১) লাইবিক অসিগী লামায ৩৪ দা (১৯৯৬ গী খুৎনম) অসুম হাযনা যাওবি *'অসিদসু নত্তনা মণিপুব অমসুং মপান লৈবাকশিংদা মণিপুবী ইমালোন্না লাইবিক তম্বা হৌদোক্লম্লিবসিসু ইবাবতনি।'* মসি অবানবা ৱাফমম্লি। তশেংবদি, মণিপুবগী মপান্দা মণিপুবী লোন্না লাইবিক তম্বা হৌবসি কাছাবদা ১৯৫৬ তগীনি, ইবাবতনা লৈখিদবা চহী কযামুক মতুংদা। মসিগী ৱাবী অমা তোঙান্না লৈখ্রে। হোয চুমই, ১৯৩৬ দা শিলচবদা ফম্বা নিখিল মণিপুবী মহাসভাগী মীফমদা ৱাবেপ অমা তাখি - *'মণিপুবগী মপান্দা লৈবা মণিপুবী খুন খুদিংমক্তা মৈতৈলোন তম্নবগীদমক প্রাথমিক স্কুল লিংননবা লেপ্পবে।'* অদুবু ৱাবেপ অসিগী মতুং তাবা ওইনা মবী লৈনবা সবকাবদা য়াম্না কন্না তক্লবদুদি লৈখিদে। মসিগী চহী কুনলোম মতুংদা মহামরূপ, লক্ষীপুবনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবদগী কাছাড়গী প্রাথমিক (প্রাইমাবি) স্কুলদা মৈতৈবোলনা তম্বসি কাইনথংদা আসাম সবকাব য়াবকখিবনি।

(২) লাইবিক অসিগী লামায় ৬৬ তা অদুম্না ইবি - *'ইবাবতনা হৌদোক্লম্না, 'পণপ্রথা' অওং-আউন, আইন অমনা পূমথিং থিংগদবনি, হাযনা ভাবত সবকাবদা অকনবা দাবী তৌবম্মী। মহাক্লা লৈত্রবা মতুংদা ভাবতকী পার্লিযামেন্টনা হিন্দু মেবিএজ এক্ট পাশ তৌদুনা পণপ্রথা অওং-অউন পীবা পূমথিং থিংখি। সুর্মা ভেলীগী বাঙ্গালী নুপীশিংনা ঙসি ফাওবা মহাকপু নীংশিংনবি।'*

ভাবত্তা পণপ্রথা থিংননবা দাবী তৌবসি ইবাবতনা হৌদোক্লম্না নত্তে। লাইবিক অসিগী অইবনা কদায়দগী ফংবা সোর্সনো খঙদে। ইবাবতনা লৈখিদ্রবা মতুংদা হিন্দু মেবিয়েজ এক্ট পাশ তৌখিবদু ভাবতকী লুচিংবা কযানা হান্নদগী তৌবকপা দাবী অমদি অপাম্বা মতুং ইন্ননি, জননেতানা মতম অদুগী ঈহৌদা যাওব্বগী ৱাতনি। হায়বিবা এক্ট অসি পাশ তৌববা মতুংদা পণপ্রথা পূংথিং থিংখি হাযবসিসু লাল্লি। আইনগী থোঙদা পণপ্রথা থিংলবসু তশেংবদি চৎনবী অসি হৌজিকসু লৈবি, অওং-অউন ফজনা তন্নক্তবগীদমক হৌজিকসু ভাবতকী মফম কযাদা নুপী কয়াবু ওৎপিবি, নুপী কযাবু খাইনবিবি, নুপী কয়াবু কেবোসিন হৈজিল্লগা মৈ চুদুনা হাৎলি। অদুগা সুর্মা ভেলিগী বাঙ্গালী নুপীশিংনা (লোইনমক্লা নত্তে, কমিউনিস্ট আন্দোলনদা যাওবকপা অমদি শম্নবকপা খবনা) ইবাবতপু ঙসি ফাওবা নীংশিংলিবসি পণপ্রথা থিংবগা থোইনা মবী লৈননা নত্তে, কমিউনিস্ট আন্দোলনদা লৌমী-শিন্মীগী ঈহৌ অমদি নুপীশিংগী ঈহৌ শাগৎপদা (মহিলা আত্মবক্ষা সমিতি) জননেতানা লুচিংবা অমা ওইনা লৌখিবা থৌদাং অদুগীদমক্তনি।

(৩) হাযবিবা লাইবিক অসিগী লামায ৬৮ দা অদুম্না পল্লি - *'শ্রীমতী চন্দ্রকলা দেবীদা মহাক মশানা ইবা বিপ্লবী ঈশৈশিং তন্বিবগা কলিকতাদা বেকোর্ড লৌবগা মণিপুব লৈবাক্কী কাচিন-কোযা শিনবা থুংনা বিপ্লবী ঈশৈনা মীপুম খুদিংগী নাকোং যৌহল্লম্মী।'*

অইবনা পল্লিবসি 'থাঙ্গোল অদু মযা থাংঙু থৌনা, হে লৌউবা' অমদি 'হৌবো, অৱাবা অহিঙগী অমম্বা কোক্তুনা' হাযবা ঈশৈ অনীসিগী ৱানি। ঈশৈ অনীসি ইবাবতনা ইবা নত্তে হায়বসি লাইবিক অসি ইবিবনা খঙফম থোকপনি, মবমদি অইবা মশামক ইবাবতকা যাম্না নক্লবা মীশকনি। অদুবু কযাতা শাথীনা লানখ্রবা। ঈশৈ অনীসিগী অইবদি হেমাঙ্গ বিশ্বাসনি, বাংলাদা ইবনি। ইবাবতনা মৈতৈলোনদা হন্দোক্লগা চন্দ্রকলা দেবীবু শকহনখিবনি। ঈশৈ অনীসি বেকোর্ড লৌবগা তাহনখিবসি মণিপুবগী কাচিন-কোযা শীনবা থুংনতা নত্তে, মণিপুবগী ৱাংমদা মক্ক ওইনা সুর্মা ভেলি, ত্রিপুবা অমদি ব্রহ্মপুত্র ভেলিগী মণিপুবী তাবা লমশিংগী কাচিন-কোযাসু থুংননি।

(৪) লামায় ৬৮ দা অমুক্তা ইবি - *তাং মার্চ্চ ১৯৪৬ ইংদা শ্রীকবাম বিদুব সিংহ ৱাংখৈ যোংলান লৈবক্তা লৈবগী য়ুমদা ইবাবতনা প্রেসিডেন্ট ওইদুনা মণিপুব প্রজা সম্মেলনীগী ৱার্কিং কমিটিগী মিটিং ফমখি। মিটিং অদুদা ইবাবতনা পূর্বাঞ্চল প্রদেশ নোর্থ ইষ্ট ফ্রন্টিযাব প্রদেশ শেম্বগী মায়োক্তা অকনবা ৱাবেপ লৌখি।*

অইবনা মমুৎ তানা খণ্ডদবনবা, কাউখিবনবা কবিননো খণ্ডদে, পূর্বাঞ্চলগা কুপল্যাণ্ড প্লানগা অনীসে চয়েৎনহল্লে। থাঙ্গেশেংবদি, ১৯৪৬ তা পূর্বালঞ্চলগী ৱাফম লাকত্রি। কুপল্যাণ্ড প্লান অসিনি প্রজা সম্মেলনীগী হায়বিবা মিটিং অসিদা যানীংদদুনা কন্না প্রতিবাদ তৌখিবদো। হায়বিবা প্লান অসিগী মখাদা অৱাং-নোংপোক সীমান্ত প্রদেশ (নোথ-ইষ্টার্ন ফ্রোন্টিয়াব প্রোভিন্স) অমা শেম্নবা বৃটিশনা ভাবত থাদোক্লমদাইদা প্রস্তাব অমা তৌবকখি। প্লান অসিগী পান্দমদি অৱাং-নোংপোক ভাবতকী মণিপুব যাওনা চীংগী লমশিং পূল্লগা লৈবাক অমা শেম্বনি - মদু ভাবত্তসু তিন্দবা, বর্মাদসু য়াওদবা। শেংনা হায়ববদা মসি বৃটিশনা ভাবত থাদোক্লবা মতুংদা মখোয়গী বাজনীতিগী শান্নবুং অমা শেম্নবা প্রোফেসব কুপল্যাণ্ডগী মণ্ডলান অমনি। অশেংবা বোকোর্ড চেহাপ-৫ দা য়েংবিযু।

অসিগুম্বা অশোয়-অবান চয়েৎ-খোয়েৎনবা ৱাফম কয়া যাওবা লাইবিক অসিবু কনাগুম্বনা ইবাবত অমদি মহাক্কী মতমগী ইতিহাসকী ওথোবিটিনি হায়না লৌবগা বিসর্চ তৌবগদি মদুদগী হেন্না লাইবক থীনিংঙাই লৈবোই। পূর্বাঞ্চলগী মতাংদা ছত্রধাবীগী লাইবিক অসিগী লামায় ৮০ দা অসুম হায়না ইবি - *ভাবত সবকাবগী চণ্ডশিল্লক্লিবা থৌবাংদি হোম মিনিষ্টব সর্দাব পেটেলনা ভাবতকী অৱাং-নোংপোক ঙমখৈগী লম বৃটিশ সাম্রাজ্যবাদনা চণ্ডশিল্লম্বা লম্বী পূর্বাঞ্চল প্রদেশ নোর্থ ইষ্টর্ন ফ্রন্টিযাব প্রোভিন্স অমা শেম্নবগী ৱাফমদা তকশিল্লখি।*

ৱাফম অসিদসু অবানবা য়াওবি। পূর্বাঞ্চল শেম্বগী ৱাফম অসি ভাবত সবকাবগী থৌবাং নত্তে, সর্দাব পটেলগী থৌশিলসু নত্তে। মসি কবম হায়না হৌবকখিবনো হায়বদুগী ৱাবী অমা লৈ। শল্লপা ৱাবীদি অসিনি -

ভাবতবর্ষনা নীংখা তমত্রিঙৈ মমাঙদা সিলেট অমদি কাছাড় জিলা অনীমক লৈবাক ঙাকলোনগী মতাংদা আসামগী মনুং চল্লম্মী। অদুবু জিলা অনীসিগী ডিস্ট্রিক্ট কংগ্রেস কমিটি অনীমক বেঙ্গল প্রদেশ কমিটিদা য়াওবম্মী, বাংলা লোন ঙাঙনবা জিলানি হায়দুনা। লৈবাক্লা নীংখা তম্বগা লোয়ননা সিলেট পাকিস্তানদা চণ্ডখ্রে, কাছাড়না ভাবত্তা লৈহৌবে। কাছাড় জিলা কংগ্রেস কমিটি আসাম প্রদেশ কমিটিদা য়াওবা নত্তনা উপায় লৈখিদ্রে। আসামীগা বাঙ্গালীগা কাঙলূপ অনীসে হান্নদগীসু নুংঙাইনদবা কাঙলূপনি। প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী মিটিং কয়াদা

আসামীশিংনা, মক্ক ওইনা লোনগী মতাংদা, মখৌ পোঙবদো উবদা বাঙ্গালীশিং তিল্লাইখোগ্নী চুবদৌনা তৌবকখি। মতম অসিদা মণিপুব কংগ্রেসসু আসাম প্রদেশ কংগ্রেস কমিটিগী মনুং চল্লম্মী। কাছাড়গী কংগ্রেস লুচিংবশিংনা মণিপুব কংগ্রেস লুচিংবশিংদা হৌবকখি, ঐখোয় অমত্তা ওইবসি আসামদগী খাইদোক্লবা তৌবসি। অদুদি কনা কনা পূনবা য়াগনি ? আসামী লোন ঙাঙদবা যুমলোন্নবা থিবকপদা মণিপুব, কাছাড় অমদি ত্রিপুবাদা তাবে। কাছাড় হায়ববিবসি মতম অদুগী কাছাড়নি, হৌজিক্কী অৱাং-কাছাড় অমদি কার্বি আংলোং য়াওবা।

কংগ্রেস ৱার্কিং কমিটি অমদি সর্দাব পটেলনা মসিগী মতাংদা কদায় ফাওবা যাওখিবগে হায়বদু হিন্দুস্থান স্টেণ্ডার্ডকী সেপ্টেম্বব তাং ১০, ১৯৪৮ দা ফোঙখিবা পাউগী পবেং খবা য়েংলগা খঙবা ঙমগনি। পাউ অদুদা অসুন্না হায - The Congress Working Committee before concluding its three-day session today met for two hours to consider the report of the state committees of the organisation of the Congress in the states which have acceeded to the Indian Union or have merged with the provinces Sardar Vallabh Bhai Patel presided in the absence of Congress President Dr Rajendra Prasad who is indisposed The working Committee agreed to the formation of the new Provincial Congress Committees (b) Cachar, Manipur and Tripura will be joined to constitute a separate bi-lingual Provincial Congress Committee, its languages being Bangali and Manipuri

কংগ্রেস ৱার্কিং মমিটিগী ৱাবেপ অসিনা ময়েক শেংনা তাক্লিবদি কাছাড, মণিপুব অমদি ত্রিপুবা অহুম অসিনা পুল্লগা বাংলা অমদি মণিপুবী লোন অনীমক চৎনবা প্রোভিন্সিযেল কংগ্রেস কমিটি অমা শেম্বনি। পূর্বাঞ্চল শেম্বগী ৱা পন্দে। লুসাই হিলস য়াওবগী ৱা পন্দে।

পূর্বাঞ্চল শেম্বগী প্রস্তাব তৌবকপদি কাছাডদগী, মক্ক ওইনা কংগ্রেসকী বাংগালী লুচিংবা খবননি। ইবাবত অমদি মহাক্কী পার্টিনা মসিবু কন্না য়াখিদে। মণিপুব কংগ্রেসকী মনুংদসু য়ানীংদবা কাঙবু য়াওখি। মক্ক ওইনা তোমাল কংগ্রেসকী কাঙবুনা মসি য়াখিদে, তোম্পোক কংগ্রেস কাঙবুনদি য়াখি হায়। পনবা য়াবদি, হায়বিবা প্রস্তাব অসি নোংচুপ-বাংলা কংগ্রেসকী মক্ক ওইবা লুচিংবশিংগী আশীর্বাদ ফংখি।

পূর্বাঞ্চল হায়বিবসি পূর্বাচলসু হায়নৈ। পূর্বাঞ্চল হায়বগী অর্থদি নোংপোক লমদম হায়বনি, পূর্বাচল হায়বগনা নোংপোক চীংশাং হায়বনি। কুপল্যাণ্ড

প্লানদনা অৱাং-নোংপোক ঙমখৈ লমদম হায়বনি। খেন্নবিবসি অসিনি। পূর্বাঞ্চল নত্রগা পূর্বাচলদা য়াওনবা প্রস্তাব তৌবিবনা মণিপুৰ, কাছাড়, ত্রিপুৰা অমদি লুসাই পাহাড়নি। লুসাই পাহাড় হায়বিবসি হৌজিক্কী মিজোৰামনি। তবাপোৎকী লাইবিক্তা মিজোৰামগী মচেৎ অমনি হায়বিবসি লাল্লি।

পূর্বাঞ্চল শেম্বগী মতাংদা কাছাড়দসু কংগ্রেস মশেন অনী থোকখি, অয়াবা অমদি যাদবা। কাছাড়গী কংগ্রেস লুচিংবা মৈতৈশিংগী মনুংদসু কাঙবু অনী থোকখি। লক্ষীপুৰ মায়কৈগী শাগৎপম গৌবো অমদি লাংপোকলাকপম ধনেশ্বৰ পূর্বাঞ্চল শেম্বদা শৌগৎখি, উধাৰবন্দ মায়কৈগী লুচিংবা লাইশ্রম মেবাচাউবসু (তুংদা এম এল এ ওইখিবা) শৌগৎপদা য়াওখি। অদুবু যানীংদবা কাঙবুনা মপাঙ্গল শোনখিবা নত্তে।

পূর্বাঞ্চল যানীংদবা কাঙবুগী মপাঙ্গল কয়াম্না কনখিবগে হায়বদু থৌদোক অমনা তাকখি। মণিপুৰগী মতম অদুগী কংগ্রেস লুচিংবা সিমান কৃষ্ণমোহন, লাইশ্রম যুগেশ্বৰনচিংবা মশক নাইবা মীওই কয়ানা কাছাড়দা পূর্বাঞ্চলগী ঈহৌ কন্না শাগৎনবা লাকখি। মৈতৈনা খবা নম্না তাবা লক্ষীপুৰদা মখোয়না মিটিং অমা তৌনবা থৌবাং তৌখি। অদুবু মফম অদুগী কংগ্রেস লুচিংবা কৈশাম পুন্সিনা মহাক্কী কাঙবু খবগা লোয়ননা চেখতুম-নুংদুম থাজিন্দুনা মিটিং অদু থুগাইখি, তৌহনখিদে। অসুম্না কাছাড়দসু পূর্বাঞ্চলগী দাবী অদু পংকন কনবা ঙমখিদে। তৌবগীদি মসিবু পামজবা কাঙবুনা ১৯৫০ গী মতুং ফাওবদা মৰম মৰক্তা চক-চক থিনবদি তোকখিদে। গুৰুচৰণ কোলেজগী মতম অদুগী প্রিন্সিপাল যোগেন্দ্র চৌধুৰী (তুংদা এম পি ওইখিবা) মখোয় অদুগী মনুংদা মশক নাইবা অমনি। মতাং অসিদা পন্নীংবা ৱাফম অমতংদি, ৱাবেং অসি ইজবিবা ঐনা চহী কয়াগী মতুংদা নোংমা ওজা গৌবোনা হায়বা তাজখি - ঐনা পূর্বাঞ্চলগী ৱাফম শৌগৎখিবগী মৰমদি প্রস্তাব তৌবিবা প্রদেশ অদুদা ঐগী ইমাৰোল মৈতৈৰোলসু ওফিসিয়েল লেংগুয়েজ ওইনা য়াওগনি হায়বগী ৱাফম অদুদা য়াওখিবনি। কাছাড়গী মৈতৈ লুচিংবশিংনা শৌগৎখিবদু মৰ্ম ওইনা ৱাফম অসিদা ওইবা তাই।

ছত্রধাৰীগী লাইবিকলোমদা অমুক লাকচবগে। লাইবিক অসিগী লামায় ৮২ দা পল্লি - *'ইবাৰতকী ৰাজনীতি ফিবেপ্তি এন্টি-পূর্বাঞ্চলনি, এন্টি-মার্জৰনি। মহাক্কী ৰাজনীতি ফিবেপ কবিমত্তা হোংদে।'* চুম্মি ইবাৰতনা পূর্বাঞ্চল য়াখিদে, য়াম্না কন্না য়াখিদে। অদুবু মহাকপু কবম্না এন্টি-মার্জৰনি হায়বিবনো হায়বসিদি ভাব তাদে। মণিপুৰনা ভাবত্তা তিনবা ইবৰাৰতনা য়াখিদে হায়বসিগী প্রমান ওইবা য়াবা ৰেকোর্ড নত্রগা থৌদোক অমত্তা থেংনদে। মসি হেক্তা হায়নীংদুনা হায়বা মাল্লি।

১৯৪৬ কী এপ্রিল ৫ দা ভুবনম্না বাজকুমাবনা সভাপতি ওইদুনা নিখিল মণিপুবী মহাসভা অমদি প্রজামণ্ডল পূন্না মিটিং অমা ফমখি। মিটিং অদুদা লাইশ্রম যুগেশ্বব, ডাক্তব লৈবেন,ললিতমাধব শর্মা, কুমাবী প্রমোদিনী অমদি ইবাবত যাওখি। সভা অদুদা লৌখিবা বিজোলিউসন ৬(খ) দা অসুম্না পল্লি - *'সভা অসিনা লেপ্পদি ভাবতনা স্বাধীন ফংলগা স্বাধীন ভাবতকী মনুংদা মণিপুবসু মশানা ঙাকচবা মাগী শিক্ষা সংস্কৃতি, অর্থনৈতিক, বাজনীতিকনচিংবা চাওখৎনবা হোৎনজবা ঙম্বা অমসুং চীংগী ইচিল-ইনাও, মুসলমান ইচিন-ইনাও পুম্নমক্কী চপ মান্নবা অধিকাব লৈবা, স্বধীন মণিপুব বাজ্য ওইনা লৈবা, মণিপুবগী মনাক কাছাডনচিংবদা লৈবা মণিপুবীশিংনা পান্নবদি মখোযনা লৈবা লম অদু ফাওবা হাযবিবা স্বধীন মণিপুব বাজ্যগী সীমানা মনুংদা লৈবা। অদুগুম্না স্বাধীন মণিপুব বাজ্য অদুনা কবম্বা প্রদেশতা লৈগদগে নত্রগা তোপ্পা লৈগদ্রা হাযবনচিংবা লৈবাক্না পাম্বা (গণভোটনা) মতুং ইন্না ওইবা ?* [যেংবিযু চেহাপ-৬]

ৱাবেপ অসি চুম্না বিজোলিউসন বুকতা ইবগা নমশিন্দুনা লৈখিবা নত্তে। ইবাবত মশামক্না নুমিৎ অদুগী ৱাবেপশিং অদু পূন্না পেম্পলেট ওইনা ছাপা তৌদুনা ফোঙলগা চাইথোকখিবনি। হাযবিবা ৱাবেপ অসিদা যাম্না মযেক শেংনা অহৌবমক্তদা পল্লি - *'স্বাধীন ভাবতকী মনুংদা মণিপুবসু মশানা ঙাকচবা . স্বাধীন বাজ্য ওইনা লৈবা।* মসিগী অর্থদি ভাবতকী মনুংদা ওটোনোমাস স্টেট ওইনা লৈবা হাযবনি। অবোইবগী ৱাহৈ পবেংদসু হাযবি - 'মণিপুবনা ভাবতকী কবম্বা প্রদেশতা লৈগদগে নত্রগা তোঙানবা প্রদেশ অমা ওইনা লৈগদ্রা হাযবদুদি মীযামগী গণভোটনা লেপকদবনি। অদুনা মণিপুবনা ভাবতকী মনুংদা লৈবা হাযবসি মহাক যাওনা মযাম যানখি হায়বসি মযেক শেংনা তাক্লি।

মসিগী মতুমদা অমুক্কসু ইবাবত মশামক্না ইবগা সাইক্লোষ্টাইল তৌবগা ফোঙবা অনৌবা যুগ পাউজেলচেগী আগস্ট ১২, ১৯৪৭ কী ইসুদা অসুম্না ইবি - *'আগষ্ট তাং ১৫ অসি মণিপুবগী শাসনগা লৈবাক্না (প্রজাগা) নক্লবা মবী লৈনবা লৈপাক্না পাম্বা সবকাব শেম্বগী মতাং অমগী অহৌবা ওইগদৌবি হাযবি। নুমিৎ অসিদা মণিপুবগী প্রতিষ্ঠান খিবিক্না ভাবতকী জাতীয পতাকা হাইগৎকদৌবি। অমবোমদা শ্রীযুৎ মণিপুবেশ্বব মহাবাজসু হাযদ্রাবাদ ষ্টেট তৌনা স্বাধীনতা যোষণা তৌগদৌবিমাল্লে, নহানমখৈ ভাবত যুনিযনদা যাওবে, হাযনবদু চুমদবা তাবিববা হাযনা মণিপুব প্রজানা যাম্না চিংনবে। অসি ওইববদি ভাবতকী স্বাধীনতাগীদমক মণিপুব প্রজানা নুংঙাইবগী কবিগুম্বা অর্থ লৈতে। প্রজানা নুংঙাইবা হবাওবা উৎলবোই, নিংথৌতগী হবাওবা নুংঙাইবা উৎপনি।*

*বৃটিশনা নিংথৌশিংবু পেলহনবগী অর্থদি ভাবতকী শকক অমবু নিংথৌগী মনীং তম্না লৈবগী মখাদা নমদুনা লৈহনবনি, ভাবতকী মথক্তা খুৎলাই থাবনি।*

*মসি ভাবত অমসুং নিংথৌপানবা লৈবাক্কী প্রজানা কবিগুম্বদা য়াবোই। আগষ্ট ১৫ সিদা ঐখোযনা দাবী তৌবি মণিপুব ভাবত য়ুনিয়ন্দা তিনবা।'*

ব্লাবোল অসি ইবাবতনা প্রজাসংঘগী সভাপতি ওইনা ফোঙবনি। ব্লাবেল অসিনা মযেক শেংনা তাক্লিবদি-মণিপুবনা হায়দ্রাবাদ স্টেট তৌনা স্বাধীনতা ঘোষণা তৌবা ইবাবতনা পামখিদে, মহাক্লা পামখিবদি মণিপুবনা ভাবত য়ুনিয়ন্দা তিনবনি। *[যেংবিযু চেহাপ-৬]*

মসিদা ছত্রধাবীনা ইবাবতপু এন্টি-মার্জবনি - মণিপুবনা ভাবত্তা তিনবা পামখিদবা মীশকনি হাযনা করম্না হাযবিবনো ? মহাক্কী লাইবিক অসিনা ওথোবিটি ওইনা লৌবগা ইবাবতপু মণিপুবনা ভাবত্তা তিনবা যাখিদবা মীনি হাযবিবসি লাইবক থীবনি। চহী খবগী মতুংদা ভাবতকী কমিউনিস্ট পার্টিনা খুৎলাই পাযবা লালহৌ (আর্মস বিবভোল্যুশন) হৌবকখি। মদুগী শরুক অমা ওইনা মণিপুবদসু খুৎলাই পাযবা লালহৌগী থৌবাং চখবকখি। মদু ভাবত্তগী তোখাযনা তাবগী লালহৌ নত্তে। পনবা যাবদি, মতাং অসিদা মণিপুবদদি মীশি-মীনা থোইনা থোকখিদে, কাছাড়দদি ১৯৫০ ফাওবদা পুলিশকী গুলিদা থব্লায কযা মাঙখি, ১৯৪৯-৫০ গী পোইনু লৌবোক পম্বাদা জালোম্ভলাদা মৈতৈ যাওনা নহা ওইবিবা মীওই তরুক থব্লায় থাখি।

অদুনা ইবাবতকী খুৎলাই পাযবগী লালহৌ অসি ভাবত কমিউনিস্ট পার্টিগী লালহৌ অদুগী শরুক অমনি। ভাবত্তগী তোখায় তানীংবগী লালহৌ ওইববদি ইবাবতনা মাগী মতুং ইনবশিংদা শোযদনা হাযবমগনি, অমদি ভাবত কমিউনিস্ট পার্টিদগী মহাক তোক্লে হাযনা লাউথোক্লমগনি। পুন্সিগী অবোইবা মিৎকুপ ফাওবদা ইবাবতনা মহাক ভাবত কমিউনিষ্ট পার্টিদা যাওদ্রে, পার্টিদগী মহাক তোক্লে হাযনা কৈদৌঙৈদসু লাউথোকখিবা লৈতে। অদুনা জননেতাগী মবমদা ভাবনা শাবা ব্লাফম জাৎ জাৎ হাযবসিদি মহাকপু ইকাযখুম্নবা উৎপা নত্তে, মহাক্কী অশেংবা শক্তম অদুবু শেবান্ননা উৎপনি, মহাকপু চম্মম্নহনবনি।

# ময়াং লৈবাক্তা মণিপুর নিংথৌমচাশিংগী তাংকক অমা

বৃটিশনা মপূং ফানা খুদুম চন্দ্রিঙৈগী চহী চনীবোমসি মণিপুব ইতিহাসতা নিংথৌফম মুন্নবগী মপা-মচা মচিন-মনাও হাৎন-শুনবগী ঈখেংনা ঈংগ্রি শিংখিবা, পৃথিবীগী চাওখৎলবা সমাজদা তোয়না থোক্তবা, অদুগুম্বা তাংকক অমনি। অদুগা অসুম্না নিংথৌফম মুন্নবদা মায়থীববা নিংথৌমচাশিংনা মথব্রায পুদুনা মখোযগী খোঙলোইশিংগা লোয়ননা লাঞ্জেনদুনা শাইদাংফম লৌখিবসিনা অয়াম্বা মতমদা চীংলোন মাপন লাম্লগা লৈবা যূমলোন্নবা ময়াং লৈবাক্তনি। পনবা যাবদি, যূমদাংবনা কৈনাবা হায়বদু কবিগুম্বা মতমদা থোকখিদবা নত্তে। লাঞ্জেল্লক্লগা শাইদাংফম লৌদুনা লৈববিবা মখোয অদু তূমিন্না খক লৈখিদে, লালহৌগদগী লোন্না লোন্না শবৌ কযা শীনদুনতা লৈখি, কবিগুম্বা মতাংদনা শাইদাংফম লৌবিবা লৈবাক অদুগী নিংথৌ অদু ফাওবা তাম্থোকতুনা মখোয়না মপূ ওইদুনা পানবফাও যাওখি।

মণিপুব নিংথৌমচাশিংনা লাঞ্জেল্লগা মযাং লৈবাক্তা শাইদাংদুনা লৈবগী ব্রাবীসি খাগেম্বা মহাবাজ হাক্তক্তগী ঐখোয়না থেংনববসু মহাবাজ ভাগ্যচন্দ্র হাক্তক্তগীদি যাম্না তোযবে। মহাবাজ অসিমক ময়াং লৈবাক্তা কয়াবক হন্না লাঞ্জেনদুনা লৈখি। কাইনথংদা তেখাও লৈবাক্তা চত্তুনা তেখাওনিংথৌগী মতেঙ লৌদুনা মবৈবাক মণিপুব অমুক লৌবা ঙমখি, অমসুং মতম খবা ঈংনা তপ্না পানবা ঙমখি। মদুগী তৌবিমল খঙবা ওইনা মহাবাজনা মজাইবেম্মা কুবঙ্গনয়নীবু তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেও বাজেশ্বব সিংহদা থাজখি। বৈষ্ণবধর্মদা থব্রায়-হকচাং য়াওনা থাজবা অমদি ভক্তি লৈজবা নিংথৌনি ভাগ্যচন্দ্র। মহাক্কী অঙম অথৌ অমনা লমহেনবা ব্রাহ্মণ অমবু অঙাং ওলহনখিবগী থৌদোক্লা মবম ওইদুনা ব্রাহ্মণ হাৎলবা লৈবাক অসিদা লৈবা হৌনদ্রে হায়দুনা বাজসিংহাসন থাদোক্লগা

মহাৰাজ তীর্থযাত্রা তৌখি (১৭৯৮)। মবৈবাক থাদোক্লুনা চৎপগী অবোইবা খোঙচৎ অসিদা মহাৰাজনা মজাইবেম্মা হৰিশেশ্বৰীবু তখেলনিংথৌদা থাজবম্মী।

ভাগ্যচন্দ্র মহাৰাজগী মতুংদা মজাইবুংঙো অহন, ৰবীন্দ্ৰনা ফম্বান কাখি। অদুবু কুইনা পানবদি ঙমখিদে। মনাও ইবুঙো মধুচন্দ্ৰনা মহাকপু হাৎলগা ৰাজগাদি মুনখি। মধুচন্দ্ৰসু মতম কুইনা ৰাজভোগ চাবা ফংখিদে। মনাও ইবুঙো চৌৰজিৎনা মহাকপু তাম্বোক্লুনা ৰাজসিংহাসনদা কাখি (১৮০৬)। মধুচন্দ্ৰ মতু-মচাগা লোযননা ময়াং লৈবাক্তা চেনখি, অদুগা কাছাড নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্ৰদা মজাইবেম্মা ইন্দুপ্ৰভা থাজদুনা কাছাড কোনুংদা চঙদুনা লৈখি।

চৌৰজিৎসু মতম কুইনা ঈংনা-তপ্পা পানবদি ঙমখিদে। মনাও ইবুঙো মার্জিৎনা থীনবা তৌদনা লালহৌবকখি। অদুবু মার্জিৎ মাযথীখি। ময়াম্বুং চৌৰজিৎনা মনাওনি খন্দুনা মহাকপু ঙাকপিখি। অদুবু নিংথৌফমগী মিহৌবু হেক্তো কোকপা যাত্রা? মার্জিৎ মপূক্লিং তংদাফম খঙখিদে, পংকুই কুইদনা কাছাডদগী চেনখি, অদুদগী অবাকান ফাওদুনা অৱাকোনুং য়ৌখি। মফম অদুদা চহী খৰা মখোযগা মৰূপ-মপাং ওইনা লৈমিন্নদুনা মখোয়না হাযবা ইনগনি হাযবা থাজহল্লগা মখোয়গী মতেঙগা লোয়ননা মণিপুৰদা লান্দাৰকখি।

হন্দক্তি চৌৰজিৎ মাযথীবে। লাঞ্জেল্লে। কদাযদা ? মযাং লৈবাক্তা। গম্ভীৰসিংসু ময়াম্বুংগী মতুং ইল্লকখি। মযাং লৈবাক্তা য়ৌবগা চৌৰজিৎনা থীনবা তৌদনা মণিপুৰদা লান্দানবা থৌবাং তৌবা হৌবকখি অমসুং কাছাড নিংথৌদা লান মতেঙ পাংবিযু হাযখি। কৃষ্ণচন্দ্ৰদি মীঙোন্দা লান পাংবদি লাযৰদুনা মশামক যাম্না মতু শোন্না পাঞ্জবা নিংথৌনি। অদুনা লান পাংবা ঙল্লোই হাযবকখি, মৰম অমৰুদি পীবকখি - মহাক্কী মফমদদি চৌৰজিৎসু মার্জিৎসু চপ মান্ননা নক্রবা মৰীনি, কৰম হায়না অমৰু থাদোক্লুনা অমগী মতেঙ পাংগনি। চৌৰজিৎ ৰাৰৌখি। মতাং চাবদা পাবা তম্বিগেদো হাযনা শীংনবা অমগা লোযননা কাছাড থাদোক্লুনা জৈযন্তিয়া লৈবাক্তা শাইদাংদুনা লৈখি। খবা হেন্না হৈশিংবা মথৌনা মৰীংজেলসু লৈবা গম্ভীৰসিংনা কাছাড় কোনুংদা সেনাপতি ওইদুনা থাগী তোলোপ লুপা য়াংখৈ চাদুনা লৈখি।

কৃষ্ণচন্দ্ৰনা নোঙ্গাখ্ৰবা মতুংদা মনাওনুপা গোবিন্দচন্দ্ৰনা কাছাডগী নিংথৌ ওইখি (১৮১৩)। মহাকসু ময়াম্বুংদৌনা মৰীংজেল মথৌনা যাওবমদে, মতম পূম্নমক্তা যুমলোন্নবা লৈবাক মণিপুৰ জৈয়ন্তিয়া অমদি ত্ৰিপুৰানা লান্দাবক্লগদ্ৰা হায়বগী চিংনবা অমনা অকিবা পোকহন্দুনা মহাক তৃম্ব-চাব-হিপ্পা খঙলমদে। অদুগী মথক্তা প্ৰজাশিংনসু মহাকপু য়াবমদে, মদুগী অচৌবা মৰম অমদি ময়াম্বুংনা নোঙ্গাখ্ৰবা মতুংদা ময়াম্বুংগী নুপী ইন্দুপ্ৰভাবু মহাক্না লৌদুনা তালোই অহনশীংদা চলহনখিবা অসিনি। অসিগুম্বা ফিভম অসিদা গোবিন্দচন্দ্ৰনা মযাম্বুংদৌনা

য়ুমলোন্নবা সিলেটদা লৈবা সাহেবশিংদা লাম্মী কুনমঙাখক্তং ওইববসু মহাক্কী লৈবাক্তা থন্বিদুনা মহাকপু ঈংন-তপ্না পানবা ঙম্নবা মতেঙ পীনবিয়ু হায়জখি। লাম্মী ২৫ খক্তংনি নিবক্লিবসে। কয়াদা শোল্লবা নিংথৌনো ? সাহেবশিংনা মখোয়গী কান্নবা লৈত্রগদি মীগী থৌদোক-ৱাথোক্তা খুৎ থিংজিন্দবনা ফৈ খন্দুনা কাছাড় নিংথৌনা হন্না হন্না হায়জবকপদো কবিমত্তা থৌশাদনা লৈখি।

অসুম হায়না লৈবিঙৈদা নোংমদি চৌবজিৎকা গম্ভীবসিংগা অৱাং-কাছাড়দা লৈবা গোবিন্দচন্দ্রবু য়াদবা তুলাবামগা খুৎশম্নদুনা গোবিন্দচন্দ্রগী মথক্তা লান্দাবকখি। গোবিন্দচন্দ্র কবিমতা অপনবা পীবা তৌদনা সিলেটতা চেনখিদুনা ইংবেজকী মকম থুপতুনা লৈখি।

তাঞ্জা অদু মাঙহনবা তৌদনা চৌবজিৎকা গম্ভীবসিংগা পুন্না কাছাড খূদুম চন্দুনা পানখি (১৮১৮)। মহানমখৈ নিংথৌ পান্দবদৌনা কাংখোং চাইদুনা লৈবম্বদো মৈতৈ নিংথৌমচা অনীনা পানবদগী কাছাড়গী প্রজাশিং হবাওনখি অমদি তংদু-লৈতানা লৈবা ঙমখি।

মসিগী চহী অমবোম মতুংদা অৱাশিংগী মতেঙনা মণিপুবগী নিংথৌ ওইবা ঙমজখিবা মার্জিৎ অৱাশিংনা হায়বা ইন্দবদগী অৱাশিংনা মহাকপু মতীক চাবা পাবা তম্বিনবা চাউববা লাম্মী তেঙ্গোলগা লোযননা মণিপুবদা লান্দাবকখি। মার্জিৎ মণিপুব থাদোক্কুনা চেনবা তাখি। কদাযদা? মযাং লৈবাক্তা। মযাং লৈবাক নত্তনা উপায লৈখিদে। অৱাশিংনা ওৎনৈবদা মণিপুবগী প্রজা পূম্নমক খাঙবা ঙমদদুনা খা-বাই খঙদনা মযূম-মকৈ থদোক্কুনা চেন্নখি। মখোযসু কদায়দা ? মযাং লৈবাক্তা। মসিবুনি ইতিহাসতা অৱা-লানগাই নৎত্রগা চহী তবেৎ খুন্তাকপা হাযনা খঙনবিবসি।

মার্জিৎনা কাছাড়দা লাঞ্জেল্লকপদা শ্রীগোবিন্দ অমদি বৃন্দাবনচন্দ্রগী মূর্তিসু লোযনবকখি। মদুমক্লা ওইবিগদ্রা মার্জিৎনা মাঙলমচত্তা ময়াম্বুংগী মফমদা অযোন-অবান কযা তৌখিবদো ময়াম্বুং চৌবজিৎনা ঙাকপিদুনা মহাকপু তবাম্না ওকপিখি। হন্দক্তি মণিপুব নিংথৌমচা অহুম খুৎশম্নবে। মাঙলমচৎকী মলোম পূম্নমক কাউথোক্লদুনা কাছাড লৈবাক অহুম থোক্লা যেম্থোক্লদুনা মচিন-মনাও অহুম্না পাল্লে। চৌবজিৎনা নোংপোক মাইকৈদা সোনাইমুখকী মনাক্তা দুংগ্রিবপাবদা কোনুং শেমদুনা পাল্লে, মার্জিৎনা খা মাইখৈদা ঝাফিববোনদা (মৈতৈনা জাবিববোন), অদুগা গম্ভীবসিংনা অৱাং-নোংচুপতা কালাইনগী মনাক্তা গুমডাদা। অদুবু মচিন-মনাও অমুক কুইনা পূনবদি য়াবকখিদে। চৌবজিৎ কাছাড থদোক্লন্নগা সিলেটতা চৎপা তাখি। কাছাড মচিন-মনাও অনীনা পালহৌখি।

চহী তবেৎলোম চঙনা অৱা-তেঙ্গোলশিংনা মণিপুবতা নত্তনা ব্রহ্মপুত্র তম্পাক্কী নোগাঁও ফাওবা ওৎনৈবা য়াবমখৈ ওৎনৈবগা কাছাড তম্পাক

য়ৌশিল্লকখি। ইংবেজশিং অহানবদদি থৌশাবমদে। অদুবু অৱাশিংনা বদবপুবদা লৈবা মখোয়গী লানবন মনাক নকশিল্লক্লবদা মখোয় থৌশাদনা লৈবা য়াবকখিদ্রে। অৱাশিংবু তানখায়খিনবা গম্ভীবসিংগা লোয়নননা ৱা তান্নবে। গম্ভীবসিংনা লান্মী চামগুাগী তেঙ্গোল অমা শেমগৎপা অদুগা ইংবেজশিংনা খুৎশু-খুৎলাই মতীক চানা পীবদা য়ান্নবে। অসুম হায়না ইংবেজকী মতেঙগা লোয়নননা গম্ভীবসিংনা অৱাশিংবু তিলাইনগী লানফমদা অহানবা ওইনা শাথীনা মায়থীবা পীখি। অদুদগী মথং মথং তকথোবক্তুনা অৱাশিংবু নিংথিতুবেল ৱাংমা লান্না তানখাইখি।

অৱালান লোইববদা গম্ভীবসিং মণিপুবগী নিংথৌ ওইবে (১৮২৬)। ইংবেজশিংনা গোবিন্দচন্দ্রদা কাছাডগী ফম্বান শিন্নবে। মসিদা গম্ভীবসিং য়াম্না পেনখিদে। কাছাড মহাক্লা ফংফম থোকই হায়না দাবী তৌখি, মবমদি মহাক্লা কাছাড়দা চহী তককলোমনি পাল্লমখিবা, অদুগীসু মথক্তা নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা লৈবাক অসি মহাক্কী মপাবুংদা পীথোক্লন্নবনি হাযবা ৱাফমসু থমখি। সাহেবশিংনা দাবী অদু থৌওইনা তাখিদে। গম্ভীবসিং তূমিন্না লৈবদি তৌখিদে, মতাংচাবা তাঞ্জা ঙাইদুনা লৈখি। অসুম হাযনা কাছাডগী ফিভম চবাংননা লৈবিঙৈদা নোংমদি মহাক্কী কোনুংমক্তদা গোবিন্দচন্দ্রবু য়াদবা মীওই খবনা শবৌ শীন্দুনা মহাকপু হাৎখি (১৮৩০)। সাহেবশিংনা চিংনখি, শবৌসিদা গম্ভীবসিংগী খুৎ শোযদনা যাওবমগনি।

গোবিন্দচন্দ্র লৈখিদ্রবা মতুংদা কাছাডগী নিংথৌ কনানা ওইগনি হাযবা ৱাফম অমা কন্না লাকখি। মবমদি গোবিন্দচন্দ্র মচা অমত্তা পোক্লমদে। অদুবু কাছাডগী দাবীদি মীওই মবিদগী লাকখি - অমনা মহাবানী ইন্দু প্রভাদগী, অনীশুবদনা অৱাং-কাছাডদা লৈঙাক্লিবা তুলাবামদগী, অহুমশুবদনা বানী চন্দ্রকলাদগী মহাক্লা য়োকচবা মচা অদুগী দাবি ওইনা, অদুগা মবিশুবদনা গম্ভীবসিংদগীনি। গম্ভীবসিংদি মহাকপু নিংথৌ ওইহন্দ্রবসু কাছাড মঙোন্দা শান্দোকপিযু চহীদা লুপা লিশিং তবামঙা তবামঙা ইংবেজদা লোইপোৎ কাগে হাযখি। পনবা য়াবদি, গোবিন্দচন্দ্রনা সাহেবশিংদা চহীদা লুপা লাখ তবা ফাওবা লোইপোৎ কাবা ঙমখিদে।

চহী অনীবোম চঙনা হোৎনববা ফাওবদা ৱাফম অসি লৈখায তাবা ঙমদবদগী কাছাড় ইংবেজশিংনা লৌশিনখি অমসুং জিলা অমা ওইনা বৃটিশ-ভাবতকী মনুং চনশিনখি (১৮৩২)। জিলাসিগী লৈঙাকশাসন অহানবদা লাপ্পা চেবাপুঞ্জিদগী তৌবা হৌখি। মদুদা খুদোং চাদবদগী কাছাডগী ময়োল ওইবপ তৌবা দুধপাৎলিদা হোংলকখি, মদুদসু খুদোং চাবা ৱাৎপদগী মসিগী মনাক্তা ববাক হেক ৱাংমদা লৈবা শিলচবদা হোংলকখি।

কাছাড় সাহেবশিংগী মখাদা লৈপ্রবসু লৈবাক অসিদা লাঞ্জেন্দুনা লৈবা মৈতৈ নিংথৌ মচা-মশূশিং তূমিন্না খক লৈখিদে। মী খবা খোমজিল্লগা মণিপুবদা

লান্দাকনবা থৌবাং তৌদুনতা লৈবম্মী। মসিনা জিলা অসিগী লৈঙাক-শাসন পুবিবশিংবু মকোক য়াম্না শাহল্লম্মী।

গম্ভীবসিংনা নোঙ্গাখ্রবদা (১৮৩৪) য়াম্না অঙাং ওইবিবা মচানুপা চন্দ্রকীর্তিনা মণিপুবগী নিংথৌ ওই, সেনাপতি নবসিংনা অয়াম্বা লৈঙাক-শাসনগী পোৎলুম পুই। লৈঙাক-শাসনগী থৌশিল অসি মপাঙ্গল শোল্লমগদ্রা খন্দুনা কাছাড়দা লৈবা নিংথৌমচা কয়ানা মথং মথং থিলহৌ কযাবক লান্দাবকখি। মসিগী মনুংদা পনবা যাবদি, অদুগৈ নিংথৌ ওইবম্বা ববীন্দ্রচন্দ্রগী মচানুপা তবংখোম্বগী লালহৌনি (১৮৩৮)। খোঙলোই চহুমলোম খোল্লগা যাম্না আশা চাউনা তবংখোম্বা লান্দাবকখি, অদুবু মায় পাকপদি লাযবদুনা মশামক অঙাং ওনখি, মনাওনুপাসু ময়াম্নুংগা মান্ননা দশা তাখি। লোযনবকপা খোঙলোই অযাম্বসু মথব্রায মাঙখি, খবমনা লানফা ওইখি।

মসিগী মতুং চহী ফাবাত্তনা মার্জিংকী মচানুপা যোগীন্দ্রজিৎসু কাছাড়দগী খোঙলোই খবা খোল্লগা লান্দাবকখি। মহাক্তি মণিপুব তম্পাক যৌবা ঙমখিদে, মনাওনুপাগা লোযননা চীংলম্বীদা মথব্রায থাখি।

কাছাড়দা লৈবা নিংথেম্মচাশিং পূম্নমক ইংবেজগী মকোক চিকহন্নবা থবক্তা তৌদুনা লৈখি হাযবদি লানগনি। কবি কবিগুম্বা মতমদা মখোযনা সাহেবশিংগী মতেঙ পাংবসু যাওখি।

১৮৩৬ কী আগস্ট ২০ দা কাছাড়গী লৈঙাক মকোক সুপাবিন্টেন্ডেন্টনা ঢাকা ডিভিজনগী কমিশনাবদা ইবা চিঠি অমদা অদুম্না পল্লি - *'বাজকুমাব ত্রিভুবনজিৎ সিংনা খা-বোমগী ঙমখৈদা মৈতৈ খুন খবগা অমুক খুন্দাহনগে লুপা ৬০০০ খক অমগা পীবিখো হাযবি। হান্নসু মঙোন্দা লুপা ২৬৩৬ পীখ্রবনি। থৌশিল অসিনা কুকিশিং নমথনবগী পান্দমদো মায পাক্লে হাযবা যাই। কুকিশিং ফনা কুইবে লাঙলখিদবা।'*

কাছাড়গী খা-বোম থংবা মায়কৈসে কুকিশিংনা যাম্না তোযনা লান্দাবক্লনা লন থুম কযা লুট তৌদুনা পুখিবতা নত্তনা মীহাৎ-মীপুনসু কযা তৌবম্মী। মখোযবু থেংনবসি মৈতৈ নত্তনদি অতৈ কনানা ঙল্লোই হায়বসি সাহেবশিংনা খঙলম্মী। অদুনা মৈতৈ কযা মাযকৈ অদোমদা খুন্দাহনখি। কাছাড়গী খা-বোম থংবা মাযকৈদা মৈতৈশিং খুন্দাখিবগী মবম মসিসু অমনি।

মৈতৈ নিংথৌমচাশিংনা সাহেবকী মতেঙসু পাংবা পৈশাসু তানবগী খূদম অমগা জিলাগী লৈঙাক-মকোক্লা ১৮৩৯ গী ডিসেম্বব ১০দা ঢাকা ডিভিজনগী কমিশনাবদা ইবা চিঠি অমদসু উবা ফংগনি। চিঠি অদুদা ইবি - 'সিতেম্বব বাজকুমাবনা কুকি খুন খবদগী জবিমানা লুপা ২০০০ খোমগৎপিগে নোংমৈ

অমখক্তংদি পীবিয়ু হায়না দবখাস্ত থাবিবদো য়াবিকনু। মহাক্কীসে শেন শকক অহুম হেন্না খোমগৎলগা শকক অমা সবকাবদা পীখৎলক্কগা অতৈদুনা মহাক্লা হাইহৎনবা তৌবিবনি। কুকিশিংসে খুন অমগা খুন অমগা হাৎনৈ-শুনৈ। মহাক্লা তৌবিসিনা খুন অমদা মহাক্লা তোংশিল্লগা অতৈদো তকখায়গে অদুগা শেনসু তানগে অসিনি। কাছাড়দা লৈবিবা নিংথেম্মচাশিংসে কনাগুম্বা অমত্তদা নোংমৈ পীবা যাদে, হৌখিবা চহী অনীবোমদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুনা প্রমান্নি।'

অদুবু কাছাড়দা লৈবা নিংথেম্মচাশিং তূমিন তূমিন্না খুৎলাই খোমজিনবা লেপ্পা লৈখিদে। মসিনা মবম ওইদুনা সাহেবশিংবু মকোক চিকহনখি, ঈংনচিক্লা পোথাহনখিদে। ১৮৪০ গী চহী লোইবমদাইদা জিলাগী সুপাবিন্টেন্ডেন্টনা মণিপুবদা লৈবা পোলিটিকেল এজেন্টতা ইবা চিঠি অমদা অসুম্না হায - 'ঙসি অযুক বাজকুমাব ত্রিভুবনজিৎতগী বাংলাদা ইবা চিঠি অমা ফংই। নবসিং যুববাজগী মনাওনুপা দেবেন্দ্রসিং সেনাপতিনা কোকোইসুম্বা কৌবা নুপা অমা মী কুনমঙাগা লোয়নননা থাবক্তুনা মহাকপু হাৎননবা তৌবে। মখোয়গী মনুংদা খবনা বাজকুমাব অসিনা হৌজিক হৌজিক লৈবিবা সিলেটতা লৈবি হায, খবমনা কাছাড়দা। অদুবু ঐনা পাউ লৌবদদি অসিগুম্বগী কবিগুম্বা অমত্তগী মমি অমা উদে।'

অদুবু থা খবা মতুংদা ঢাকাগী কমিশনাবদা ইবা চিঠি অমদদি খবা মযেক শেংনা ইবি - 'ত্রিভুবনজিৎকী কাঙবুনা মণিপুবদা ঈবাং তৌবা লেপ্তে, মফম অসিদদি মদুগুম্বা ঈবাং অমত্তা উদে। তৌবগীদি মণিপুবীশিংসে অবোনবা থৌবাং-থৌশিলদা তাইবংগী কনামতদা খঙহন্দনা থম্বদা যাম্না হৈ শিংই। অদুবু বাজকুমাব অসি তবংখোম্বগা যোগেন্দ্রজিৎকা তাখিবা দশা অদু তাননবা হেক তৌগদবদি মান্দে।'

থা অনীবোম মতুমদা নোংমদি ত্রিভুবনজিৎ মাঙখি মাগী খোঙলোই কযাগা লোযননা। জিলাগী লৈঙাকপনা সিফাই থাদুনা মহাকপু লন্বীদা থংনবা তৌখি। তৌইগুম্বসুং মহাকপুদি ফাবা ঙমহৌখিদে, মাগী খোঙলোই খবগা খুৎলাই খবগদি ফাদুনা পুবকখি। ত্রিভুবনজিৎ মণিপুব যৌখি। মহাক্লা মঙজবা বাজগাদি মশুংলাংগী থেংনবা অকনবা লানফমদা থব্রায থাখি, মহাক্তা নত্তনা মনাওইবুঙো বামসিংসু।

মৈবান্বীনা মৈঙালবু মিহৌবদগী চাক্লিবা খান্বীমৈদা চোংশিন্দুনা শিবগুম বাজগাদিগী মিহৌদা অসুম্না লালহৌ কযাগী খান্বীমৈদা চোংশিন্দুনা মথং মথং নিংথেম্মচা কযানি যাইবী থাখিবা। থব্রায় মাঙবা য়াই হাযবা খঙন-খঙনা নিংথেম্মচাশিং লাঙবদি তোকখিদে, মদুনা সবকাববু মকোক যাম্না শাহনখি, নিংথমথাদসু হুমাং কাংহনখি।

চৈবক অসিদা জিলাগী লৈঙাক-মকোক্তা পাউ লাকখি, মণিপুবদগী অঙাং ওইবিবা নিংথৌ চন্দ্রকীর্তি মমাইবেম্মা মহাবানী কুমুদিনীগা লোয়ননা চেনখ্রে,

কাছাড পাংথ্রে। সবকাবনা পাউ লৌই, মখোয়শিং অদো মথং মথং কদায যৌবক্লবা। কাইনথংদা ১৮৪৪ গী ফেব্রুৱাবী ৪ দা ইবা চিঠি অমদা হায়বি - *'অঙাং ওইবিবা নিংথৌদো মমাইবেম্মা মহাবানীগা ঙবাং নুমিদাংৱাইবম থুংলবে। চহী তবানিথোইবোম ফাববা নুপামচাদো মমিৎ-মনা যাম্না হৈশিংবা মাল্লি। অদুবু মাগী খোঙলোই খবগী মখুত্তা মহাক অসি লৈথ্রে। মণিপুবদগী চেল্লকপসি খঙহৌদনা খুদক্তা চেল্লকপা মাল্লি, মখোয় লোইনমক মফি-মবোল অনী শুনা যাওবক্তবা মাল্লি। অদুনা মখোযগী দবকাব ওইবা পেৎচৈ পূম্নমক পীনবা শীল্লু হাযনা ঐগী লোইশঙদা হাযথ্রে।'*

মহাবানীগী অপাম্বা মতুংইন্না মখোযগী লৈননবা তুবেল মপান্দা যূম শাদুনা সবকাবনা সম্রীগা লোযননা থম্বিখি। অদুবু চিংনবদি কোকখিদে, মহাবানীগী কাঙবুনা লৌতুনদুনা কবি তৌবক্কদবা। অদুনা খন্নখি মখোযবু মৈতৈ অমত্তা লৈতবা ফবিদপুবদা থাননবা, মবমদি ঢাকাদদি নিংথৌমচা অহূম মখোযগী খোঙলোইশিংগা লোয়ননা লৈবি, সিলেটসু নকই। জিলাগী লোইশঙ মকোক্লা মহাক্কী চিঠিদা শেংনা হায় - 'কাছাডদা লৈবিবা, মৈতৈ নিংথেম্মচাশিংসে অৱাশিংদৌনা যাম্না লৈবাকমচা তাদে, অদুবু নাপনদি যাম্না কায, হৌখিবা চহী মঙা-তককসিদা মখোযনা মকোক-মযৈ খঙদবা থৌদোক-ৱাথোক কযানি থোকহনখিবা।'

অদুবু ফনা কৃপশেন শেন্নদুনা থল্লবসু মহাবানীনা যাম্না তোয়না শেন ফনা যাম্না কলিকাতাদা দববাবগী খবচনি হাযদুনা থায, সাহেবশিংনা চিংনদবদি নৎখিদে থাবিবা শেনসে নোংমৈনচিংবা খুৎলাই লৈনবা ওইবমগনি। অদুম হাযনা সিফাইনা সম্রী তৌদুনা থম্না থম্না নোংমদি ১৮৫০ গী জুন থাদা চন্দ্রকীর্তি মমা-মচা মখোযগী খোঙলোইশিংগা লোয়ননা কাছাডদগী চেনখি, মণিপুব পাংখি, সিফাইশিংনা থৎপা নংহৌখিদে।

চৈবকসিদা মণিপুবগী বাজগাদিদা অহোংবা অমা লাকথ্রে। নবসিংনা লৈখিদবগা লোযননা মনাওনুপা দেবেন্দ্রনা ফম্বান তোংখি। তাঞ্জা অসি খঙদুনদি চন্দ্রকীর্তিনা মণিপুব পাংলকখিবা। ফম্বান অমুক হন্না লৌবদা চন্দ্রকীর্তি থোইনা ৱাখিদে। দেবেন্দ্র মতু-মচা পুদুনা কাছাডদা চেনখি। অদুবু পংকুই কুইহৌদে, থা অনীমুক্কী মনুংদা খোঙলোই খবগা লোয়ননা মণিপুবদা লান্দানবা লোন্না চঙশিনখি। তৌবগীদি মাযথীদুনা হল্লকখি। ইংবেজ সবকাবদা হায়জৈ, অমুক হন্না মণিপুবদা লান্দাজববোই। অদুবু হিংচাবীনা শবী শোনবনি। দেবেন্দ্র বাজগাদিগী মিহৌলাংদগী নাম্থোকপা ঙমখিদে, মণিপুবদা অমুক্কা লান্দাকুই। হন্দক্তি হল্লকপগা সবকাবনা মহাকপু কাছাডদা নত্তে, সিলেটতা নত্তে, লাপ্পা ঢাকাদা থমখি পুম্সিগী অবোইবা মিংকুপ ফাওবা।

মসিগী মতুংদা নিংথেম্মচা কয়ানা হনবা লৈতনা মণিপুবদা লান্দানবা হোৎনখি, লান্দাখি। অদুবু মথৱায় মাঙখি নৎত্রগা মায়থীদুনা ময়াং লৈবাক্তা চেল্লকখি। জিলা লোইশঙগী মকোক্লা ভাবত সবকাবগী সেক্রেটাবিদা ১৮৫২ দা ইবা চিঠি অমদা অসুম্না হায় - ‘ কাছাড়দা মৈতৈ নিংথৌমচা ময়াম অমা লৈ, মখোয়গী মনুংদা অহুম-মবি নত্তনা অতৈদি চানীংঙাই থক্লিংঙাই লৈতবা ঙাক্তনি, মফম অসিদা মৈতৈ ময়াম অমা লৈবিবশিং অসিদগী নিবগা মখোয় হিংলি। অদুবু মখোয় খুদিংমক মণিপুবগী বাজগাদিদা মখোয়গী দাবী লৈ হাযনা খল্লি। অদুনা মী খবতংবু খোম্না ঙন্নবদি মণিপুবদা লান্দানবা হেক্তা থৌবাং তৌই।’

চৈবকসিদা সিপাহী লালহৌগী মৈবী ভাবতকী নোংপোক চিদাই য়ৌবকখি। চিটাগোংদা লৈবা ভাবত লাম্মীশিং ঈহৌসিদা য়াওশিল্লকখি। মখোয়না সিলেটতা লৈবা সবকাব তেঙ্গোলগী মথক্তা লান্দাদুনা খুৎলাই লুট তৌনবা চঙশিল্লকখি। সিলেট-কাছাড লোন্নবা ঙমখৈগী লাতুদা কাঙলুপ অনী কন্না লাম্থেংনখি, অদুবু মাযথীদুনা লালহৌবশিং কাছাডবোমদা হাইজিল্লকখি। কাছাডদা লৈবা মৈতৈ নিংথেম্মচাশিংদা লালহৌ য়াওনবা হৌবকখি। মতমদুদা চৌবজিৎ মহাবাজগী মজাইবুঙো নবেন্দ্রজিৎ (সনা চহী অহুম) জাবিবোন্দা লৈবি। তাঙ্গা অসি মাঙহনবা চুমদে খন্দুনা মহাক্না চোংথোবক্তুনা মহাক্কী খোঙল্লোই খবগা লালহৌ অদুদা য়াওদুনা লালহৌ কাঙবু অদুগী লুচিংবা ওইবখি। অদুবু লাইবকথী বদি কাছাড-মণিপুব ঙমখৈদা সবকাব অমদি মণিপুব তেঙ্গোলগী অপূনবা মখুত্তা মখোয় মায়থীখি। মখোযগী সিফাই কয়া শিখি, খবনা লানফা ওইখি। নবেন্দ্রজিৎপুসু ফাদুনা মণিপুবদা পুখি। অদুবু সবকাবনা মহাক্তি মণিপুবগী প্রজা নত্তে বৃটিশ প্রজানি অদুনা সবকাবনা বিচাব তৌগনি হায়দুনা মণিপুবদগী পুবকখি। বিচাবদা মহাক্কী মবাল অদুগীদমক মহাকপু কালাপানিদা থাখি।

***মতেঙ লৌখিবা মন্না ওইবা লাইরিকশিং:***


1 Gazetteer of Manipur E W Dun

2 Cachar Records Compiled & edited by D Datta

3 কাছাড়েব ইতিবৃত্ত উপেন্দ্রচন্দ্র গুহ

# মণিপুরী সাহিত্যদা হন্দোকপগী খোঙচৎ

মালেমসিদা লৈবিবা অমদি ঙাঙনবিবা লোন অসি কয়ানি। লোন কযানা মতমগী য়াওলদা চিকমাঙগ্রে, কয়া অমসু মালেমগী লৈমাযদগী লূপখিবা যানা লৈবি। মায়কৈ অসোমদগী য়েংলবদি মীশিং য়াম্না ঙাঙনবিবা লোনশিংদি মবাইবক ফৈ হাযবা য়াই। অসিগুম্বা লোনশিং অসিদনি চহী কয়াদগী অইবা সাহিত্য শেমগৎলকখিসিসু। মীওইবগী পাঙ্গল-লৌশিং হাযবসিগী ঙমখৈ অমা লৈবনিনা কনাগুম্বা মীশক অমত্তনা মালেমগী তোঙান তোঙানবা লোন পূম্নমক অসি খঙব-হৈবা হাযবসি ওইথোক্তে। অদুমকপু লোন কয়ামুক্তা লৈবিবা শীংথানীংঙাই ওইববা সাহিত্যদি লোইনমক নৎত্রবসু খবমখৈদি খঙবা ঙমই লোন হন্দোকপগী মতেঙনা। বেদ-পুবাণদগী হৌবদুনা হিন্দুগী খঙদে, খৃস্টানগী খঙদে, ইস্লামগী খঙদে লাইনীংলম্বীগা মবী লৈনবা লাইবিক পূম্নমক অহানবদদি লোন অমখক্তদনি লৈবল্লিবা অমদি ইবল্লিবসে। লাইবিকশিং অসি তোঙান তোঙানবা লোন কয়াদা হন্দোবকপদগীনি মখোয়শিং অসিদা য়াওবিবা নুংগী ৱাখল্লোন মযাম্না খঙবা ঙম্লিবা অমসুং নৈনবা ঙম্লিবা। লাইবিকশিং অসি অহানবদা লৈবম্বলোন অদুখক্তদা অসুম লৈবম্লবদি ফিভম অসি কবি ওইবমগদে হায়বদু য়াম্না খঙ্গনীংঙাইনি।

লাইনীংলম্বীগা মবী লৈনবা লাইবিকশিং অসিতসু নত্তে, হন্দোকপগী মতেঙ নৎলমত্রবদি মালেমগী চাওখৎলবা লোন কয়াদা লৈবিবা ক্লাসিক সাহিত্যগী লৈচনশিং অসিগী লৈনম-লৈশক-লৈচু অতোপ্পা লোনগী মীওইশিংনা খঙবা ঙল্লম্মোই। বৃটিশকী লোইলম মতম কুইনা ওইবম্বা ভাবতকুম্বা লৈবাক্কী মীওইশিংদি ইংবাজি তন্নকপনিনা অদুগা হৌজিকসু তম্নবিবনিনা ইবাজি সাহিত্যগী মহাও তংবদা ৱানা থোক্তে। অদুবু ফ্রেঞ্চ, বাশিয়ান, জর্মান, স্পেনিস, চাইনিজ,

জপানিজ অসিনচিংবা লোনশিংদা লৈবিবা সাহিত্যগী মগুণ লৈববা লৈচনশিং অসি ইংলিসতা নৎত্রগা ঐখোযনা খঙবা লোন্দা হন্দোক্লমদ্রবদি মখোয়শিং অসি নাবক্তা শাৎপা লৈবাংগুম ঐখোযগী ইফমদা লৈবমগনি। হন্দোকপগী মতেঙ নৎলমদ্রবদি সমুদ্র ঈৱাংগী হোমাব, ডিক্তেব হুগো, তোলস্তোয়, বোমা বোলাঁ, গোযেটে, চেকোভ, গোর্কি, সোলোকোভ, পাবলো নেরুদা, কাৱাসাকি - ময়াম অসিগী সাহিত্য ঐখোযগী ইফমদা অমম্বা তাইবং ওইনা লৈবমগনি।

সাহিত্যদা হন্দোকপা হাযবসিনা অতোপ্পা লোন অমগী সাহিত্যবু শকখঙনহন্নবতা নত্তনা লোন অদুগা শাগোন্নবিবা খুন্নাই, মখোয়গী পুন্সি মবেন, মখোয়গী ইতিহাস, মখোয়গী সভ্যতা, মখোয়গী নাৎ-চৎনবোল অসিনচিংবগসু শখঙনহল্লি। লাপ্পা লৈবম্বা খুন্নাই অমবু হন্দোকপা সাহিত্যনা থোং শাদুনা নকশিলহল্লি। হন্দোকপা সাহিত্যনা অপাবশিংগী ৱাখল-মিৎয়েং অমদি জ্ঞানগী ঙমখৈ পাকথোকহল্লি। মদুতা নত্তনা শাইওল্লবিবা লোন (Target language) অদুদা ঈৱায়-ইনিল পী, অনৌবা মশেক-মঙাল অমা উহল্লি, সাহিত্য অদু শেমগৎপদা মতেঙ পাংই। ভাবতকী তোঙান তোঙানবা লোনশিংনা হৌজিক্কী খোঙচৎ হৌবকপদা ইংবাজি সাহিত্যনা ঈৱায়-ইনিন কন্না পীখি হাযবসিদা য়েৎননীংঙাই ওইদে। মণিপুরী সাহিত্য শেমগৎলকপদসু হন্দোকপা সাহিত্যনা কন্না ইথিন পীখি হায়বসিসু য়েৎননীংঙাই ওইদবা ৱাফমনি।

মতম অমা লৈবম্মী হন্দোকপা সাহিত্যবু থোইনা মমল পীনদবা, হন্দোকপা হায়বসি ইবায় লায়বা পংতৌতা তৌবা য়াবা ইচম চন্না থবক অমা ওইনা খন্নবা। হৌজিক্তি মিৎয়েং অসি হোংলে। হন্দোকপা সাহিত্যগী পীফম থোকপা মমল পীনবক্লে, হন্দোকপগী খুৎতৌ ফজব-ফজদবা নৈনবক্লে। হন্দোকপগী মবমদা নৈন-মীফম অমদি ৱার্কসোপ কয়া তৎতনা পাঙথোক্লবক্লে। হন্দোকপগী ৱাহম্বোক কয়াদা লৌনবক্লে। হান্নদি হন্দোকপা হায়বসি-মব্ধ ওইনা ইংবাজিগী লিটবেল ট্রান্সলেসন (Literal translation), হায়বদি ৱাহৈ অমদি ৱাহৈ পবেং অদুগী চপচাবী ৱাহম্বোক পীবা অদু ওইনা লৌনবম্মী। হৌজিক্তি মদু ওইনা লৌনদ্রে, হন্দোকপা হায়বসিগী ৱাহম্বোক ট্রান্সক্রিয়েসন হায়ববোমদা হেন্না লৌনবক্লে। হন্দোকপা মতমদা হৌবকফম লোনদা (Source language) য়াওবিবা লৈশক-লৈনম অদু য়াবিমখৈ মাঙহন্দবগা লোয়ননা হন্দোক্লিবা পান্দম লোন (Target language) অদুগী হৱা-নুংশিৎ অমদি লৈহাওগা চুনবা মওংদা, মঘৌতাববদি অনৌবা মহাও অমদি মচু-মমেন হাপচিনগদবনি, তৌবগীদি মশাগী হান্নগী শক্তম অদু কায়হন্দনা। অদুনা হায়নৈ, হন্দোকপা হায়বসি ইচম-চন্না থবক নত্তে, মসিদি টেক্নিক অমনি, প্রোসেস অমনি, খ্বাইগী মথক্তা আর্টি অমনি-

ক্রিয়েটিভ আর্ট। অদুনা হন্দোক্লিবা মীশক অদুদা আর্টিস্ট অমগী মগুণ চেনবা তাই, ক্রিয়েটিভ টেলেন্ট মঙোন্দা য়াওবা তাই।

মথক্তসু পঞ্জশ্রে, লোন অতৈগী সাহিত্যদা তৌবগুম মণিপুবী সাহিত্যদসু হন্দোকপনা শীংথনীংঙাই ওইবা থৌদাং লৌদুনা লাক্লি, মণিপুবী সাহিত্য শেমগৎপদা অকনবা ঈব্রায়-ইনিন পীদুনা লাক্লি। মণিপুবী সাহিত্যদা হন্দোকপগী খোঙচৎ হৌবকখিবসি হিন্দু ধর্মগী মশেক-মঙালনা চীংনা কোয়না পনশাবা লমদম অসিদা মপূং ফানা য়ৌবকপা মতম হায়বদি মৈদিংঙু পামহৈবগী মতমদগীনি (১৭০৯-৪৮)। মসিগী মমাঙদা মৈদিংঙু কিয়াম্বা হাক্তক্তগী হিন্দু লাইনীংগী ঈব্রায়-ইনিন খবা খবা হাইজিল্লক্লবসু লাইবিক-লাইশু হন্দোকপদি থেংনদে। অদুমকপু সংস্কৃত-বাংলা ব্রাহৈনা সাহিত্যদা হাইজিল্লকপদি পামহৈবগী মমাঙদসু খব্য খবা থেংনবে। পামহৈবনা বামান্দি ধর্মদা লাইমিং লৌবগা লোয়ননা লাইনীং-লম্বী অসিবু লৈবাক মীয়ামগী ধর্ম ওইনা শন্দোক্লবা হোৎনবদা হিন্দু ধর্মগী মব্দ ওইবা লাইবিক অনী বামায়ণ অমদি মহাভাবত হন্দোক্লবা থবক শীংথাবা যাবা পাযখৎখি। মতম অসিগী থোইদোক্লা পনবা যাবা অশৈবদি সংস্কৃত-বাংলা খঙবা পণ্ডিত অঙোম গোপীনি। মহাক্লা কীর্তিবাসকী বামায়ণ অমদি গঙ্গাদাস সেনগী মহাভাবতকী তাংকক খবা হন্দোকখি। মতম অসিগী খুৎহন্দোক অসি হন্দোকপা হায়বগী মুহুৎতা নৌহৌননা লেংথোকপা হায়বনা চুমগনি। মতম অসিদা লেংথোক্লম্বা লাইবিকশিং অসিনা মতম অদুগী সাহিত্যগী থাক-তাকপগা লোয়ননা মতম অসিদা সংস্কৃত-বাংলাদগী মণিপুবীদা নৌনা লেংথোকপা ঙম্বা অশৈবা কয়া লৈবে হায়বসু তাকই অমসুং মতম অদুগী হোংলক্লিবা সাহিত্যগী লোনসু খঙবা ঙমই।

অঙোম গোপীনা মহাভাবতকী তাংকক অমা 'পবীক্ষিত' হায়না হন্দোক্লম্মী। লাইবিক অসিগী পরেং খবা মখাদা উৎচবি, অশৈবা অসিগী খুৎহন্দোক হাইফেৎ খঙননবা—

"বাজা পবীক্ষিত নিংথৌবেনসুং
শাবেন তুংইন তান্না
যাওবৌ খোঙখুন লীখিববু
চীংঙু বিধি নোংদম্বনা
খোয়মা লম্মুক্লববগী দমক
য়াওবৌ খোঙখুন তৎলে।" (১)

বামায়ণ অমদি মহাভাবত মহাকাব্য অনীসি সংস্কৃত-বাংলাদা লৈবিবসি ছন্দ নাইবা শৈবেং ওইননি। অদুবু মতম অদুগী মৈতৈ অশৈবশিংনা হন্দোকপদদি

শৈবেংগী মওংদা হন্দোক্রবসু ছন্দগী মতাংদদি সংস্কৃত-বাংলাগী মতৌ তমদে, মনীং-মখা তম্না চঠে। ৱাহৈ-ৱাতা অমদি প্রমান-পাম্বৈদসু অদুমগুাই। অদুতা নত্তনা মতাং মতাংদা মতেক অমা হাপচিনবা নৎত্রগা লৌথোকপসু য়াওদবা নত্তে। অদুনা মখোয়গী অসি চপচাবী হন্দোকপা হায়বদু নত্তে। মসিবু করিগুম্বা মতাংদা শৈওনবা হায়না পল্লম্মী। লঙ্কাকাণ্ডগী মথংদা উত্তরকাণ্ড লেংথোকপগী মতাংদা অঙোম গোপীনা শৈহৌবগী পবেং খবদা অসুম্না ইবম্মী-

"লঙ্কাকাণ্ড মথংগী

উত্তরকাণ্ড মশা অকোনবা

প্রসঙ্গ ৱাবী নুংঙাইববু শৈওল্লগে" (২)

[(১), (২) : নিংথৌজম খেলচন্দ্র সিংহ, অরিবা মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস]

মতাং অসিদা শীজিন্নরিবা ৱাহৈ "শৈওনবা" হায়বিসে হন্দোকপগী ৱাহম্লোক্কা হাইফেৎ মান্নৈ। চহী কয়া মতুংদা লাকখিবা অশৈবা অশাংবম মীনকেতন্না মসিবু শায়োনবা হায়না শীজিন্নখি। শৈওনবা, হন্দোকপা অমদি শায়োনবা ৱাহৈশিংসে ৱাহম্লোক হাইফেৎ মান্নবা ঙাক্তনি।

যেংশিনবা যাবদি, মহাকব্য অনীসি শৈওনবদা অরিবা ৱাহৈ মবাং কায়না শীজিন্নবি, কবিগুম্বা মতাংদা সংস্কৃত-বাংলা ৱাহৈ চপ মান্নবা ৱাহম্লোক লৈবা মৈতৈ-ৱাহৈগা তুমা-তুমা শীজিন্নবসু য়াওবি, খুদম—বাজা নিংথৌবেন, চীংঙু বিধি নোংদম্বা, প্রসঙ্গ ৱাবী।

তবানিপালগুবা চহীচাগী থোইদোক্লা মমিং পনবা য়াবা অশৈবা অমনা নুঙ্গাংবম গোবিন্দবামনি। মহাক্লা 'তক্কেলগুম্বা' হায়বা ফজববা লাইবিক অমা ইবম্বতা নত্তনা 'অষ্টকাল' হন্দোক্লম্মী। অশৈবা অসিগী মতুংদা লাকখিবা পনবা য়াবা মিং খবনা—ৱাহেংবম মাধববাম, ময়েংবম বৃন্দাবন, নবানন্দ যুববাজ, লোংজম পবগুবাম অসিনচিংবনি। ভাগ্যচন্দ্র মপাবী নবানন্দ যুববাজনা মাধববাম অমদি বৃন্দাবনগী মতেঙগা লোয়ননা মহাভাবতকী বিবাট পর্ব (বিবাট শম্বুপলোন) হন্দোক্লম্মী। পবগুবামনা তবানিপালগুবা চহীচা লোইবমদাই অমদি তবামাপলগুবা চহীচা হৌবকপগী অদুৱাইদা 'অশ্বমেধ যজ্ঞ' (লাংগোই শগোল থাবা) শৈওল্লম্মী।

(২)

কনুগুবা চহী হৌবকপগী অদুৱাইদা নোংচুপলোমগী লাইবিক-লাইগু তম্বিবগী পথাপ হৌদোবকপদা মণিপুরী লোন্দা তম্নবা লাইবিক লৈতবদগী অৱাংপদু মেনখৎনবা সবকাবনা বাংলাদগী লাইবিক কয়া হন্দোক্রবা থবক পায়ৎপা তাখি। তম্ননবা লাইবিক খবা হন্দোক্রবগী মতাংদা নোটিশ অমা অসুম্না থোকখি—

## নোটিশ

### নং ২২৭

শ্রীযুক্ত মণিপুব বড় সাহেবকি য়াথং মী: পুন্নমকতা খঙহনখিবনে। ব্বাদি মখাদা ইবিবা লাইবিকশিং অসি মৈতৈলোনদা সিনদোক্কদবনি, থবক অদু তৌবদা মখাদা হায়বিবা মতুং ইন্না বকসিস পিগদবনি। থবক অদু তৌনিংবা মিগিমখৈ মণিপুব বাজ-কাছাবিদা ঙসিদগি সপ্তাহ অমগি মনুংদা দবখাস্ত ওইনা থাবো। তবজমাগি থবক অদু নিংথিনা লেংদোক্লবদি হায়বিবা ৰূপ মসিঙ অসিদগি ৰূপা ৫ হেননা পিগনি। ইতি – তাবিখ ২৯ মার্চ্চ ১৯০৫

| | | |
|---|---|---|
| প্রবন্ধ মঞ্জবী (লমাই ১০৪) | - | ৰূপা ৩০ |
| পবিমল পাঠ ২য় অধ্যায় (লমাই ১০১) | - | ৰূপা ২০ |
| পবিমিতি (লমাই ১৫১) | - | ৰূপা ৪৫ |
| হিষ্টবি ওফ ইণ্ডিয়া (লমাই ১০৮) | - | ৰূপা ৩০ |
| পাটিগণিত (লমাই ৪৪৪) | - | ৰূপা ৯৫ |

(পবৱানা বুক ১৮ ৯৮-৯৯-১৯০৫ দগী লৌথোকপা)

যেংশিন্নীংঙাই ওইবিবদি, মথক্কী নোটিশ অসিদা 'হন্দোকপা' হাযবসিগী মহৎতা আববি ব্বাহৈ 'তবজমা' ওইনা শীজিন্নবি, অদুগা লুপাবুনা 'ৰূপা' হায়বি। মথক্তা পল্লিবা প্রবন্ধ মঞ্জবী অসি 'ব্বাখল ময়োল' হায়না মতম অদুগী ইন্সপেক্টিং পণ্ডিত বাবু মুনাল সিংহনা হন্দোকখি অমসুং ব্যাপ্টিস্ট মিশন প্রেস,কলকাতাদা নমদুনা স্কুল লাইব্রেবী মণিপুব, আসামনা ১৯০৬তা ফোঙখি। মমলনা বাংলাগী দশ আনা, অদুগা মৈতৈদনা মখায় আনা। লাইবিক অসিগী 'তবজমা' খুংতৌ অমা 'পুকনিং খোইজংবা অমসুং তপথবা' হাযবা পাবা অদুদগী মতেক অমা লৌখৎচবি–

*"বঘুনাথগী মমানা চাকনিবা তোক্কুনা, সার্ব্বভৌমনা লাইবিক তম্ফম (চৌবাড়ী) গী কনাগুম্বা লাইবিক তম্বা মচা অমগী, যুম কোনবী থবক অমদা চৎলে। নোংদম অমদগী সার্ব্বভৌমনা বঘুনাথগী লাইবিক তমজনবগী ব্বাইচিনবা পুন্নমক পুবিবে। বঘুনাথসু ওঝাদা লোল্লাক লাইবিক (ব্যাকবণ), অফবা তাক লাইবিক (কাব্য), অমসুং অশেং-অমাং খাইনবা লাইবিক (স্মৃতিশাস্ত্র) পুকনিং চংনা তমদুনা, চুমই চুমদে য়েংনবা লাইবিক (ন্যাযশাস্ত্র) তম্বা হৌবকই।" (লামায ৮২)*

মথক্তা পল্লিবা নোটিশ অসিদা য়াওদবা লাইবিক অমসু মতম অসিদা ফোঙবা থেংনৈ (অতোপ্পা নোটিশ অমদা পল্লম্বসু য়াই)। হায়বিবা লাইবিক অসি 'শিশুশিক্ষা তৃতীয় ভাগ' হায়বদুগী অনুবাদনি–'মৈতৈবোনগী অহ্ম

শুবকপদা তম্নবা লাইবিক'। লাইবিক অসি কনানা তবজমা তৌবনো হায়বদুদি পনদে, অদুবু ডেপুটি ইন্সপেক্টব ওফ স্কুলস, মণিপুব, আসামনা এডিট অমদি বিভাইজ তৌবনি হায়নদি থাই। লাইবিক অসিগী অনীশুবা খুৎনম (কোপি ২০০০) কলকাতাদা লৈবা ব্যাপ্টিষ্ট মিশন প্রেসতা নমই অমসুং স্কুল লাইব্রেবী, মণিপুব, আসামনা ১৯০৭ ফোঙই। মমলনা শিকি অমনি।

লাইবিক অসি য়াম্না ফজনা হন্দোকই। মসিগী খুদম অমা 'লমচৎ-ফজবা অঙাংনা খ্বাইবু চপ মান্ননা নুংশি' হায়বা পাবা অদুদগী মতেক অমা উৎচবি—

"হে বাখাল! নং ঘোষালখোইগী বাম অমসুং শ্যাম উববা? ঐনা মখোইগী মগুণগী ব্রা তাবদুনা, মখোইবু য়েংগে হাইবগী অনিবক অছন্নক চৎনুই। ওহ্লোকপনি! মচিন-মনাও অনি অদুগী পুকচেল অদু কবন্না পুকচেলনো! অমনা অমবু খোল কন্না ব্রা হাইনদে মতম লৈবা খিবিক্তা নোক্নুনতা মবৈ। মখোই অনিদু তুম্মিনৈ, চামিন্নৈ, কোইমিন্নৈ অমসুং শান্নমিন্নৈ, অমনা অমনা থাদোক্লদে।" (লামায ৪)

পনবা যাবদি, মতাং অসিদা তম্নবা লাইবিক লেংখিবা অমদি হন্দোকখিবা অয়াম্বদি কাছাড অমদি সিলেটতগী লাকপা ওজাশিংনি। স্কুলগী তম্নবা লাইবিক হন্দোকপগী থবক অসি চহী কুনথ্রাবোম হেন্না চংখি। ১৯৩০দা পোটগ্রু স্কুলগী ওজা ভুবনচন্দ্র সিংহনা 'প্রাথমিক সাহিত্য' (চৈকোক অচংবা) ষ্টেট প্রিন্টিং প্রেসতা নমদুনা ফোঙখি। মসিগী মমাঙদা ময়াং য়ুম্ফাল প্রাইমাবী স্কুলগী হেড-পণ্ডিত সনাজাউ সিংহনা 'নূতন পাঠ' (পাবা অনৌবা) হন্দোক্নুনা স্টেট প্রিন্টিং প্রেসতা নমদুনা ফোঙখি। ঈশ্ববচন্দ্র বিদ্যাসাগবগী 'বোধোদয়' সু (লৌশিং থোকপা) হাযনা হন্দোক্নুনা মতম কুইনা তম্নবম্মী। খ্বাইবাকপম চাউবসু মহাক্লা লেংবা তম্নবা লাইবিক কয়াদা-থাইনগী লৈবাং, ছাত্রমচা, ফিদম্নচিংবদা ব্রাবেং-শৈবেং কযা হন্দোকতুনা হাপখি।

টেক্সটবুক নত্তবদা, হাযবদি ক্রিয়েটিভ লিটবেচবদা অনুবাদ তৌবদি নাটকতনি। কাছাডদগী লাকখিবা পেটিগ্রু স্কুলদা ওজা ওইবা বিহাবী সিংহ না 'পাগলিনী' বাংলা নাটক ইহান হানবা ওইনা ১৯০৫দা হন্দোকখি। লাইবিক অদু মপূং ফানা হন্দোকপদি নত্তে, মতেক খবতনি হায়। লাইবিক অসি গিবীশচন্দ্র যোষকী নাটক 'বিল্বমঙ্গল' দগী হন্দোকপনি। লাইবিক অসিদা য়াওবা মক্ত ওইবা মীশক 'পাগলিনী' গী মমিং লৌদুনা অনুবাদ অসি তৌখি। মসিগী মতুংদা খাইদেম নোংযাইনা বাংলা নাটক 'পার্থ-পবাজয়' মপূং ফানা হন্দোকখি (১৯১৮)। মণিপুবী ফম্বাক লীলানা কন্না চাওখৎলকপা মতমদা মীশক কয়ানা বাংলা নাটক কয়া হন্দোক্নুনা শান্নখি, ভাবোক্লসু য়াম্না পাম্নখি। শম্না হায়ববদা মণিপুবী ফম্বাক লীলানা ভাবোক্কী থম্মোয় জয় তৌবা ওমখিদি বাংলা লীলাগী অনুবাদশিং অসিনি।

হৌজিক্তি মণিপুরী লোন্দা অতোপ্পা লোন্দগী হন্দোকপা, মক্ত ওইনা ভারতকী লোনশিংদগী হন্দোরকপা অনুবাদ সাহিত্য শীংথানীংঙাই ওইনা লৈরে হাযবা যাবে। তৌবগীদি, মক্ত ওইনা হন্দোক্লিবসি সংস্কৃত অমসুং বাংলালোন্দগীনি। সংস্কৃত লোন্দগী হন্দোকক্লিবসিনা অযাম্বদি ধর্মগা মরী লৈনবা লাইবিকশিংনি। সংস্কৃত সাহিত্যগী ইনাকখুল্লবা পূর্কেদগী মণিপুরীদা শৈওন্দুনা সাধারণ মণিপুরীশিংদা সংস্কৃত সাহিত্যগী মশক-মগুণ খঙহনখিবশিংগী মনুংদা মমিং পন্দবা যাদবা খবদি—পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মা (কৌটিল্যগী অর্থশাস্ত্র, শ্রীমদ্ভাগবত গীতা, বাস পঞ্চধ্যায. ), কালচান্দ শাস্ত্রী (বেদব্যাসকী মহাভারত টিকাগা লোযননা), অরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা (কলিদাসকী অভিজ্ঞান শকুন্তলম্, কুমারসম্ভব, মালবিকাগ্নি ), লৌরেম্বম ইবোযাইমা সিংহ (কালিদাসকী রঘুবংশ, ভাষকী স্বপ্নবাসবদত্তা ), গোকুল শাস্ত্রী (ভবভুতিগী উত্তর রামচরিত, হর্ষগী রত্নাবলী ) রাজকুমার শীজলজিৎ সিংহ (শ্রীমদ্ভাগবত গীতা, নরোত্তম দাসকী লালসা ), সুবচান্দ শর্ম্মা (বাণভট্টগী কাদম্বরী, জীব গোস্বামীগী উজ্জল-নীলমণি ) অসিনচিংবনি। তৌবগীদি অনুবাদক পূম্নমক্না সংস্কৃত লোন্দগী হকথেংননা হন্দোকপদি নত্তে, বাংলাগী খুত্থাংদা হন্দোকপা কযাসু যাওরি। সুবচান্দ শর্মানা হন্দোকপা অযাম্বদি বাংলা লোনগী খুত্থাংদদি।

হৌজিক্কী সাহিত্যগী লৈচনশিং, মক্ত ওইনা কাব্য, উপন্যাস, রাবীমচানচিংবা মণিপুরীদা হন্দোক্লিবসি বাংলাদগীনি। মসিগী মক্ত ওইবা মরমদি, বাংলা লোন অমদি বাংগালী সংস্কৃতিগা মণিপুরীশিংগা যাম্না নক্লকবা অসিনি। লোন অসিদগী মশীং যাম্না হন্দোক্লিবসিনা উপন্যাসনি। বাংলাদগী হন্দোক্লনা খুদোল তল্লম্বা শীংথানীংঙাই ওইবা মীওই খবদি--মুতুম কোইরেং সিংহ (বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যাযগী কপালকুণ্ডলা), অযেকপম শ্যামসুন্দর সিংহ (বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায অমদি শরৎচন্দ্র চট্টোপাধ্যাযগী উপন্যাস অযাম্বা), সিনাম কৃষ্ণমোহন সিংহ (রবীন্দ্রনাথ ঠাকুরগী গীতাঞ্জলি) হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ ( মাইকেল মধুসূদনগী মেঘনাদবধ কব্য), সুবচান্দ শর্মা (প্রবোধ সান্যালগী প্রিযবান্ধবী, শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস খরা), থোইবী দেবী (চন্দ্রশেখর মুখোপাধ্যাযগী উদভ্রান্ত প্রেম, যাযাবরগী দৃষ্টিপাত. .), রঘুমণি শর্মা (শরৎচন্দ্রগী উপন্যাসশিং, তসলিমা নাসারিনগী লজ্জা, ফেরা ) খৈরউদ্দিন চৌধুরী (মতমগী বাংলা কবিতা) অসিনচিংবনি। শৈওনবা মীশক কযাগী মিং চিথবা শোযদনা যাওরমগনি, অদুগীদমক ঙাকপিগনি। মতাং অসিদা পনবা য়াবা ৱাফম অমদি, সংস্কৃত অমসুং বাংলা লোন অনীসি খঙবা অমদি চর্চা তৌবা মীওইগী মশীং অসুম অসুম হন্থরকপনা লোন অনীসিদগী কন্না চেন্থরম্না শৈওনবগী ঈচেল অদো তপথরকপা

যাবগী অকিবা অমদি হৌজিক লৈবক্লে। সাহিত্যগী মালেমদা লৈবিবিবশিংনা অসোমদা ৱাখল পূক্লিং চঙদুনা কবি তৌসিগে খন্থহৌবা চুমব্রা খঞ্জে।

সংস্কৃত অমদি বাংলাগী মথংদা লাইবিক মশীং যাম্না হন্দোক্লিবসি হিন্দীদগীনি। লোন অসিদগী তৌবা শৈওনবগী খোঙহৌ অসি খবা থীন্না হৌবকখি। অদুবু চহী খবা অসিদা খোঙজেলদি কন্না চেনখৎলক্লি। হিন্দীদগী শাযোনবগী থবক তৌবশিংগী মনুংদা পনবা যাবা মিং খবদি—কৃষ্ণমোহন শর্ম্মা (বাজেন্দ্রসিং বেদীগী ফিমন খুনবা, শিবানীগী ৱাবীমচাশিং), নিশান সিংহ নীংতম (ভাবগবতীচবন বর্মাগী চিত্রলেখা, প্রেমচন্দগী গোদান, গোবন, সেবাসদন), এলাংবম দীনমণি (জৈনেন্দ্রগী ত্যাগপত্র, ধবমবীবগী অন্ধাযুগ, মোহন বাকেশকী ইঙাগী নোং . ) আই. এস কাঙজম (ভীষম সাহনীগী তমস ), এ কুমাব শর্মা (হিন্দী ৱাবীমচা ধবমবীব ভাবতীগী নুমিৎকী তবেৎশুবা শগোল), ক্ষেত্রি বাজেশ্বব (হবিবংশ বায বচ্চনগী মধুশালা), কে যাইমা শর্মা (বৃন্দাবন বর্মাগী মৃগনযনী) অসিনচিংবনি।

চহী খবা অসিদা মথক্তা পনখ্রিবা লোনশিং অসিগী মথক্তা ভাবতকী লোন অতৈদগীসু মণিপুবীদা হন্দোকপা কযা যাওবক্লে। মখোযশিং অদু মশীং যামদ্রগসু পনবা যাবা খবদি—বাজকুমাব মণি (মাবাঠী অইবী ইবাতী কার্ভেগী যুগান্ত), এল দামোদব (মাবাঠী নাট্যকাব তেণ্ডুলকবগী সখাবাম বাইণ্ডব), বঘুমণি শর্মা (অসামী অইবা বীবেন্দ্রকুমাব ভট্টাচার্য্যগী যাকইঙ্গম) অসিনচিংবনি। তৌবগীদি হাযবিবা অনুবাদকশিং অসি হৌবকফম লোন (সোর্স লেংগুযেজ) দগী হকথেংননা হন্দোকপদি নত্তে, ইবাজি নত্রগা বাংলাগী খুথাংদা হন্দোকপনি।

মথক্তা পনখ্রিবা অসিদগী ভাবতকী লোনশিংদগী হন্দোক্লিবা লাইবিকশিংসে মখল অনী থোক্লা খাযদোকপা যাই—(১)সংস্কৃত, বাংলা অমদি হিন্দীদগী হকথেংননা হন্দোকপা অমসুং (২) বাংলা, ইংবাজি অমদি হিন্দীগী খুথাংদা হন্দোকপা। মতাং অসিদা পনবা যাবা অমনা, লাইবিক খবদি তোঙান তোঙানবা অনুবাদক্লা মখল অনী অহুম থোক্লা মানা মানা পামজবা খুৎহন্দোক্ত হন্দোকপসু যাওখ্রে। মাইকেল মধুসূদন দত্তগী মেঘনাদ বধ কাব্য অসি হাযবিবা লাইবিকশিংগী মনুংদা অমনি। বঙ্কিমচন্দ্র অমদি শবৎচন্দ্রগী উপন্যাস খবসু মখল অনী অহুম হন্দোকপা লৈ। ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী গীতাঞ্জলি কৃষ্ণমোহন্না বাংলাদগী হন্দোকখি, মীনকেতন অমসুং কোন্থৌজম তোম্বীনা কবিগী ইংবাজি শাযোন অদুদগী মানা মানা পামজবা খুৎহন্দোক্তা অমুক হন্দোক্লুনা লাম্থোবকখি।

মথক্তসু পঞ্জখ্রে, মণিপুবী সাহিত্যদা হন্দোকপগী শৈহৌ শকখিবসি কুনশুবা শতাব্দী হৌবকগী মোইবুং খোঞ্জেলগা লোয়ননা বাংলা নাটক অনীননি—

পাগলিনী (১৯০৫) অমদি পার্থপবাজয (১৯১৫-১৬)। মসিগী মতুংদা কবি খ্বাইবাকপম চাউবা অমদি তম্নবা লাইবিক ইবশিংনা শৈবেং অমদি ৱাবেং কযা হন্দোকখি। অদুবু হন্দোকপগী অকনবা ঈহৌ লাকখিবদি অনীশুবা লাঞ্জাও মতুংদনি। নবদ্বীপচন্দ্রনা মাইকেলগী মেঘনাদবধ কাব্যগী সর্গ মঙা লান মমাঙদা ১৯৩৪দা হন্দোক্লবসু ছাপা নমদুনা নুমিৎ থা উবদি চহী কুন্থ্রাবোম মতুংদা ১৯৬৫ দনি। অদুনা ছাপা নমদুনা অনুবাদকী মহাও অমা মণিপুবী অপাবশিংদা অহানবা পীখিবদি মুতুম কোইবেংনা হন্দোকপা বঙ্কিমচন্দ্রগী উপন্যাস "কপালকুণ্ডলা"নি (১৯৪৮)। ইমুং অমনা অঙাং অমা ইহান-হান্না ফংজবদা ইমুং পূম্নমক হবাওবনা মথুম মবাঙ হৌবা অদুম হাযনা কপালকুণ্ডলা ফোঙলকপদা মণিপুবী অপাবশিংসু মথুম-মবাং হৌখি, ফজবা ফজদবা থোইনা খল্লুদে। পণ্ডিত সমালোচক মীনকেতন্নদি কোইবেংগী অনুবাদ অসি ফজবা ৱাৎলি হাযনা মহাক্কী মৈতৈ উপন্যাসতা (১৯৫০) নৈনখি। পনবা যাবদি, হাযবিবা মৈতৈ উপন্যাস অসি মণিপুবী সাহিত্যগীদি ইহান-হানবা মপূং ফাবা নৈনবোলগী লাইবিকনি। মণিপুবী সাহিত্যগী ইহান-হানবা হন্দোকপা উপন্যাস ওইবনা অসিগী খুৎহনদোক্কী নমুনা অমত্তং যেংবা নুংঙাইগনি, অদুঙৈ তাখিবা ঈশৈগুম লাইবিক অসিগী অহৌবা পবেং খবদং লৌখৎচবি হৌবকফম লোন বাংলাগা লোযননা।

বাংলাদা অসুম হাযনা হৌই-"প্রায দুই শত বৎসব পূর্ব্বে একদিন মাঘ মাসেব বাত্রিশেষে একখানি যাত্রীব নৌকা গঙ্গাসাগব হইতে প্রত্যাগমন কবিতেছিল। পর্ত্তুগিস ও অন্যান্য নাবিকদস্যুদিগেব ভযে যাত্রীব নৌকা দলবদ্ধ হইযা যাতাযাত কবাই তৎকালেব প্রথা ছিল, কিন্তু নৌকাবোহীবা সঙ্গিহীন।"

মুতুম কোইবেংনা পবেং খবসি অসুম্না হন্দোকই-

"চহী চনি যাংখৈবোমগী মমাঙদা নোংমগী নুমিত্তা অহিং মমৈ ওইবক্লবদা মী তোংদুনা চৎপা হি অমা গঙ্গাসমুদ্রদগী হল্লক্লমই। পর্ত্তুগিস অমসুং অতোপ অতোপ্পা হিবোই ডাকুশিংবু কিবনা মী তোংদুনা চৎপা হিনা শঙ্গু ওইনা চৎথোক-চৎশিন তৌবসি মতম অদুগী চৎনবী পথাপ ওইনা তৌবমই, তৌইগুম্বসুং হি অসিদা চৎলিবা মীশিং অসি মব্দপ-মপাং কাযনবল্লে।"

মীনকেতন্না মতেক অসি মব্দ ওইনা অসুম হাযনা সমালোচনা তৌই। 'মাঘ মাসেব' অনুবাদ য়াওদে 'যাত্রীব নৌকা' হাযবসি মী তোংবা হি, নত্রগা মী পুবা হি হাযবনা মৈতৈবোল তাগনি। 'গঙ্গাসাগব' হাযবসি তীর্থ অমগী মমিংনি, মসিবু গঙ্গাসমুদ্র হাযনা হন্দোকপসি চুমদে, চম্মম্নহল্লি। 'নাবিক দস্যু' বু ঈশিংডাকু হায়হন্নীংই। 'মতম অদুগী চৎনবী পথাপ' হাযবসিদগী পথাপ লৌথোকহন্নীংই। মবমদি পথাপ হাযবসিদা তৌদবা যাদবা অর্থ অমা চেল্লি, 'চৎনবী' হাযবসিনা অদুম যাবে। মীনকেতনগী মোত অসি থোইনা কক্লিংঙাই লৈতে।

তুংদা লাকপা অযেকপম শ্যামসুন্দবনা অসুম হায়না মতাং অসি হন্দোকই-

"চহী চনি যাংখৈবোম মমাঙদা নোংমা ব্লাকচিং থাগী থেঙলবা অহিঙদা যাত্রীকশিং তোংবা হি অমখক গঙ্গাসাগবদগী হল্লকই। পর্তুগিজ অমসুং অতৈ অতোপ্পা ঈশিংগী ডাকুশিংবু কিবনা যাত্রীগী হিশিংদু খোঙবু খোঙবু ওইনা চখোক চৎশিন তৌনবসি মতম অদুগী চৎনবী ওইনা তৌই; অদুবু হিসিদা তোংলিবা কাঙবুসিগীদি খোঙলোয অমত্তা যাওবমদে।"

মণিপুবগী মমিং লৈববা শায়োনবা অসিগী খুৎহন্দোক্তসু হাযনীংঙাই অদুম লৈতবা নত্তে। বাত্রিশেষে হাযবসি 'থেঙলবা অহিঙদা' হাযবগী মহুৎতা কোইবেংনা 'অহিং মমৈদা' হাযবদুনা হেন্না চুমই। 'যাত্রীশিং তোংবা হি' হাযবসি যাত্রী তোংবা হি হাযবনা হেনা মহৌশা ওই, মথংগী পবেংদা অদুম 'যাত্রী তোংবা হি' হাযনা তাবকিলবসিনি। অবোযবা পবেংদা 'খোঙলোয' হাযবিবসি খোঙবু হাযনা থম্বনা হেন্না চুমগনি। খোঙলোযগা খোঙবুগা অর্থ খেন্নদবা নত্তে।

'কপালকুণ্ডলা' হাযবসি কাব্যগী মিৎযেংলোমদগী য়েংবদা বঙ্কিমচন্দ্রগী খ্বাইদগী ফজবা উপন্যাসনি হাযনবিবনি। মসিবু হন্দোকপদা কাব্যগী ফজবদো মযেং তাপ্রবদি উপন্যাস অসিগী শাযোনদা পাবশিংগী মফমদা মগুণ যাম্না হুম্থিবা মশানা তাবনি। শ্যামসুন্দবগী খুৎহন্দোক্তা চাউশোয অমগা অহানবা পন্দুপকী অহানবা মতাংদা যাওবি। বাংলাদা ব্রাহৈ পবেং অমা অসুম্না যাওবি—'বৃদ্ধেব শ্রুতি কবিতাব প্রতি ছিল না, নাবিকেবা পবস্পব যে কথোকপকথন কবিতেছিল তাহাই একতামনা হইযা শুনিতে ছিল'। মসি অনুবাদক্না অসুম্না হন্দোক্লি— 'অহনদু শ্রুতিগী কবিতা অদোমদদি থোইনা খোযজংলুবা লৈতে, হি হোনবশিংনা মখোয মশেল ব্রাবী শান্নবীবা অদোমদা মপূক্লিং চঙনা তাদুনা লৈবে।' তশেংবদি, অহনদুগী মনাকোংদা শৈবেংদো চঙলমদে হাযবনি। শ্রুতি হাযবা ব্রাহৈসি মফম অসিদা নাকোং নত্রগা তাবা হাযবনি। অদুবু অনুবাদক্না শ্রুতিশাস্ত্র ওইনা লৌখ্রে।

শবৎচন্দ্রগী 'শ্রীকান্ত' হন্দোবকপা মতমদদি শ্যামসুন্দব হন্দোকমীশক অমা ওইনা যাম্না চেকশিল্লে হাযবা তাই, অশোয়-অঙাম পংযাও যাওদ্রে, লোনসু ফজবা হেল্লে। অদুবু নুংঙাইতবা অমদি, মণিপুব স্টেট কলা অকাদেমিনা ফোঙবা শ্রীকান্ত (১৯৭৯) অসি নত্তবা মহাক্কী অতৈ লাইবিকশিংদা ফোঙবগী চহী থাদবসিনি। মসি নিযমসু নত্তে, হৌনবীসু নত্তে। লাইবিক ফোঙবিবিবশিংনা মসি যেংশিনবিফম থোকই। পেন্দবা অমগনা, লাইবিক নম্বদা গেট-অপলোমদা ব্রাখল তৌবিদবা অমসুং মখুম হাযবসিদি অমা হেক্তা তৌশিল্লগা যাই হাযবগী মতাদা অঙাংগী তেলঙ্গা পাইনবা চেগুম্বনা পানশিনবা অসিনি। অসিগুম্বসিনা মগুণ লৈববা লাইবিকশিং অদুগী মমল হম্থহল্লি, ছাত্রগী বাজাব নোট মালহল্লি।

অসিগুম্বা নুংঙাইতবসি হন্দোক মীওই খবগী লাইবিক্তসু উবা ফংই। প্রিন্টিং টেক্নোলোজিনা অসুক চাওখৎলবা মতম অসিদা লাইবিক মশক ফজহনবা ঙমদবা হাযবসি পৃথিবীগী খোঙজেলদা য়াওবা ঙমদবগা অম্মানি। লাইবিক হাযবসি চেবাংদা মুক্রা হেক্তা পঙনমতা নমশিল্লগা পুথোকপা যাই হাযনা খল্লগদি যাম্না লাইবক থীবা অমনি।

মণিপুরীদা উপন্যাস মশীং খ্বাইদগী য়াম্না হন্দোক্লিবসি বঘুমণি শর্মানি। থৌনা যাম্না ফৈ হাযবা তাই, অকিবা লৈতনা হন্দোকই। হন্দোক্লিবশিংসি ফজবা ৱাৎলি, মৈতৈবোল তাদবসু যাওই হাযবসি মহাক্কী মনাকোংদা যৌদবা নত্তে। অদুবু বঘুমণিগীদি হন্দোকপা হাযবসি মিশন অমনি, নীংজবা পম্বুং অমা যৌনবা নীংহন্নবা লৈতনা চৎপা খোঙচৎ অমনি। অদুনা শরৎচন্দ্রগী উপন্যাস পূম্নমক, শ্রীকান্ত খক্তং নত্তনা, হন্দোকপা লোইদুনা অতোপ্পা অইবশিংগী লাইবিক পাযখৎলক্লবনি।

বঘুমণিনা হন্দোকপা লাইবিকশিং লোইনা নৈনবদি তেল্লবা মতম অসিদা ওইথোক্তবনিনা মহাক্কী লাইবিক অমখক্তং লৌখৎলগা যেংবা যাই। মহাক্কী শরৎ-শাযোন খোঙচৎকী মযায ওইবপ মতাংগী লাইবিক 'বিপ্রদাস'তা যেংসি, লাইবিক অসি ১৯৯৫ দা ফোঙবনি। লাইবিক অসিগী অহানবা তাংকক্কী অহানবা পেবাগ্রাফতা যাওবিবা 'আধুনিক কালেব অসাম্যও অমৈত্রীব বিরুদ্ধে' হাযবসি বঘুমণিনা 'হৌজিক্কালগী মান্নদবা মিৎযেং অমদি অচান-মিবায নাইবগী মাযোক্তা' হাযনা হন্দোক্লি। তশেংনা অর্থদি 'হৌজিক্কালগী মীগা মীগা খেন্নবা অমদি চান্ন-চিন্নদবগী মাযোক্তা' হাযবনি। মথংগী পেবাগ্রাফতা ৱাহৈ-পবেং অমা অসুম্না যাওবি - 'অর্ধাকাবে ক্রোশেক বিস্তৃত বিলেব সৃষ্টি কবিযাছে।' মসিবু বঘুমণিনা অসুম্না হন্দোক্লি—'থা মচেৎ শানা যুথক অমবোম পাকপা ঈথৎ শেমখি'। ক্রোশ হাযবসি লম্বী শাংব-তেনবগী পাদম্লি, যুথক হাযবসিনা মতমগী পাদম্লি, অদুগা বিল হাযবসিনা পাৎ হাযবনি, ঈথৎ নত্তে। ৱাহৈশিং অসিগী অর্থ কবম হাযনা অসুক শাথীনা তৈনখিবনো, অনুবাদক্না উহৌদ্রববা? খঙদনা ভাবনা শাবা ওইবম্নগদি অচৌবা দোষ অমনি। ৱাবী শান্নবদা 'বিপ্রদাস কনানো' নত্ত্রগা 'বিপ্রদাস হাযববু কনানো' হাযবগী মহুত্তা 'বিপ্রদাস কনা?' হাযবসি মৈতৈবোল তাদে।

বঘুমণিগী তুংদা লাকপা খুৎহন্দোক খবদি ফবে, পাবা যাবে। অদুবু কবি কবিগুম্বা মতাংদা অর্থ খঙদদুনা চনৈনদুনা থম্লম্বা অমদি চিথহন্নীংদবা মতাংদা চিথবম্বা যাওবসি খবা কৃপ্না পাবা মীদদি নুংঙাইতে। ৱাথোক চাউবী অইবী তসলিমা নাসবিনগী উপন্যাস 'ফেবা' (হল্লকপা) গী ৩শুবা তাংকক হৌবকপগী

অদুব্রাইদা অসুম্না যাওবি—'তোমাদেব ঘটিদেব কিপ্টেমি নিযে আমি আব পাবছি না গো!' কল্যানী বাগ কবে। 'বাঙালবা বুঝি খুব উদাব?' বঘুমণিনা মসি অসুম হাযনা হন্দোকই—'নখোযগী খুকুপ লাকুপতু ঐ অমুক খাঙবা ঙমজদ্রে।' কল্যানী শাউগৎলম্মী। 'বাঙালশিংদি খঙলে মীনুংশি যাম্না চাউবিনিনে?' মওং তানা হন্দোকপ-হন্দোক্তবগী ব্রাদো থমখ্রগসু শাযোল্লিবনা ঘটি-বাঙালগী ব্রাবী খঙদবগুম তৌই, অদুনা ঘটি হাযবা যাম্না মক্ক ওইবা ব্রাহে অসি চিথবম্মী। অইবীনদি ঘটি অমসুং বাঙাল হাযবা ব্রাহে অনীসি হাপকে হাযনা হাপ্লিবনি। নোংপোক বাংলাগী মীশিংনা নোংচুপ-বাংলাগী মীশিংবু কবেম্নবা ওইনা 'ঘটি' কৌই অদুগা নোংচুপ-বাংলাগী মীশিংনা নোংপোক বাংলাগী মীশিংবু 'বাঙাল' কৌই। অবোইবা পবেংদা 'বুঝি' হাযবা ব্রাহেসে লোনগী নাক-পু তাবদা শীজিন্নবা ব্রাহেনি। হন্দোকপদা ব্রার্ড ফোব ব্রার্ড অর্থ হনগদবনি হাযবা লৈতে, লৌথৌকপসু যাই হাপচিনবসু যাই। অদুবু যাম্না মক্ক ওইবা ব্রাহে লৌথোকপা তাববদি অকাযবা লাকই।

থাজগীদি মাযহিং কাববসু মাযহিং অদোমদা থোইনা যেংনদে, ফজবা অদুতা যেংনৈ। অদুবু মীওইবগী মতাংদদি মাযহিং অদুতবু হেন্না যেংনৈ। হন্দোকপগী মতাংদসু অদুনি। অদুনা হন্দোকপা মতমদা চেকশিন্দবা যাদে, যাবিবমখৈ মাযহিং কাদনবা তৌবা তাবনি।

বাংলাগী হেক ঙমথংদা উপন্যাস মশীং যাম্না হন্দোক্লিবসি হিন্দীদগীনি, অদুগা খ্বাইদগী মশীং যাম্না হন্দোকক্লিবসিনা নিশান সিংহ নীংতমনি। হন্দোকমীওই অসিগী হন্দোকপগী খোঙচৎতা প্রেমচন্দগী 'সেবা-সদন' (১৯৮৯) যৌবকপা মতমদদি হান্নদগী হেন্না মওং তাবে। হন্দোকপা হাযবসি লোন অমদগী লোন অমদা অর্থ হন্দোকপা অদুতা নত্তে, হৌবকফম লোন্দা যাওবিবা কলাগী ফজবদু শাইওনবা মতমদা মাঙহল্লোইদবনি। অদুনা অনুবাদ হাযবসি অমবোমদা টেক্নিকনি, অমবোমদনা আর্টিনি, ক্রিযেটিভ প্রোসেসনি হাযনা হন্না হন্না পন্নবিবনি। সেবা সদনদা লোনগী মশাগী ওইবা মহৌশাগী ফজবদো অনুবাদক্লা তাননবা হোৎনৈ। হন্দোকপা মান্দনবা লোনগী লৈশি-লৈথোন প্রমান-পাম্থে মণিপুবী চপ-চাবী তাননবা হোৎনৈ। খূদম ওইনা উপন্যাস অসিগী অহানবা তাংকক্তা শীজিন্নবিবা প্রমান-পাম্থে—'শংশংবা চেঙ লুপাগী পুখমদা হাপতুনসু ফৌবেলদি ওইবা যাবোই', 'মখোযগীদমক্তা তেমথক্কী ফি পুবক্লমই'—হাযনবচিংবসিনা হন্দোকপা মালহন্দে। অদুবু হেঞ্জিনবা মতাং যাওবকপদদি মবিং-মবাং মাল্লকই। মবিশুবা লামাযদা 'কৈথেলদগী মচিন-মনাওগীদমক্তা মখল অমত্তগী ফনেক পুবক্লবদি সুমন মচীন উতুপমুক চাউনা পোমথোকই' হাযবা পবেং অসি থেংনকবদা খন্দবা

ঙমদে কদাযদগী ফনেকনো, উত্তব প্রদেশতা লৈবা দেশৰালী নিঙোলসু ফনেক শেৎপা জাৎলা। ৰাহৈ-ৰাতা লান্না শীজিন্নবসু মবক মবক্তা যাওবকই—'সতী ওইবী নুপী' হাযগদবদা 'সতী চেনবী নুপী', 'মমাক' হাযগদবদা 'মযা' 'খেন্নে' হাযগদবদা 'খেৎনৈ' হাযবনচিংবা। মৈতৈবোলগী কোলোকুযেল ওইদবা পাস্ট টেন্সকী ফোর্ম মবক মবক্তা থেংনবসিসু নুংঙাইতে--হৌখিবমই, হাযদোকখিবমই, চৎখিবমই অসিনচিংবা। অসিগুম্বসি হন্দোক-মীওই খবগীদসু থেংনৈ— আই এস কাঙজম্না হন্দোকপা 'তমস'তসু। অদুগা 'মদুদি' হাযবা কংজাংসন অসি শীজিন্নবা থেংনবদসু নুংঙাইতে, মৈতৈবোল তাদবগুম থোই। মসিগুম্বসি থোইবী দেবীগী খুৎহন্দোক্তা হেন্না যাওবা থেংনৈ—'মহাক্কুম্বা অচুম্বা মীশক লৈবমগদ্রা, মদুদি মশাগী অবানবা খঙজবকপদা মশানা মশাবু নিন্দা তৌজবা।' মসি অসুম্না হাযবদা হেন্না মৈতৈবোল তাবোইদ্রা—মশাগী অবানবা খঙজবকপদা মশানা মশাবু নিন্দা তৌজবা মহাক্কুম্বা অচুম্বা মীশক লৈবমগদ্রা। অবিবম কুমাব শর্মানা হন্দোকপা 'নুমিৎকী তবেৎশুবা শগোল' দসু কবিগুম্বদা থেংনবা যাওই—'ৰাবীগী পবীংগী মতাংদা ফোঙদোক্লদুনা মহাক্না হাযবম্মী মদুদি নুমিৎ তবেৎনি চৎথগদবা ৰাবী পবীং অসি ধর্ম্মগী লাইবিক তাবা অদুগুম্বনি' (লা ৮০)। তবামঙাশুবা চহীচাগী থৌদোক্তা যূম্ফম ওইবগা ইবা ঐতিহাসিক উপন্যাস, বৃন্দাবন বর্মাগী মৃগনযণী, হন্দোকপদা যাইমা শর্মানা চহী কযামুক মতুংদা ভাবতকী লোনশিংদা চঙলকপা ৰাহৈ—স্কুল, কেম্প, সি আই ডি অসিনচিংবা শীজিন্নবসি মতম অদুগী শক্তম যেকপদা অকাযবা পী।

কাব্য অমদি কবিতাবোমদদি কমদৌবি অমুক্তা যেংসি। মথক্তসু পনখ্রে নবদ্বীপচন্দ্রনা লাঞ্জাও মমাঙদা মাইকেলগী মেঘনাদ বধ কাব্যগী সর্গ মাপনগী মনুংদা মঙাখক হন্দোক্লম্মী। চহী কযামুক মতুংদা অৰাৎপা সর্গ মবি অদু মীনকেতন্না হন্দোকখি। অদুবু মখোয অনীগী খুৎহন্দোক অসি যাম্না খেন্নে - অমনা ইচম-চম্বা মৈতৈবোলদা ঈংন-তপ্পা চেনবা তুবেল-ঈচেলগী তাম্থানি, অদুগা অমনা অবিবা অমসুং মশাগী শেমজিনবা ৰাহৈ কযাগা লোযননা চোংদুনা ফন্দুনা চেন্থবকপা ঈচেলগী তাম্থানি। চহী কযামুক লৈবগা নিংঙোম্বম ইবোবীনা সর্গ মাপলমক মশাগী হৈনজবী খুৎহন্দোক্তা অমুক হন্দোবকখি।

নবদ্বীপচন্দ্র অমসুং ইবোবীগী খুৎহন্দোক অসি মিংথোলদগী অদুম খেন্নবা উবা ফংলে - অমনা 'মেঘনাদ তুবা কাব্য' হাযনা হন্দোকই অদুগা অমনা 'মেঘনাদ বধ' কাব্য হাযনা বাংলাদা লৈবদো অদুম থমই। অনুবাদক অনীসিগী খুৎহন্দোক অসি অহানবা সর্গগী পবেং খবা লৌখৎলগা যেংবা যাই। মাইকেলনা সংস্কৃত যাম্না নকশিন্নবা বাংলাদা অসুম হাযনা হৌবি—

'সম্মুখ সমরে পডি, বীব চূডামণি
বীববাহু, চলি যবে গেলা যমপুবে
অকালে, কহ, হে দেবি, অমৃত ভাষিনী,
কোন বীববরে ববি সেনাপতি পদে,
পাঠাইলে পুন. বক্ষ. কুলনিধি
বাঘববাবি,

পবেং খবসি নবদ্বীপচন্দ্রনা অসুম হায়না হন্দোকই –

"মাযোক্লবা লানফমদা, অকনবগী লুচিংবা
শিবা মতম চাদনা, বীববাহু তুখ্রগা
হাযযু ইমা ভাবতি, ৱাঙাং খোইবী তৈববী
সেনাপতি হাপ্পুনা লান্দা কনা থাখিবা ?"

ইবোবীগী খুৎহন্দোক্লা অসিনি –

"মাইযোক্ল' লান্দা তুদুনা অকনবশিংগী কোক্কী যাই
বীববাহু, যমগী পূং, খোঙদোই মাগী হুনখ্রবা
মনুং মতম চাদনা, তাকপিসিনে হে দেবি,
খোনফম খোইহিনবিবী, অথৌ কল্ল' কনাদা
পুবেন ফমগাহন, হুইযেন লানফম থাখিবা,
হন্না বক্ষে লনওইবা বাঘবগী যেক্লবা ?"

নবদ্বীপচন্দ্রগী খুৎহন্দোক্কী মতাংদা কবি-সমালোচক নীলকান্তনা কাব্য অসিগী ৱাহৌদোক্তা অসুম্না হায - 'মাইকেলনা অমিত্রাক্ষব ছন্দদা কাব্য অসি ইবনি। অদুবু নবদ্বীপচন্দ্রনা মাইকেলগী মতৌ অসি তমদে। মণিপুবী লোনগী হান্নগী লৈজবিবা পযাব ছন্দগী মতৌ মাঙহন্নীংদে। মণিপুবীগী হান্নগী পূক্লিং শুক্কৎলবা ছন্দগী খোঙচত্তু যাবিমখৈ কাযহন্দনবা নবদ্বীপচন্দ্রনা হোৎনৈ। শম্না হাযববদা মাইকেলগী অমিত্রাক্ষব ছন্দগী মতৌ নবদ্বীচন্দ্রনা লোনগী নীংথিবা মশক মাঙখিগনি হাযনা লৌশিন্দে।' হাযবদি, নবদ্বীপচন্দ্রনা হৌজিক হৌজিক চৎনবিবা লোন্দাদা, ৱাহৈগী ৱাহস্থোকলোমদা থোইনা চঙশিন্দনা, ভাব ফোঙদোক্লগা লোইবে হাযবগী ৱাখলদা হন্দোকই, ইবোবীনা লোন্দা খবা নকশিন্না ৱাহস্থোকসু চপ চানা হন্দোক্লবা হোৎনৈ। ৱাহৈ অমত্তং যেংসি - বীব-চূডামণি হাযবসি নবদ্বীপচন্দ্রনা 'অকনবগী লুচিংবা' হায়না হন্দোকই অদুগা ইবোবীনা 'অকনবশিংগী কোক্কী যাই' হায়না হন্দোকই। 'বীববরে' হাযবা ৱাহৈসি ইবোবীনা 'অথৌ কল্ল কনাদা' হায়না হন্দোকই, নবদ্বীপচন্দ্রগীনা ৱাহৈ অসি

হন্দোকপদা য়াওদে। মসিদা অকায়বদি লৈতে। হন্দোকপা মতমদা হৌবকফম লোন্দা লৈবিবা ব্রাখল অদু ফোঙদোকপনি মক্ত ওইববদি, ব্রাহে অমা লৌথোকপা নৎত্রগা হাপচিনবদা কবিসু কায়দে। মসিদনি নবদ্বীপচন্দ্রগী অনুবাদনা ফজবিবা।

অদুমকপু ইবোবীগী অনুবাদসু মতাং মতাংদা য়াম্না ফজবা য়াওই। খূদম ওইনা মবিশুবা সর্গগী পবেং খবা যেংসি।

মাইকেলগী বাংলাদা লৈবা পবেংশিং –

'ছিনু মোবা, সুলোচনে, গোদাববী তীবে,
কপোত-কপোতী যথা উচ্চ বৃক্ষচূড়ে
বাঁধি নীড়, থাকে সুখে, ছিনু ঘোববনে, ...... '

নবদ্বীপচন্দ্রগী অনুবাদ–

'লৈবমইদো ঐখোযনা, নীংথিজবী সবমা,
গোদাববী মপান্দা, খুনু লাবা অমোম্না,
মহুম ব্রাংনা শাদুনা উতোল্লোমনা লৈবগুম
নুংঙাই-খুয়া-তুশিৎনা, .........'

ইবোবীগী অনুবাদ -

লৈবম্মীদো ঐখোয়না মিম্নালকা নীংথিবী
গোদববী খোঙবান্দা, খুনু অমোম-লাবনা
তলা পামেল অচৌবা পামেন মাগী মথক্তা
উতোন লোম্না মহূম-শা লৈজববু নুংঙাইনা,

বাংলাদা 'সুলোচনে' হায়বা ব্রাহৈসিগী ব্রাহম্বোকলোমদা চঙশিন্দনা নবদ্বীপচন্দ্রনা 'নিংথিজবী সবমা' হায় অদুগা ইবোবীনা ব্রাহৈগী ব্রাহম্বোকলোমদা চঙশিন্দুনা 'মিম্নালকা নীংথিবী' হাযনা হন্দোকই।

ব্রাহম্বোক খঙলবসু নাক-পু তানা হন্দোকপা হায়বসি য়াম্না ব্রানা থোকই। মৈতৈবোলগী 'তাইবুংঙো' নত্রগা 'শাবী ইনেম্মচা পাম্মুবী' হায়বসি ইংবেজিদা চপচাবী ব্রাহম্বোক্কা কোন্ননা হন্দোকপা লুনা থোক্কনি। হায়নবা লৈ অয়েকপম শ্যামসুন্দবনা 'কৃষ্ণকান্তগী উইল' হন্দোকপা মতমদা 'তুমি বসন্তেব কোকিল' হায়বসি চপ-চানা মৈতৈবোল তানবা হোৎনবদা চয়োল অমদগী হেন্না চঙখি। এবিক মাবিযা বিমার্কেগী মমিং লৈববা উপন্যাস 'ওল কায়েট ইন দি বেস্টর্ন ফ্রন্ট' (All Quiet in the Western Front) হায়বসি জর্মান লোন্দগী ইংবাজিদা হন্দোকপদা লাইবিক্কী মিংথোল অসিদতা অনুবাদক এ. ডব্লিউ, হুইন হুমাং কাংখি, হন্না হন্না দ্রাফট তৌবা তাখি। ব্রাব নোভেল অসিগী জর্মান মিংথোল'

'ইম ৱেস্টের্ন নিখট নিউয়েজ' (Im Western Nickt Neues) অসি ইংবাজিদা ইচম চমনা 'নো নিউজ ইন দি ৱেস্ট' হায়না মহাক্না হন্দোকলুই। ওল ক্বায়েট ইন দি ৱেস্টর্ন হায়না অমুক হন্দোক্লুনসু য়েংলুই। অদুবু হন্দোক্লিবা মহাক্না মদুদসু পেনবা ঙমখিদে। কায়নথংদা 'ওল ক্বায়েট ইনদি ৱেস্টর্ন ফ্রন্ট' হায়না হন্দোকখি। জর্মান ৱাহৈ ৱেস্টের্ন হায়বসিদা ৱেস্টর্ন ফ্রন্ট হায়বসি য়াওদ্রগদি অর্থ মপূং ফানা পুবা ঙমদে।

অনুবাদ হায়বসি হাথু হাথু হেক্তা তৌশিনবা য়াদে। মশক নাইববা কবি খৈবউদ্দিন চৌধুবীনা 'মতমগী বাংলা কবিতা' হন্দোকপদা অসিগুম্বা অশোয়বসি য়াম্না য়াওবা থেংনৈ। জীবনানন্দ দাশকী বনলতা সেনগী পবেং অমা 'চুল তাব কবেকাব বিদিশাব নিশা' হায়বসিদা য়াওবিবা বিদিশা হায়বা অসিগী অর্থ মাইকৈ শলাইখঙদ্রবা হায়না হন্দোকই। তশেংবদি বিদিশা হাযবসি লম অমগী মমিংনি, কালিদাসকী মেঘদূততা য়াওবিবা সুকর্ণ লৈবাক্কী কোনুংনি।

অর্থ লান্না হন্দোকপগী খুদোং থীবসি খুত্থাংলোন্দগী হন্দোকপদনা হেল্লি। জীবনানন্দগী 'হায় চিল' হায়বা শৈবেং অমা হিজম গুনোনা ডা. সুকুমাব সেনগী 'বাংলা সাহিত্যেব ইতিহাস' হন্দোকপদা যাওবি। চিল হাযবসি ইংবাজিদা কাইট (kite) নি, কাইট হাযবসি মণিপুবীদা (বাংলাদসুনি) উমাযবী ওইবা যাই তেলঙ্গাসু ওইবা যাই। অদুনা উমায়বী ওইগদবদো শেন্নহৌদবা মিংকুপ্তা তেলঙ্গা ওইখিবগী ৱাতনি। অদুবু অর্থদি উমাযবীগা তেলঙ্গাগা কযা যাম্না খেন্নখ্রবা।

হন্দোকপা হাযবসি চুম্না লোন অমা হেক্তা খঙলগা লোন অদুদগী হেক্তা হন্দোকপা য়াবা নত্তে। হন্দোক্লিবা মীশক অদু লোন অনীমক - হাযবদি, হৌবকফম লোন (সোর্স লেংগুয়েজ) অমসুং শাইওল্লবিবা লোন (টার্গেট লেংগুয়েজ) অনীমক ফজনা খঙবা তাবনি, লোন অনীমক্কী খুন্নাই, নাৎ-চৎনবোল, মৈহৌবোল, প্রমাণ-পাম্বৈ, ৱাহৈগী নাৎপু তাবা মনুং-মপানগী ৱাহন্থোক লোইনা খঙবা তাবনি। অদুগী মথক্তা হন্দোক্লবা তৌবিবা মীশক অদুদসু সাহিত্যগী মবেক-মহাও হাপচিনবগী মগুণ চেনবা তাবনি। মতাং অসিদনি হন্দোকপা অমগা অতোপ্পা অমগা খেন্নবক্লিবসি। মণিপুবী লোন্দা তোঙান তোঙানবা শৈওনবশিংনা শৈওনবা ববীন্দ্রনাথ ঠাকুবগী গীতাঞ্জলি লৈবে। লাইবিক অসিদগী শৈবেং অমখক্কী পবেং খবতং লৌখৎচবি তোঙান তোঙানবা মীশক্না কবম হায়না কদায ফাওবা মবেক মহাও য়াওনা হন্দোকলিবা হাযবদুগী খূদম অমা ওইনা—

(১) বাংলাদা :-

যেথায় থাকে সবাব অধম দীনেব হতে দীন
সেইখানে যে চবণ তোমাব বাজে

সবাব পিছে, সবাব নীচে
সব-হাবাদেব মাঝে। (১০৭)

(২) ববীন্দনাথ ঠাকুব মশামক্কী ইংবাজিদা :-
Here ıs they footstool
and there rests thy feet
where lıve the poorest
and lowlıest, and lost, (Eng 10)

(৩) সিনাম কৃষ্ণমেহন সিংহনা হন্দোকই :-
খ্বাই মখা-থাবা তৌন্দে তোল্লবগী লৈফমদুদা
নহাক্কী চবন্না লৈতেংই মফমদুদা
খ্বাইগী তুংদা খ্বাই মখাদা
লোইনা মাঙখ্রবশিং মবক্তা।

(৪) মীনকেতন সিংগী খুৎহন্দোক্লা ·-
তোল্লবদগী তোল্লবা নংলবদগী নংলবশিংগী তৃংনভম
নীংদ· নীং তুংদ: তুং খ্বাযগী নীংখোম্ব মফম
লংলা মতিং-লৈত্রশিং যাতাফম
নঙ্গী খুভম্মি নখুভম।

(৫) কে তোম্বী সিংনা হন্দোকপনা -
ইবুংঙোসিদা লৈবে নঙগী খুভম্না
আদনা নঙগী খোঙ্গুল তাবিদো,
লৈবিদো মফমসিদা,
লাইববদগী লাইববা, তোল্লবদগী তোল্লবা
নোংদম থীবদগী থীববশিংনা।

মযামগী মফমদা ৱাখল খনবগী মচাক অমা ওইনা থমজবনি, ঐগীসু হাযনীংঙাই খববুদি লৈজদবা নত্তে। অদুবু হায়জববোই।

ইবাংজিসু ভাবতকী লোন অমনি। সাহিত্য অকাদেমীনা শকখঙবা লোনশিংগী মনুংদা অমনি। ভাবতমচা কয়াগীসু মমাবোল মসিনা ওইবি। অদুনা লোন অসিদগী হন্দোকপা সাহিত্যসু মতাং অসিদা খন্নফম থোকই। অদুবু মায়কৈ অসোমদা হন্দোক-মীওইশিং পৃক্লিং থোইনা চঙবা ঙমদ্রি। মাইবম ইবোচৌবা সিংহনা বীনা পেন্টেলগী (অইবীগী মিং ভিনা হাযবিবসি লাল্লি) 'তৎলবা য়োল্লিংলক্তা শমজিনবা' (Lınk ın the broken chaın) মণিপুবদা অনুবাদ তৌদুনা ফোঙবা উবে (১৯৯৭) মহাক্কী খুৎহন্দোক অসি য়াম্নমক ফজদ্রবসু পাবদি অদুম য়াই। অদুবু হাযনীংবদি ইংবাজিদা ইবা মশক নাইবা ভাবতমচা অইবসু য়াম্না

লৈবে। অদুনা হন্দোক্কে হায়বগদি মশক নাইবা অইবশিংগী মশক নাইবা সাহিত্যগী পোখোক হন্দোকপা ফৈ। হায়বিবসি লোল অতৈদগী হন্দোকপগী মতাংদসুনি। মণিপুরী লোন্দা দবকাব ওইবিবসি, মণিপুরী অপাবশিংগীসুনি, অতোপ্পা লোন্দা লৈবা ফজবা সাহিত্যগী পোখোকশিং অদু শাইওল্লকপনি। চহী খবসিদা মাযকৈ অসোমদা খুবাইজম নিমাইচবণ, বীবেন্দ্রকুমাব শর্মা, সলাম তোম্বা অসিনচিংবা শক্লাইববা অইবা কযা হন্দোকপগী থবক্তনা চোংথোবক্লিবসি থোইদোক্লা হবাওনীংঙাইনি।

---

